# উরবদা খন্না
# নীংশিংলকপদা খন্না

লোইখোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ

# উরুবদা খরা নীংশিংলকপদা খরা

নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ

সুনন্দা পব্লিকেসন্স
উরিপোক, ইম্ফাল - ৭৯৫০০১

*URUBADA KHARA NINGSHINGLAKPADA KHARA* : A collection of selected columns of N. Kunjamohan Singh in Manipuri. Sunanda Publications.

অহানবা ফোঙবা : ২০০

সুনন্দা পব্লিকেসন্স
উরিপোক য়াম্বেম লৈকাই
ইম্ফাল - ৭৯৫০০১




মখুম : সুধির নাউরোইবম

মমল : লুপা ৫০/-

ময়েক শাজিনবা : ধনী কোপিয়র এণ্ড কোম্পাইলর্স
কৈশামপাৎ, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১

ছাপা নম্ফম : গিরিজা প্রিন্টার্চ এণ্ড পাব্লিচার্চ,
গুবাহাটী - ৬

ইহৈ ইশিং তম্বগী লম্বীদা
মঙালগী মশক ওইবিখিবা
লাইরমলেন তানথ্রবা মামচৌ
কাংওবম কালাচান্দ সিংহগী
খূয়াথম্বালদা

**অইবসিগী অতৈ লাইরিক খরা ঃ**

| | |
|---|---|
| ইলিশা অমগী মহাও | (ৱারীমচা) |
| বসন্ত মমৈগী কোকিল | (ৱারীমচা) |
| সোভিয়েৎকী লৈবাক্তা | (লমকোয় ৱারী) |
| জি-ডি-আর ডাইরী | (লমকোয় ৱারী) |
| সাহিত্যদা মিৎয়েং অমা | (সাহিত্য নৈন-ৱারেং) |

# য়াওরিবা ৱারেংশিং

# ৱাহৈ খরদং

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারেংশিং অসি *হুইয়েন লানপাউদা* জানুৱারি ২০০০ দগী মার্চ ২০০১ ফাওবদা ঐগী কোলম *কনাবুসু হুল্লানবা তৌদনা* হায়বদুদা য়াওখিবা ওাক্তেনি। অম-নীখক্তংদি খৎতোক্লুনা থমজহৌরে। ঐগী কোলম অদু পাবা মরূপ-মপাং খরনা থাগৎপিরকখি, হাইফেৎ ৱারোবা অমনীসু য়াওরকখিদবদি নত্তে। খরনা পাউতাক পীরকখি — খোমজিন্দুনা লাইরিক ওইনা ফোঙদোকউ। ঐসু মদুমক ফবরা খনখি, নৎত্রবদি চোইজাইননা তাদুনা মতম খরগী মনুংদা অকাউবগী লৈচিন-নোংফাই মরক্তা চিকমাঙনখিবগী অকিবা লৈ। মদুমক্তি থোকহল্লীংদে।

পাউজেল-চেগী কোলম ওইনা ইখিববু — হায়দুনা কনাগুম্বনা ইচম-চম্না লৌবিবসু য়াই। ঐঙোন্দদি মদুম হায়না ফাওজদে। ৱারেংশিং অসিগী মমল খরদং ওইরবসু লৈ হায়না লৌজে। সমাজগী য়াওলগা লোয়নননা মতাং মতাংদা থেংনরুবা উরুবা থৌদোক-ৱাথোক্তা ঐঙোন্দা পোকহনখিবা ৱাখল, মদুবু ফোঙদোক্লবা হোৎনখিবা, মীশক খরদংগা ওইরবসু মদুদা খষ্টমিন্নবা — মদুগী মমল খরদং ওইরবসু লৈগনি ?

লাইরিক ওইনা পুথোকপসিদা ৱারেং খরদি নাম্থোক-নানশিন তৌখিবা য়াওই, ৱারেং খরগী মমিংসু হাইফেৎ-লাকফেৎ হোংবা তাখি।

ৱারেংশিং অসি কনাগুম্বা মীশক নৎত্রগা কাঙলুপ অমত্তবু হুল্লানদুনা ইখিবা নত্তে, মসিমদি পূকচেল শেংনা হায়জরি।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ব্রজবাসী সিংহ অমসুং সুশীলা সেনগা মরী লৈনবা ফোটোশিং মথং শীংনা ঐগী মরূপ মাইস্নাম ভুবন অমদি লাইশ্রম তরনীকান্তদগী ফংজবনি। অদুগা রাজকুমার বুদ্ধিমন্ত সিংহগী ফোটোনা ত্রিপুরা মণিপুরী লোন্দানবা কমিটিনা ফোঙবা 'ত্রিপুরা মণিপুরীজ সেন্সস - ১৯৮১' দগী লৌথোকচবনি। মরী লৈনবা পুম্নমকপু তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

কুঞ্জমোহন সিংহ

## ৱাহৈনা ৱারৌবা

মশক-মতৌ ফজে ঈশে শকপীদো, খোল্লে খোন্দাসু নুংশি। ঈশেসু মপৃক্লিং চঙনা মথৱায় য়াওনা শকচৈ। দুহারদুসু ফৈ, পালাশিংদুসু পংতা তাদে। অহন-লমন, সাধু-বৈষ্ণব অমদি ইমা-ইবেনশিং মপৃক্লিং চঙনা তায়। মরক মরক্তা প্রেমনা ঈহৌরক্লুনা ফিজীনা মিৎলু তৈথোক্লবসু য়াওরি। শক্লকই নুংশিরবা মতাংদো-

'বৃন্দাবনদুগা নবদ্বীপসিগা মমিংতা হোংবনি খেৎনদবনি...।'

তশেংনা নুংশিবা মতাংনি, প্রেম পোক্লরিবনি। অদুবু ঐঙোন্দদি প্রেম পোকপদি লায়রদুনা শাউনীংবনা খাঙবা ঙম্রক্তে। নিংথম থাগী নোংথী-নোংমংবা নুমিৎ উবোই-উদবোই তৌবা অয়ুক অদুদা হুমাং অনম্না কাংলকই। ঈশে লোইবা ঙাইঙম্রক্তে। হেক লোইবগা থৌওইনা কৌশিল্লি ঈশে শকপীদো -

'ইবেম্মা, ৱারৌগনুকো! শেংলবা হরি-সংকীর্তনগী মন্দির ময়াইমক্তদা বৃন্দাবনদুগা নবদ্বীপসিগা খেৎনদবনি হায়বসি তাবদা ওম্থোক্লা নুংঙাইখিদ্রেদা।'

মৌনহাদো খংপ্রেক খংবগুম তৌই, মমায় ঈচপমুক ঙাঙখৎলকই, হায়রকই -

'ওজাবু, করি অশোয়-অঙাম য়াওজম্রবা!'

অদুঙৈ ইন্টরমিডিয়েট ক্লাসতা তমখিবা Happy Insensibility (খঙদবনা নুংঙাইবা) হায়বা শৈরেংদো নীংশিংলকই। লক্কাংদা হৌবা তলা পামেল মহাক্তি নীংথম উল্লেনগী অঙাংবা চৈনাখোন ফাওবদবনিনা ৱাকচিংগী অহিঙদসু নুংঙাইনা লেনবা ঙমই।

ঈশে শকপীদুগী খঙজদবা ইচম-চমজনা তৌবা মতৌদো উবদা ঐনা হায় -

'ইবেম্মা, বৃন্দাবনদুগা নবদ্বীপসিগা খেন্নদবনি হায়গদবনি। খেন্নবা হায়বদি মান্নদবা হায়বনি, অদুগা খেৎনবা হায়সিনা তক্লবা হায়বনি।'

খেৎনবা হায়বা ৱাহৈসি অয়াম্বা মতমদা লোনচোপ ওইনা শিজিন্নৈ হায়বদুমদি মঙোন্দা হায়দ্রে। ঈচপমুক ঙাঙলবা মায়থোঙ অদো অমুক হেন্না ঙাঙহনবা পাম্লুদ্রে।

নুমিৎ অদুনা অহানবদি নত্তে। মমাঙদা অতৈ কয়ানসু লান্না লান্না শকপা তাগ্রবনি। খাঙবা য়ারক্তদুনা নুমিৎ অদু পংখঙ খঙজদ্রিবী নুপীজাদুদা তাইনরুবগী ৱাতনি।

খেন্নবগা খেৎনবগা খেন্নবা খঙদবসি লাইরিক-লাইশু তাকপি-তম্বিরিবা স্কুল-কোলেজ-ইউনিভর্সিটিগী ওজা মরক্তসু য়াওরিবনি। মখোয়না ঙাঙথোরকপদা ইথোরকপদা

থেংনবা য়াওদবা নত্তে। অইবশিংগী মরক্তসু 'পাখং অনীসে খেন্নে' হায়বগা 'পাখং অনীসে খেংনৈ' হায়বগা আ-য়োনা খেন্নে হায়বাস খঙদবা য়াওয়। 'পাখংগা লৈশাবীগা খেংনৈ' হায়না মীয়াম মমাঙদা হায়বদা অর্থ খঙবা মীদদি য়াম্না হঙ্গোইনা থোক্কনি।

মিটিং কয়াদা লৈবাক নীংবা ঈশে অমা নহারোলশিংনা হেক হেক শকপা তায় -

'পারী ইমোম শামু পাঙ্গনবশা,
নপাম লমদম খাম্বী মৈহৌরে...।'

শমুগা শামুগা অর্থ খেন্নে হায়বসি খঙদবা মাল্লি। শমু হায়বনা পাঙ্গলনি, শামু হায়বনা শা অমগী মমিংনি হায়বসি কনামতনা তাকপিদবরা ? তাকপিবদি ফবনি। *অর্থ খঙনা অর্থ থোক্লা চুম্না শকপা ফৈ।*

চহী খরসিগী মনুংদা যাম্না তোয়না শীজিন্নবা ৱাহৈ অমা শকফম কায়থরকপা ময়ামসু থেংনবিরম্না য়াই। 'তংদা-লৈতাবা' হায়বগী মহুত্তা 'তংদু-লৈতাবা' হায়না শীজিন্নবা। য়াম্না খঙলে হৈ-শিংলে হায়না খঞ্জদুনা ৱা য়াম্না ঙাঙলিবা অমদি খবরদা তোয়না ইবিরিবশিংগী মরক্তসু মসি য়াওদবা নত্তে। 'তংদা-লৈতাবা' হায়বা ৱাহৈসি খাইদেক্লগা অচুম্বদো অদুম থোকচবনি—তং তাবা লৈ তাবা। মৈতৈরোলবুদি য়াম্না নুংশিবা শাই ঐখোয়, অদুবু ৱাহৈ-ৱাতা চুম্না ঙাঙনবা অমদি ইননবদি হোৎনদে, হোৎনগেসু খন্দে। লমদম অসিদা তংদা-লৈতাবা পুন্সি মাঙখিবদগী লোনসু মথোং মরম নাইরক্লবরা ? লাইবক থীবনি।

নোংমা লৈশাবী-পাখং তিনবা মফম অমদা লৈশাবী অমনা হায়বকই -

'শক্তাসিদি, হোমো হেক মাল্লদুনা' — ঐ শ্বাই লাউই। মণিপুরী লোন্দা মপানগী ৱাহৈ কয়া চঙশিল্লকপা লেপত্রি। মসি থিংবা য়াবসু নত্তে, থিংফমসু থোক্তে। হিংলিবা লোন অমগী মহৌশানি, হিংলি হাযবগী খূদম্নি। অদুবু ময়াম মমাঙদা 'হোমো'! ঐঙোন্দা য়াম্না হৈনদবা ওইনা থোরকই। সমাজ তিনবা মফমদা হায়বা হঙ্গোইনবা অদুগুম্না ৱাহৈদো ঐখোয়গীদা চঙলক্লগা ফজরবা ৱাহৈদৌনা শীজিন্নরকপা তাবদা থুক থুক লাউবমা পেক্লকই। ৱাহৈসিগী মপাম লমদমগী মীনা তারবদি নোকপা য়াই, নোক্লবসু য়াওবা য়াই।

'হোমো' হায়বা ৱাহৈসি ইংরাজি ৱাহৈ হোমোসেক্সুয়েল হায়বদুগী শমজিনবা মওংনি। মসিগী অর্থনা লিঙ্গ মান্নবা মশেন, হায়বদি নুপী নৎত্রগা নুপা মশেন লৈরাং লোঞ্জিনমিন্নবা হৈরাং লোঞ্জামিন্নবা পাম্বা মীওই হায়বনি। ঐখোয়গী লমদম অসিদদি নুপী মানবা নৎত্রগা নপুংসক হায়না অর্থ হোংবগুম তৌরে। অদুমকপু ময়াম মমাঙদা 'শক্তানগা হোমো হেক মল্লদুনা' হায়না কনাগুম্বনা হায়রকপদা তাবদি ওম্থোক্লা নুংঙাইখিদ্রে। ইংরাজিগী অর্থ খঙবা অতৈনসু তাবদা ঐগুম্না শ্বাই শ্বাই লাউরিগদ্রা!

নাতৈ চাদনা শেরান-তুরান্না শীজিন্নবিবগীদমক ৱাহৈশিং অসিনা শোয়দনা ৱারৌমগনি। ৱারৌবম্রোইদ্রা ?

কুমসিদি অনৌবা চহীনা লোয়নরকখি অনৌবা চহী-চা অমসুং অনৌবা চহী-লিশিং। অদুনা মালেম পুম্বদা মহা ধুমধামদা হরাও-কুম্মৈ কয়া পাঙথোক্লখি, অনৌবা চহীবু তরাম্না ওকপগীতা নত্তনা অনৌবা চহী-চা অমদি অনৌবা চহী-লিশিংবুসু ওকপগী। চীংনা কোয়না পনশাবা ব্রাত্ত-পাদবা পোৰ্ইরে লমদমসিদসু হরাও-কুম্মৈগী চাং পংতা তাখিদে। অহিঙ চুম্না মফম কয়াদা ঈশে-নোংমাই কয়া তৌখি, মতমগী রোক-পোপ ফেসন-শো, বিউটি-কন্টেস্ট অমত্তা ব্রাংখিদে। ব্রাংখিদে লম্বী লমজাওদা লৈরক-কোন্সাংদা মৈকাপ্পী বম্বুলা। অতিয়া-মালং পুমনিল নিলহনখি, পুমঙাল ঙালহনখি - সনালৈবাক অসি মঙলৈবাক ওইহনখি। চাকচা-হৈজানবা পিকনিক্কী ব্রাদি হায়দুনা কান্নদে, *বাই-বাই নুমিত্তগী হৌরদুনা হাই-হাইগী থৌরম চয়োল অমরোম* চখখি। ব্রাত্ত-পাদবা চাকহোং-ঙাহোংবা লৈবাক ওইরকখি। হোয়, অদুগীবুদি হায়নরিবা *লমদমনি, শোন্নরিবা মাইকৈনি। কনানো নঙবু হায়রিবা মণিপুর অসে লাইরবা লৈবাক্তি* হায়দুনা! নমিং অদো উদব্রা, ননা অদো তাদব্রা?

লাইবক ফৈ শূরোন অসি। তাঙলবা তাইবং মীগী মপোক্তা পোকপা হায়বসিমক মহাভাগ্যনি, হায়নীংঙাই লৈতনা লাইবক ফবনি হায়নৈ। ব্রহ্মা ফাওবনা মপোক অসি ফংখিদবনি। অসিগুম্বা লাইবক ফরবা তাঙলবা তাইবং মপোক অসিদা পোক্লগা চহী-চা অনী পুন্সিবা হায়বসি মী কয়াগী লাইবক্তা থোকপগে? চহী-চা অনীতবু নত্তে চহী-লিশিং অনীনি শূবোল অসিনা পুন্সিরিবসে — কুনশুবা চহী-চাদতা নত্তনা কুনমাথোইশুবা চহী-চাদসু, অনীশুবা চহী-লিশিংগী হরাও কুম্মৈতা নত্তনা অহুমশুবা চহী-লিশিংগীসু য়াওবা ফংবা।

অদুবু ব্রাহং অমদি হংনীংই। অনৌবা চহী-চা অনৌবা চহী-লিশিং লাকপগা লোয়ননা ঐখোয়গী ব্রাখল-মিৎয়েংদা, ঐখোয়গী লোনচৎ-শাজৎতা অনৌবা য়াওল লাক্লগদ্রা? পাকচাউরবা মালেম পৃথ্বীগী ব্রাফম ঙাইহাক্তং থন্নগা পোৰ্ইরে লমদম অসিগী ওইনা অমুক্তং য়েংসি। লৈবাক-খুন্নাই অসি হৌজিক লায়না মখল মখলনা নারে। লায়েংবা য়ারোইদবসু য়াওরে, কেন্সরদৌনা লায়েংবা ব্রারগদবা লায়নানা থল্লে। শেঙ্গা-থুমজাগী লায়না কেন্সরদৌনা মরা চৎখ্রে, নহারোলগী নোংমৈ-থেরাপীনা ফাওবা লায়েংবা ব্রারে। অদুবু নীংবা কায়গনুসি কনা কনাগুম্বনা হায়, লায়না খরদি লায়েংগে হায়না খল্লগদি লায়েংবা য়াগনি।

মণিপুরদা গভর্নর ওইরম্বশিংগী মনুংদা মীয়াম্না খ্বাইদগী শোন্নবসি ও. এন. শ্রীবাস্তবনি হায়বা য়াই। লৈবাক মীয়ামগা লোয়ননা মপান কাঙজেবুং অমসুং নুপীলাল নীংশিং শঙলেন শেমগৎলম্বতা নত্তনা মহাক লমদম অসিগী মীয়ামগী মতীক-মগুণ লোনচৎ-শাজৎ ফজনা খঙনবা হোৎখিবা মীশক অমনি। গভর্নর ওইজরবসু মীয়ামগা নকশিন্নবা কন্না হোৎনখি। লমদম অসি থাদোক্তুনা চৎলদাইদা মহাক্কী পাউজেলদা

য়াম্না চুন্নবা ৱাফম অমা পল্লম্মী —মণিপুরী মীয়াম অসি হীরম পূম্নমক্তা নৈ, হীরম অমখক্তংদি মখোয়দা ৱাৎলি, মতমগী মমল খঙদবা মতম নাইদবা অসিমতংদি। মিটিংদা, কনফরেন্সতা, সেমিনারদা, থবক-থৌরম কয়াদা মতম চানা খক হৌদবীসে ঐখোয়গী চৎনবী ওইরে। পূংখায় অমা থেঙথবা পূং অমা থেঙথবা— করিগুম্বদা পূং অনী থেঙথনা হৌবা ফাওবা য়াওরিবনি। মণিপুর টাইম হায়নরগা ময়াম ফাগি তৌনদুনা নোক্লরগা তোক্লে, সিরিয়স ওইনা খন্নবা পংয়াও য়াওদে।

মতম চানা মিটিং হৌদবনা মী অতোপ্পগী মতম মাঙহল্লি, খুদোংচাদবা থোকহল্লি হায়বসি থৌরম শীল্লিবা কাঙবুনা খঙদবগুম তৌই। মপাম-চাক্লৌবা উৎসোব-পাসোবতসু অদু মঙাই। বার্তোনদনা পূং ১১ থাগনি, হোরেন চাবদনা পূং ১ নৎত্রগা ২ দা। চাক চাবদা পূং অহুম-মরিরোম মাঙহনবা হায়বসি ময়াম খঙ্হনবা মতম য়ৌরবনি। মাঙলিবসি মী অম-নীখক্তগী নত্তে, মী ২০০-৩০০ গীনি য়ামদ্রবদা।

অখঙ-অহৈশিংনা তোয়না পনবদ্রা য়াওই—মিনিট মঙাতং থেঙবগীদমক নেপোলিয়ন্না ৱাটারলুগী লানফমদা মায়থীখি, মদুমক্তা মহাক্কী পৃথিবী জয় তৌবগী মঙলানসু পূংচাই চাইহনখি। অদুনা মতমগী মমল খঙগদবনি, মতম চানা থবক তৌগদবনি হায়বসি অখঙ-অহৈশিংনা ওঝা-গুরুশিংনা পাউতাক পীবি। অদুবু পাউতাক পীরিবশিংসু মতমদি ঙাক্তে, ঙাকপা উদে।

নোংচুপলোমগী চাওখৎলবা লৈবাকশিংদা চৎলুবা মীওইশিংনা হল্লক্লগা তমই, মখোয়গী মতম চপ-চপ চানা থবক তৌবা অসিমদি য়াম্না শাথীনা তমজনিংঙাইনি। মখোয়না হায়জরবগী ৱাতনি, ময়ামগী ৱাখলদদি থোইনা চঙদে। হায়রিবা কাঙবু অদুসু মতম খরগী মতুংদা লমদম অসিগী হৈনবীদা হাযু হাযু তারকই। অদুবু মসিমদি ময়াম্নসু খঙনবা ৱাফম্লি, হৌজিক্কী স্পেস যুগ অসিদা মতম চানা থবক তৌদ্রবদি ঐখোয় চাওখৎপা ঙম্রোই।

মতম চানা থবক তৌদবগী লায়না অসি য়েংবা ঙম্রোইদবা লায়নাদি নত্তে। অনৌবা চহী-চাগী অনৌবা মিল্লেনিয়মগী অনৌবা চহীনা হৌরকপসিদা অমুক্তা ময়াম ৱাশক্লসি—কুমসি চহীসিমদি থবক-থৌরম খুদিংমক মতম চানা হৌগনি। চহী অমতং ঐখোয়না ৱাশক ঙাকপা ঙমগ্রবদি মতুংদা অদুম হৈনবী ওইরকপা য়াই।

ৱাশকপা ঙমগদ্রা ?

## অদুঙৈগী সরস্বতী পূজাদো

নুপামচা খরা লম্বী মপান্দা ফমদুনা লৈরম্মী। ঐবু উবদা খরনা হৌগৎপোই করিবোই হংলকই, 'হৌজিক থুংলরিব্রা ?' কনানা মামা, কনানা খুড়া, কনানা ইপন, কনানা

ইপূ—মানা মানা থোকপা কৌরকই। মখোয়না ঐবু শক খঙলবসু ঐনদি খঙদবনা অয়াম্বনি। তোয়না উন্নদবা হায়বসে অসিনি। ফনদি অহন ওইরবা জাৎ ওইরে ঐসে! তাদ, ইনাও, ইশেন, ইবাই কৌবসে থোইনা য়াওশিল্লক্রে। কয়াতা থুনা হৌগ্রবা মতমনো!

'কেদৌরিবনো নখোয়বু ?' অঙাংশিংদুদা ঐনা হংই।

'সরস্বতী পূজাগী ব্রা তান্নরিবা।'

খংনীং নীংশিংলকই বসন্ত-পঞ্চমী কুইদ্রে। বসন্ত পঞ্চমী নুমিত্তনি সরস্বতী পূজা। ঐগী খোয়রী-নাউফম তাফম, ঐনা অঙাং ওইরিঙৈ চেন-চোংদুনা শান্নফম, ঐগী ইখুনসিদা খুনসিগী অঙাংশিংনা সরস্বতী পূজা তৌনবা ব্রা তান্নরিবা! পূক্লিং নুংশিরকই। কয়া কুইরবা সরস্বতী পূজা উখিদবা, সরস্বতী পূজাগী ব্রা তাখিদবা!

মণিপুরদদি কুইরে ময়াম পুন্না সরস্বতী পূজা তৌনখিদবা, মরক মরক্তা অম-নীখক তৌবগী পাউদি তাবসু য়াওখি। শ্রীপঞ্চমী নুমিৎ অসি মণিপুরদদি অঙাং লুগুন থাংবা, নাহুৎ-নারেংবা, লুহোং-খোংদোংবগী পাঞ্জি য়েংদ্রবসু য়াবা শুভদিন ওইনা লৌনরে। সরস্বতী পূজাগী নুমিৎনি হায়বা কাউনবগুম তৌগ্রে।

অদুঙৈ ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা নুমিৎ অসিদা লৌতাবা হৌনৈ চহীগী মহৈ-মবোং ফননবা। হৈনৌ-মপান থিন্দোকপা হৌরকপা, কোকিল খোঞ্জেলনা নিনবা হৌবকপা, উপাল-ব্রাপালনা যেন্নিং হুনবা হৌরকপা মতম্নি। আবির-খেল হৌবা নুমিৎসুনি বসন্ত-পঞ্চমী।

ছাত্র-ছাত্রীগীসু হরাওবা নুমিৎনি শ্রীপঞ্চমী নুমিৎ অসি। অদুঙৈ পাঠশালাদা তম্লিঙৈগী সরস্বতী পূজাদো কয়াতা নুংঙাইগ্রবা! নিংথমগী অয়ুক অদুদা ঈশিং অশাবদা ঈরু-মায়থজবগা পূক্লিং শেংনা অজ্ঞাগী ময়ূম তান্না চৎপদো—মাইল অনীরোম হেন্না। অজ্ঞা, ঐখোয়গী ওজাদো, বামোন্নি, বাংগালী-বামোন্নি। ঐখোয় থারগা শূরোল অহুম শুরে হায মহাক্না ঐখোয় খুনগী পাঠশালাদুদা ওজা ওইরকখিবা। শূবোল অহুম্মক মহাক্কী ময়ূম বাঁশকান্দি ডাকঘর তান্না চত্তুনা সরস্বতী পূজা য়াওদুনা লাক্লিবনি। কয়াতা নুংঙাইগ্রবনো নুমিৎ অদো! অজ্ঞানা খীগদৌরিবনি -'ওঁ সরস্বতী মহাভাগে বিদ্যা কমল লোচনে...।' ঐখোয়না মরোল চুম্বোই চুমদবোই খুমগদৌরিবনি। সরস্বতী বন্দনাগা লোয়ননা পুষ্পাঞ্জলি কৎপা লোইরগা প্রসাদী য়েনগদৌরিবনি। অহানবদা হৈনৌ মপান মচেৎ অমত্তং ওইরবসু য়োৎপা তাই, অদুদগী মুগ-চানা অতীংবা। অদু লোইরগা মিথাই-বোকুলচানা হৈ-রা। মতাংদু য়ৌরকপনি ঙাইনরিবা। মুগ-চানা অহিঙবা শায়রুবগী হিংগাই মনমদো ঙাইহাক্তংদা কোকখি।

পাঠশালা লাল্লগদি খুনগী ছাত্র ময়াম্না তৌবা সরস্বতী পূজাদা য়াওরে। খরা অহন ওইবা ছাত্রশিংনা লূচিংবনিনা থংনবা খুন অনী-হুম পূল্লগা চাউনা পূজা তৌবা চহী কয়া য়াওখি। চহী অমদি ঐখোয় খুনগী সরোক-কারোং মনাক্তা লৌবুক্তা মাঙোপ চাউনা খল্লগা নুমিৎ নীনি-হুম্নি পূজা তৌখি। ঈশৈ-নোংমাই, লীলা-ফালাসু নুমিৎ

খুদিংগী তৌখি। অমুকখক্লা রাণীপুরগী ঙারিয়াম্বম ইবাই গৌরচন্দ্রখোয়গী জগমোহনদা স্টেজ শাদুনা 'অরেপ্পা মরূপ' ড্রামা শান্নবগা লোয়ননা পূজা তৌখি। মণিপুরদগী লাকপা এক্টর্স ইউনিয়নগী মীওই খরসু তাঞ্জা চানদুনা ড্রামাদুদা কুমখি। ঐসু মরূ ওইবা পার্ট অমা লৌখি।

শিলচর গভর্নমেন্ট স্কুলদা ক্লাস নাইন-টেন তম্লকপগী অদুৱাইদদি সহরগী সরস্বতী পূজাদা য়াওরে। শিলচরগী পূজাদি বাংগালী স্টাইলদা তৌবা ধুমধামনি। নোংমা মমাঙগী ঈংথ্রবা অহিঙদা পূজাগী লৈ হূবা চৎপদুসু মনুংঙাই অমনি। মৈতে খুল্লক্তা য়াওশঙগী নোংমা মমাঙগী অহিঙদা ঈ-ব্রা হূবা চৎনবদো অদুমঙাই। সরস্বতীগী মূর্তি শেন চঙনা শানে, ফজবা তান্নে। বার্তোন নম্বা ফাওবদসু ফজবা তান্নে — ৱাহৈ ৱাতাদা চেগী ফজবদা খূৎনমদা। পূজা নুমিত্তা তোঙান-তোঙানবা বার্তোন ময়াম অদো বোর্ড অমদা থেৎতুনা থম্মে—লাই খুরুম্বা লাকপশিংদা উৎননবা। লাই খুরুম্বা লাকপশিংদা পীজবা অহাও-অথুম অদুসু হেনবা তান্নে। লাই থাদবা নুমিৎ অদুদি কুম্মৈনি। ট্রক অম-মম ৱায়নরগা ধোল-ধুলোক ঝাল য়াওনা লম্বী কয়াদা কোয়গনি, লাউগনি-সরস্বতী মাতাকী জয়, বীণাপানিকী জয়, বাগ্‌দেবীকী জয়... ।

১৯৬২ দা মণিপুরদা লাক্লগা সরস্বতী পূজাগী মওং খরা খেন্নবা অমুক উবা ফংখি। লাই লৌখৎপা নুমিত্তা অয়ুক বাজাই-বেঙ্গুন তৌদুনা মাইকৈ মাইকৈদগী ছাত্র-ছাত্রী ময়াম লাউর-লাউরদুনা লাকপদু য়েংবদা মনুংঙাই অমনি। লম্বী পূম্নমক পৃংনিল নিল্লি বাজাই-বেংগুন অমদি 'বীণাপানিগী জয়, মহৈ লাইরেম্বীগী জয়...' খোঞ্জেলদা। লাই লেঙশিনবা লোইরগা পুষ্পাঞ্জলি কৎলবা মতুংদা প্রসাদী তল-খা অথুম-অহাও। করি করিগুম্বা স্কুল-কোলেজদা গুরু-দক্ষিণা ওইনা ওজাশিংদা ফিরোল কৎপসু য়াওনরম্মী। মসিগা লোয়ননা কলচরেল প্রোগ্রাম, লাইট-সোং, শুমাঙ লীলা তৌনবসিসু ফনা কুইনা কন্না চৎনরম্মী।

অদুবু করম্বা নোংলৈ-নুংশিৎনা হুমদোকখিবনো খঙহৌদে। অদুক য়াম্না ধুমধামদা তৌরম্বা সরস্বতী পূজাদো শ্বাই মাঙখিবা খঙহৌদে। হৌজিক্তি ইবেনবোক্কী ৱারীদা তারক্লে। কল্লিদকো মতমগী য়াওল !

## মিংগৌনা তেংথাবা

'কনানো লাক্লম্মিবদুবু, ইবেম্মা ?' ঐনা হংঙি ইচানুপীদা। 'ঐখোয়গী ইমান্নবী সুচিত্রাগী ময়াম্বনি।' ইচম চম্না খুম্লকই ইচানুপীনা।

ঐ নোকসিরা কপসিরা খঙদে ইচানুপীগী মীতৈরোলগী জ্ঞান উবদা। ইংলিস স্কুলদা তমহল্লুবগী মহৈরো ? মদুসু নত্তে। মণিপুরী মেদিয়মদা তম্বা অঙাংশিংগী মণিপুরী

জ্ঞানগী থাকসু মসিদগী পংহেন হেন্দে। য়ুমদা শোয়রিব্রা স্কুলদা শোয়রিব্রা খঙদে। অরানবা উরগা নৎত্রগা তারগা তূমিন্না লৈথোকপদুদি ঐ পংহে হৈনদে। নুপীনদি হায়, 'কৈদৌগে তূমিন্না অদুম য়েংঙু, তূমিন্না অদুম তাও।' অদুবু মতম পুম্নমক্তা মাগী পাউতাক ইনবা ঙমদবসু য়াওরকই। ঙসিসু ঐগী ওজা ওইবগী নুংশিং অদো কাওলকই, ইচানুপীরোমদা ওনশিল্লি -

'করিনোনে নখোয়গী মীতৈরোলসিবু? ময়াম্বা হায়গদবা নত্তে, মবুং হায়গদবনি। খঙলেদনা কাউগনু। নুপীগীনা মবুং, নুপাগীনা ময়াম্বা। মখাগী ওইরগনা নুপীগীনা মৌপ্বা, নুপাগীনা মনাও।'

তাঙ্গাদুদা পাখংমচা অনী তফিং-তফিং চঙলকই। চহী কুনলোমগী অদুব্রাইনি। মখোয়গুম্বা শকখঙদবা নুপামচাশিং চঙলকপসি ওইরে শৌবিং শৌবিং লাউরিবা। ঐতা নত্তে, ঐদৌনা শৌবিং শৌবিং লাউবা কয়াসু য়াওরমগনি। তম্বা ঙমদে, করিবু করি হায়রগবা! ওহ্মোকপা মতম হায়বদু ওইরে। অদুবু কনাদা তাইনরুনি? মতমগী খোঙলৈনি, সমাজগী য়াওলনি। মিহুন চেংগা চেংগুম্নরবসু নুংশাসোর হোল্লিমখৈদি হিংবা তাবনি, খাঙবা তাবনি।

'পাবুং, বার্তোন অমত্তং থমজরমগে।' 'হোয় হোয়, থম্রম্মু।' ঐ নুংশাসোর খরদি হোন্দোকই। অদুবু নে হেক তাবমক্তি নত্তে। কনানা খঙবা করিগী বার্তোনবু ওইরিগবা! হৌজিক্তি বার্তোনগী অর্থসু মওল মওল অনৌবা কয়া চোংথোরক্লে। নুপামচাশিংদো চৎখিবগা বার্তোনদো ফাক্তোক্তুনা পাই। ব্রাখলদা জাৎ-জাৎ চিংনরুবা অদুগুমক্তি নৎলমদ্রে। শ্রাদ্ধগী বার্তোন ওইরম্রে। হন্দক্তা লৈখিদবা মণিপুরগী রাজনীতি অমসুং সমাজসেবাগী লমদমদা শক্লাইরবা মীশক অমগী শ্রাদ্ধগী বার্তোন্নি। ওহ্মোকপা হায়বদুনি, ইতোমতা ইকায়জরকই ইচম চমজবা অঙাং অনীদুবু ঐনা পূক্লিং মাংলুরি! ঐখোয়গী ব্রাখলসি কৈনোমদি তৌরে। মপান্দগী লাকপা সিফাইশিংনা মণিপুরগী মী খুদিংমকপু মুবদৌনা ঐখোয়সু ঐখোয়গী অঙাংশিংবু মুরে।

বার্তোন অদু পাথে। নোল্লকচরিবশিং হায়না থারিবা মিংশিংদো পাই। নুপা অনীগা নুপী অনীগগী মিংনি। নুপা অনীদুগী মমিং মপাদা 'ময়ানিপা' হায়না থারি।

ওহ্মোকপনিদকো! ময়ানিপা হায়বগা মমাকনিপা হায়বগা অনীগী খেন্নবসি খঙদ্রবা! লৈখিদ্রিবা মীশক অদু নুপানি। মচানুপা পোক্লমদে, মচানুপী অনী থম্রম্মী। মচানুপী অনীদুগী নুপাশিং অদুগী মমিং মপাদনি 'ময়ানিপা' হায়না থারিবসি। মমাক-নুপাশিংদো লাইরিক হৈবা ঙাক্তনি, মচানুপী অনীদুসু ওজা ওইরিবনি।

ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙেদা মিংগৌ নাইদ্রবসি অহন-লমনশিংনা য়ারমদে, মিংগৌ লান্না কৌবসু। মিংগৌ নাইদ্রবদি লাইনা তীন্না শানা-ঙানা তাখি-তাওইনা তৌই হায়নরম্মী। তাখি-তাওইনা তৌবগী ব্রাদো থাজদ্রগসু মসিমদি য়াবা তাই— মিংগৌ নাইবগী ফজবা লোনচৎ অসি ঐখোয়গী সমাজগী লেমজনীংঙাই ওইরম্মী, থকশি-খাশি নাইনা চৎপগী মতেঙ অমা ওইরম্মী। অসিগুম্বা ফিদম্নীংঙাই ওইরবা

লোনচৎ অসি সমাজ অতৈদা তাঙনা উই । ঐখোয়গীদি মিংগৌসু মচা তানা তানা অর্থ থোক্লা থোক্লা খায়দোকই । তাদা, খুড়া, মাম্মা, ইচে, ইবাই, ইতৈমা, ইনমা, ইনেম, ইন্দোন, ইকু, ইনাও, ইশেন, ইপ্বা, ইমাক, ইয়া - ময়াম অসি কৌনীংবা অমা হেক্তা কৌবা য়াবা নত্তে । লোইনমক অর্থ থোক্লা থোক্লা মরী-মতাগী মশক মচা খায়না তাকপা ঙাক্তনি ।

হৌজিক্তি নোংচুপলোমগী মতৌ তমদুনা দাদি, মাম্মি, আংকল, আন্তি হায়না কৌরগা লেমজনা লৌবা চাওখৎপোই খনবা ময়াম অমসু চোংথোরক্লে। চোংথোরকসনু, থিংলুবা য়াবা নত্তে, মতমগী য়াওলনা পুরকপনি । অদুবু অরিবশিং অসিবু চাওখৎতবনি হায়না খল্লগদি লানগনি । আংকল আন্তিদগী ঐখোয়গী খুড়া মামা ইনে ইন্দোন্না হেন্না মচা তানা ফোঙদোকই । আংকল হায়রগা খুড়ারা মাম্মরা খঙদে, আন্তি হায়রগা ইনেরা ইন্দোনলা খঙদে । ঐখোয়গী চৎনলোম্দদি খুড়াগা মাম্মগা তোঙানবা মরীনি, ইনেগা ইন্দোনগসু তোঙানবা মরীনি ।

নোংচুপলোমগী ব্রাহৈমক ব্রায়রুদ্রগসু অতোপ্পা কাঙলুপকী ফেসনদা মিংগৌ কয়া হোংলকপসিবু মিংগৌগী খোঙচৎতা য়াওল অমনি, ফজববা ফজদবরা হায়বদুদি খঙদ্রে । অদুঙৈ ইমাখোয়না ইবোক্তা ইপূবোক্তা 'ইনেমবোক' 'ইকূবোক' হায়না কৌবদো ফনা নুংশি । হৌজিক্কী ইমা, বাবা নৎত্রগা পাবুং কৌবসিনা হেন্না নুংশিবা নৎত্রগা ফজবা নত্তে । হৌজিক মমৌনা মনেমদা 'ইমা' কৌরে হায়দুনা থাইনদগী লৈরক্লিবা মনি-মমৌগী মরী অদু ফগৎহনবসু নত্তে । অদুঙৈগী মনি-মমৌগী লীলা হৌজিকসু চত্থরি ।

মৈতৈগী চৎনবীদা তাইবুঙো, খুড়াইবুঙো, ইচেবেম্মা, ইনমবেম্মা অসিনচিংবা মিংগৌদি কনা কনাদা কৌগদগে হায়বসি ময়েক শেংনা খায়দোক্তুনা লৈ । অদুবু হৌজিক্তি লোইনমক তাইবুঙো (তামো), পাবুং, ইচেম্মা, ইনমবেম্মা ঙাক্তা ঙায়খ্রে। মসিবু মিংগৌদা সোসিয়েলিজমনি হায়গদ্রা ?

অদুবু মিংগৌনদি তেংথারমগনি কাংখোং চাইবসি উবদা — নুপীনা মচেগী নুপাদা 'ইতৈ' কৌবা ইকায় হায়দুনা তামো নৎত্রগা ইবাই-ককা কৌশিল্লকপদা, মৌপ্বানা কনানো মনাওনুপানা কনানো খঙলক্তবদা, নুপানসু মচন্নুপীনা কনানো মনাওনুপীনা কনানো খঙলক্তবদা । অদুঙৈ মৌ মশেন ইচেমহন, অতো ককা কৌনবদো অদুম নুংশি । খুনুংগী ব্রাখল চেল্লি হায়বিগদ্রা ? অদুবু তেংথাদবদি ঙমদে নুংশিরবা মিংগৌ কয়া তাবুনুংদা থূপচিন্দুনা থম্বিখ্রে খল্লুবদা, মিংগৌ কয়াবুনা মকোক-মমৈ খঙদমখৈ করেম্লবিবা উরুবদা । মিংগৌ কয়ানসু তেংথারমগনি ।

**কবিগী মকমদা কচ্চবা শ্রদ্ধাঞ্জলি**

অয়ুক ঙন্তা পাউদো তাবদা খংপ্রেক খংখি। করিনোনে হায়রিসিবু - ওজা নীলকান্ত লৈত্রবা ! থাজবা ঙমখিদে। অমুক্কা হন্না পাই খবরগী পরেং খরদো। খঙহৌদনা থম্মোয়দা ফাওরকখি - মণিপুরী সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগী অতিয়াদা থোক্লম্বা থাজ অমা খঙহৌদনা তাখ্রবা।

নুপীনা চা পুদুনা চঙলকই। খবরগী পাউদো ঐনা মঙোন্দা তময়। হা করি ব্বানো — চপ লেপখি, চপ কপ অদো থমগনি থল্লোই খঙখিদে। খঙহৌদনা মাগী মিৎলু অনীদা লাইজ-ঈরা তরং তরং ঈহৌরকখি। ঐসু মিৎলু ঈরা খান্না ঙমখিদে।

কুচু-কুমেন শেংখ্রবা তীঞ্জং-কায়চংদবা নূংথংগুম্বা মশানি, নোংমতং মকোক চিকই তাখিদবা। কুইদ্রি, নুমিৎ মরি-মঙানিরোম মমাঙদনি, ডান্স একাদেমিগী ডাইরেক্টর লোংজম জয়চন্দ্রগা কলকতাদা ব্বারী শান্নখিবদো - ফখ্রেদকো ওজা নীলকান্তগী মশাসে, হৌজিকসু ঐখোয়দগী হেন্না ফজনা চারি, গপ গপ চৎলি, পুন্সিখিনি, কুইনা পুন্সিখিনি।

ওজা নীলকান্তবু খঙবা হৌখিবসি চহী য়াংখৈরোম মমাঙদনি। শিলচর গবর্নমেণ্ট স্কুলদা তম্লিঁঙৈদা মতম অদুগী চেফোঙ অমদা মহাক্কা মণিপুরীদা হন্দোকপা রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী 'জন গণ মন.... ' থেংনখি। মৈতৈরোল ইব-পাবা থোইনা হৈত্রিঁঙৈগী মতমনি। অদুবু পূক্লিংদা ফাওখি, ফজনা হন্দোকখ্রেদকো। হন্দোক্লিবা মশামক কবি নত্তনদি অসুক ফজনা হন্দোকপা ঙল্লোই।

চহী খরা মতুংদা মহাক্কী 'অচাইবা লৈ' ফোঙলকখি। মতম অদু বাংলা সাহিত্যগী জগৎতা রম্য-রচনাগী (বেলে লেটরগুম্বা) ঈহৌ কন্না লৈবা মতমনি। 'অচাইবা লৈ'দা রম্য-রচনাগী ষ্টাইল অদু উবদা ঐখোয়দা নুংঙাইজবা পোকখি, চাউথোকচবা অমসু যাওখি- ঐখোয়গীসু রম্য-রচনা ইবা অইবা লৈনা ! লাইরিক অসিদা নীলকান্তগী তোপ-তোপ্পা ফজবা ব্বারেংগী ষ্টাইল অমা চোংথোরকখি, মতৌ তমগে হায়দুনা কনাগুম্বনা হোৎনববসু মওং তাবা ঙম্নরোইদবা।

ইম্ফালদা লাক্লবা মতুংদা অম্ভা নন্দলালনা মকোক চিংদুনা সাহিত্যগী চেফোঙ অমা ফোঙনবা হোৎনবদা ঐবুসু কন্না চেন্নবিখি। সাহিত্যগী লমদমদা পেন্দবগী পিরাং 'ঈরা' ফোংবা হৌরকখি। মতাং অসিদা মণিপুরগী কবি অমদি সাহিত্যিক কয়াগা নকশিন্না শকখঙ-মায়খঙনবগী খুদোংচাবা ফংজখি - নীলকান্ত, রজনীকান্ত, সমরেন্দ্র, জ্যোতিন্দ্র, মখোয়তা নত্তনা সাহিত্যগা নক্লবা মীওই কয়াগসু।

মতাং অসিব্বাইদা 'চাকতিন মরূপ' হায়দুনা ঐখোয়গী ইনফোর্মেল ওইবা মরূপ অমা হৌদোকখি। থা-থা খুদিংগী য়ূম অম-মমদা চাক চান্নবা - মাগী মাগী নুপী য়াওনা। কবি শঞ্জেনবম নদীয়ানা খ্বাইদগী অহন ওইনা অঙাং শানবা হোৎনৈ। ঐনা খ্বাইদগী নহা ওইনা ময়ামগী মতুং মায় শোন্না শোন্না ইন্নবা লাক্লে। চাক-চানবদা মানা মানা হৈজবা বিদ্যা উৎনৈ, উত্তবা য়াদে - জগোই, ঈশৈ, শৈরেং,

ৱারী, পেনা, খোংজোম-পর্ব, খুলং ঈশৈ... মানা মানা হৈজবা । ওজা নীলকান্তনা অয়াম্বা মতমদা রবীন্দ্র-সংগীত শকই । জগোইগী মরমদা য়াম্না খণ্ড-হৈরবসু জগোই শাবদি নোংমতা উখিদে। রবীন্দ্র-সংগীত অসি মহাক্না সিলেট এম সি কোলেজদা তম্লিঁঙেদা হৈরকখিবনি, থৱায় য়াওনা অম্লকখিবনি হায় । সিলেটতা লৈরিঁঙেদা বাংলা লোনসু মতোমতা হোৎনজদুনা তম্লকখি । বাংলা লোন খরা হৈনবা তৌরম্বদুনা তুংগী পুন্সিদা মঙোন্দা য়াম্না কান্নরকখি হায়না মহাক্না তত্তনা পনখি ।

নোংমা নুংমিদাং-ৱাইরম, ঐনা নাগামপালদা ইয়াম্বশিংগী ময়ূমদা লৈরিঁঙেদা, ওজা নীলকান্ত একাগাড়ী অমা ঈল্লদুনা মতোমতা ইথা-থাজদনা লাকখি । ফমথবগা হায়রকখি, য়েংগেনে নঙগী ৱারী মচাশিংদো । ঐনা ইকায়-ইকায়না 'চেনখিদ্রবা ঈচেল' গী খুৎইদা লৈরিবা ৱারীমচাশিংদো উৎলি । লামায় মথং মথং ফাক্তোক্লুনা য়েংই, মতেক মতেক পাবসু য়াওই - ফজেনে সিমদি, মসিমসু ফজেনে হায়রকই - লাইরিক ওইনা থুনা ফোঙদোক্লবা তৌ ।

চহী খরগী মতুংদা নোংমা লম্বীদা সাহিত্যগী ৱারী শানা শানা চৎমিন্নরিঁঙেদা মহাক্না হায়রকই - ৱারীনি হায়দুনা নঙনা পংইতা ই, বরাক্কী ৱাবীদি ইদে, বরাক তুরেলগী ৱারী ইযুদনা । কাছাড়দা সাহিত্য পরিষদকী মীফম য়াওবা ১৫পদা বরাক তুরেলনা মহাকপু শুক্কৎখিববা খঙদে । অদুবু ঐঙোন্দদি মহাক্কী ৱাহৈ অদুনা খঙহৌদনা ঈৱায়-ঈনিল অমা পীখি । ঐগী ৱারীমচা 'ইলিশা অমগী মহাও' ওজা নীলকান্তগী ৱাহৈ অদুনা পোকহনখিবনি । 'ইলিশা অমগী মহাও' না ঐবু খবদং ওইরবসু ময়ামদা শক খঙহনবিরিবসে কদায়দনো ওজা নীলকান্তগী মিৎনা উদবা খুৎশিল অমা য়াওরি হায়বসে ঙসি মঙোন্দা শ্রদ্ধাঞ্জলি কচ্চবা মতাং অসিদা নীংশিংদবা ঙমদে ।

হৌখিবা চহীগী জানুৱারিগী নুমিদাং অমা ওজানা টেলিফোন তৌরকখি— 'দেশ' না নোংপোক ভাবতকী লোনশিংগী শৈরেং অম-মম খঙ্গৎতুনা অখন্নবা চেফোং অমা ফোঙগদৌরি, ঐগী শৈরেং অমা পীরকউ হায়রকই, নোং-নীনিসিদা থুনা থাখিদবা য়াদে, নঙনা হয়েংমক ঐগী শৈরেং অমা হন্দোক্লুনা থাখিদবা য়াদে ।

ঐনা খুমই - কদায়দগীনো ওজা, ঐদি বাংলা থাদোকপা চহী নীফুরোম শুরে। কনানো অমদা তৌহনবিয়ু ।

নঙনা তৌদ্রগদি কনানা তৌগনি ? ওজানা ঐবু থাজনা হায়রকখি । বাংলাগী খ্বাইদগী মমিং লৈবা চেফোঙদা মণিপুরী শৈরেং অমা হন্দোক্লগা য়াওহনবা হায়বসি ঐসু পামখি ।

নোংঙাল্লগা মহাক্কী তীর্থযাত্রাদগী শৈরেং অমা, 'মীকপ থোকপা' হন্দোক্লগা, টেলিফোনদা ওজাদা হায়ৱ - ওজা লোইজরে, ঐ অমুক্তা পাথোকচরক্কে তাখিবু ।

নঙনা হন্দোকপগুম ঐসা অমুক তাখিগদ্রা ? তাখিদে, তাও হায়বা য়াখিদে। ঐবু থাজবিবগী, মনাও অমা ওইনা নুংশিবিবগী নুংঙাইজবদো ঐঙোন্দা ফাওখি । 'দেশ' তা ফোংলক্লবা মতুংদা ঐনা ওজাদা পাউদো পীখি । মহাক্কী শৈরেংগী বাংলা

শায়োল অদু মদুদতা পাখি, ঐবু থাগৎপিরকখি ।

ওজানা আমেরিকাদগী হল্লকপগী নোং-নীনি লৈরগা, ইম্ফাল বুক ফেয়ারদা ওজাগা উম্নে। ওজানা হৌদোরকই - বিষ্ণুপ্রিয়াগী মতাংদা নওনা 'সনথোঙ' দা ইরকপা আর্টিকলদো মনীন্দ্রনা থারক্তুনা ঐ পারে। চুমই নওনা হায়রিবনো, কোর্টকী ব্রানা অমনি তৌজসনু, অদুবু ঐখোয় কদায়দনো মফম অমদদি উন্নবা তাই, খৎন-চৈনদুনা অসুম লৈবা য়াবা নত্তে, কদায়দনো য়ান্নবা মফম অমদি থিবা তাবনি ।

ঐঙোন্দা নুংঙাইজবা অমা পোকচখি। আর্টিকল অদুগী হাক্তক্তা ঐবু ফোঙনা নৎত্রবসু তৃমিন্না মুরুম মুরুম ঙাঙনবা কয়া নাকোং য়ৌরকপ্রবনি, কাছাড়দা ঐবু থোঙজিন ককপা য়াবগী ফিভম ফাওবা য়ৌরকপ্রবনি। ঐনা খঞ্জরিবা ব্রাখল-পরীং অদু ওজানা থাগৎপিরকপদা ঐ চান্ননা নুংঙাইখি ।

ওজানা হায়রকখি, হোৎনসি য়ারির্মখৈ ঐখোয় পূনসিন্নবা হোৎনসি, য়ারির্মখৈ ঐখোয় পূনশিনবা ফৈ ।

পদ্মশ্রী ফংবগী পাউ তাবগা ওজাদা টেলিফোন পায়খত্তুনা নুংঙাইবা ফোঙদোকই। ওজানা খুম্নকখি— নুংঙাই, ঐখোয়না খরদং তৌজবদু শকখঙবিরকপনি ।

ওজানা চম্না খুম্নকখি। অদুবু ওজানা লমদম অসিগী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী লমদা হোৎনবিবম্না, তৌবিরম্বা খুদোল অদুদি খরদং নত্তে, শীংথাদুনা লোইগদবা নত্তে। ওজাদি মণিপুরতগী নত্তে, ভারত পুম্বগীনি । ওজাবু হেন্না খঙবা ঙমখি মণিপুরগী ব্রাংমদা চৎলগা। মিটিং কয়াদা, সেমিনার কয়াদা ভারতকী মফম কয়াদা ওজাগা চৎমিন্নবগী খুদোংচাবা ফংখি। মণিপুরদা ময়াম্না উরিবা নীলকান্তদো মপান্দা চৎলগদি য়াম্না হেন্না চাউবা ময়াম্না হেন্না শকখঙনবা নীলকান্ত অমা ওইরকখি ।

চৎলমদাইদা খঙলমগদ্রা, মণিপুরনা নীলকান্ত অমমুক পাক হেক ফংবা ঙম্রোই হায়বসে ! অদুবু লৈহৌরিবা ঐখোয়দি খঙই ।

## মসিনা জিরিগী ব্রারীনি

মিকির নুপাদো স্কুলগী ওজানি। চহী নীফুমরি-মঙারোম শুরনি, মশা পাতক চেংতকই। মৈতৈরোল, বাংলা, হিন্দী, ইংলিশ, পাইতে ফজনা খঙই মমারোল মিকিরগী মথক্তা। ঙাইহাক্তংদা পাউজেল্লগা কৌবা মী চাময়াংখৈ-চানীরোম তিনবা মিটিংদো মহাক্না মরু ওইনা শীনবদৌনা তৌই। মিটিং হৌবা ওইনা মহাক্না হায়রকই, 'খুন অসি হান্নদি মিকিরপুঞ্জি হায়না খঙনরম্মী। নাগা-কুকি হাৎন-শুনবগী মতাং অদুদা মিকির অয়াম্বা কার্বি-আংলোংদা চেন্নখ্রে। হৌজিক মিকির য়ুম্নাক মঙাখক্তা ঙায়রে, অতৈদি পাইতে ঙাক্তনি। মিকিরশিংনা চেনখিবগা লোয়ননা খুনগী মমিংসু হোংখ্রে, ভেৎখাল হায়না খঙনরে ।'

মিকিরপুঞ্জি ওইরম্বদগী ভেংখাল ওনখিবগী ৱারী শন্নগা লীবদা মিকির ওঙ্গাদো শোয়দনা মথৱায় নুংঙাইরম্লোই, মপৃক্লিং নুংশিরমগনি। ভেংখালতগী নত্তে, জিরিবামগী খুন্দা-লৈতাবগী ইতিহাসতা খুঙ্গং কয়া কাওলুপ অমনা হান্না তারম্বদগী মরম অমা নংত্রগা অমদগী হোংখিদুনা অতোপ্পা কাওলুপনা খুন্দাদুনা লৈবগী ৱারী কয়া লৈরি। তৌবগীদি মরেকাই মরেখুনতা নত্তনা নুংশিরবা মরৈবাক ফাওবা হোংদুনা চেনবগী ৱারী পৃথিবীগী ইতিহাসতা ৱাত্তে। হৌজিকসু হোংবগী লোইবা নাইদ্রি।

জিরিবাম সব-ডিভিজনগী লাতিংখালবুদি মমাঙদা অনী-হুম্রক চৎখ্রে অদুবু মদুদগী মনুং হুঞ্জিন্না লৈবা বেরবাক, বিনসেলুনচিংবা খুনশিংদি খক য়ৌরুদ্রি। ঐখোয়গা চৎমিন্নবা জিরিবামগী মরূপ-মপাং খরগীসু ঐদৌনা খুনশিংদু উবা অহানবনি। তু-খোং কয়া লানবা তাবা, লম্বী থোং ফত্তবা, মনুং হুঞ্জিন্না লৈবা খুনশিং অসিদা হেস্ফদবা লৈত্রগদি কনানা লাক্কদগে ? খুনশিং অদুগী মমিং তাবদা পৃক্লিংদা ৱাহং পোক্লকখি-কাছাড়গী মৈতৈ তাবা খুন অনীগী মমিং মফম অসিদা কবম্না লৈবম্রিবনো ?

জিরিদা (জিরিবামবু জিবি হায়না শম্নসু কৌনৈ) খুন্দা-লৈতাবগী মৈহৌরোল ফাকপা তাখি। মতম অমদা কনামতনা থৌশা-ৱাশাবিদনা লৈরম্বা লমদম অসিদা খুন্দা-লৈতাবা হৌবসি কাছাড়রোমগী মী ওাক্তনি। মণিপুরগী লম ওইজবগসু ইম্ফাল তম্পাক্তগী খুন্দাবা কনাসু লাকখিদে। জিরিসি মণিপুরগী লম নত্তবদৌনা তৌরম্মী। অদুনা চহী কুনথ্রারোম মমাঙ ফাওবদা জিরিগী মীনা ইম্ফাল চৎপদা মণিপুর চৎলুখিগে হায়নরম্মী। হৌজিকসু অহন-লমনশিংগী মরক্তা কনাগুম্বনা মরক মরক্তা হায়বা য়াওরি। ইম্ফালবোমগী মী অয়াম্বনা জিরিগা কাছাড়গা অমত্তা ওইববোই খল্লি।

জিরিদা অহানবা খুন্দাবশিং অদুনা কছাড়দা মখোয় মখোয়না লৈরম্বা খুনশিং অদুগী মমিং লৌদুনা মখোয়না নৌনা খুন্দাবা হৌদোক্লিবা লমশিং অদুগী মমিং থোনবসি অয়াম্বা মতমদা তৌরম্মী। জিরিগী চন্দ্রপুর, কামরাঙ্গা, লক্ষীপুব—অসিনচিংবা খুনশিং অসি কাছাড়গী চন্দ্রপুব, কামরাঙ্গা, লক্ষীপুরগী মীনা খুন্দাবা হানবগী খুদম্নি। অদুম হায়না কাছাড়গী বেরবাক অমসুং বিনসেলুগী মৈতৈশিংনা জিরিগী মনুং হুঞ্জিন্না লৈবা মমিং মান্নবা খুন অনীসিদা খুন্দাবা হৌখি। অদুবু হৌজিক্তি জিবিগী খুন অনীসিদা মৈতৈ য়ূম্নাক অমত্তা লৈত্রে। বাংগালী (নম:শূদ্রশিং) অমদি চীংমী (মার)শিংগী খুন ওইখ্রে। চহী কয়ামুক মমাঙদা খুন্দাবা হৌরম্লগা মৈতৈশিংনা খুনশিং অসি থাদোক্তুনা চৎখি। মদুগী মরূ ওইবা মরমদি মতম অদুগী লায়না-লাইচৎ কালাজ্বর অমসুং মেলেরিয়ানি। হৌজিক কালাজ্বরগী ৱাবুদি তাখিদ্রে, অদুবু মেলেরিয়াদি কন্না মথি ফোংলি।

ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা জিরি অমদি যমুনামুখতা (আসাম) খুন হোংবসি তোয়না তারম্মী। অয়াম্বনা লাইরবা লাই হায়বদুগী তমথিরবা খায়াত্তগী নাম্থোকপা ঙমব্রা য়েংগে হায়দুনা খুন হোংখিবা ওাক্তনি। যমুনামুখলোমদা হোংখিবশিং অদুগীদি, লাপ্পদুনরা খঙদে, অশি-অনাগী পাউ থোইনা তাখিদে। অদুবু জিরিদা হোংখিবশিংগীদি য়াম্না তাখি - কালাজ্বর, মেলেরিয়াগী খায়াত্তা তাখ্রে হায়বগী পাউ। হৌজিকসু শংশংনা

উরি - অণ্ডাং ওইরিঙেদো ঐখোয়গী যুমলোন্নবা তাদো-চৈতেনা কালাক্তর নাদুনা কুচু-কুমেন মুগুক মুশিন্না মনুক তহী-তহী কংদুনা পৈ তাদুনা হন্নকখিবদো । জিরিবগী চেক্লবসু কালাক্তরগী মখুত্তগী মহাক নাহ্রোকপা ওমখিদে । কুইরমদে, ঐখোয়গী ইরক্তগী কালাক্তরনা মহাকপু নমদুনা পুখিখি ।

মসিনি শম্রমা জিরিদা খুন্দা-লৈতাবগী মৈহৌরোল । দিবোং, সরোক-অতিংবী, চন্দ্রপুর, পাংচাউ অসিনচিংবা খরা ময়োল ওইবা মফমশিংদনা মরূ ওইনা মৈতৈশিংনা খুন্দা লৈতাখিবা, অদুগা মনুং হনজিনবা লমশিংদা বাংগালী (নমঃশূদ্রশিং) অমসুং ময়াং-পাঙলশিংনা খুন্দাখিবগী রারী । নমঃশূদ্রশিং অসি হিন্দুশিংগী মরক্তা অতোনবা কাঙলুপ ওইনা খন্নরগসু মহারাজ চুড়াচান্দনা লৌখৎপিরম্মী । অদুনা মখোয় অয়াম্বা হৌজিকসু উরিক শিরি, চন্দোন থিল্লি ।

মণিপুরগী চিফ-মিনিষ্টার রাহেংবম নিপামচা সিংহনা জিরিদা বাংগালী হিন্দু অমসুং বাংগালী-মুস্লিম ময়াম অমা উবদা খংপ্রেক খংবগুম তৌখি । হোয়, মহাক্কী অহানবা খোঙচৎ ওইরম্বসু য়াই । অদুনা মহাক্না মহাক্কী রাখলদা জিরিগী শক্তম লৈরম্বদুগা তশেংবা শক্তমদুগা খেন্নবা উবদা মহাক চংঙক্লখি । মৈতৈরোল খঙদবা বাংগালী (হিন্দু অমসুং মুস্লিম) কয়া থেংনরুবদা মখোয়বু মীরৈবাকমচানি, বাংলাদেশীনি খনখি । মহাক্তা নত্তে, জিরিদা খুন্দা-লৈতাবগী মৈহৌবোল নীংথিনা খঙদবা ইম্ফাল-তম্পাক্কী মী অয়াম্বনসু অসুম্না খল্লি ।

অদুবু মৈতৈরোল ঙাঙদবসিদি বাংগালীশিংগী মরক্তদা নত্তে, চীংমীশিংগী মরক্তসু য়াওই । তৌবগীদি বাংগালীসু চীংমীসু অয়াম্বনা মৈতৈরোল খঙই । অদুমকপু বাংগালীগা চীংমীশিংগা পূন্না নৎত্রগা নক্লনা তামিন্নবা মফমদদি বাংলালোন্না হেন্না খঙনৈ অমসুং চংনৈ ।

ভেংখালগী পাইতেশিং অয়াম্বা মৈতৈরোলবুদি বাংলালোন্না হেন্না খুংলোইবগুম তৌই । মিটিংদা রা ঙাঙবদা বাংলাদা ঙাঙবিয়ু মদুনা হেন্না খঙগনি হায়রকই । তৌবগীবুদি বাজারী বাংলানি । মদুগী মরমবুদি লৈতবা নত্তে । ভেংখালগী চীংখোঙমক্তদা বাংগালী-মুস্লিম খুন অমা লৈ । নুমিৎ খুদিংগী মখোয়গা তোংন-তিন্নবনিনা বাংলা লোন হেন্না শীজিন্নবা তাবনি ।

ভেংখালগী রাংলবা ঙব্রবা চীংদোনদো য়ৌনবা কাবা মতমদা ঐনা ফাগি তৌই - অদুঙৈ চহী নীফুরোম মমাঙদা ভুবন-বারুণী অমসুং নোংমাইজিং-বারুণী কাবদো নীংশিংহল্লিকইনা চীংসিদি । অতৈ মতমদা তম্পাক্কী মী কনাসু ভেংখালগী চীংদোন কান্নদে । ভোটকী মতম ওইবদুদা অমুক্তংদি য়ৌরুসি হায়দুনা ময়াম কারুবনি ।

খুনগী পাস্টরগী নুপীদো নহানি, মশক-মতৌসু ফজে । মহাক্না হায়হৌই, 'মঙ ফৌ- ও ।'

ঐখোয়সু খুম্নম্মী, 'নখোয়সু মঙ ফরো ।'

## নীংশিংবিদ্রবা কলাকার অনী

মণিপুরগী মপান্দা, মরূ ওইনা কলকাতাদা, মতম অমা মণিপুরী কলাকার অনী য়াম্না ফাওরম্মী—অমনা জগোইদনি অদুগা অমনা ঈশৈদা। ঙসিদি মখোয় অনীমক অকাউবগী লৈচিন্না কৃপশিনবিখ্রে। ব্রজবাসী সিংহ অমসুং সুশীলা সেন— কনানসু নীংশিংবিদ্রে। মণিপুরগী ৱাংমদা পোকখিবা অমসুং মণিপুরগী মপান্দা পুন্সি লেনখিবনা ওইরিগদ্রা মদুগী মরম ?


শেঙ্গম ব্রজবাসী সিংহ

*ব্রজবাসী :* চহী য়াংখৈ-হুমফুরোমগী মমাঙদা বাংলা সিনেমাগী জগৎতা থোইদোক-হেন্দোক্না ফাওবম্বা এক্টর-ডাইরেক্টর প্রমথেশ বরুৱাগী 'মুক্তি' ফিল্ম য়েংহৌবশিং হৌজিকসু নীংশিংলমগনি মৈতৈ-পুং যৈখিবা নুপাদো। সিনেমাগী ফিজংদা ইহান-হান্না থোকখিবা মৈতৈনচানি। মা'নি, মহাক্কি ব্রজবাসী। কাছাড়গী লক্ষীপুর মনাক্তা লৈবা খুঙ্গং তোলেনখুনদা পোকখিবনি (১৯০৯)। অপোকপনা শেঙ্গম গুলাপ সিংহনি। লাইরিক লাইশু থোইনা তম্বগী খুদোংচাবা ফংখিদে। লক্ষীপুর এম. ই. স্কুলদা মাইনার ফাওবা তম্লগা মশানা পামজবা জগোই ঈশৈ তম্বা মণিপুরদা চৎখি। মণিপুরদগী হল্লক্লগা মতম খরা জগোইগী বাসধাবী ওইদুনা অমসুং খুবাক ঈশৈ তম্বিদুনা লেনখি।

মতাং অসিদা শিলচরগী ইলেকট্রিক সপ্লাই কোম্পানীগী মপূ ববোদা দাসকা ব্রজবাসীগা শকখঙ মায়খঙনখি। কলা অমসুং সংস্কৃতি পামজবা অমসুং যোকখৎচবা মীশক্কি ববোদা দাস। মতম অদুগী বাংলা লৈবাক্কী মশক নাইবা মীওইশিংগী থুংফম-চাফমনি মহাক্কী ময়ূম। অদুগুম্বা মীশক ববোদা দাসকা লোয়ননা ব্রজবাসীনা মৈতৈ জগোইগী কাঙবু অমা পুদুনা কলকাতাদা চৎলি অমসুং নিউ এম্পায়ারদা জগোই রাস উৎলি (১৯৩৫)। মসিনা কলকাতাদা মৈতৈনা উৎপা জগোই রাস অহানবনি হায়। মফম অসিদা মহাক্না উদয় শঙ্করগা খঙনখি। কলাকাবনা কলাকারগী মগুণ খংখি। উদয় শঙ্করনা কন্না হায়বদগী ব্রজবাসী মহাক্কী কাঙবুদা য়াওখি। মতম খরা মতুংদা উদয় শঙ্করনা মহাক্কী কাঙবু পুদুনা পৃথিবী কোয়না চৎপদা ব্রজবাসীসু য়াওনবা বোম্বে তান্না লোয়নরুই। অদুবু মশা শুম্রক্তবদগী হল্লকপা তাখি।

কলকাতাদা হল্লক্লবা মতুংদা বেঙ্গল মিউজিক কোলেজগী মণিপুর জগোইগী ওজা ওইদুনা লৈখি। মতাং অসিদা ভারতকী মরূ ওইবা মফম কয়াদা চৎতুনা মহাক্না মণিপুরী জগোই উৎখি অমসুং কনফরেন্স কয়াদা মণিপুরী জগোইগী মরমদা ৱা ঙাঙখি। মতুংদা 'নৃত্যবিতান' কৌবা জগোই-স্কুল অমসু লিংখৎলম্মী অমসুং শিষ্য কয়া শেমগৎলম্মী। মখোয়গী মনুংদা মণিপুরী জগোইগী লমদা মশক নাইবা মীশক কয়া হৌজিকসু য়াওরি।

মপান্দা মণিপুরী জগোই শন্দোকপদা অচৌবা থৌদাং লৌবম্বা গুরু ব্রজবাসীনা লৈখিদ্রবা মতুংদা মহাক্কী লৈফম বানী শক্সবী লেনদা চংলুই। অহন ওইরবী মহাক্কী লোয়নবীদো ঐনা অঙাং ওইর্বিঙৈদা উখিবা শকফম অদুদগী পংহোং হোংলমম্রি, কুচু-কুমেন অদুম পাল্লম্মী, মশক-মতৌ অদুম ফজবম্মী, খবা হেন্না নোয়খোকপা অদুতনি।

ৱাবী হৌদোকপগা হায়বর্কখি- ঐঙোন্দা ইম্মান কৌ। নপাখোয় ঐখোয় অঙাং ওইর্বিঙৈদা শান্নমিন্নবকই, ঐনদি খবা হল্লি। ঐসু নোংথোম্বম নিংঙোলগী মচানিনে।

মতাং অমদা হায়বর্কখি— ঐদিনে মখোযগী অসিদা শিজনীংদেকো। সংস্কারবনি হাযদুনা হকচাং তুম্নোই তুমদবোই, শোবাংনি হাযদুনা মখোযগী বাংগালীগী ...। শ্রাদ্ধদা ঐখোয মৈতৈগী সংকীর্তন-ককা তৌবদো ঐদি পামজখ্রে, ঈশ্বরগী খৃযা ফংগদবোই খল্লি। নপনসু মদু পামর্জখিবনি।

ইম্মান থম্বাল মহাক্কা নীংঙ্গবদো থুংখি। চহী খবা মতংদা মপাম লমদমদা লাক্রুপা লৈখদে।



সুশিলা সেন

*সুশীলা সেন* মহাক অসি মৈতৈ চনুনি হাযবা গা অযাম্না খঙনদে। অদুবু মহাক্কী ঈশ কযা গ্রামোফোন রেকর্ডতা যাম্না পাম্নবা তানখি। মহাক্কী 'বেণ বাজে বন মাঝে', 'সখি, ঐ সে নিরব কালা' নচিংবা ঈশৈ হাযবা ঈশৈ অদ তাহৌবশিংনদি মহাকপ শোযদনা নীংশিংগনি। অঙাং ওইর্বিঙৈদা গ্রামোফোন রেকোর্ডতা মহাক্কী ঈশৈ কযা তাখি। খবমনা হাযখি মহাক অসি বাংগালীনি খবমনা হাযখি মৈতৈনি, খবমনা হাযখি বিষ্ণুপ্রিযানি। চহী খবা লৈবগা গ্রামোফোনদা মহাক্কী শাসোক 'যাও যাও যাও নিঠুর কলা, চন্দ্রাবলী কুঞ্জে থেকে' তাকুবদগী মহাক অসি বাংগালী নত্তে হাযবদুর্মদি খঙখি।



কনাগুম্বনা হাযনৈ, মহাক অসি মৈতৈ নুপীনি বাংগালীদা মযূম পানখিবী। পূম্নমক ভাবনা শাবা ঙাক্তনি। তশেংবদি সুশীলা সেন মৈতৈ চনুনি। অদুবু মহাক্কী পোক্লফমদি কদায়দনো চপ চানা হাযবা ঙমদে। খবমনা হায মতম অদগী সিলোট জিলাগী মনুংদনি, খবমনা হাযখি ত্রিপুরাদনি। ত্রিপুরাগী খোঙচৎ অমদা মহাক্কী মবী মখোঙ থিননবা ঐসু লাক্লখি। মহাক্কী মবী-মতা থোক্লবা মীশক খববুদি থেংনখি। অদুবু মখোযসু মহাক্কী মবমদা মবীক চুম্না ৱাবী ৱাখোঙদি

পীবা ওমখিদে। মসিমদি চুপ্রে — ত্রিপুরাদা হৌজিকসু মিংগী মতুংদা সেন, দত্ত - অসিনচিংবা ইরিবা কাওবু অসিগী নিঙোলনি সুশীলা সেন। সেন, দত্ত - ইরিবা কাওবু অসি মৈতৈগী কীর্তনিয়া হায়বা কাওলুপ অদুনি। মণিপুরদসু হোংলক্তুনা লৈরে।

সুশীলা সেনগী গ্রামোফোন বেকোর্ডশিংদা, ময়ামগী চিংনবা কোক্লনবা হায়দুনা ওইবা তাই, মহাক্কী মমিং অসি 'সুশীলা সেন (মণিপুবী)' হায়না ই। কীর্তন শকপদতা নত্তে মহাক্না ফাওখিবসি, বাংলাগী লোক-সংগীত (ফোক সোং) শকপদসুনি। মতম অমদা কলকাতাদা সুশীলা সেনগা শচীন দেববর্মনগা ঈশৈ শক্কনি হায়ববদি টিকেট ফংনদে হায়না মতম অদুগী কলকাতাদা লৈবা ছাত্র ডাক্তব নাম্রম সুকুমাব অমসুং কবি লাইশ্রম সমবেন্দ্রনা হায। ববীন্দ্রনাথ ঠাকুবনা মহাক্কী ঈশৈ তাবদা অমদি জগোই উবদা পেনখি অমসুং থাগৎপিবগা লোযননা মায পাকপা ওইযু হায়না আশীর্বাদ তৌখি। মতম অদো শচীন দেববর্মন্না 'কুমাব শচীন দেব' হাযনা ফাওবকপা মতমনি। শচীনসু মৈতৈ নিঙোল মচানি।

ত্রিপুবাদগী তাবকপা পাউনি—মবক মবক্তা হৌজিকস্ আকাশবাণী কলকতাদগী সুশীলা সেনগী কীর্তন অমসুং লোক-সংগীত থাবকই। আকাশবাণী ইম্ফালনা মহাক্কী বেকোর্ডশিং অসি খোমজিনবিদুনা নৎত্রগা আকাশবাণী কলকাতাদগী লৌবিদুনা মবক মবক্তা থাদোকপিবক্রবদি কলাকাব অসিবু নীংশিংবগা লোযননা মঙোন্দা পীফম থোকপা ইকায-খুম্নবদো পীবা ওইনা থোক্কনি।

## থাজবা খরা থাজদবা খরা

মেট্রিক থাবা চহীদুদনি পাণ্ডাশিংগা ঐগা অহানবা থেঙ্গাইনবসে। ঙসিদগী চহী নীফুমঙা-তরুকলোম্নগী মমাঙগী ব্রানি। গৌহাটি চৎলবনিনা কামাখ্যা খুকল্বা হায়বসি তৌফম থোকপা অমনি। যুমদগীসু অহন-লমন্না হাযবক্রিবনি। মতম অদো হৌজিক্কী অসুম হাযনা কামাখ্যা চীংদোন ফাওবা গাডী লম্বীগী মঙ মঙম্রি। চপ ঙম্বা লম্বীদা খোঙনা কাবিবনি শদৌ থোংবমখৈ নুংশাসোব থবেৎ-থবেৎ হোন্দুনা - পুণ্য ফংবগী আশাদা, কামাখ্যা ইমাইবেম্মনা বোব পীবক্কনি হায়বগী থাজবদা।

চীংদোন মৌফাৎত্রি পাণ্ডা ময়াম ওমশিল্লকই, খুদাং পায়বা য়াওবকই, ফুবিংকী ফিজী চিংবা য়াওবকই - 'লাউ ঐগা চৎসি লাউ, ঐ পুবিগে, খুনু কংকদৌবিববা, শঙ্গোম কংকদৌবিবা, তর্পোন তৌগদৌবিবা ?' বাংলা আসামী মৈতৈবোল পুংয়ান-য়ান্নবা লোন্দা হায়বকপসু য়াওই - 'মণিপুবগী মহাবাজ চূড়াচান্দনা হাপ্লম্বা ব্রাহ্মণনি, অতৈসিদি শেন লৌথোক্নদগী থোক-থাক ঙাক্তনি, মন্দিবগী আ মনুং মৌনা পুশিনবিগনি, শেন য়াম্না চঙহন্নোই, অদুক খক্তনি .... ।'

লোনগা খরা নীংথিনা ফাওনদবনে শাউনীংবনা লুতোন কাখৎলকই। অসি ওইরে তীর্থগী কাক হায়বদো — লাক্নদগী, মুনগদগী, ফোয়গদগী - মরু ফাওবা কোকথোক্নুনা হেক লৈহৌই হায়বদো চুম্বা জাৎনি খরা পঙবা যাত্রীশিংদগীদি। নীংশিংলকই রবীন্দ্রনাথকী শৈরেং মতেক অদো, জগৎ মপূ জগন্নাথগী লৈফম শেংলবা তীর্থ শ্রীধাম ক্ষেত্রদা হেক য়ৌবগা থেংনবদা ইখিবদো - চপ চানদি নীংশিংদ্রে, অসুম্না ওইরমাল্লে

ওয়দসু পাণ্ডা য়েৎতসু পাণ্ডা
মাঙদসু পাণ্ডা তুংদসু পাণ্ডা
কদায়দা লৈরিবগে ঈশ্বর নঙনা ?
থব্রায় থাগদৌরি ভক্ত ঐদি ।

লুপা তবা পীয়ু লোইনা শীনবিগে হায়রম্বা পাণ্ডাদো খরা খরা অসুম তাথরকই - লুপা তরেৎ, লুপা মঙা, লুপা অনী। খল্লকই, কামাখ্যাগী বোর অসিবু লুপা তরেৎকী, মঙাগী, অনীগী তম্বা জাৎ ওইরে। শাউনীংদুনা খুমই পাণ্ডাদুদা - 'লুপা অনীদি লায়রদুনা অমা ফাওবা পীরোই, পৈশা সিকি অমখক কামাখ্যাগী পুখ্রিসিদা লংশিল্লম্মগা লাপ্পা অসুম খুরুম্নগা লোইরে ।'

পাণ্ডা অদো শাউনা চৎখি, চৈবম্মী 'লাই থাজদবা নাস্তিক নখোয়না মফম অসিদা কৈদৌনবা লাক্লিবা ?'

য়ুমদা হল্লক্লগা ইখি রম্য-রচনাগী ষ্টাইলদা 'কামাখ্যা দর্শন'- কামাখ্যা ইমাইবেম্মগী মনাক য়ৌরুরগা চঙশিন্দুনা দর্শন তৌরক্তবগী ৱারীদো ।

মদুদগী তীর্থশিংগা ঐগা মরী মতম কুইনা লৈনখিদে । হোয়, চহী কুনমুক মতুংদা ঐবু অমুক চিংশিনবিরকখি। লাপ্পা, য়াম্না লাপ্পা হরিদ্বার অমসুং ঋষিকেশনা। পাণ্ডাশিংগী উৎপাত থোইনা লৈতবা লাইফম অনীদুনা ঐঙোন্দা নুংঙাইবা ফাওহনখি। ঋষিকেশতা লস্‌মন ঝুলা লাম্ছোক্লগা চিক্লবা হিমালয চীংখোঙদা লৈনীংলকখি, পৃক্লিংগী শান্তি হায়বদো ফংগদবোই খল্লকখি । নুংঙাইতবদি চহী কুনলোম মতুংদা অমুক হন্না চৎপা মতমদদি মহৌশাগী শান্তিগী লমদম অদো মাঙলম্মে; মন্দিরগী মন্দির ঙাক্তা ঙায়রম্রে, মহৌশাগী অচীকপা থুগাইদুনা টেপ-রেকোর্দতা বোম্বেগী ফিল্ম ঈশৈনা পৃংনিল নিল্লম্মে।

মৈতৈমচা ওইনা পোক্লবনিনা বৃন্দাবন, নবদ্বীপ অমসুং ক্ষেত্র য়ৌনীংবা হায়বসি মশানা তাবনি। বৃন্দাবন অমদি নবদ্বীপতা তীর্থগী শাথীবা কাক থোইনা থেংনরকখিদে।

হোয়, রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা খুদোংথীবা নংখিবা পুরীদদি হৌজিকসু পাণ্ডাগী উৎপাত কল্লি । তৌবতবু ঐখোয়দা কন্না হাইজিল্লকপদি ঙমখিদে । পুরীদা খোঙচৎ কয়ারক চৎখিবদো ওফিসকী থবক্তা মরী লৈননা চৎপনিনা মফম অদুগী অঙম-অথৌশিংনা মাঙজৌননা পাউ পীদুনা লোইনা শীনবিখি। অদুমক্তদা খজিক্তং তাঞ্জা ফংবদা পাইশিল্লকখি পাণ্ডাশিংদো, কাপশিল্লকখি তেন- 'নখোয়বু লম কোয়বা লাক্লিবরা লাই খুরুম্বা লাক্লিবরা ? মপোক কয়া লাই নীংদুনসু শ্রীজগন্নাথকী দর্শন হেক ফংবা য়াবা নত্তে ।' পাণ্ডাশিংদো

খারবা মিংয়েংনা য়েংলদ্রগা চৎখি শেন পংতিং তিংদনা ঐখোয়না ভগবান জগন্নাথ দর্শন ফংজবদো উবদা ।

য়াম্না শাউনীংবা অমসুং নোক্নীংবা অমা থোকখি মীনাক্ষী মন্দিরদা। ইচানুপীগী মিংচনবা চৎপনি মাদুরাইদা। নোংম-নীনি পন্থুনা লৈবদুদা মীনাক্ষী মন্দির য়েংবা চৎমিম্নে। খা-ভারতকীদি ফাওরিবা মন্দিরনি, ব্রাং-চাউবদা, ফজবদা। মন্দিরগী অকোয়বদা ঙাইহাক কোয়রুরগা লাই খুরুম্বা চঙই । খরা চঙলগা থোঙজিন্দা মুশিন মুবা নোম্ন পেল্লবা মরু তংখায় কোকপা ব্রাহ্মণ অদুনা মখূৎ শৎ তিংথোরক্লুনা থৎলে, 'চঙবা য়ারোই।' ঐনা হংঙি, 'করিগী ?' 'হিন্দু নত্তনা অতৈ চঙবা য়াদে', মহাক্না খুম্লকই ।

'ঐ হিন্দু নত্তে হায়বসি নঙ করম্না খঙই ?'

'নঙ জাপান মচানি ।'

'জপান মচাদি হিন্দু ওইবা য়াদ্রা ?'

খঙনীং নীংশিংলকই ঐ লিক-লুকুন শিবিনা । শৎ শৎতোক্লুনা লিক-লুকুন অদো উৎলি ।

নুপা অদো হাইফেৎ ঙকচানখি, হায়রকখি - 'য়াবনি চঙবিরো ।' খল্লমগনি জাপানদসু হিন্দু লৈবা জাৎ ওইরে। দেবী মীনাক্ষী মহাক্লুদি করি খল্লমগনি ? মহাকপু হিন্দু মুস্লিম খৃষ্টান খায়বা জাৎলা ?

ভারতকী খ্বাইদগী ইনাক খুনবা লাইসি তিকপতিনি হায়নে । টাটা-বিরলাগা মাগা কনানা হেনবা হায়বদুদি খঙদে । মতীক মগুণ লৈবা লাইনি, মঙোন্দা নীংবু নীংলবদি থুংদবা লৈতে হায়নবিবনি । অদুনা ভারতকী রাষ্ট্রপতি কয়া, প্রধান মন্ত্রী কয়া, চুম্নগী মন্ত্রী কয়া, ফম হেক কাবগা চেল্লিবনি ইবুঙো মাগী মনাক্তা, হৈথরুরিবনি শেন খাউজাউ খাউজাউ নীংবা থুংহনবগী তৌবিমল খঙবা উৎপা ওইনা । মতীক মগুণ লৈবগী মতীক তৌবসু ঙমই - স্কুল কোলেজ মচা-মশৃদগী হৌদুনা মেডিকেল কোলেজ, হোসপিতাল, ইঞ্জিনিয়ারিং কোলেজ লিংখৎলি, ইউনিভর্সিটি ফাওবসু লিংখৎলি।

ঐসু চৎলুই তালোই অমদি ইচানুপীগা লোয়ননা মাবু দর্শন ফংজনীংদুনা, নীংবা শোয়দনা থুংহনবিগনি হায়বগী আশাদা। নোং ঙানফুং ঙানফুংদা মন্দিরগী চীংদোনদা থুংলুই। অদুক ঙল্লিঙৈদগী হৌনা মীনা চিৎন-চায়নবা ঙম্নরমদ্রে। মাবু দর্শন তৌগে হায়রদি টিকেট ককপা তাই - টিকেটকী মমল লুপা ১০, ২০, ৫০, ১০০ ....কয়া ফাওবা লৈবনোদি খঙদে। শেন য়াম্না পীদুনা টিকেট কক্লবদি ঈশ্বর ফংবগী লম্বী শমই, মতম চঙলোই। শেন য়ামদ্রগনা লম্বী কোইগনি, মতম চঙগনি। ইবুঙো মানদি শীনবা ওইরম্লোই ।

খরা ইন্নবা ফগদবমাল্লে খন্দুনা মমল খরা য়াম্না পীবা টিকেট কক্লে। অদুবু মদুদসু মী অদুম য়ামই। লুপা ১০ গী পরেং অদুদি লোইরে। হায়দুনা কান্নদে, ঙাইহাক অমুক চৎ ঙাইহাক অমুক ফম তৌদুনা পৃং অনী-হুম মতুংদা উচিন-নাচিন্না মন্দির মমাঙ য়ৌবে। অদুগদি কদায়, খৃরু-খৃদক কৃন্দুনা খুরুম্বগী মতম ফাওবা পীদে,

**খূৎ অনী লোম্নবা নংহৌদে - 'চৎলো চৎলো লেপকনু ময়াম চঙলকইসে উগ্রা' হায়দুনা অদুম .... ।**

**ওহ্নোকপনি ইবুঙো ! নঙনা ঐবু উহৌরিগদ্রা খঙদে । ঐনদি নঙবু উরক্রে । হোয়, অচৌ অশাংশিং অদুগী মনীংদি নঙনা থুংহল্লব্রা য়াই । অদুবু ঐখোয়গীতা নত্তে, ঐখোয়গুম্বা মশীং লাকওমদ্রবা লাইরবা মীচম কয়াগীসু মনীংদি থুংহনবা নঙনা ওমখিদে ।**

## কাছাড়দা অদুঙৈগী য়াওশঙ

হৌজিক্কী মতমদা ওইরগদি চৈ চাগদবা কোক্কাই-লুকাইবা য়াবা থবক্তি পাখংমচা ফারকপগী অদুৱাইদা তৌখিবদো। য়াউশঙদা পাখং-লৈশাবী আবির তৈনবা, চাকচা হৈজানবা, থাবল চোংবা, লিক্কোন শান্নবা হায়বসি মতম অদুদা কন্না চৎরম্মী। হৌজিকসু খরবুদি চৎনরি, অদুবু চাংদি য়াম্না হন্থরে ।

য়াউশঙদা লিক্কোন শান্নবনা থাবল চোংবীদগীদি লৈশাবী-পাখংশিংনা হেন্না পাম্নরম্মী। পাখংমচাশিংগী শেনসু লিক্কোন শান্নবদনা হেন্না তেকই । মচানুপা পাখং ফাবক্রবদি মচাগী য়াউশঙ-শেন পীবা ঙম্লনবা কোৎকী ফৌ ফাওবা মমা-মপানা তাইথোক্লবিবনি। থাবলচোংবীদি মতম অদুদা শেন থোইনা চঙদে। ঈশৈ-হনবা অমগা ধুলোক অমগা থিরুবগা লোইরে, বেণ্ড পার্টি চৎনদ্রি ।

কোক্কাই-লুকাইরম্বা য়াবা থৌদোক অদুদা লাকচরগে । ঐখোয়গী খুনদো খুঞ্জাওনিনা লৈকাই মরি-মঙা শুই । লৈশাবী পাখংশিংনা লৈকাই হোংল-হোংলদুনা লিক্কোন শান্নে। নোংমদি লিক্কোন শান্নফম অমদা ঐখোয় মরি-মঙা হৌরগা চৎলি। লিক্কোন য়াওবা নৎত্রগা য়েংবা নত্তে, লিক্কোন থুগাইবনি । সমাজ-সংস্কারগী ৱাখলদা অকি-অখং লৈবক্তবা মতাংনি । অহন-লমন্না হায়নবা য়াওরকপ্রবনি, মখোয় অসি খরা লৈরদি খৃষ্টান নৎত্রগা অপোকপা চঙখিগদৌরিবনি ।

য়ুমজাউ অদুগী পাক্রবা মাঙ্গোল অদুদা পাখং-লৈশাবী ময়াম কোয়শিন্দুনা লিক্কোন শান্নরম্মী । ময়ায়দা শেঙ্গা অমদা আবির থল্লি । আবির অদু লৌরগা তৈবা য়াই, পাখংনা তৈরগদি অঙম্বা শেন থাদনগদৌরিবনি লৈশাবী মমাঙদা গপকা লোয়ননা । মাঙ্গোনগী মচী অমদা নুপা অমনা গ্রামোফোন খোংলি । ঙাংবম নিমাইগী ঈশৈ—*নুংশিগী চৈনাদি খাঙবদা কেমজৈ...* কন্না ফাওবা মতম্নি । শুমাঙদা চৌকি খরা থারি লিক্কোন য়েংবা লাকপশিং ফম্লনবা। চৌকিদুদা ফমগেসু য়াই, চঙশিন্দুনা লিক্কোন য়াওগেসু য়াই । ঐখোয়দি লিক্কোন য়াওগে হায়না লাক্তবনিনা চৌকিশিংদুদা ফমথরে । ঙাইহাক লৈরগা চাউরবা শেঙ্গা অমদা কা-পানা ফজনা শেমদুনা লৈশাবী অনীনা ঐখোয়দা লাম্লম্মগা শান্নফমদা চঙখ্রে । শেঙ্গা অমদা আবিবসু য়াওরি । করি তৌসিগে তৃমিন্না

ঐখোয় খয়ে । আবিরদি তৈরোই ঐখোয়, ফুরিৎ খাউদা য়াওনবা খরা খায়নদুনা লুপা তরাখক শেঙ্গাদা থাদরে। ঙাইহাক লৈরগা শেঙ্গাদো লৌশিনখ্রগা ঐখোয়না থাদখিবা লুপা তরা অদুগী মথক্তা লুপা কুন অমগমুক হাপ্তুনা শেঙ্গাদো লৈশাবী মচাশিংদুনা লানশিন্নরে। ভাব তাই, ঐখোয়না থাদখিবা লুপা তরা অদুনা লাল্লিবা ক্যা-পানা অদুগী মমায় ঙাক্রে, মতীক চাদে । অদুনা শেঙ্গাদা পূন্না হন্দোরক্লিবা লুপা কুনথ্রা অসিগুম্বা অমগা থাদবা তাই । পংকুই কুইনা ফমথরমদ্রে ঐখোয়, মিৎচি খৎনরগা শেঙ্গাদগী লুপা কুনথ্রাদু পায়খৎলগা ফুক হৌগৎতুনা লাক্লে ।

খঙদে করিগীনো নুমিৎ অদো ঐখোয়না চৈ চাখিদবদো । জোন-কনবা ইমুংগী মচা মশৃশিংনি হায়দুনা তৌবরা । নৎত্রগা লাইরিক-লাইশু তম্লিবা অঙাংশিংনি হায়দুনা মাফ তৌবিখিবরা খঙদে। ঐখোয়না চোঙলম চাদ্রিবসু, মীগী পৈশা অদো হন্দোকপিখিগে হায়দি লৈত্রদুনা, নোংঙাল্লগা শেন খরদুনা চাক চান্নখি ।

য়াউশঙগী লিক্লোনদা শেন থাদবগী ব্রারী মতম অদুদা জাৎ জাৎ তাখি। অতোপ্পা খুন অমগী ব্রানি, পাখং মচা অমদা ক্যা-পানা লাল্লকপদা লুপা য়াংখৈ থাদে হায় । মতম অদুগী য়াংখৈ হায়বসি চাউরবনি । লৈশাবী অদুনা মঙক্তা শিবা লিক অদো লৌথোক্তুনা শেঙ্গা অদু হল্লকখি । পাখংমচা অদুসু খরদি গপ তৌবা জাৎনি । ময়ূমদা তনচৎ চৎখ্রগা লুপা চানি য়াংখৈ লৌরুরগা লিক্লোন শান্নফম অদুদা চঙদুনা লৈশাবী অদুগী মতম্বাক্তা লুপা চানি-য়াংখৈ অদো শৎ শৎ থিখি হায় । খরা লৈরগদি পাখং অদুনা লৈশাবী অদু চেনখি ।

মসিনা য়াউশঙগী লিক্লোনগী ব্রারীনি । কাছাড়দা লৌরোক পাম্ভা লোইরগদি মৈতৈ-পাঙলশিংনা ফাগি তৌই, মৈতৈগী চীনথী-পাম্ভাগা হূরান-পাম্ভাগা লাক্লেনি। ঐখোয় শাউনদে, ফাগিনি হায়না লৌনে। মৈতৈশিংনা মৈতৈ পাঙলশিংদা ফাগি তৌবা কয়াসু লৈ । পূকখা-লিনখা থানদে ।

চীনথী-পাম্ভা হায়বসিনা লাই-হরাওবগী মতম হায়বনি । মতম অদুদা লাই হরাওবসি কাছাড়দদি অকামপেৎ যাম্না ঙাংই, মক্ত ওইনা নুমিদাং অথেঙবদা তাংখুল থোকপা নুমিৎতা; হূরান-পাম্ভা হায়বসিনা অঙাংশিংনা য়াওশঙগী পোৎ-চৈ হূরানবা মতম হায়বনি।

য়াউশঙ হয়েংনি হায়বগী মমাঙগী নুমিদাংদা অঙাংশিংনা য়াউশঙ শানবা ই-ব্রা-চরুখোক হূরাল্লি, য়েনশাং নাপী হূরান্নবসু য়াওই। করিগুম্বা মতমদা পাখং-লৈশাবীশিংসু পোৎচৈ হূরান্নবসিদা যাওই ।

নোংঙাল্লগা লৌবুক নৎত্রগা লম্হাংদা অহনশিং য়াওনা য়াউশঙ শাই । ই-ব্রা কোন্নদ্রগনা অরৈ-অরৈবা যূম যূমদগী পুথোক্লে । নুমিৎনা মরানয়াইদা চঙখ্রবা মতম পূর্ণিমাগী থাজনা নোংপোকলোমদা তরং তরং হন্দোরকপা কান্দা মহাপ্রভুগী মূর্তি লেঙথোরক্তুনা আরতিনচিংবা কৎপা লোইরগা য়াওশঙ মৈ থায় ।

য়াউশঙ মৈ থাবা হেক লোইবগা অঙাংমচাশিং মী অনী-হুম অনী-হুম পূনশিন্নদুনা

শেংগাও অঙাংবা (মবোক নৎত্রগা মমাগী) নৎত্রগা খাউ পায়দুনা 'হরিবোলো, হে হোরি' লাউর-লাউরদুনা ভিক্ষা নিবা কোয়চেন চেল্লি। মণিপুরদা নাক-থেংবা লাক্লি হায়না হায়নবা অসুম হায়না হায়নদে। ভিক্ষাদি চেঙ ওইনা হাপনৈ, পৈশা অঙাংবী অম-ককা কনাগুম্বনা হাপ্পিরক্রবদি য়াম্না হাপ্পবোই নীংই। নোংঙাল্লগা অয়ুক চুপ্পদুমা অতোপ্পা খুনশিংদা চৎতুনা ভিক্ষা নিবা চৎকদৌরিবনি।

নুমিৎ য়ুংবা মতুংদগীদি মৌ অমদি হনুবীশিংগী পালিনি। মখোয়দি চেঙ নিদে, পৈশা ওইনা নি - 'মহাপ্রভুজম্মগী হরি হরিবোলা, হে হোরি' হায়বা খোঞ্জেলনা পৃংনিল নিল্লি। নুমিৎ হেক তাবগা পাখংমচাদগী হৌরদুনা হনুব-হনুবী ফাওবগী অমুক পালি— চেঙ নৎত্রগা পৈশা।

আবির তৈনরবসু পেসকারীদি থোইনা কাপ্পদে। মঙানিশুবা নুমিৎতা পাখং-লৈশাবী লৈখোম তৈনব-চাইনবসিসু চৎনরম্মী। হোলিসু চাউনা চাউনা তৌনরম্মী। করি করিগুম্বা মতমদা স্কুল লিংখৎপদা শেন নিবা ওইনা লাপ্প-লাপ্পবা খুনদা ইনাক-কৈরাক খুনবা য়ুম খল্লগা হোলি চৎনবসু য়াওরম্মী।

চাক চান্নবসিদি অমুক্ত-ককা নত্তে। কাছাড়দা চাকচা-হৈজানববু ভন্দ্রা চান্নবা কৌই। অঙাংনা অঙাংশিংগী, অহন্না অহনশিংগী ভন্দ্রা; লৈশাবী-পাখংনা মখোয় মখোয়গী ঈরাং-ফরাং য়াওবা মওংদা। খরা খরা রাগ লৈনবা পাখং-লৈশাবী ওইরবদি লাপ্প-লাপ্পবা খুন্দগী পাখংশিং ফাওবা বার্তোন তৌনৈ।

হৌজিক্তি য়াম্না হোংখ্রে। য়াউশঙগী ঈরাং লৈতবা খুনসু ফনা য়ামশিল্লক্লে। ভিক্ষা নিবগী চাং হন্থখ্রে, হোলি পংতৌ তৌনখিদ্রে, লিক্কোনদি শৃকশানবু শান্নখিদ্রে। থাবলদি চোংলি, অদুবু ঈশৈ-ধুলোক্কী মহৎতা বেগু পার্টিনা মহুৎ শিনখ্রে।

## ঙাঙ্নরমখিগদ্রা ইমুংদো মৈতৈরোল

চহী তরামুক মমাঙদনি। নোংমা বিষ্ণুপুরদগী বস তোংদুনা লাকমিন্নখি অহন অদো। নিংথৌখোংগীনি, সমাজসেবী অমা ওইনা লৈবাক্লা শকখঙ-মায়খঙনবা মীশক্তি। ঐবু লুনা তৌবি। চহীগী খেন্নবা য়াম্না লৈরবসু নুংশিবিদুনা করিমতা কোইদনা ঐঙোন্দা হেক হেক 'আপনা' হায়না কৌই। ব্বারী শামিন্নবা য়াম্না নুংঙাই, ঙাঙবদা তাবসু য়াম্না নুংঙাই, অহন-অঙাং নাইদনা তিন্নবা হৈ।

গাড়ী মনুংদা ব্বারী শানা-শানা মহাক্লা হায়রকই, 'করিনো আপনাখোয়না তৌবিরিবসিবু, ঐখোয়দি হায়ফম খঙদ্রে। মৈতৈগা বিষ্ণুপ্রিয়াগা তৌনরিবসিদা ঐখোয়দি মরী তৎনরে। পাথারকান্দিদা ঐখোয়গী ইনাওশিং লৈরি। হান্নদি তোয়না লাক্রম্মী, ঐখোয়সু চৎলম্মী। হৌজিক্তি তৌনরিবসিদা হঙ্গোইরমাল্লে লাকখিদ্রে, ঐখোয়সু চৎত্রে।'

ব্রাদো তাবদা ঐঙোন্দা য়াম্না নুংঙাইতবা অমা ফাওখি। অদুবু হায়ফমদি খঙখিদে। লোনগী ব্রাহৌদা মচীন-মনাওগী মরী থদৎপিরবনিকো, তৎনরবনিকো! হায়বা ঙমখিদে মঙোন্দা — ঐদি পামদে মখোয়না খৎনরিবসি, ঐনা পাম্বদি পুনশিনবনি, করম হায়না পুনশিন্নবা তৌসিগে হায়বদুনি। অদুবু সমুদ্রগী অঙাওবা ঈরাওখোল মরক্তা চেক্লা অম-নীগী খোঞ্জেল কনানা তাবিগনি?

পাথারকান্দি হায়বসি বিষ্ণুপ্রিয়ানা মৈতৈদগী মশীং য়াম্না হেন্না তাবা লমনি। ঐসু চৎলুই চহী কুনগ্রামরি-মঙারোম মমাঙদা। মতম অদুদা মৈতৈগা বিষ্ণুপ্রিয়াগা থাঙ কন্না হাইনদ্রি। মফম অদুগী হাইয়ার সেকেণ্ডারি স্কুলদা ওজা ওইবা ঐগী মরূপ চুনীলাল উন্নবা চৎপনি। মহাক বিষ্ণুপ্রিয়া খুন্না ইকোয় কোয়শিন্না তাবা মৈতৈ খুন অমদা নিংথেম-মচা অমগী যূমদা লৈরম্মী, খুন অদুসু পংচাউ চাউদে। বিষ্ণুপ্রিয়া খুন ঙাক্তনিনা মৈতৈরোল থোকপা বিষ্ণুপ্রিয়া পংয়াও য়াওদে। অদুবু মৈতৈগা বিষ্ণুপ্রিয়াগদি ব্যবহার ফজনা অদুম তৌনৈ। নিংথেম-মচা অদুবুদি লাইদৌনা খম্নে।

নোংমা মরূপ অদুনা বিষ্ণুপ্রিয়া যূম অমদা চৎলুসি হায়দুনা ঐখোয় অনী চৎলি। মাঙ্গোনগী ফমেনদা ফমদুনা অহন অমা অয়ুক অদুদা চন্দোন চন্না ঙৌরোক ঙৌনা থিন্দুনা হিদাকপু চিংদুনা লৈরম্মী। ঐগী মরূপ অদুনা খুরুম্না অদুদা ঐসু খুরুমই।

ঐখোয়বু ফমহল্লগা করিমতা খোইদবা মৈতৈরোলদা হংলকই, 'কনানো ইবুঙোসিদি?'

'উজান লমগীনি। হৌজিক্তা মণিপুরদা থবক তৌদুনা লৈরি।' পাথারকান্দি-জাবিরবোন কাঙবুনা শিলচর-লক্ষীপুর মাইকৈবু উজানলম কৌই।

'নহাক্তি ওহ্নোক্তা নরাইবক ফগ্রেদা ইবুঙো। শ্রীগোবিন্দগী লৈবাক্তা লৈবা ফংজরে। নহানমুক্কী মপোক্তা কর্ম ফরক্তুনা তৌরিবনি। ঐখোয়দি অনীরক হুন্না শ্রীগোবিন্দগী দর্শন ফংদনা অসুম তোকপা তারমাল্লে।' অদুদগী ইমুংলোমদা ওনশিন্দুনা তানবা হায়, 'কনা কনা লৈ নখোয়বু? মণিপুর সনালৈবাক্তগী ইবুঙো অমা লেংঙক্রি, চা পুথোরকউ।'

মৌনহা অমা থোরকই। মমৌনুগী ওইরম্বা য়াই। মাঙ্গোনগী মচী অমদা ঈশিং খিক্লগা ব্রাই তৈথোক্লগা চঙখি। ইমুং অসি গৌড়িয়া কনবা ওইরম্বা তাই। ব্রাই তৈথোকপা মফম অদুদা ঐখোয়গী চাদো থল্লগা হায়রকই, 'চানবদি করিমতা য়াওদ্রেদো।' মৌনহা অদুগী মৈতৈরোল অদুসু করিমতা খোইদে।

'খঙদেদা ইবুঙো, ঐখোয়না ঙাঙনরিবা লোনসি ব্যবহার ককা য়াওদে হায়দুনা নোক্লবকাদি তৌনুকো। নুংশিগ্রেদা মণিপুরদা ঙাঙনরিবা ব্রাহে খোম্ফমদো! লাইরেবাক্কী লোননিনে। ঐদি মখোয়গী ময়াংলোনসে ঙাঙদে, অঙাংশিংসু মাঙই হায়দুনা ঙাঙহনদে। অহনশিংনসু য়ারমদে। মৈতৈরোল হায়বসিদি লাইগী লোন্নি।'

যূমদুদগী থোরক্লগা ঐনা ঐগী মরূপতা হংঙি, 'মখোয়গীসিবু লুহোং-খুদোংবা থাজ-য়োনজবদি করম হায়না তৌরি?'

'মৌ থিনদি থোইনা লুদে। মৈতৈরোল খঙবা থিবা অদুম ফংঙি। ব্রারিবদি

নিঙোল থাজবসিনি । অদুনা নিঙোলশিং য়াম্না লিনা লিনা লৈ ।'

খঙদে, হৌজিকসু ইমুং অদু মৈতৈরোল ঙাঙনরমখিদ্রা ? মৈতৈশিংনসু মখোয়গা চারৌ-মৌরৌনবিদবনিনা বিষ্ণুপ্রিয়া লোন্না থোঙজিন্দা কানশিল্লন্বা য়ারে ।

বিষ্ণুপ্রিয়া খুঙ্গং ময়াম অদুগী মরক্তা লৈবা মৈতৈরোল লোনবা ইমুং অদুনা মতোমতা কয়া কুইনা খাঙলমগদৌরিবা ? পাথারকান্দিগী মতোমতা নাইতোম তাবা ইমুং অদুদি লাইরদুনা শিলচর মনাক্তা লৈবা খুঙ্গং মাছুঘাট ফাওবদা বিষ্ণুপ্রিয়া লোন কয়া হায়জিল্লে হায়বা তারে । মতম অমা লৈরম্মী, হায়রিবা বিষ্ণুপ্রিয়া খুন অসিদা বিষ্ণুপ্রিয়া লোন ঙাঙবদা লুপা য়াংখৈ জরিমানা তৌবা । স্কুলগী ছাত্র ওইরিঙেদা, চহী য়াংখৈরোম মমাঙদা, ঐসু খুন অসিদা অমুক অনীরক কোয়বা চৎলুই । বিষ্ণুপ্রিয়া লোন ঙাঙবা মীশক অমত্তা থেংনরকখিদে । অদুবু মী খোনবা হৈতবা মৈতৈনা মখোয়গা নকশিন্নবা হোৎনখিদে, চারৌ-মৌরৌ তৌনবিখিদে, মখোয়না ঙাঙবা মৈতৈরোল তারগা ফোঙনা নৎত্রগসু লোন্না লোন্না করেম কথাইনবিখি । মখোয়সু ফনা কুইনা খাঙলকখিবনি মৈতৈরোল লোন্দুনা, মৈতৈরোলবু মমারোলনি খন্দুনা ।

মতম অমদা মনোহরশাই শকপদা কাছাড় তোনু হায়না মণিপুর শীনথুংনা ফাওরম্বা ওজাদো হায়রিবা মাছুঘাট অসিদগীনি । কাছাড়দনা তোনুবাবু হায়না ফাওরম্মী । ওজা অসিনা নিমাই সন্ন্যাস, নৌকাবিলাস, সুবোল মিলন শকখিদবা কাছাড়গী মাঙোপ অমত্তা য়াওখিদে । অদুবু হৌজিক্তি বিষ্ণুপ্রিয়া ঈশৈ-ওজা অমত্তা মৈতৈগী মাঙোপতা চঙহন্দ্রে, মৈতৈগী ওজাশিংসু বিষ্ণুপ্রিয়াগী দেব-কর্মদা শকহন্দ্রে । চঙনদবসিনা কয়াম মাঙনরিবা, চঙনরগনা কয়াম কান্নগদৌরিবা কনামতা খন্নদ্রে ।

মরক মরক্তা খল্লকই, পাথারকান্দিগী বিষ্ণুপ্রিয়া ইমুং অদুবু হৌজিকসু মৈতৈরোল ঙাঙনরমখিদ্রনে !

## হকচাংদা ফি থোংবা থোংদবগী য়াওল

ওস্কার এবার্ড পীবগী থৌরমদো নুংমিদাং অথেঙবদুদা ঐখোয় অনীতা য়েংমিন্নরম্মী— ঐখোয়গী নুপীগা ঐগা । য়েংবদা নুংঙাইবা প্রোগ্রামনি । থৌরম শীনবা হৈবশিংনা শীনবসিদি অদুম ফজে, অদুম নুংঙাই । ভাবোকশিং অদুসু য়েংবদা নুংঙাই, ফিল্ম স্টারনা অয়াম্বনিনা মচুম তানা কেদুনা লাক্লবা ঙাক্তনি । নুপা অয়াম্বনা সুট-টাই তৌনরকই, অদুবু নুপী অয়াম্বদি মফি ইথোং থোংনরক্তে । শাওং-শাদা ফজবী লৈশাবী মৌনহা মৌয়াং-থাংশিং অদুগী উৎনীংবা অমগা য়াওনা উৎপা হকচাং কায়াংকী শরুকশিংদু য়েংবদা নুংঙাই, মিৎয়েং অমদি পূক্লিং অনীমক শুক্কৎলি ।

তৃমিন্না ফমদুনা য়েংববুদি মরক মরক্তা কমেন্টরি য়াওবা হায়বসিসু মনুংঙাইবনিনা

ঐনা ফাগি তৌই - নুপীশিংসিনা ফি ভুপাবা মচেৎ অম-মম্নতং লিৎলিবসি করিগীনো খঙব্রা ? নুপীনা ঐঙোন্দা খারপ য়েংলকই, অদুদগী নোকফেৎ অমুক তৌরকই। ব্রাহংদুগী পাউখুম মহাক্না পীরক্রবদুদা ঐনা অদুম পীরে—মখোয়গী লৈবাক্তা নুপীগী শেৎন-চানবা ফি য়াম্না তাঙবা অদুননি ।

ব্রাফম অসিমক ঐনা নোংমা ঐগী নুপী-মরূপ অমদা ফাগি-ফরাং ব্রারী শান্নবদা হায়। মহাক্না মোত ফোঙদোরকই —ওজাগী ইকোনোমিক ইন্টরপ্রিটেসন ওফ নিউডিটিগী থিওরি অসিদি নোবেল প্রাইজগীদমক খন্নবা য়াগনি । ফাগিনিদি হায়ববু নিউডিটি মতাংদা থিজিনগে হায়বা কনাগুম্বনা থিজিনগে হায়রবদি থিজিনবা য়াবা ব্রাফম কয়ামরুম লৈরমগনি ।

মীওইবনা গুহানুংদা লৈরিঙৈদা মশাদা ফি থোংলমদে হায়। মরমদি ফি লৈরমদে, ফি শাবা হৈরমদে । অদামগা ঈভ্‌কদো হকচাংদা মফি অমত্তা থোংলমদে, চাহৈদবা উঁহৈ চাদ্রিঙৈ ফাওবদি মদুগীদমক ইকায়বা নৎত্রগা করিগুম্বা ব্রাখল অমা খনবা তৌরুদে। হোয়, মীওইবনা চাওখৎলকপগা লোয়ননা হকচাংদা ফি থোংবগী চৎনবীসিসু লাকখি হায়। অদোমদগী য়েংলুরগদি অঙকপা ফংনা চাওখৎলবা মীওইবনা, মরু ওইনা নুপীশিংনা ঙসি অমুক মফি থোংলক্লিবা, থোংনীংলক্লিবসি করিগীনো হায়বা খন্ননীংঙাই অমনি।

মণিপুরদা টেলিভিজন অহানবা য়ৌরকপগী অদুব্রাইদা মতম কুইনা স্কুলগী ওজা ওইবম্বা অমসুং শিক্ষা বিভাগতা ফম অচৌবা পায়রম্বা লৈবাক্লা শকখঙ-মায়খঙনবা মীশক অমনা নোংমা ব্রারী শান্নবদা হায়খি— মখোয়গী টি.ভি. হায়বসি অমরোমর্দদি ফবগা অমরোমর্দদি য়াম্না মাঙনীংঙাই ওইগদৌরি, মখোয়গী চিত্রহার-ককা হায়বা প্রোগ্রাম অদুদি ইচা-ইমৌশিংগা ফমিন্নদুনা য়েংবা য়াবা পোৎ নত্তে, ওহ্লোক্লা শৌবিং শৌবিংবা ঙাক্তা। ওজাদো লৈখিদবা কুইরে। হৌজিক কেবল টি.ভি. গী চেনেল ময়াম অমনা পন নমখায়রক্লিবসি উখিদ্রে । উবন্নগদি করি হাযগদবা খঙদে । শৌবিং শৌবিংদি লাউরি হায়রগা অদুম হৈনরকপদৌনা তৌরি— ইমুং মনুংগী ময়াম ফমিন্নদুনা কেবল টি.ভি. য়েংমিন্নরি, যুমদা টি. ভি. সেট অমখক্তং লৈনবনা অয়াম্বনিনা য়েংমিন্নবা নত্তনা উপায় লৈতে। অদুঙৈগী চিত্রহার অদুদি করিসু ওইনা খন্নরক্রে, মদুদগী হেনবা কয়া'মনি।

চহী কুনলোম মমাঙদা বাংলাগী ফাওরবা অইবা প্রবোধকুমার সান্ন্যালনা আমেরিকাদা নুমিদাংগী পার্টি অমদা নুপী অমদা হংঙি হায় - করিগীনো নিংথমথাগী অসুক ঈংগ্রবসিদা নখোয়না পাগ্রবা ফি মচেৎ অমখক্তং হকচাংদা থোংলগা লাক্লিবসিবু, ঈংদ্রা ? নুপীদুনা করিমত্তা হঙ্গোইবা তৌদনা খুন্নকখি হায় - ঈংবা ঈংদবা, যুম-কৈ পান্নবগী কৈথেলদা পোৎ লৈগদৌরিবশিংগী মিৎয়েং চিংশিনবা তাবনি। মসিনা মরম অমদি ওইরম্বা য়াই, অদুবু অমত্তা ঙায়বা মরমদি নত্তে ।

নুপীসু নুপাসু মশাবু অতোপ্পদা উৎনীংবগী ব্রাখল অসি পুক্লিং-হকচাংদা মথোং কারকপগী ঈরাং লাকপদগী মরু ওইনা হৌরকই । ব্রাখল অসি যুম পাল্লগা হেক খমখিবদি নত্তে, পুন্সিগী চহী মতাং ফনা য়াম্রবা ফাওবা অদুম লৈ। উৎনীংবতা নত্তনা

ফজববু য়েংনীংবগী ঈথৌয়াংবসু মীওইবগী পোকপদা য়াওরক্লবা মহৌশানি। লাইনীংবা সাধু কয়া, সংসার থাদোক্লবা লম্বোইবা কয়া ভেক নমথায়বগী য়ারী থাইনদগী তারক্লিবদুনি। শাওং-শাদা ফজবী মেনকাগী হকচাং কায়াংকী শাথেক কয়া উবদা বিশ্বামিত্র মুণিগী ধ্যান কায়খ্রিবদুনি।

ঐখোয়না পাখংমচা ফারকপগী অদুবাই যাওবা কাছাড়গী চা-বাগানশিংদা মেনেজর ওইদুনা সাহেব অঙৌবা, হায়বদি ইংরেজমচা, য়াম্না লৈরম্মী। ওল্লাংথাগী মতমদা মখোয়গী মেমনুপীশিংদুনা খোঙগ্রাউ অঙৌবা ফৈগন্দা ককপা মতং অমা শেংলদুনা ঙকসু শেংগ্রাকসু লাওনা কোংপা মোজা ফুরিং অঙৌবা অমা লিক্তুনা হৱা চাবা নংত্রগা সহরগী দুকান্দা পোংচৈ লৈবা থোরকপদো য়াম্নদি য়েংনীংখি, অদুবু নীংথিনা য়েংবদি ঙমখিদে— ঐনা য়েংলিবদো মীনা উখিগদ্রা হায়না ইকায়বা পোক্লক্তুনা ইমায় হাইগক্তুনা য়েংবা ঙমখিদে। অয়ুক-নুংথিল তোয়না উবা দৃশ্য নত্তবনিনা মদুনা ঐখোয়দা করিনো য়াখল অমা পোকহনবা ওইরম্না তাই।

মতম অদুদা খুঙ্গং-লৈরক্তা ইমা-ইন্দোনশিং ফুরিং লিংনরমদে। লুহোং-খোঙদোংদা কুম্মৈ-ফিয়োংদা ফিদোন চিংখংলগা ইন্নফি অপাবা অমত্তং ইল্লগা চংনরম্মী, ঙকশমদগী থবাক তাবা ফাওবসি য়ারিমখৈ ফিনা কুপশিল্লমদে শিরি-চারিবা লিক-কোনশিংদো উহন্নবা। কনাসু করিসু থোইদোকপা খন্নরমদে। মতম অদুদা মণিপুরগী য়াংমদা লৈশাবীশিংনা কুম্মৈ-ফিয়োং চংপা মতমদা খেমজী, হায়বদি ঝমকী থিনবা রেসোম ফুরিং লিংনরম্মী, অদুগা য়ুমদা লৈবা মতমদনা খাউওন ওন্নরম্মী। মরাক্লা থবাক্তং কৃপ্না য়াবমুক্তং পাকপা, মমুংনা থবাক অনীরক্তং কোয়শিল্লগা য়েংপশিনবা য়াবা ফি মচা অমনা য়েংশিনবনি, মসিবু খাউওন-ফি হায়না খঙনরম্মী। মৈতৈগী মতৌগুম্না থিয়ান (রাজবংশী) লৈশাবীশিংসু শাই ককক্লম্মী, খাউওন ওল্লম্মী। খাউওন ফি অসি লৈশাবীনা শাই ককপা তোক্লরকপগা থৌমু-নাউমু অদুম মাঙখ্রে।

চহী খরা মমাঙ ফাওবা মৈতৈ লৈশাবীনা চাদর ইন্নরম্মী। ফজ-ফজবা চাদর মচু মচুগী—শংবানবা, হঙ্গামপাল, পিংক মচু, জেলেপু, তিলহৌমকু মচু, সাধনা মচু, হেমা মালিনী মচু — অনৌ অনৌবা মচু অনৌ অনৌবা মমিং থোন্দুনা মথোং কারকপীশিংগী পামজবা ফিজেৎকী লৈতেং ওইরম্মী। অদুদগী নোংমা হেল্লোই অমা লাক্লুনা চাদর পূম্নমক লোইনা খোমদুনা পুখ্রে। করিনো তৌরিসিবু, লৈশাবীনা ইকায়বা খঙদ্রে — ইনরকখি, হায়নরকখি, ঙাঙনরকখি। হৌজিক্তি স্কুল-কোলেজ কাবী লৈশাবী অমত্তা চাদর ইন্নখিদ্রে, চাদর ইল্লগা ইকায়নরে। কনানা খঙবা য়াংদা শেংপী ইমা-ইন্দোনশিংসু নোংমা লৈশাবীশিংগী মতৌ তমদুনা ফি ইন্দনা কুম্মৈ-ফিয়োংদা থবক-থনাদা চংনরকপসু য়ারি। অহানবদদি খরা অরিং-অরাং ওইনা থোকপা য়াই। অদুবু মতম খরা মতুংদা মিংয়েংগা হকচাংগা য়াখলগা চুশিন্নখিনি।

হৌবু হৌরে। মৈতৈ নুপী মৌ নহা কয়া মণিপুরগী মপান্দা চংলগা জিন শেংপা কয়া থেংনরে। জিন শেংলবনিনা কদায়দা ফি অমুক ইনগনি! লোইনমক

মতমগী য়াওলনা পুরকপনি, কনানসু খিংবা ওগ্রোই। মতমগী য়াওল মতুং ইন্না নোংমা ফজরব্বা অদু থীরকনি, থীরব্বা অদুসু ফজরকনি।

## নীংশিংলকই অদুঙৈগী চৈরাওবদো

অদুঙৈগী চৈরাওবদো, ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈগী চৈরাওবদো। চৈরাওবগী নুমিৎ অনী থেক্লেক্তুনা চয়েৎনব্রিঙৈগী ঝানি।

লমতা থাংজ ওইরব্বা তাই নুমিৎ অদো। অয়ুক ঐখোয়না স্কুল চৎকে হায়না থোরকপদা অহন ওইবী ইমা-ইন্দোনশিং অমনা লাউরকই—শরোই খাঙবা লাক্লে, অঙাংশিং চেকশিল্লু। অদুদগী মথং মথং অমনমুক লাউবকই। ঐখোয় অঙাংশিংবু ইমুংদা তানশিল্লি, তিনমু-লাইমু ফত্তবনা উখিগনি। ফত্তবা তিনমু-লাইমুশিংদো থেংনবা কিবনিনা ঐখোয়সু ইমুংদা চেনশিল্লি, থোঙ-থোঙনাউ লোনশিল্লি। অদুবু অঙাংগী হৌনবী থোঙগী নাকচি কাঙদুনা লোম্না লোম্না কিনা কিনা য়েংই লপ্পীদা শরোই খাঙবা চৎলিবীশিংদো, অয়াম্বনা ইবোকশিংনি, মকোক্তা কোকয়েৎ চাউনা য়েৎশিল্লগা লুকমায় য়াংকোক থাঙ-হৈজ্রাং চৈতুপ-নুংতুপ পায়দুনা চৎপদু উবদা অকিবা পোকই। অদুবু মখোয়না তিনমু-লাইমুশিং খুনগী ওমখৈ ঝাংমদা ফনা লাপ্না তাম্বোকত্রবসু অঙাং কয়া তিনমু-লাইমুশিংগী মখূত্তগী কনবদি ওমখিদে। চহী খুদিংগী অঙাং কয়া শিখি।

শরোই খাঙবশিংসিনা পুরকখি চৈরাওবগী পাউদো। খঙনৈ কুইররোই শজিবু চৈরাওবা। কুইহৌদনা লাকখি লাই খুন্দিন নুমিৎ, চৈরাওবগী নোংমা মমাঙ। নুমিৎ অসিনা অমুক হেন্না কিনগ্রে। নুমিৎ তাদ্রিঙৈ মমাঙদা অহন-লমনশিংনা ময়ূম ময়ূমদা মচা-মশূশিং কৌশিন্নরিবনি। অহন ফাওবা কিনদুনা নুমিদাং চখোক্লত্রিবনি। অহিঙদা লাই ময়াম খুন্দিন্নগদৌরিবনি, লাক্লিবা চহীসিদা খুনসিগী কনা কনা চাসিগে খন্নগদৌরিবনি, চৈ থেক্কদৌরিবনি। চহী খুদিংগী চৈ থেকপদা য়াওখিবশিংদো ওইরমাল্লে চহীদুদা শিখিবা ময়াম অদো। নুংশিরবা ইপা-ইপু কয়া, ইমা-ইন্দোন কয়া, শমান-লেংমান্নবা কয়া, ইচিন-ইনাও কয়া চৈথেকপদা য়াওখি। অদুনা চৈথেকপদা য়াওখিদনবা লৈশাবী-পাখং লিক্লোন শান্নে নোংঙানবা ফাওবা, উইবা য়াদে—করিগুম্বা উইরুরবদি চৈ থেকপদা য়াওখিবা য়ারিবনি।

নোংঙানবগা ইবোক্লা হৌদোরকই - হৌগৎলো থেঙগ্রনি। চৈরাওবা নুমিৎতা থেঙনা হৌরদি, চহী চুপ্পদো থেঙনা হৌগদৌরিবনি। চৈরাওবা নুমিৎতা শাউবা য়াদে, খৎন-চৈনবা য়াদে, নৎত্রবদি চহী চুপ্পা ...। ঐখোয়গী ইমুংদি ইবোক্লা লোইনা শূপ্লি। ইপূবোক মশক খঙহৌদে, ইমাসু অঙাং ওইরিঙৈদা লৈখিদে। মায় মিৎ তাথোকপা লোইবগা ইবোক্লা অমুক হায়রক্তদৌরিবনি - নখোঙ-নখুৎ হাম্বদা অমাংবদো চৈ অমা

পায়দুনা ওৎখাইরম্মু । মসিমদি করিগীনো হৌজিক কাওবা খঙ্গ্রি ।

ওয়াং কাওবদা লৈকাং চাবা কিয়োলশিং শুদোকপা লোইহৌদ্রবশিংদো নুপীশিংনা পুম্রি-তুরেল মপান্দা পুথদুনা শৃগদৌরিবনি। চহী চুপ্পা লৈকাং চাদুনা খাওসত্নিবা কাংখন-ককা অদুদি করি অমুক হায়রক্নি ! ঐখোয়গীদি চাকশঙ তোঙানবনিনা খরা কৈ, চাকশঙ তোঙান্দবা ইমুংশিংগী কিরোল কাংখলশিং অদুদি অদুক শৃবা হৌনে হায়দুনা শৃবগী ব্রাতনি, হামু হামুনি । চহীগী অমুক্তং ওইরবসু চৈরাওবা লাকপসিদা শৃদোক-চামথোকহৌদবা য়াদে হায়বগী অদুক তৌবনি । যৃমগী লৈকাংসু নুমিৎ অসিদনি কহুনগদৌরিবা। খরা হেন্না লৃব-নানবা পাম্বা ইমুংদি, মরূ ওইনা লৈশাবী-পাখং লৈবা ইমুংদদি মতম খরা মমাঙদগী লৈকাং কহুবা হৌই, অদুগা যৃমগী ফক্লাংসু ব্রাই তৈনে ফজবা লৈতান-লৈবাক থিদুনা । ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা ঐখোয়গী খুনগী যৃম অমত্তা শুনু হাইবা য়াওরমদে, লোইনা লৈবাক্তা তৈবনি ।

ঈরুজরমদাই য়ৌরকপদা ইবোক্তা কৌরক্কনি - লাকও লাকও নকোক নরু লুজথোকপিরগে । কোনোক মরূম য়াওনা ফুৎপা চেংহীনা ইকোক-ইরুজথোকপিনি। কোনোক মরূম হায়বসি অহানবদদি কোনোক্তা কোকপা মরূম ওইরবোই খল্লক্ষ্মী— লিক্রুদগী খরা পিকপা হঙ্গম্মপান নৎত্রগা ঙাংজুনবা মরু মচা মচানি । কোনোকশিংনা মতম খঙনা য়োল্লে । মসিনা ইকোক-ইরু লুজথোক্লবদি দশা-লাংবন কোকদৌরিবনি। ইকোক-ইরু লুজবিবা লোইরগা ঈশিংদা ঈরুপহনগদৌরিবনি -নোংপোকলোমদা ওন্দুনা কেকু হায়না লুপ্লগা নোংচুপলোমদা ফোং-ফোং হায়না ফাওগৎপা, অদুগী মথংদা অব্রাং ওন্দুনা কেকু হায়না লুপ্লগা খা ওন্দুনা ফোং-ফোং হায়না ফাওগৎলকপা ।

নহানমখৈ ইমুংগী মী পূম্নমক পূন্না চামিন্নদবা য়াওরবসু চৈরাওবা নুমিৎ অসিমদি লোইনা পূন্না চামিন্নদবা য়াদে। ঐখোয়গী ইমুংদি মী কুনমরি-মঙা চাবা ইমুংনি, অদুনা চৈরাওবা নুমিৎ অদুদি যৃমজাওগী লময়াই অদু পিক থল্লি । মথেল-মকোইগী ব্রাদি চহী চৃপ্পা অদুম্নবু চারবদি ঐখোয় নোংমতা য়েনশাং হাউই-হাউতেগী ব্রায়াম্নরোই । অদুবু নোং ঙাল্লগদি হান্নগীদো হামু হামু । চাগ্রিঙৈদা যৃমলোন-কৈরোন্নবগা মথেল-মকোইশিংদো লান্নে । খরা লাপ্পা লৈবা মরী-মতাশিংদদি মনা-মশীং ওইনা অয়ুক্তা থিনব্রবনি ।

নুমিদাং অমুক যৃমথোঙ খুদিং তন হৌনগদৌরিবনি, চেঙদগী শুবা য়াম্না হৌবা তন— খজিক খরাক্তা নত্তে, চৈরাওবগী নুমিৎ মঙানিদো অরাক অরাকপা মীদা পীজগদৌরিবনি, অরাপ্পদা লৈবা মরী-মতাদসু পীখিগদৌরিবনি । খরা মচিঙ্গাক চাবা ইমুংদদি হাগী বোরাসু হৌনে । ঐখোয়গীদি লাইসে য়ামই । ওসাই অয়ুকী চাক্লেন চাবা মতমদা থোঙ্গানদা চাক থাদোকখিবা অদুনা লোইদে, নুমিদাং হৌরিবা তন-বোরাদো যৃমলাইদা থারগা চীংদুম মচা অমদা লাগুক লৈরিবা মহাদেবতা থারুগদৌরিবনি। ঐখোয়না লাইবুনিনা অতৈনা শোয়রবসু ঐখোয়দি শোয়বা য়াদে ।

চৈরাওবগী নুমিৎ মঙানিদি করিগুম্বা থবক অমত্তা শৃবা য়াদে । লৈবাক

খোংলুগদ্রা হায়না কিবদগী কনাগুম্বা অমত্তনা য়োংপাক পায়নদে। নুম্বিং মঙানিসে হৃরাও-কুম্মেগা শান্ন-খোংনবগা। অঙাংশিংনা কাংথ্রো শান্নে, মৌ নৈশাবীশিংসু কাংথ্রো শান্নে চেনবা চোংবদুদা চাবা তুম্নবা, মতমসু লেম্ননবা। কাংথ্রো হান্নবসি ইঙ্খি অম-মথায়রোম পাকপা ইঙ্খি মথায়মুক থাবা কোইরপ-কোয়বা কাংচেপ মচুগী উরী-ম্নারীদা পানবা পোংশক অমনি। লিরগা কেল্লকপশিংদো তুরেলদা, মন্না ওইনা বরাকতা তাউরকই। চীংদা চৎলুবশিংনসু পুরকই। অহনশিংনা মখোয়গী হৈনজবা মশান্না মুক্রা-কাণ্ডজৈ, কাংপাক—জুন্নার পামজবা কাণ্ডবুনা জুরাব। মতম অদুদদি মুক্রা-কাঙজৈ অসি কন্না শান্নরম্মী। খুনগী লৈকাই মরি-মঙাদো শীংনরগা শান্নবসু য়াওই, অতোপ্পা খুনগা শীংনদুনা শান্নবসু য়াওই। হিয়াং কুম্মেগা চপ মান্নে, অহন-লমন নুপী-অঙাং লোইনা থোরকই লৌবুক্তা মুক্রা-কাঙজৈ য়েংবা। মশা-মউ ফরবা পাখংশিং অদুনা পাঞ্জল চন্নবা লাক্লবদা ফানবা, নম্ববা, ফৃগাইনবদুদি...। মখোঙ মখৃৎ তেক্কবা কয়াসু য়াওরিবনি।

শজিবু চৈরাওব্রবদি কাংপাক শান্নবা য়ারে। শিলহেনবা নুম্বিং মঙানিগী মতম অদুদা কাংপাক শান্নবসি মণিপুরগী মপান্দা কন্না চংনরম্মী। মণিপুরদা পায়নরিবা কাং অমসুং খুংশান্নবসিগা মান্নদে। মণিপুর মপানগী কাংদি শামু ময়া নৎত্রগা থেংগুগী মথানা শানরম্মী, য়াম্না পাকই। কাং শান্নবসি শজিবু চৈরাওবদগী হৌরগা জগন্নাথকী কাং চিংবা ফাওবসিগী মনুংদা শান্নরম্মী। কাং চিংব্রবদি কাংপাক শান্নবা য়াদে হায়দুনা শান্নরমদে। হৌজিক কাংপাক শান্নবসি কাছাড়দদি মুংশ্রে হায়বা য়ারে।

## মৈতৈগা বিষ্ণুপ্রিয়াগগী ৱাকমসি তাইশিন্নবা য়াররোইদ্রা

মতম কুইনগী মতুংদা শিলচর ইটখোলাগী অজ্ঞা য়াইমগা উন্নে। ইয়াম্নদৌনা ঐনা ব্যবহার তৌজবা ইথকথোংবা অহন্নি. মানসু ঐবু মনাওদৌনা নুংশিবি।

'অজ্ঞা, কমদৌবিরি ?' ঐনা হংঙি।

'খঙদেদা ইবুঙো, বিষ্ণুপ্রিয়াগী লানসিদা ঐখোয় তৌফম খঙদ্রে।' পাউখুমদো তাবদা ঐঙোন্দা য়াম্না হৈনদনা থোকখি।

বরাক তম্পাক্তা, হায়বদি কাছাড় হাইলাকান্দি অমসুং করিমগঞ্জ জিলা অহুমসিদা, হৌজিক মৈতৈশিংগী মনুংদা মসি লায়না অমদৌনা তৌরে। মী খরা হেক উন্নবদা, কর্ম-জর্ম তৌফমদা, রাজনীতিগী ৱারী শান্নবদা বিষ্ণুপ্রিয়াগী ৱাফমসি হেক্তা মথি ফোংলকই।

'বিষ্ণুপ্রিয়া খুজোক অমথক লৈরগা মৈতৈনা মখোয়বু অসুক য়াম্না কিরিবসি করিগীনো ?' ঐনা হংঙি।

অজ্ঞাদো খুম্না খরা ৱায়।

তশেংবনি, মীশীংলোমদগী য়েংনরুবদি মৈতৈনা বিষ্ণুপ্রিয়াদগী য়াম্না হেনগ্রবা পোৎনি। মণিপুর তম্পাক্তা বিষ্ণুপ্রিয়াগী চারোন-শূরোন ফনা য়াম্না লৈরগসু মৈতৈগা অমত্তা ওইদ্রে, মৈতৈনা কাইহৌবিরুবা নত্তনা মখোয় বিষ্ণুপ্রিয়াগী চারোন-শূরোন্নি হায়বা নীংশিংদ্রে। জিরিবামদা বিষ্ণুপ্রিয়া খুন খরা লৈ, মখোয়দি বিষ্ণুপ্রিয়া অমসুং মৈতৈরোল অনীমক লোল্লি। অদুনা মখোয়বু মণিপুরদা বিষ্ণুপ্রিয়া লোন লোনবা মৈতৈ নৎত্রগা মৈতৈলোন লোনবা বিষ্ণুপ্রিয়া হায়না লৌবা য়াই। অতৈমক নৎত্রবসু বিষ্ণুপ্রিয়াগী ব্রাথোক অসি লৈতে।

বরাক তম্পাক্তা বিষ্ণুপ্রিয়াগী মীশীং অসি মৈতৈ মীশীংগী শরুক অহুম থোকপগী অমরোমতনি, মৈতৈ-পাঙল য়াওরগদি মৈতৈ মীশীংগী মশুং অমত্তনি। ত্রিপুরাদা মৈতৈ মীশিংগা বিষ্ণুপ্রিয়া মীশীং হাইফেৎ অদুম মান্নে। ব্রহ্মপুত্র তম্পাক্কী হোজাই-লংকাগী অকোয়বদা তারিবসি মৈতৈ ঙাক্তনি, বিষ্ণুপ্রিয়া য়াওদে। অপার আসামদসু বিষ্ণুপ্রিয়া খুন লৈতে, মৈতৈ খুনদি য়াম্না লৈ। গৌহাটিদসু মৈতৈনা য়াম্না হেল্লি, বিষ্ণুপ্রিয়াদি খরতনি। কাছাড়দা লৈরিবা মৈতৈ মশীংতনসু মণিপুরগী মপান্দা লৈরিবা বিষ্ণুপ্রিয়া পূম্নমক পুনশিল্লগা ওইবা মশীংদগী তংখায় হেন্না হেল্লি।

বাংলাদেশতদি মৈতৈদগী বিষ্ণুপ্রিয়ানা মশীং খরা হেল্লি। মসি মরূ ওইনা পাকিস্তান ওইরিংঙৈ মতমদা মৈতৈশিংনা লৈবাক অদু থাদোক্লুনা চৎনখিবদগী থোক্লকখিবনি। অদুমকপু মৈতৈ পাঙল যাওরগদি মৈতৈগা বিষ্ণুপ্রিয়াগা খেন্নদে। মসিগী মথক্তা বর্মাদা (ম্যানমার) মৈতৈ খরসু লৈবি, বিষ্ণুপ্রিয়াদি য়াওদে। অদুনা ভাবতকী লৈমায়দতা নত্তনা পৃথিবীগী লৈমায়দা য়েংলুগসু মৈতৈনা বিষ্ণুপ্রিয়াদগী মীশীং য়াম্না হেল্লি। মীশীং অসুক য়ামখ্রবা মৈতৈনা মশীং য়ামখিদ্রবা বিষ্ণুপ্রিয়াবু মীনুংশিগা লোয়ননা খোনজিনবিবগী মহুত্তা মখোয়বু লাম্না ওইনা লৌদুনা পাখৎলিবসি করিগীনো খনফম থোক্তে। বিষ্ণুপ্রিয়ানা মণিপুরীগী শক্তম মাঙহনগদৌরে হায়দুনা পংহায়তা হায়। কবম্না মাঙহনগদৌবিবনো হায়বদুদি হায়দে।

বিষ্ণুপ্রিয়াগী ব্রাথোক অসি ঙসি-ঙরাংতগী নত্তে, চহী হুমফুতরারোম হেল্লক্রবনি। মপান্দা লৈবা মৈতৈনা পৃকচেল খরা চাউবা ওইদুনা মখোয়বু খোনজিনবিরম্লবদি ব্রাথোক অসি হৌরকপগী অদুব্রাইদা লোইশিনবা য়ারম্বনি, লোইশিল্লমদ্রবা ফাওবদা ব্রাথোক অসি অসুক চাউথোক্লম্রোইদবনি। অদুবু মপানগী মৈতৈশিংনা মখোয়বু তিন্নবিখিদে, মৈতৈরোল লোঞ্জগে মৈতৈ মরক্তা তিঞ্জগে হায়রবা ফাওবদা লৌশিনবিখিদে —চারৌ মৌরৌনবগী ব্রাদি লাপখ্রে। মণিপুরদদি মদুগী চৈখন লৈখিদে, অদুনা অনীমক তোৎন-তিন্নদুনা অমত্তা ওইবা ঙমখি। ইস্রাইলদা মিজোরাম অমসুং মণিপুরদগী কাঙলুপ অমনা ঐখোয়সিনি নখোয়গী মতম অমদা মফম মরাং খঙদনা মাঙখিবা কাঙলুপ অদু হায়রুবদা মখোয়বু তরাম্না কৌশিন্দুনা ইস্রাইলদা খুন্দাহল্লি। মৈতৈগী পারাদা মসি য়াওদবা জাৎলা!

মপান-মণিপুরগী মৈতৈশিংনা চম্মম্নগা শন্দোকপা ব্রাফম অমা লৈ। বিষ্ণুপ্রিয়াশিংনা মণিপুরীনি হায়দুনা ও. বি. সি. দা চল্লগা সরকারগী থবক-থনা তৌবদা অমসুং অতৈ

হীরম কয়াদা মৈতৈগী শরুক মুল্লি। রাফম অসিগী মতাংদদি মণিপুরগী মৈতৈশিংনা *মুন্না খঙদে, মুন্না খঙব্রবসু হায়রিবসি চুম্বদৌনা খল্লি। অদুবু তশেংবদি ও.বি.সি. দা মৈতৈগী চাকথুং বিষ্ণুপ্রিয়াগী চাকথুং নৎত্রগা অদুগী-অদাগী চাকথুং হায়বা করিসু লৈতে। ও.বি.সি. দা চল্লিবসি মৈতৈতা নত্তে, বিষ্ণুপ্রিয়াতা নত্তে, কাঙলুপ কয়া* অমসু য়াওরি। কাঙলুপ পুম্নমক অমত্তা ওইনা পূনশিন্না লৌরগা মখোয়গী মনুংদা মতীক চাবা মীওইদা পীফম থোকপা খুদোং চাবদো পীবগী ৱাতনি। মসিদা বিষ্ণুপ্রিয়ানা মৈতৈগী শরুক মুনবগী ৱা লৈতে।

মৈতৈশিংনা বিষ্ণুপ্রিয়াশিংবু য়াম্না শাথীনা শাউই—বিষ্ণুপ্রিয়াশিংনা ওইদবা ইতিহাস শাগৎলি, অশেংবা মণিপুরীদি মখোয়নি হায়দুনা উৎননবা হোৎনৈ। চুমই, বিষ্ণুপ্রিয়াশিংনা ওইদবা রাফম কয়াদা থূম্ফম ওইবগা মখোয়গী ইতিহাস শাগৎনবা হোৎনৈ — মণিপুব অসি মহাভারতকী মণিপুরনি, লৈবাক অসিদা বভ্রুবাহন্না পাল্লম্মী, মখোয় বভ্রুবাহনগী ধাবানালানি, অদুনা মখোয় আর্যনি। মপান্দগী লাকপা হাও-নাইদগী হৌরকপা মৈতৈনা মখোযবু মণিপুবদগী তাম্থোরকখিবনি —মসিনি মখোযনা হাযরিবা। মসিদা মৈতৈশিংনা মৈ হৌনা শাউবিবসি কবিগীনো ভাব তাদে। ইতিহাস হায়বসি হেক্তা হায়জিল্লগা য়াবা নত্তে, ফুঙ্গাৱাবী নত্তে। বিষ্ণুপ্রিয়া ইতিহাসকাবনি হায়বা কাঙবু অদুগী বিদ্যাগী লমজেলসে অমুক্তা য়েংবিয়। মণিপুর ইতিহাসতা 'চহী তরেৎ খুন্তাকপা' নৎত্রগা 'অৱা লাঞ্জেনবা' হায়বা যৌদোক অমা লৈরিবসি বিষ্ণুপ্রিয়াশিংনা 'অৱার ভাগন' হায়না হায়। মখোয়সু লাঞ্জেনবদা য়াওবা কাঙবুনি। অদুবু মখোয়গী ইতিহাসকাব খবনা 'অৱার ভাগন' হায়বসি আও কৌবা চীংমী কাঙলুপ অমনা তানখাইবদগী লাঞ্জেনবনি হায়না পল্লি। মসিনি মখোয়না মণিপুরগী মবমদা খঙলিবসি, মসিনি মখোয়না শাগৎলিবা ইতিহাস। খুদম অমা পীবগী ৱার্তানি।

তৌবগীদি বিষ্ণুপ্রিয়াতা নত্তে, মৈতৈশিংসু মতম অমদা আর্যবংশনি হাযবগা চাউথোকচবা পোকপা, ময়ামদগী হেনবনি হায়বগী ৱাখল অমা লৈরম্মী। মণিপুব হায়বা মিং অসি হিন্দু ধর্ম লাক্লবা মতুংদা থোনখিবনি হায়বসি আর্যমচা ওইনীংবশিংনা ফনা কুইনা কাঙথোক্লমদে। ভারতবর্ষগী নোংপোকথংবা মাইকৈ, বঙ্গদেশতগী হৌদুনা, 'পাণ্ডব-বর্জিত দেশ'নি— হায়বদি পাণ্ডবশিংনা খোঙদাখিদবা লমনি হায়বসি খঙন-খঙনা আর্যবংশ ওইনীংবা বাংগালী পণ্ডিতশিংসু খঙশিন্নরমদে। হৌজিক্তি মীওইবগী ৱাখল-মিংয়েং হোংলকপগী মতুংইন্না বাংগালীশিংসু হায়রক্লে - ঐখোয়সু ওস্ট্রিক কাউলুপকী মীনি আর্যগী ঈ খরা য়াল্লবসু, কোল ভীল সাওতাল ঐখোয়গী শাগৈনি। আর্যনি হায়রম্বা বাংগালীশিংনা 'ঐখোয় আর্য নৎলমদ্রে, ওস্ট্রিক ওইরম্রে' হায়রক্লবা মতাং অসিদা বাংগালীদগী হৌবকপা বিষ্ণুপ্রিয়াশিংনা করম হায়না আর্য ওইগদৌরিবনো ? ঙরাংতা মণিপুর হায়না মিংথোনখিবা লমদম অসিদা মখোয়গী অদুঙৈগী মহাভারতকী মণিপুরদো করম্না লৈরগদৌরিবনো ? ফবে হায়নীংবা হায়জরসনু। মদু হায হায়দুনা লমদম অসি মখোয়গী ওইগ্রনি, মৈতৈশিংবু তাম্থোক্লরবনি হায়বগী ৱাদি লৈতে। মদু

য়ারবদি হায়রসি, মতম অমগী পণ্ডিতশিংগী ৱাফমদা যূস্ফম ওইরগা, 'ঐখোয় অর্জুনগী ধারানালানি, আর্যাবর্ত (হায়বদি অৱাং-ভারত) অসি ঐখোয়গীনি, ঐখোয়দা পীগদবনি।' য়ারমদ্রা ?

মৈতৈগা বিষ্ণুপ্রিয়াগা খৎনবসিদা বাংগালীশিংনা বিষ্ণুপ্রিয়াশিংগী মীচং চঙুই হায়দুনা কাছাড়গী মৈতৈ খরনা শাউই। *অদুবু মসিগী মরমদি খক থিদোক্তে, থিগেসু খন্দে।* মসিগী মরম কয়া মরুমনি। মরু ওইবা মরম অমদি বাংগালীশিংনা আসামদা মখোয়গী লোনগীদমক আন্দোলন তৌবা মতমদা মৈতৈশিংনা অয়েৎপা পীখি, অদুগা বিষ্ণুপ্রিয়াশিংনা শৌগৎখি। বাংগালীশিংনা স্ট্রাইক বন্দ-নচিংবা তৌবা মতমদা মৈতৈশিংনা থুগাইনবা হোৎনখি। বাংগালীশিংনা মদু কাউদে। হৌজিক্তি আসামীশিংনসু লোনগী মতাংদা মৈতৈগী মীচং চঙবিদ্রে। অদুনা মৈতৈনা আসামীশিংদসু শাউবা হৌরক্তে।

ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা বিষ্ণুপ্রিয়া অয়াম্বা মৈতৈরোল ঙাঙবা হৈরম্মী, ঙাঙলগা হরাওজরম্মী। ঐখোয়নসু অতোপ্পা ওইনা থোইনা খল্লমদে; 'কালিশা' হায়না খঙনবগসু মণিপুরী হায়বা কাঙলুপ অসিদা য়াওবা ওইনা লৌনবম্মী। বাংগালীশিংনা মখোয়বু 'কালাছাইয়া মণিপুরী' হায়না কৌরম্মী। মসিনসু মখোয় অসি মণিপুরীনি হায়বা অদুম তাক্লকই। কাছাড়, ত্রিপুরা অমসুং বাংলাদেশতা মখোয়না খুন্দারিবা মওং অসিসু য়েংবিয়ু। মৈতৈ পাঙলশিংনা তৌবগুম্না বিষ্ণুপ্রিয়াশিংসু মৈতৈ খুনগা নক্লনা খুন্দাবা ঙাক্লনি। মসিনা মৈতৈগা বিষ্ণুপ্রিয়াগা লৈনরিবা মরীদো অদুম্‌ তাকই। মৈতৈরোলগী ৱাহৈ লিশিং মরি হেন্না বিষ্ণুপ্রিয়া লোন্দা য়াওরি হায়না বিষ্ণুপ্রিয়া স্কোলার খরনা ফোঙদোক্লি।

মৈতৈশিংসু বিষ্ণুপ্রিয়ানা তৌবগুম্না ঙম্লনবনি হায়দুনা ওইদবা ৱা কয়া শাগৎলি, অচুম্বা ৱা কয়া ফুমদুনা থমই, হায়দোক্তে। কনাগুম্বনা হায়দোক্লে তৌবদা ৱারৌই, হায়দোক্তনবা তৌই। ঐঙোন্দমক থোকপ্রবনি। 'সনথোঙ' দা ৱারেং অমা ইরুবগীদমক ঐবু ৱারৌবা কয়া য়াওখি। মখা অমুক ইথরক্তনবা হায়বকখি। অদুবু ঐনা হায়রিবা ৱাফম অদুদি কনানসু ককপা ঙমখিদে, ককখিদে।

ঐগী ৱাফমদি ইচম-চম্বা। ৱাথোক অসি নাকন অনীমক্লা ফম্মিন্নরগা কর্ম-জর্মদা চঙথোক চঙশিন তৌনবগা লোইশিন্নবা পাম্বে থিবা য়াই। নকশিন্নরগা নুংশিন্নবক্লদৌরিবনি। হৌজিক্তি কাছাডদা অনীমক অমগা অমগা চঙনদ্রে। মৈতৈগী মতৌসিনা বিষ্ণুপ্রিয়াশিংদা মৈতৈরোল অসিবু তুক্কচ্চবা অমা পোকহল্লে। মসি মৈতৈশিংনা উদে, উরসু উশিন্নদে।

হৌজিকসু বিষ্ণুপ্রিয়াশিংগী মরক্তা মণিপুরীনি হায়দুনা অমত্তা ওইনীংবগী ৱাখল চেনবা কাঙবু য়াওরি। হৌজিকসু মৈতৈরোল লোনবা বিষ্ণুপ্রিয়া খুন লৈরি। মখোয়গী ৱাখলসু খন্নবিফম থোকই। ত্রিপুরাদা মৈতৈনা বিষ্ণুপ্রিয়া লৌবা, বিষ্ণুপ্রিয়ানা মৈতৈ লৌবা কয়া অমা লৈ। মখোয়গী ৱাসু খনবিফম থোকই। বিষ্ণুপ্রিয়াদগী মৈতৈ ওল্লকপা কয়াসু লৈ, মৈতৈদগী বিষ্ণুপ্রিয়া ওনখিবসু লৈ। মখোযগী থম্মোযনুংদা ওল্লিবা ৱামৈ

অসিবু উরনুসিরা ?

মী অয়াম্বনা মসি খঙলমদবসু য়াই, বামোনগী মনুংদদি মৈতৈ-বিষ্ণুপ্রিয়াগী পন অসি লৈতে। মৈতৈ মরক্তা লৈবা বামোনগা বিষ্ণুপ্রিয়াগা মরক্তা লৈবা বামোনগা অদুম চারৌ-মৌরৌনে। অদুনা মসি য়ানগে হায়রবদি অদুম য়ানবা য়াবা রাফম্নি।

মতাং অসিদা মরূপ অমনা খন্নবা য়াবা রাফম অমা কাওলকই। মপান্দা লৈরিবা নাকন অনীমক্কী মশক নাইবা মীওই খরা, পূনশিন্ননীংবগী রাখল চেনবা অদুগুম্বা মীওইশিং, মণিপুর সরকারনা নংত্রগা খম্বা চাউবা সংস্থান অমনা কৌরগা ফম্মিন্নদুনা রারী শান্নরগদি রাফম অসি তাইশিন্নবা য়াবগী পাম্বৈ অমা থোক্লককপা য়াই। খন্নবা য়াবা রাফম্নি।

## থবক্তগী পোত্থারবা অমগী চোইরোল

ওজাবু করম হায়না মতম লেনবিবিবগে ? ঐবু নুংশিবিবা কনা কনাগুম্বনা তোয়না হংবা য়াওই। সরকাবগী থবক্তগী পোত্থারবনিনা তৌনীংঙাই থবক লৈতদুনা মতম লেনবা রাবম্নগনি হায়দুনা নুংশিদুনা হংবিরিবনি। মবম চাদনা হংববুদি নত্তে। থবক্তগী পোত্থারগা তৌফম খঙদদুদা অযাম্বা মতমদা ফমদুনা অমদি তূমদুনা লেনবদগী য়াম্না থুনা অহন ওইশিনখিবা ফনা য়াম্না য়াওনরির্বানি। য়াম্না থুনা অহন ওইশিনবদগী নাম্থোকপা য়াননবা কনা কনাগুম্বনা সংকীর্তনগী পালা য়াওই, মবন্নাই শেনথুম ফাওবা পুথোক্তুনা ঈশৈ শকই, দুহার চংলি, পূং য়ৈ—নাম শোল্লগা ইহলোক অমসুং পবলোক অনীমক্তা কান্ননবসু।

ঐগীদি নাম শোন্নীংলবসু উপায় লৈতে, ঈশৈ শকপা য়াবগী খোল্লৈ-খোন্দা ঐঙোন্দা য়াওদে। কবিগুম্বদা রাখল নুংঙাইদুনা ঈশৈ ঙংব-ককা য়াওরবসু শঙ্গোন্দা শন তৎপগী অকিবা লৈ। অদুনা নুংশিবিবা কনানা পাউতাক পীবিবসু য়াওই—দুকান ফম্নিয়ু। পেন্সনগী ফংবা শেনবুন অদুনা দুকান মচা অমা হাংলগা ফম্নিয়ু, শেনসু তানগনি মতমসু লেনবদা নুংঙাইগনি।

তৌনদবা নত্তে। হৈ-শিংনা কনা কনাগুম্বা দুকান ফমই, কারবার তৌরি। অদুবু মসিনা ঐবু মিহৌবা পোকহনবদি ঙমদে। পুন্সিদা শেন তানগেসু খনখিদে, খল্লম্নগদি ঐসু ক্রোরপতি-ককা হায়বদো ওইরম্বা য়াবনি। ঐঙোন্দা কারবার তৌসি হায়না হৌরম্বা কয়া ক্রোরপতি ওইখি। ঐ ইশানা খঙজখি, কারবারগী লম্বী ঐগী লম্বী নত্তে। হৌজিক থবক্তগী পোত্থারগা লম্বী অদোমদা খোঙদাবা ! নৈব নৈবচ : কভি নহী। শেন তানবরা হায়ববু লোইনা ঈরাক্লহনখিদুনা !

মতম কুইনা ওজা ওইরকপা অমদি এডুকেসন এডমিনিষ্ট্রেসন্দা লৈরকপা মীশক অমা ওইনা ঐবু থাজবিদুনা নৌনা লিংখৎপা ইংলিশ স্কুল অমদি কোলেজ কয়াগী

ওজা মকোক ওহাবধু [illegible] মীওই কয়া অমদি মরূপ-মপাং কয়া হায়বা লাকখি। নোঙ্লুকপগা লোয়ননা ঙমজরোই হায়জখি। মরমদি পুন্সিদা তৌনীংবা অতোপ্পা থবক খরা ঐগী লৈজে।

অদুনা অতোপ্পা মাইকৈদা মতম অমুক মাঙহন্নীংদ্রে। পেন্সন ফংদবা ওইরগদি য়ূম পুবা ঙম্মনবা শেম্থোক লম্বী অমুক থিবসু য়াবা। অদুবু সরকারনা অসুক চাউনা পেন্সন পীবিরিবসিদবু অমুক করিগী অহেনবা শেনলোমদা মিহৌরুগদৌরিবা! থবক শুকতৌ-তৌদনা ফংলিবা পেন্সনগী শেনফমসি উরগা করি করিগুম্বা মতমদা খল্লুরগা ইতোমতা ইকায়জরকই, লৈবাকসিদা পেন্সন ফংদবা মী ময়াম অমা লৈরিকো! হোয়, মরূপ-মপাং খরগী মমায় ঙাকপদা মতম খরা মথং মথং কোলেজ অনীগী ওনারারি এডমিনিষ্ট্রেটর ওইরুই। ঐনা করি থোইদোকপা তৌবা ঙমখিদে। মতম অসিগী ফিভম্মরা ঐগী ব্রাখল-হুকচাংগী দম লোইশিল্লকপনরা হায়বদুদি খঙদ্রে।

এন. সি. ই. আর. টি. না দিল্লিদা নৎত্রগা অতে মফমদা তৌবা ব্রার্কসোপনচিংবা থৌরম কয়া পাঙথোকপদা নীশিংবিরক্তুনা মরক মরক্তা য়াওবা চৎলুই। মরূপ-মপাংশিংনা হংঙি, মণিপুর সরকারনা নখোয়গুম্বা শিক্ষাগী লমদমদা কুইনা এক্সপেরিন্স লৈরবশিংসে করিগুম্বা থবক অমা নৎত্রগা থবক অমদা শীজিন্নদ্রিবসি করিগীনো? ঐনা খুমই, ঐদি লায়রদুনা ঐঙোন্দগী মতীক-মগুণ হেন্না লৈবা মী ফাওবা মণিপুরদদি কাংখথাঙ ওইদুনা লৈরি। মখোয় ঙকই। য়াম্না লাপ্পা চৎত্রবসু নাগালেণ্ডদা এডুকেসন দিপার্টমেন্টতা থবক তৌরম্বা শিলচরগী মরূপ অমা থবক্তগী পোত্থারবা মতুং চহী অমরোম লৈরগা অমুক কৌখত্তুনা থবক শীজিন্নখি। হৌজিকসু মহাক থবক তৌরি।

মণিপুরদা সরকারনা ঐবু নীংশিংদবদি নত্তে। তোলোব চপ-চানা পীবা কমিশন অনীখক্তা মথং মথং মেম্বর ওইনা হাপ্পবা খন্নবদা ঐগী মিংসু য়াওখি। কোন্না পাউ তারকপগী ব্রানি। অহানবগী অদুদি খাউজাও পুদুনা চেন্নবা য়াওখি। অদুবু নুংঙাইবদি খাউজাউশিংদো কান্নখিদে। ঐঙোন্দা অমুক নুংঙাইজবনা, ঐবু হাপ্পিরক্ত্রবসু ঐগী মিংসু খন্নবদা য়াওহনবিখিবা অদুনি।

মরূপ-মপাং খরনা হায়রে ভোট লেপ্পু, লৈবাক্কী অফবা খরা তৌরম্মু। নুংশিদুনা ঐবু থাজবিদুনা হায়ররিবনি। হোয়, মতম অমা লৈরম্মী নহা ওইরিঙৈদা রাজনীতি কন্না য়াওনীংবা, ভোট লেপ্তুনা এম. এল. এ., মন্ত্রী- ককা ওইনীংবা। অদুবু হৌজিক্কী চোপ-চোপ লাক্কবী চোপ চোপ য়ান্নবী রাজনীতিসিদা ঐখোয়গুম্বা 'গুড বোয়না' করি তৌগদৌরিবা! মাসল পব্বার অমসুং মানি পব্বারগী যুগ অসিদা লুপা লাখ অমা ফাওবা পায়দবা ঐনা করি তৌগদৌরিবা? শেন পায়রে থেঙ্গাইনবা ঙম্রগনি হায়দুনা থবক হেক তোকপগা ভোট লেপ্পুবদা লোংহাই হাইথবা মীশক কয়া য়াওগ্রবনি। মতাং চারুদুনা মায় পাকখিবা মীশক অম-নীবুদি য়াওদবা নত্তে। অদুবু মতাং চারুবা হায়বসিদি পঙথোক হেক থোকপা নত্তে।

মরূপ-মপাং খরনা কাছাড়দা ভোট পেপ্লো লাউ হায়না কাইহৌরবা য়াওই।

মদুসু ঐবু নুংশিদুনা হায়ররিবনি । অদুবু ঐনা নহা ওইরিঙেদা লৈরম্বা ফিভম অদুগা হৌজিক ওইরিবা ফিভম অসিগা য়াম্না খেন্নয়ে— ঐনা হায়জরিবসি কাছাড়গী ঐগী পোক্লফম লক্ষীপুর কনস্টিটুয়েন্সিগী বানি । চহী য়াংখৈমুক অসিদা মৈতৈমচানা অনীরক-খক্তংনি মফম অসিদগী ভোট কাখিবা—মেরাচাউবা অমদি শুভংকর অদুগা অমুক্লা মৈতৈ পাঙল অমা — কাজি কুতুবউদ্দিন । অতৈদি দেশৱালীমচা ঙাক্তনা কাখিবনি । দেশৱালীমচাশিংগী খুদোং চাবা অমা লৈ, চা-বাগান ময়ামদা থবক তৌরিবা শিন্মীশিং অসি মখোয়না মখোয়গী কাঙলুপনি হায়না খোনজিনবা ঙমই । তশেংবদি হৌরকফম অমদি ঙাঙনরিবা লোনলোমদগী য়েংলগদি বাংগালীশিংগা হেন্না নক্নরিবনি । অদুবু বাংগালীশিংগী মশাবু মশানা মহেল্লে খনবগী কমপ্লেক্স অমা লৈবসিনা চা-বাগানগী শিন্মীশিংসে খোনজিনবা ঙমদে । মদুগী মথক্তা মতম অমা লৈরম্মী, ট্রেড ইউনিয়ন শাগৎলকপা মতমদা কংগ্রেসনা চা-বাগানশিংদা লেং লৌশিনখিবা । অদুনা মতম পুম্নমক্তা চা-বাগানগী শিন্মীশিংসে কাংগ্রেসতা ভোট পীদুনা লাকখি । মৈতৈ মচা অনীনা ভোট কাখিবদুসু কংগ্রেস নোমিনি ওইবদগীনি । অদুগীসু মথক্তা মতম অদুদা কাছাড়দা কংগ্রেসকী অকনবা লুচিংবা, আসামদসু দিল্লিদসু মন্ত্রী ওইরম্বা, মৈনুল হক চৌধুরী লৈরম্মী । মুস্লিম ভোটতি মহাক্লা হায়খ্রগা লোইরম্মী । মখোয়গী মতুংদা মৈতৈমচানা কংগ্রেস টিকেট ফংবা য়াওখিদবদি নত্তে । অদুবু মদু কংগ্রেসনা শিথবা মতাংদনি অদুগা মৈতৈমচানা পংলেপতা লেপশিন্নবা মতাংনি ।

মৈতৈমচাশিংনদি খল্লি, মৈতৈমচা অমখক্তং লেপ্পবদি শোয়দনা কাগনি । অদুবু মসিমদি লেঙদবা ৱাফম্লি —মৈতৈগী শ্লোগান লাউরগা লক্ষীপুরদা মৈতৈমচা কাবা ওইথোক্লোই । কাঙলুপ অতৈ তে খোনবা ঙমদ্রবদি মৈতৈগী ভোটতনা করিসু তৌবা যারোই ।

অদুনা ভোট লেপ্পগী ৱাসিমসু লাপ্পা অসুম খুরুমজরগে - মণিপুবদবু ওইববসু কাছাড়দসু ওইরবসু । ঐনা চৎচরিবা লম্বীসিদা অসুম চৎচরগে । লম্বীসিনা ঐবু ফনা কন্নদি চিলহল্লি ।

## কনানসু নীংশিংবিদ্রবা অইবা অমা

বাংলাদেশ সাহিত্য সংসদকী চেফোঙ 'মৈরী'দা ৱারেং অমা থেংনরুই । লৈবাক অদুদা মণিপুরী সাহিত্যগী ঈহৌ শাগৎপদা হৌজিক হৌজিক শীংথানীংঙাই ওইনা থৌদাং লৌরিবা খোইরোম ইন্দ্রজিৎনা ইবা ৱারেংনি— ৱারেংগী মমিংনা 'বাংলাদেশতা মণিপুরী সাহিত্য চর্চা' ।

হায়রিবা ৱারেং অসিদা নীংতম-লান (১৯৭১) মমাঙগী সাহিত্য নৈনরকপদা কবি নবকিশোর শর্মাবু মহাক্লা ফজনা নৈনফম থোকই হায়, অদুবু কৈথেল্লাকপম চন্দ্রকুমার সিংহ অমসুং ধূম্র রায়বুদি নৈনফম থোক্তে হায় । মহাক্কী ৱাফম অসি থেংনরুবদা

ঐগোন্দা থুক লাউনা নুংঙাইতবা অমা ফাওরকখি ।

রারেংদা পল্লিবা কবি-অইবা অহুম অসি হৌজিক বাংলাদেশ হায়না খঙনরিবা লৈবাক অসিগী হবিগঞ্জ জিলাগী মনুং চম্না লৈবা বিশগাঁও হায়বা মৈতৈ তাবা খুঙ্গং অদুদা পোকখিবনি । মরৈবাক থাদোক্তুনা ভারত্তা হোংল্লবা চন্দ্রকুমার সিংহ অমসুং ধূম্র রায় মখোয় অনীগী সাহিত্য নৈনফম থোক্তে হায়বসিগী মরম ইন্দ্রজিৎনা অসুম্না পীরি —

*বাংলাদেশতগী মাইগ্রেট তৌগ্রবা মীওই কয়া অফাওবা মীওই ওইখিবা য়াওই, অদুবু মখোয়দু লমদমদুগী মীশক ওইখি । খুদম ওইনা ভারতকী বাংলা সিনেমাদা ফাওববা সুচিত্রা সেনগী পোক্লফম বাংলাদেশনি, অদুবু মহাক ঢাকাগী বাংলা সিনেমাদা ফাওবা নত্তে । মিথুন চক্রবর্তীসু অদুমঙাই । রাজনীতিগী লমদমদা মমিং য়াম্না চৎলিবা পশ্চিমবঙ্গগী চিফ মিনিষ্টর জ্যোতি বসুগী পোক্লফমসু বাংলাদেশনি, অদুবু মহাক ভারতকীনি । অদুগুম্বা বিশগাঁওদা পোকপা ওঝাশিং অদুগীদমক্তা ঐখোয়না চাউথোকচরবসু বাংলাদেশকী মণিপুরী সাহিত্য চর্চাদা মখোয় য়াওফম থোক্তে ।*

ইন্দ্রজিৎকী ব্রাফম অসি তরাই তরাইনা লৌবা য়াদে, খন্ননীংঙাইনি য়েৎননীংঙাইনি । বাংলাদেশতনা মখোয়বু বিদেশী ওইগ্রবনি হায়দুনা নৈনবিদ্রবা, অদুগা ভারত্তনা নীংথিনা মরা তাদবদগী কনানসু নীংশিংবিদ্রবা - কয়াদা লাইবক থীগ্রবনো ! সাহিত্যগী লমদমদা মখোয়না খরদং তৌজরম্বদো অকাউবগী লৈচিন্না কুপশিনহনখিবা তাবরা ?

কবি চন্দ্রকুমার সিংহগা শকখঙনবগী খুদোং চাবা ফংজখিদে । অদুবু মশক্তি অমুক্তং উখিবরা চহী কয়ামুক মমাঙদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা পীবা সাহিত্য-ভুষণ উপাধি লৌবা ত্রিপুরাদগী লাকপা মতাংদা । ধূম্র রায়গদি শক ফজনা খঙনখি । হৌজিকসু নীংশিংলি—মকোক লংত্রিক লংনা তাঙবা মশা-মউ নোয়-পেনবা মুরুংনবা নুপাদো, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী মীফম য়াওবা ইম্ফালদা তোয়না লাক্লম্বা নুপাদো । মৈতৈমচাশিংগী মনুংদা রেলৱেদা হাইফেৎ চাউবা ওফিসার ওইনা থবক তৌরম্বসি মহাক মতোমতনি । থবক্তগী পোত্থারবা মতুংদা গৌহাটি মনাক্তা পাণ্ডুদা ময়ুম শাদুনা লৈখি । থবক্তগী পোত্থারবসু সাহিত্য সেবাগী থৌদাংদগীদি পোত্থাবা তৌখিদে । পুন্সিগী নুমিদাংৱাইরম ফাওবা 'ভারত ইমা' কৌবা চেফোঙ অমা ফোঙদুনা মমালোনগী সেবা তৌজখি ।

ধূম্র রায়গা ঐগা খঙনবসি শিলচরদা ঐনা ইন্টরমিডিয়েট তম্লিঙেদনি । মতমদুদা 'পঞ্জেন' কৌবা সাহিত্যগী চেফোঙ অমা ঐনা সর্বেসর্বা ওইদুনা ফোঙলম্মী । নোংমা, মতমদুদা হাকিম ওইরিবা কোম্বোরেকাইগী খুড়া নন্দকুমারনা ঐঙোন্দা হায়— ঐ নঙোন্দা মী অমগী ঠিকানা পীগে, মঙোন্দা নঙগী পত্রিকাসি থাখো । রেলৱেদা ওফিসার ওইরিবনি, এম.এ. নি, লাইরিক য়াম্না ফরকপনি, সিলেটতা কোলেজ তম্লিঙেদা আসাম অমসুং মণিপুরগী মৈতৈ মচাশিংগী মরক্তা তৌখিবা এসে -কম্পিটিসনদা মহাক্না ফাষ্ট তাখিবনি ।

থীহৃবা তৌদনা পঞ্জেনগী কোপি অমা ধূম্র রায়গী পাটনাগী ঠিকানাদা থাখি ।

মতম ইকান কান্নদনা চিঠি অমা লাকখি, চিঠিগা কোন্ননা ব্লারেং মচা অমসু—অইবনা 'শ্রীবা', অরোংগা মমিংনি। নোং-নীনি মতুংদা মানি-ওর্দর অমসু য়ৌরকখি—লুপা অনী, চহী অমগী সবস্ক্রপসন। লুপা অনী! হৌজিকপুদি নোকপসু য়াই। অদুবু মতম অদো ১৯৫৪-৫৫ নি। চেফোঙগী কোপি অমদা আনাহুম, মৈতৈ আনা নত্তে, ময়াং আনা।

ব্লারেং অদো পাবদা ময়ামদগী তোপ তোপ্পা মখল অমা ওইনা ঐঙোন্দা ফাওখি—লীরিবা ব্লারী, শীজিন্নরিবা ব্লাহে-ব্লাতা। বাংলা-সংস্কৃত য়ানবা মণিপুরীনি— ব্লারেং অদো ঐ হৌজিক ফাওবা কাউবা ঙমদ্রি। পঙ্গেনগী অরিবা কোপি ফাত্তোক্লুনা ব্লারেং অদো থিরুই, থেংনরুই অহুমশুবা চহীগী অহুমশুবা মশীংদা (জানুবারি, ১৯৫৫)। কনানসু নীংশিংবিদ্রবা কনানসু শোন্নবিদ্রবা লৈখিদ্রবা অইবা মঙোন্দা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎপা ওইনা ব্লারেংদো অমুক হন্না ফোঙদোকচরি :

## স্বর্গারোহণ

-'শ্রীবা' (পাট্না)

*অনিশুবা তায়বং-লাল্লাওগী মতমনি। লমহূঈ-শিকারী বিলাতী জেনারেলশিংনা মলয়াদৈলপাক্কী মলয়জপংকদা ঈরাক্লরিঙেদা জাপানী জেনারেল তোমায়ুকী য়ামাশিতাগী মাংথাংখোংমীশিংনা নোংপোক-ভারতকী ঙমখৈ য়ৌরক্লবনি। মতম অদুদা ঐগী থবক মতম অদুগী বাংলাদেশ অমসুং আসাম প্রদেশকী বেলচংপা মফম খিবিক্তা লৈবা রেলগী বিমানাক্রমণাত্মক-হঁসিয়াবী (এয়ার-রেইড্-প্রিকোশন) পোচ্চে পুম্নমকী ভাণ্ডার-পরীক্ষক্কী থবকনি।*

*শান্তিপুর ইস্টিশেনগী ভাণ্ডার দিন চুপ্পা পরীক্ষা তৌরম্লগা নুংদাংব্লায় ওইনা শান্তিপুরদগী রেলগাড়ী তোংলক্লুনা রাণাঘাটতা নুংদাং পুং মাপন তাবদা গোয়ালন্দরোমগী গাড়ী ফানবা হল্লকই। নুংদাং নোংশোয়বা গাড়ীদা লেল্লগা মতুংগী অয়ুক্তা গোয়ালন্দগী ভাণ্ডার পরীক্ষাগী থৌশিল্লি। নুংদাং পুং মাপন তাবগী অদুব্লায়দা গাড়ীদা ঐগী কামরাদা কাদুনা ফমুং থাজদুনা গাড়ী থাগদৌরে হায়দুনা থাওমৈ মুথত্তুনা হীপ্পা হৌরে। ইঞ্জিন হুইসিল খোংলে। গাড়ী থারে। মিনিট মখাইমুক চেল্লম্লগা শো-লাওদুনা গাড়ী অদু লেপথোকস্লে। চেইন চিংবগী হৌনবী ইঞ্জিন অদু খোনথাং অহুমদা হুইশিল খোংলকই। চচ্চরবা গাড়ী লেপহনবদগী শাওনিংবগা লোয়ননা মখাদা কুমথদুনা কনা করিদৌরে হংব-থিবা চখোরকই।*

*তৃতীয় শ্রেণীগী কামরাশিংগী মনুংদা অমসুং কামরাশিং অদুগী মপান্দা প্ল্যাটফরম মথক্তা মীতৈ ময়াম-অমা খোই পাইবগুম 'ও-ঈবেন', 'ও-ঈনম্মা, 'ও-তোনু', 'ও-ঈবায়', অসিনচিংবা কৌদুনা কোঙ্গীচেন চেন্নদুনা লৈরম্মী। নংগন্দা অঙাং পোবশিংনা অঙাং পোবা; অঙাং পোদবশিংনা ঙাবোং-খাওবু অঙাং পোবতৌনা পোবা, মকোকশিংনা তরু-তরু কোকথোকপা অমসুং কোকয়ায়দা চুড়া-হামুন হাঈবা, মখুত্তা গঙ্গাজলগী মমায় রাং চনশিনবা খুজাই-তুক্লাশিং। কামরা মনুংদা লৈরিবশিংনা ঙানম-ফানমগী*

*মওংনি । মশা-খায়বোক গাড়ী মপান্দা লৈবনা কয়া অমা । কাবা ওমেনশিং অদুনা হন্দোক-হনজিন চেন্দুনা লৈরি । মফম অমদা খরা হেন্না লাওবা খরা হেন্না মী পুংবা উদুনা— মফম অদুদা চংশল্লি । করিগীনো মাদুদা অথোয়বা মরম অমা ওইরিবদু য়েংনিংদুনা চঙথুবদা মাদুদা লৈরম্বা দৃশ্য অদু উবদা মীং অসি অমুক পাঙু হাঙ্গীবা য়াখিন্দ্রে ।*

*চহী য়াংখৈগী মথক ওইরবাঁনি । মখুৎ নামগা মকোক্তা গাড়ীগী শিক্কা অৱাংবা প্ল্যাটফরমগা অনিগী মরক্তা তাদুনা গাড়ি কামরা অমগী মখাদা লৈরে । অঁতে মশানা শিক অনিগী ময়ায়দা গাড়ী কামরা অদুগী মখাদা তাদুনা লৈরে । মখুত্তা পায়রম্বা পোৎয়োম মচা অমা ঈশোক-শোক্তুনা ঈকায়-কাঈদনা মকোক ময়াদা তাদুনা মালিকা অদুগী মকোকপু শংদুনা লৈবগুম্না লেং-খোত্তনা তাদুনা লৈরি ।*

*পদ্মাগী নোংপোকতা পাণ্ডব-বর্জিত, (অপবিত্র?) তীর্থ-বর্জিত দেশগী চীং, তুরেন, লোকতা লৈরিবা মৈ-ঈশিং-নুংশিংনা শেঙ্কবী শাবক্কবী, ওইবম্না য়ায় তখেল, নত্রগা সিলোট, নত্রগা কাছাড়, নত্রগা মণিপুব,- মফম অদুগী স্বাধীনচেতষী, বীরা ধর্ম্ম-পিপাসিনী অমগী নশ্বরদেহ শূন্যদা (স্বর্গদা ?) বিলীন ওইখরে ।*

*'অব্যক্তাদীনি ভূতানি, ব্যক্তমধ্যানি, ভারত । অব্যক্তনিধনান্যেব্য, তত্র কা পরিশোচনা ?'*

ধূম্র রায়গী ৱারেং কয়া'মা লৈবমগনি । ভারত-ইমাদা ৱাবেং কয়া য়াওখি । অদুবু কনানা খিজিনবিগনি ?

## লৈশাবীনা লৈশাবীনি মৌনা মৌনি

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী ৬৫ শুবা মীফমগী অরোইবা নুমিত্তা মপান্দগী লাকপা মীহুৎশিংগা মখোয়গী অৱা-নুংঙাই অৱাৎ-অপাগী মরমদা খন্ন-নৈনবগী থৌরম অমা শীনখি । থৌরম অদু য়াম্না নুংঙাইখি । ইচম-চম্বা ৱাফমসু হৌদোক্লুরকখি, সমাজগী য়াম্না লুরবা ৱাফমসু য়াওরকখি । সাহিত্য পরিষদকী মীফমদা অসুম হায়না মতম খরদং ওইরবসু তোঙাল্লা কাইথোক্তুনা থৌরম অমা পাঙথোকপসি হন্দক্কীসিনা অহানবনি । মতুংদসু চহি খুদিংগী অসুম হায়না পাঙথোক্লবা তৌবা ফৈ ।

খন্ন-নৈনবদুদা জাবিররোন্দগী লাকপা মীহুৎ অম্মনা মৈতৈ সমাজদা লৈশাবীগা মৌগা খেন্নবা খণ্ডনবা খুদম অমা থম্মনবা ৱাফম হৌদোরকখি । মতম অমদা মৈতৈ লৈশাবীশিংনা শাই কক্লম্মী, মৌ ওইবগা শাই খোমগৎলম্মী ফিদোন চিংখৎলম্মী । হৌজিক্তি, শাইসু কক্রে ফিদোনসু চিংখৎত্রে, লৈশাবীগা মৌগা খেন্নবা খণ্ডনদ্রে । বাংলাগী নুপীশিংদি মৌ হেক ওইবগা সিন্দুর নম্মি, মোইবুং খুজী শি, মৌগা লৈশাবীগা

খেন্নবা থন্নগী ফজবা কলচর অমা ঙাক্নুনা চৎলি ।

মহাক্কী ব্রাফমদো বাংগালীশিংগা লৈমিন্নবদগী পোক্লকপা ব্রাখল ওইরম্না য়াই। পোকফমসু থোকই। লৈক-লৈরুবা মফমদুগী মশীং য়াম্না কাঙলুপনা তৌরি-খোৎলিবদুগী মমি খরদি অতোপ্পা কাঙলুপতা তাদবা য়াবা নত্তে । অদুনা ত্রিপুরাদা বাংলাদেশতা মৈতৈনুপীশিংনা মোইবুং খুজী শি, সিন্দুর নম্মি। বরাক তম্পাক্তসু মরূ ওইনা সহরগী লমদমদা মৈতৈনুপীনা বাংগালীগী মতৌ তমদুনা শাঁখা-সিন্দুর থাদবা য়াম্না য়াওই ।

মৌগা লৈশাবীগা খেন্নবা খঙনবা খুদম থমদবা ইয়ামক য়াদ্রবরা ? মৈতৈ সমাজদা খেন্নবা খুদম লৈরিঙেদা ওইরম্নদুগা হৌজিক লৈত্রবসিগা সমাজদা করি অকায়বা অমদি অমাঙবা লাকখ্রবগে ? অসিগুম্না খেন্নবসি অঁতে সমাজদসু লৈরম্মী। মৈতৈগী মতৌ তমদুনা কবুই লৈশাবীশিংসু শাই কক্লম্মী, বরাক তম্পাক্তা কাছাড়ী অমসুং খিয়ান (রাজবংশী) নুপীশিংসু শাই কক্লম্মী, মৌ ওইরগা শাই খোমগৎলম্মী ফিদোন চিংখৎলম্মী। মাও লৈশাবীশিংনা মতম অমদা, পংকুই কুইদ্রিবা ব্রানি, মযূম পান্দ্রিবা ফাওবা মক কোক্লম্মী। ঐখোয়না খঙদবগী ব্রানি, সমাজ অঁতৈদসু অসিগুম্না চৎনবী কয়ামা লৈবম্না য়াই, মতমগী খোঙলৈ মতুংইন্না হোংখিবসু কয়া য়াওরমগনি, কয়াসু য়াওখ্রে ।

মতম অমা লৈরম্মী ইন্দোনেশিয়াগী বালি ঈথৎতা লৈশাবী অমসুং মৌ নহাশিংনা খ্বাং ফাওবতং মফি ফজনা শেৎপা, ইন্নফিগুম্না অমা ইল্লবসু মথবাক পুংহাং হাঙনা থাদোক্নুনা চৎপা । মথবাক কূপশিল্লবদি ওক্তবীনি হায়না লৌনরম্মী । হৌজিকপুদি হোংখ্রে । অওকপীসু ওক্তবীসু ফিজেৎ-চাকশেৎ খেন্নদ্রে । ডাক্তর সুনীতিকুমার চট্টোপাধ্যায়না ১৯২৭ তা বালি ঈথৎ কোয়বা চৎপা মতমদা অহোংবসি খরা খরদি হৌহৌরে হায়।

মফম অমসুং মতম হায়বসি য়াম্না লুই । মতম অমদা বাংগালী নুপীশিংনা সিন্দুর পাক্ল-পাক্ল নম্লম্বদো হৌজিক্তি পিকশিনখ্রে, শমগ্রেংদা তিৎখক্তং নম্লগা তোকপনা মশীং য়ামখৎলক্লে, মদুনসু চাওখৎপনি খন্নরক্লে । দিল্লি বোম্বেদা লৈবা বাংগালী নুপী অয়াম্বদি শাঁখা-সিন্দুর থৌওইনা খল্লক্তে। মীরৈবাক্তা ইংলেণ্ড আমেরিকাদা লৈথ্রবশিংগী ব্রাদি তোক্লসি । মসিবু কলচর ঙাক্তবনি হায়না লৌগদ্রা ? করি অকায়বা লৈ ?

মী অয়াম্বনা হায়নে কলচব হায়বসিদি নুপীনা ঙাক্লদবনি । নুপাগীদি মতাং অসিদা থোইনা দায় লৈতবদৌনা খন্নে। মৈতৈ নুপাশিং লোইনা ফৈজোম শেৎনরম্মী, খোংগ্রাউ শেৎপা হৌবকপদা অহন-লমন্না চৈরম্মী । মাঙোপতা খোংগ্রাউ শেৎলগা কাবা য়ারমদে । হৌজিক্তি কনাগুম্বনা দেব-কর্ম নত্তবদা ফৈজোম শেৎপদা হৎনরে, য়েংনরে। কর্ম-জর্ম ফাওবদা ফৈজোমগী মহুত্তা কুর্তা-পায়জামা শেৎপা য়াওনরক্লে। নুপীনা ফনেক্কী মহুত্তা সলুবব-কামিজ নৎত্রগা খোঙগ্রাউ শেৎপদদি মিৎয়েং খানা খানা য়েংঙি । কলচব মাঙগদৌরে হায়দুনা নুংশা থীনৈ । কলচর হায়বসিবু হোংবা য়াদবা জাৎলা ? অহিংবা কলচরদি মতমগী খোঙলৈ মতুংইন্না খর-খরদং ওইরবসু হোংবা তাবনি। হোংদবা কলচর অদুদি শিরবা কলচরনি । কলচর হায়রগা ফিজেৎ-

চাকশেং নংত্রগা জগোই ঈশৈতবু ওইনা উবসু লাল্লি । কলচরবু অখুবা মিৎয়েংদা য়েংদবনা চুমই, য়েংদবনা ফৈ ।

ঙসাইগী ব্রাফমদুদা অমুক লাক্লেসি, মৌগা লৈশাবীগা খেন্নবা খঙনবা খুদম থম্বগী ব্রাদো । মসিগী কান্নব-কান্নদবগী ব্রাসে নাকোইননা থমগ্রগা মসিবু হৌজিক হৌজিক্কী মতমসিদা তৌদবা য়াদে হায়দুনা চংহুনবা য়াগত্রা ? নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদদি পংয়া য়াই নিংথৌগী চৈরাক লৈবনিনা । হৌজিক্তি গণতন্ত্রগী যুগনি নমদুনা করিগুম্বা পোংশক অমা হেক্তা চংনহনবা য়ারোই ।

মতাং অসিদা নীংশিংলকই ঙসিদগী চহী হুমফুতরারোম মমাঙগী, হায়বদি ১৯৩০ অদুব্রাইগী ব্রারী অমা । মণিপুরগী মপান্দা মৈতৈমচানা লাইরিক-লাইশু খরা খরা হৈনরকপা মতম্লি । মৈতৈনুপীনা কৈথেল কাদুনা পোংচৈ য়োনব-লৈবদা নোক্ক-চাউবা বাংগালীশিংনা নোক্করম্মী । লাইরিক-লাইশু খরা খরা হৈরক্লিবা মৈতৈ মচাশিংনা মদুদা য়াম্না ইকায়জবম্মী । অদুনা মৈতৈনুপীশিং কৈথেল কাবা থিংননবা মিটিংনচিংবা তৌদুনা কন্না হোৎনরম্মী । লাইরিক-লাইশু হৈরবা মীওই খরদুনা মখোয় মখোয়গী নুপীশিংবুদি কৈথেল কাহন্দবা ঙমখি । অদুবু অতোপ্পগী নুপীশিংবুদি থিংবা ঙমখিদে । হৌজিক্তি নুপীনা কৈথেল কাবা থিংবগী ব্রাখল কনাসু খন্নখিদ্রে । অদুনা মৌগা লৈশাবীগা খেন্নবা উৎননবা খুদমসু হেক্তা চংহুনবা য়ারোই ।

হৌজিক্কী মতম অসিদি নুপী-নুপা মান্নবগী ঈহৌ লৈবা মতম্লি । অদুনা মৌগা লৈশাবীগা খেন্নবা খঙনবা খুদম লৈহনবা তারবদি পাখংগা নুপী থিরবা নুপাগা খেন্নবা খঙনবা খুদম থমউ হায়রকপসু য়াই । মৌনি লৈশাবীনি খঙবদা নুপাগী ওইনা কান্নবা লৈরগদি পাখংনি নুপী-থিরবনি খঙবদা নুপীগী ওইনসু কান্নবা লৈ । অদুমকপু খেন্নবসি উৎনবা করিগুম্বা খুদম লৈত্রবসু থোইনা অকায়বদি লৈতে । পৃথিবীগী চাওখৎলবা সমাজ কয়াদা খেন্নবগী খুদম অসি লৈবগে ? নুপী-নুপাগী অফ-ফত্তগী মরী অদুদি খেন্নবগী খুদম লৈবা সমাজদসু লৈ, খুদম লৈতবা সমাজদসু লৈ । খুদম উৎলবসু উৎত্রবসু লৈশাবীনা লৈশাবীনি, মৌনা মৌনি ।

## থৌশিল হৈতবা থৌশিল শোয়বা

কলচরেল ফোরম মণিপুরগী ৪২ শুবা চহীগী মীফমদনি । মীফম অদু রাজ্যপাল বেদ প্রকাশ মারব্রানা (ঙাকপিগনি ভেদ মারব্রা নত্তে) অথোইবা অতিথি ওইদুনা হৌদোকখি । অয়ুক পূং মাপনদা হৌগদবনি । মতম চানা জব্রাহরলাল নেহরু মণিপুরী ডান্স একাদেমী হোল ভাবোক্লা হাইফেৎ থনখি । পূক্লিংদা নুংঙাইজবা অমা ফাওখি, মীংশিংলকখি গভর্নর ওইরম্বা ও.এন. শ্রীবাস্তবনা হাকুম বিদায় লৌদুনা চংলমদাইদা হায়রম্বদো—

হীরম কয়ামুক্তা মণিপুরসে থাগৎনীংঙাইনি, অদুবু মতম চানা করিগুম্বা থৌরম অমা হৌদবসিমত্তংদি...। খনখি অহোংবা অমদি লাক্রেদনা, ঙসিদি মতম চানা থৌরম হৌরনি।

অদুবু মতম চানা থৌরম হৌবা ঙমখিদে। রাজ্যপালনা থুংলরবা মতুং পৃংখায়মুক হেল্লবা ফাওবা থৌরম হৌদনা লৈখি। অখন্নবা অতিথি ওইনা লেঙলকখিবী রাজ্যমন্ত্রী লৈমা দেবীসু তৃমিন্না ফমদুনা লৈখি।

ভাবোক মরাঙ কায়না তিল্লে, গভর্নর য়ৌরক্লে, মন্ত্রীসু থুংলরে করিগীনো থৌরম হৌদ্রিবসে ময়াম ঙকুখি। মী খরা কোয়চেন চেন্নবা উখি, গভর্নরগী ডেপুটি সেক্রেটরিসু তৃমিন্না ফমদুনা লৈবা ঙমখিদে। চিবোন চিবোন ঙাঙনরকখি—মৈ লাক্তবগীনি, ডান্স একাদেমিগী জেনারেটর অমা লৈবদুসু ওপরেটর লাক্তে, থিবা ফংদে। মুরুম-মুরুম শোন্নরকখি—মৈ শোয়দনবা হান্ননা থৌরাং তৌবা য়াদ্রা ? থৌরম লাঙলিবা কলচরেল ফোরম্নসু ইলেকট্রিসিটি ওফিসতা মাঙজৌননা পাউ পীখিবা য়াই - ফরসু ফংত্রসু ভি আই পি য়াওগদৌরিবনি, ডান্স কোলেজনসু পাউ খঙহনখিবা য়াই, রাজভবন্নসু হায়খিবা য়াই। হেম্ফদদুনা মৈ লাক্ত-লাক্রবদি হায়দুনা জেনারেটব থম্ব্রিবনি, অদুগদি ওপরেটর লাক্তে থিবা ফংদে হায়বা ! তাবদা নুংঙাইখিদে। ওপরেটরদুবু খঙহনখিদবা জ্রাংলা নৎত্রগা মথৌ মশক খঙদবা হায়বদুরা ? কনানো শোয়্রিবদো, মতীক চাবা এক্সন লৌফম থোকই। শোয়রবনিনা ব্রাগী ব্রাপাং ওইনা মথং মথং ঙাঙনরকই।

রাজ্যপালনা মহাক্কী ভাষণদা থৌরম থেঙনা হৌবদুগীদমক নুংঙাইতবা ফোঙদোরকখি। ফোঙদোকফমসু থোকপনি। ফজবা লোন্দাদা হায়বর্কখি — মণিপুরগী মীয়ামসে খাঙবদি কল্লি, পৃংখায়মুক হেল্লা মৈ লাকপা ঙাইদুনা লৈবসিদা ভাবোকলোমদগী কনাগুম্বমতনা চেক-মোক লাউরকখিদে। খাঙবা কনবা হায়বসি ফৈ, অদুবু পঙখৈ অমগী ব্রাংমা লানথ্রবদি অকায়বা য়াম্না লাকই। পৃংখায় অমা মাঙলিবসি গভর্নর মতোমতগী নত্তে, তিল্লিবা মী চামঙারোমগী পৃংখায় অম-মম্লি, ময়াম অদুনা পূনশিল্লগদি য়ামথ্রবা মতম্লি মাঙলিবসি। গভর্নরগী ব্রাদো আ-য়ৌথ্রবা ব্রানি। সরকাবগী কর্ম্মচারীশিং তোলোব ফংদে, গভর্নর মশামকসু তোলোব ফংদবদা য়াওই, অদুবু ময়াম অসে অদুম খাঙই। মসি অফবদি নত্তে। ওইরিবা ফিভম অসিগী মরমদি, গভর্নরগী লোন্দাদা, বেড ম্যানেজমেন্টনি, সিয়ার বেড ম্যাননেজমেন্টনি— থৌশিল হৈতবনি থৌশিল শোয়বনি।

থৌশিল হৈতবদগীনি থৌশিল শোয়বদগীনি মৈ লৈন-লৈনা মৈ ফংদ্রিবা, ঈশিং মরাঙ কায়না কায়না থক্লবা ঈশিং ফংনদ্রিবা। তশেংনমক সনালৈবাকসি ফনদি খাঙবা কল্লি হায়বা তাই। মৈ-ঈশিং-নুংশিৎ হায়নরিবনি। মৈ লাক্রবসু খাঙবা হৈরে, ঈশিং ফংদ্রবসু খাঙবা হৈরে, নুংশিত্তংগা লাক্রবদি খঙগদবনি। হে পবন-দেব, হে নুংশিৎ নিংথৌ, য়াম্না কুইনা হায়জরোই, নোংমখক্তংদি নুংশিৎ থারক্তনা অমুক্তং চাংয়েং তৌবিয়ুবা কৈদৌগে ! নুংশিৎ য়াওদ্রবসু ঐখোয় হিংবা ঙমই হায়বসে মালেমদা অমুক্তং উৎচগে, গিনিজ বুক ওফ ব্রার্ল্ড রেকোর্ডতা সনালৈবাক অসি অমুক্তং য়াওহঞ্জগে।

য়েংবিয়ুনে লক্ষ্মী ইমাইবেম্মনা তৌরিবসে ! পৃমঙাও ঙাওরবনি, তৌফম খঙদ্রবনি।

শেন-থুমগী ক্রাইসিস থোক্লিবসে। মহাক্তি হান্নদগী হায়জবনি—থৌশিল হৈয়ু, চাগাগা চাদিংগা চাদিংনা হেল্লবদি নোংমা নংত্রগা নোংমদি খুদোংথীবা থোক্তনি। অদুবু থৌরাং-থৌশিন তৌরিবশিংনা তাখিদে, হৌজিকসু তাদে। খূৎচাউ থাদুনা খরচ তৌই, মন্ত্রী ময়াম অমা হার্পচিল্লি, থবক হাপ্পা য়াদে হায়না হায়না মনীংথোংলোমদগী ফম মশীং লাকওমদনা হাপচিল্লি দরকার লৈব-লৈতবা। লমদম অসিগী শেনথোক-লম্বীদি থোইনা খয়দে। কমদৌরে হৌর্জিক্তি ওভারড্রাফনা ওকশম য়ৌরেদো। দিল্লিদা চেঙনি-খুজাই পুবগা ভিক্ষা নিরুনি হায়বা ব্রাখলদো থাদোকপা ফরে। দিল্লিনা কয়া কুইনা কয়া য়াম্মা ভিক্ষা হাপখিদৌরিবনো? চার্বাক্কী ফিলোসোফিদো থাদোকপা ফরে, ঋণং কৃত্বা ঘৃতং পিবেৎ— মীঙোন্দগী শেন পুরগা ঘি-থাউ চাগনি হায়বা ব্রাখলসে থাদোকপা চুম্রে। চাগা য়েংনা চাদিং তৌরো। শেম্বোক লৈত্রবদি চাদিং হুম্বহল্লো, চাদিং তৌগে হায়রগা শেম্বোক হেঙ্গৎনবা তৌরো। থৌশিল হৈরো, থৌশিল চুম্না তৌরো।

থৌশিল চুমদবদগীনি অশোয়বা ময়াম অমা মরী মরী লাক্লিবসে। সরকারগী লোইশঙশিংদা কর্মচারীশিংনা মথৌ মশক খঙলক্ত্রিবা, থকসি-খাসি নাইরক্ত্রিবা, শেঙ্গা-থুমজা হেঙ্গৎলক্রিবা, থবক মতম চানা পাঙথোকপা ঙমদ্রিবা, লেলা-বেলা তৌরিবা—লায়না ময়াম অসি থৌশিল শোয়বদগী পেক্লককপা ঙাক্তনি। থৌশিল হৈরবদবু ওজা খবনা লাইরিক তম্বিবগা খরনা তম্বিরোইদৌরিবা করিগীনো, স্কুল খরদনা ওঝা মশীং হেন্না হেন্না লৈরগা খরদনা করিগী ব্রাৎকদৌরিবনো, স্কুলগী ফক্লাং করিগী হোদ্রোং হোদ্রোং হোনা শেগাইগদৌরিবনো, ইউনিভর্সিটিনা করিগী মতম চানা সেসন হৌরোইদৌরিবনো, করিগী মতম চানা পরীক্ষা হায়দোক্লোইদৌরিবনো? থৌশিল হৈরবদবু করিগী সুইপরনা ব্রাই শিংলোইদৌরিবনো; সরকারগী লোইশঙ, সরকারগী হোসপিতাল অসুক য়াম্মা মোৎকদৌরিবনো, সরকারগী লোইশঙদা লৈবা তোইলেংনা করিগী অসুক শাথীনা নমথীগদৌরিবনো? /

মতম খরগী মমাঙদা মণিপুর ইউনিভর্সিটিদা ব্রার্কশোপ অমা য়াওবা চংলুই। মদুগী মতুংদা ডি.এম. কোলেজদা অমুক। অয়ুক্তগী নুমিদাংব্রাইরম ফাওবা চথবা ব্রার্কসোপনিনা মপান থোকনীংবা মনুং চঙনীংবা য়াওরকপা মশানা তাবনি। চাউরবা হোলশিং অদুগী তোইলেংনা লৈরম্রিবা ফিভম অদু উবদা হকচাং পুম্বা মরেং মরেং চংলকখি। মনমগী ব্রাদি তোক্লেসি, মতম কুইনা ঈশিং থাদোকপিদ্রবা মপং মরক অদুদা খোঙ থাফম লৈরমদে। নুপীসু নুপাসু ময়াম অমনি ব্রার্কসোপ য়াওরিবা। দিল্লিদগীসু মী খরা লাক্তুনা য়াওরিবনি। মখোয়দুনা করি খল্লমগনি? লমদমসিগী মীশিংসে মমায়তা নানবা জাৎ ওইরে খল্লম্লোইদ্রা? ঐ সেনিটরি ইন্সপেক্টর নংচদে। থেংনরুবা ফিভম অদো তমজবগী ব্রাতনি।

অসিনি মকোক্তগী মতোন ফাওবা শীনবা হৈতবদগী শোয়রিবসে। খূদম খরা পীজবগী ব্রাতনি। অসিগুম্বা খূদমদি ভারী ভারীনি।

## মণিপুরী সাহিত্যদা মপানগী ৱাহৈ

সাহিত্যগী মীফম অমদা অইবী অমনা হায়খি— কাছাড়রোমদা ইনরিবা মৈতৈরোলসে কদ্রক কদ্রক লাউরি, ৱাহৈগী অর্থ খঙদবা য়াম্না য়াওই, মৈতৈরোল ইতা-তাদবগুম তৌই। মঙোন্দা ফাওবা ৱাখল অদো লৌথুপ-লৌকোই লৈতনা হায়বনি। কাছাড়রোমগী অইবশিংনা ৱারৌফম থোক্তে। সাহিত্য হায়বসি নৈনগদবনি, করিগুম্বা মখলগী মীচং মীখায় নাইদনা নৈনগদবনি। মণিপুরী সাহিত্য হায়রগা মণিপুর মনুংগী সাহিত্য মপানগী সাহিত্য হায়না খায়দোকপা য়াদে, খায়দোকপা চুমদে। মণিপুর মনুংদা ইনরিবসিসু মপান্দা ইনরিবসিসু অপূনবা মণিপুরী সাহিত্যগী অমত্তা ওইবা শক্তম্নি।

হোয় চুমই, সাহিত্যগী লোন হায়বসিদি স্টেণ্ডর্দ ওইবা অমা লৈবা তাই। অদুবু লম-লমগী ওইনা খেন্নবা খরা লৈবদুসু কাউবা যাদে, লংথোকপা য়াদে, লৌশিন্দবা য়াদে। ইংলিশ লোনগী ময়াম্না য়ানবা হায়গদ্রা চৎনহনখিবা হায়গদ্রা স্টেণ্ডর্দ ইংলিশ হায়বা অমা লৈ। অদুবু লম-লমগী ওইনা খেন্নবা খরদি লৈতবা নত্তে—আইরিশ ইংলিশ, স্কোটিশ ইংলিশ, আমেরিকান ইংলিশ অসিনচিংবা হায়নবিবসিনি। বাংলাদসু খেন্নবা যাম্না লৈ—শান্তিপুরী, সিলেটী, নোৱাখালী, চাটগাইয়া অসিনচিংবা। শান্তিপুরীনা স্টেণ্ডর্দ বাংলানি হায়না লৌনরগসু তোঙান তোঙানবা লমদা খেন্ন-খেন্নগা ঙাঙনবিবশিং অসিসু বাংলা নত্তে হায়নদে, স্টেণ্ডর্দ লোন ইবা মতমদা মখোয়সু খঙননি খঙদে খঙহৌদননি খঙদে যাওশিল্লকই।

মৈতৈরোলসু হৌজিক ইম্ফালদা ঙাঙনরিবা লোন অসিনা ষ্টেণ্ডর্দ ওইরগসু মপান্দা ঙাঙনরিবশিং অসিবু ঈষ্ছোকপদি য়াদে, ঈষ্ছোকপা চুম্লোই। চাওখৎপা লোন অমা শাগৎপদা মপানদা ঙাঙনরিবা লোন্দা-পুদা ৱাহৈ-ৱাতা প্রমান-পাষ্টে—ময়াম অসি চঙহন্দবা য়ারোই। তৌববুদি অহানবদা করি করিগুম্বা মতাংদা অবিং-অবাং ওইনা থোকপবুদি য়াই। অদুবু ময়াম্না শীজিন্নবা য়াবা পোৎনি, ফজেনা হায়না লৌশিল্লগদি মদু মপান্দগী লাকপনি হায়না মতম খরগী মতুংদা নীংশিংনরক্রোই।

খুদম ওইনা হৌজিক মণিপুরদা কন্না শীজিন্নরক্রিবা 'মথৌ তাবা' হায়বা ৱাহৈসে য়েংসি। ঐনা গৌহাটিদা এম এ তম্লিঙৈ মতমদা ইম্ফালদা লৈবা বাংগালী মরূপ অমনা ঐঙোন্দা হংঙি— দরকার হায়বা ৱাহৈসিগী চপচাবা মণিপুরী ৱাহৈ লৈত্রা ? ঐনা হায়, লৈনা। মহাক্না হায়, অদুদি করিগীনো মণিপুরদা মীপুম খুদিংমক্না 'দরকার' নত্তনা অতোপ্পা ৱাহৈ শীজিন্নদ্রিবা ? হায়গুম্বদুনা মণিপুরদগী লাকপা মরূপ-মপাং পুম্নমক লোইনা দরকার নত্তনা অতোপ্পা ৱাহৈ শীজিন্নবা উখিদে। বাংগালী মরূপতুদা ঐনা হায়—কাছাড়দদি দরকার হায়বা ৱাহৈসি থোইনা শীজিন্নদে, মথৌ তাবা হায়না শীজিন্নে। মরূপ অদো লোনগী মতাংদা খরা খঙনীংবা মীশক ওইনা তৌই, অদুনা হায় মৈতৈরোলগী ৱাহৈ অশেংবসি মণিপুরগী মপান্দনা হেন্না শীজিন্নরম্বা তাই। ঐনা খুমই মদুমক্তি নত্তে।

১৯৬৫ দা ঐগী ৱারীমচাগী অহানবা লাইরিক 'চেনখিদ্রবা ঈচেল' ফোঙই। হায়বিবা লাইরিক অসিদা য়াওবা ৱারীমচা খরদা ঐনা 'মথৌ তাবা' হায়বা ৱাহৈ অসি শীজিন্নখি। মরূপ-মপাং খরনা নোক্লখি। ক্রিটিক খরনা ফাওবা ব্রাহ্মণ মরক্তা শূদ্র চণ্ডলকপদৌনা খনখি। অদুবু হৌজিক্তি শূদ্রনি হায়না খন্নদ্রে। 'মথৌ তাবা' হায়বা ৱাহৈসে মপাল্লোমদগী লাকপনি হায়বা ফাওবা কাউনরক্কে।

মৈতৈরোলগী অরিবা লাইরিকশিংদা থেংনদবা ৱাহৈ অমগা লৈরি 'তৌইগুম্বসুং'। ৱাহৈ অসি হৌখিবা চহীচা হৌরকপদা কাছাড় - সিলোটরোমদগী লাকপা ওজাশিংনা পুরকখিবনি, বাংলাগী কিন্তু হায়বা ৱাহৈগী মহুৎতা। হৌজিক্তি 'তৌইগুম্বসুং' অসিগী হৌরকফম কাউনখ্রে।

য়েৎনবা খরসু লৈতবদি নত্তে। মণিপুরদা পে হায়বগা ছাত্তিন হায়বগা তোঙান-তোঙানবা পোৎশক অনীনি। কাছাড়দনা অনীমক অমত্তনি, ছাত্তিন হায়বগী মহুত্তা পে হায়না চৎনরম্মী, 'ছাত্তিন' হায়বসি ময়াংলোন্নি হায়না চৎনরমদে। মণিপুরদা পে হায়রিবসি কাছাড়দা পেঙ্গাউ হায়না খঙনরম্মী। হৌজিক্তি মণিপুরগী মতৌ তমদুনা পেগী মহুত্তা ছাত্তিন শীজিন্নবসু যাম্না য়াওবে। কাছাড়গী মীশিংনা নৌক্লে, ময়াংলোন শীজিন্নবসে মণিপুরগী মীশিংনা যাম্না পামজবদৌনা তৌই। খুদম ওইনা ঙাশিংগী মহুত্তা রৌ, কোমপ্রেক্কী মহুত্তা কোলর্মাণ। কাছাড়দা ঙাঙনবা মৈতৈরোল অসি মওং তাদে নাতৈ চাদে হায়দুনা মণিপুরগী মীশিংনা হেক হেক লক্লবদা পনবা অমখকসু লৈ, 'মুখুদা হৱা থৌজিল্লু'। ৱাবা নুংঙাইনবা হায়দুনা খরা হেন্না সম্নুধোনগা লোয়ননা হাযবনি। কাছাড়দা তশেংনা হাযনবদি- 'মুখুদা হৱা হাপচিল্লু' হায়বসিনি। মসিগী অর্থদি পোদোনদা তেবসিং হাপচিল্লু হায়বনি। কাছাড়দা মুখু হায়নরিবসি পোদোন্নি, হৱা হায়বসিনা তেরসিংনি। কাছাড় কাঙবুনা হায় ঐখোয়গীসিনা মৈতৈরোলনি, পোদোন হাযবসিবু মৈতৈবোলরা, তেরসিং হায়বসিবু মৈতৈরোলরা ? অদুবু হৌজিক্তি ৱাহৈশিং অসি মৈতৈবোল ওইরে হায়না লৌবা য়ারে, অর্থ খঙনরবনিনা চৎসু চৎনরবনিনা।

অদুবু খঙনদবা, অর্থ ফাওদোক্লদবা কয়াসু লৈরি। মণিপুরদগী নৌনা কাছাড়দা থুংলুবা নুপা অমনা হংঙি হায়— ইবেম্মা, করি য়েনশাংনো ? চাকথোংবী মৌনহা অদুনা ইকায়-ইকায়না খুল্লকখি — তাদো, থোংফম খঙদদুনা ঙসিদি মোতোর উতি ওইনা তৌজরে। 'মাতোর উতি' - খংপ্রেক খংদুনা নুপাদো ঙসিদি ঐ ব্রতনি চরা হেঞ্জরগে হায়না চাখিদে হায়। মোতোর উতি চারবদবু য়ানা কমদৌদোরিবা ! মোতোরগা মঙ্গনগা থেংগাইনবগী ফাগিনি।

চপ মান্নবা ৱাহৈদা অর্থ খেন্নবা কয়াসু লৈ। কাছাড়দা কনাগুম্বনা ঙসিসে লেকথ্রসি হায়বা তারবদি ফজবী লোন্দা 'ঙসিসে তঙাইথ্রসি' হায়নৈ। তঙাইবা ৱাহৈসি থবক লেপ্পা নৎত্রগা তোকপরোমদা লৌনদে। কাছাড়দা বোই হায়রগা লাইরিক খঙনৈ, খাতা হায়রগনা এক্সারসাইজ বুক— মখুম অপাবসু অথাবসু।

তৌবগীদি কাছাড়রোমদ', মক্ক ওইনা কাছাড়গী নোংচুপলোমদা ঙাঙনরিবা লোন

খরদি বাংলাগী শহুম কন্না ফংবদগী মণিপুরদা ভাব তাবা খরা ৱানা থোকপসু য়াওগনি। 'নঙবু কোয় তারিখ লাকপগে ? এক বাজিবা সময়দা উন্নসি... ।' অসিনচিংবসি কাছাড়দা ঙাঙনদবা নত্তে। অদুবু অসিগুম্বদি ৱারী-উপন্যাসকী দাইলোগ হায়বদি ৱারী-ৱাতাই শান্নবদা শীজিন্নবা নত্তনা চুম্নগী ৱাবী লীবদা শীজিন্নবা তারবদি মওং তাবা ৱাৎকনি ।

অদুবু অসিমদি হায়বা তাই— মণিপুরগী ৱাংমদা ঙাঙনরিবা মৈতৈরোল অসিসু মওং তানা শীজিন্নরবদি সাহিত্যগী লোন ওইগনি, মণিপুরগী সাহিত্যগী ঈচেলদা শীংথানীংঙাই ওইবা ঈনোৎ ওইগনি ।

## নোংথক্তা তিন শিংপা

ঐগী মরূপ অমা লৈ । সনালৈবাক অসিগী অখণ্ড-অহৈশিংগী মরক্তা অমনি হায়না মীওই খরনা লৌনৈ, মহাক মশানসু খঞ্জে । ঙাঙবা শকপা য়াম্না হৈ । তৌবতবু মীবু হন্দুনা ঙাঙবা, ইপোমগী মওংদা করেম কথাইনবরোমদনা হেন্না হৈনজে । অদুনা মহাক্না ৱা ঙাঙবদা নহারোললনা খৃবাক তোয়না খৃই । খৃবাক তোয়না তোয়না খৃবদুনা মঙোন্দা মথৌ হাপ্পা ওইনা থোকই । অদুনা করি কবিগুম্বা মতমদা হায়বা য়াবা ৱানি য়াদবা ৱানি খঙলক্তে, নহারোলনা তাবদা নুংঙাইগদবা ৱাহৈ-ৱাতা শীজিন্নদুনা নাকল অমরোমদা হুমদুনা পুথিনবরোমদনা হেন্না থৱায় য়াওরকই, মতাং মতাংদা ৱাঙাঙদা থকশি-খাশি ফাওবা নাইরক্কবা য়াওরকই ।

নোংম্না হঙ্গোইনদবনিনা ঐনা মঙোন্দা হায় - নঙনা মরক মরক্তা অহল্লোনশিংবু অপঙবনি, মকোক য়াওদবনি, মকোক শীজিন্নবা হৈতবনি, চহী লিজরবসু মকোক্তি নৌরিবনি - অসিনচিংবা ককা হায়রিদুবু ৱাখল খরা খম্বরগা হায়বা ফংত্রা ? অহল্লোনবু অদুম হায়না হম্বনা খনবা নংত্রগা য়েংবা হায়বসি নঙগীসু ৱাখল মপূং ফাদবগী খৃদম নংত্রা ?

মরূপ অদো হন্দে, মাগী হৈনবীদো অদুম খুম্লকই - মখোয়না মকোক য়াওরম্লবদি, মকোক্তো খরা নীংথিনা শীজিন্নরম্লবদি ঙসি ঐখোয়না থেংনরিবা খুদোং থীবা ময়াম অসে থেংনগদ্রা ?

খুদোং থীবা থেংনব-থেংনদবগী ৱাসিদি কনাসু হায়বা ঙমদে - অসুম হায়না অৱা-অনং থেংনরমদবসু য়াই, অসিদগীসু হেন্না শাথীবা মওংদা থেংনরম্লসু য়াই ।

ঐগী মরূপ অদো ওজানি, অৱাংবা মহৈ-লোইশঙগী ওজানি। ঐনা নুংঙাইজদবদি, ওজা অমা ওইরগা মহাক্না থকশি-খাশি নাইদনা অহল্লোনবু হম্বনা য়েংবগা লোয়ননা করেম-কথাইনবা অদুনি । ওজা অমনা তম্বিগদৌরিবসি লাইরিক্কী ৱারোল অদুতা নত্তে, ৱাঙাঙ-শঙাং ফজবা, নোল্লুকপা, অহন-লমন ওজা-গুরুবু ব্যবহার তৌনা চংপা,ফজবা

চৎনরোল, ফিদম্লিঙাই ওইবা লীচৎ-শাজৎ অসিনচিংবা ময়াম অসিসুনি। অদুগীসু মথক্তা অঙাংশিংদা অচুম-অরানগী ৱাখল নৈনহন্দুনা করম্বনা অফবনো করম্বনা কত্তবনো হায়বদো খন্নবগী মচাক লীবিগদবনি। অদুগা লোয়ননা মখোয় মশা মশানা ৱাখল খনবা ঙমহনগদবনি।

মদুদি নত্তদুনা ওজা মশানা পাম্রিবা মাইকে অদোমদা পুশিন্নবা মচাক অদুতং পুথোক্লগা নৈনরবদি মদু নাকন অমত্তগী ওইবা মিৎয়েং ওইবনা অঙাংশিংনা অচুম্বা পোৎশক অদু খঙবা ঙম্রোই। খূবাকসু খূনমসু অঙাংশিংদা উৎপা তাবনি, ওয়সু য়েৎসু খঙহনবা তাবনি। নৎত্রদি মহাক মপূং ফাদবা ওজানি, সিউদো-স্কোলারনি। খঙজবা ৱাৎপদগী ওয়-য়েৎ নৈনদবদুদি মশাগী স্কোলারসিপ ৱাৎচবগী ৱানি, অদুবু খঙন-খঙন নাকন অমরোমদতা য়েংলগা নৈনবদুদি সিন্সিয়ার ওইদবগী ৱানি—এন্টি-একাদেমিকনি, খুদোং থীনীংঙাইনি।

যুগ যুগ খুদিংদা অহল্লোনগী ৱাখলগা নহারোলগী ৱাখলগা য়েৎখায়নবা নৎত্রগা ফূগাযনবা হায়বসি থোক্লুনতা লাক্লিবনি। অহোংবা নাইবা তাইবংনি, অবিবা কয়া মাঙখিগনি, অনৌবা কয়া লাক্কনি। তৌবগীদি অরিবা পূম্নমক মাঙখিগদবা নত্তে, অদুগা লাক্লিবা অনৌবা খিবিকসু হেক্তা ময়াম্না লৌশিনগদবা নত্তে। অহল্লোন্না মখোয়না থাজবক্লিবা অরিবা ৱাখল্লোন, মখোযনা হৈনবক্লিবা চৎনরোল, ফিজেৎ-চাকচা ঙাক্লুনা থম্লিংই, হেক-হাক হোংবা পামদে। অনৌবা ৱাখল-মীৎয়েংগা লোয়ননা হৌগৎলক্লিবা নহারোলনা অরিবা কয়াদু হোংদোক্লুনা অনৌবা কয়া হৌদোকনীংই। অদুনা অহল্লোনগা নহাবোলগা থেংগাইনবা অমসুং মুকখায়নবা হায়বসি যুগ যুগ খুদিংদা থোকই। অদুবু অসিমদি খঙবা চুমই— হৌজিক্কী নহারোলশিংনা অহল্লোনশিংবু পঙই নৎত্রগা মকোক য়াওদে হায়না খল্লকপা মতমদা মখোয়গী মতম অদুগী সমাজগী ফিভম, চাওখৎপগী থাক, অদুসু য়েংগদবনি। হৌজিক্কী সমাজগী শকয়েং মিংশেনদা মতম অদুগী অহল্লোনশিংবু য়েংলবদি লানগনি। ইপা-ইপূশিংবু থকশি-খাশি নাইদনা ঙাঙবা হায়বসি নোংথক্তা তিন শিংপগা অন্মানি।

মতম অমদা ইংরাজি লোন মাংই হায়দুনা তম্নরমদে। মপা-মমানা মচা-মশূশিং ইংরাজি লোন তমহল্লমদে, মাংই হায়দুনা। মসিগীদমক হৌজিক্কী নহারোলশিংনা মতম অদুগী অহল্লোনশিংবু পঙলমম্রেদা হায়না হায়নরি। অদুবু মতম অদুগী সমাজগী চৎনবী, ধর্ম, অশেং-অমাং, অকনবা থাজনবী, লৈবাক ঙাকলোনগী অকনবা চৈরাক— অসিনচিংবা লৈরম্রিবা ফিভম ময়াম অদু য়েংলুরগা খন্নরবদি মখোয়বু অপঙবনি হায়না হেক্তা লৌবিবা লানগনি, মতম অদুগী মিৎয়েংদা মখোয় অপঙবা নত্তে।

নহারোলনা করিগুম্বা অনৌবা অমা হৌদোরকপদসু অদুমঙাই— অহল্লোন্না চৈদুনা লাক্লিবনি, য়ানীংদবা ফোঙদোক্লুনা লাক্লিবনি। ফৈজোম শেৎলম্বদগী খোঙগ্রাউ শেৎপা হৌরকপদা করি ফিজেৎনো শামু মখোঙ হেক মাল্লদুনা হায়না পামদদুনা চৈখিবা কয়ানি, শমকক ফাওবা খজিক্তং হোংলকপদা অহন-লমন্না 'করি শমকক্লি হায়বগে'

হায়রদুনা ঙাঙবিখিবা কয়ানি। অদুবু ফনা চৈদুনসু ফনা ঙাঙদুনসু অহোংবদি অদুম লাকখি, খরনা ঙাইহাক্কী ওইনা খরনা তুংকোইনা।

নোংমা ঐগী ড্রোইংকমদা কাছাড় জবিরবোনলোমগী নুপীমচা অমা ফম্লম্মী। ঐগী কাদা ভাগবত-গীতা উরগা মহাক ঙকখি— ওঝা খোয়গুম্বা মীসু হৌজিক ফাওবা অসিগুম্বা লাইরিক অসিদা লৃপ্লিবরনে! মৈতৈগী অরিবা লাইনীং-লম্বীগী লাইবিক-লাইশু পাদুনা অৰিবা লাইনীংলম্বীবোমদা মহাক্কা ঐবু পৃক্রিং চঙহন্নীংবা জাৎনি। ঐখোয়গী ইপা-ইপুশিংনা মতম অমদা পঙদুনা অরিবা লাইনীং থাদোক্নুনা গৌড়-ধর্ম লৌরুবদগী ঐখোযসে লৈখা তাথরক্লিবনি, মৈতৈ ওইববদি মৈতৈগী লাইনীং-লম্বী চৎকদবনি — মসিনি মাগী ব্রাখল। মাগী ব্রাখলদো ঐ ভাব তাই।

ঐনা মঙোন্দা ঐগী সেলফতা লৈবিবা খৃষ্টানগী বাইবল, ইস্লামগী কোরান, শিখকী লাইনীং লম্বীগী লাইরিক, বাঙাইনাচংবগী লাইরিক খরদু পুথোক্নুনা উৎলি। অদুগা হায়— গৌডধর্ম লৌখ্রিঙৈ মমাঙগী অহন লমনদুসু অপঙবা নত্তে, গৌড-ধর্ম লৌরকখিবা অহন-লমনশিংদুবুসু অপঙবনি খল্লুনু, গৌড ধর্মদসু অফবা মচাক য়াওরি, মযামদুসু নৈনবা ফৈ। অদুতা নত্তনা ধর্ম অতৈদসু লৌশিনবা য়াবা পোৎশক কযাসু য়াওরি। মৈতৈগীনি হায়দুনা তোঙানবা লাইনীং লম্বী অমা লৈবা নত্তে, ধর্ম খুদিংমক অকক্নবা কাঙলুপ অমগীনি হায়দুনা রিজার্ভ তৌদুনা থম্বা নত্তে। খৃষ্টধর্ম অসি ইহুদীশিংতগীনি হায়বা য়াদে, ইংলিশকীসু, জর্মানগীসুনি—করিগুম্বা মখোয়না ধর্ম অসি লৌরগদি। মসি মৈতৈগীসু ওইবা য়াই মৈতৈনা মসি লৌরগদি, লৌবসু ফনা য়াম্না য়াওনরক্রে। ইস্লাম ধর্ম অসি আরব লৈবাক্কীতা নত্তে, নৎত্রগা মফম অদুদা লৈরিবা মীশিং অদুতগী নত্তে; ভারতমচাসু, চীনামচাসু, বঙ্গদেশমচাসু ধর্ম অসি লৌবা য়াই। ধর্ম অমনা জাতি অমবু মাঙহল্লি নৎত্রগা মাঙহল্লে হায়বা ব্রাফমদুদি হেক্তো অচুম্বনি হায়না লৌবা লানগনি। নুপীমচা অদো মখা তারকখিদে। ভাব তারমগদ্রা তারম্লোইদ্রা হায়বদুদি খঙদে।

## হোংলক্লিবা চিঙ্গাক অমদি থকশি-খাশি

চহী যাংখৈরোম মমাঙদনি, ১৯৫১-৫২ গী অদুব্রাইদা ওইরম্বা য়াই, কলকাতাদগী ফোঙবা বাংলালোনগী মমিং য়াম্না চৎপা নুংতিগী পাউজেল-চে আনন্দবাজার পত্রিকাদা মণিপুর কোয়রুবা বাংগালী নুপা অমনা ইরকখি - 'কুকুরের মাংস মণিপুরীদের প্রিয় খাদ্য' (হূই-শাদি মণিপুরীশিংগী য়াম্না পামজবা চিঙ্গাক্লি)। হৌজিক্কী মতমদা ওইরদি কনাসু করিসু থৌওইনা খন্দবা য়াই, অদুবু মতম অদুদা ব্রাহৈ পরেং অদুনা মৈতৈ পূম্নমক মৈ হৌনা শাউহনখি। মণিপুর কাছাড় তখেল শিলোট—মৈতৈন। তাবা লম

পুম্নমক্তা মৈতৈসু বিষ্ণুপ্রিয়াসু মৈ হৌখি। আনন্দবাজার পত্রিকাদা অকনবা ৱাহৈ কয়া শীজিন্নদুনা মাইকৈ কয়াদগী প্রতিবাদ তৌনরকখি। নহারোল খরনা সিম্বোলিক প্রোটেষ্ট ওইনা পাউজেল-চে অদুগী কোপি খরা মৈ থাখিসু হায়। বৈষ্ণবধর্ম শেংনা চৎচক্সবা মৈতৈবু হূই-শা চায় হায়বা, চায় হায়বতা নত্তনা য়াম্না পামজনা চায় হায়বা ! অইবা নুপাদো থেংনরম্লবদি লালু-চোমায় লৌবগী ৱানি।

নীংশিংলি, অঙাং ওইরিঙৈদা ঐখোয়গী পুংকক চাউরক্লবী ইচে অনীনা লাইমিং লৌগদবা নুমিৎ অদুগী অয়ুক্তা য়েরুম ফুত্তুনা চাবদো, পুস্পিগী অরোইবা ওইনা য়েরুম চাবদো। লাইমিং হেক লৌবগা য়েরুম চাবা যাররোইদবা, হেক চাবদা জাত তাগদৌরিবনি, নোরোক তাগদৌরিবনি। অহন-লমনতা নত্তনা ঐখোয় অঙাংসু থাজনরম্মী, য়াম্না কিনা লৌনরম্মী। য়েরুম ফুৎপা অদসু ইমুংদা পুশিন্দুনা ফুৎপা নত্ত্রে, শঙ্গোইদনি ঐখোয় অঙাংশিংনা ফুৎপনি। য়েরুমবুদি ইবোক্লা ঙরাং কৈথেলদগী লৈবিরকপনি লাইমিং লৌগদৌরিবী মশূনুপী অনীদু অমুক হন্না য়েরুম চাবা ফংলরোই খন্দুনা। কৈথেলদগী লৈবকপা য়েরুম খরদো অহিঙ চুপ্পা শঙ্গোইদা লেনখি, ইমুংদা চঙবগী অধিকার ফংখিদে। ইবোকসু কৈথেলদগী কৃম্লক্লগা মফি মরোল তূমথোকক্তনা ঈরু-মায়থজদনা ইমুং চঙবা তৌখিদে। ইবোক্কীদি মসি নুংত্তিগীনি। কৈথেলদগী কৃম্লক্লগা নোংমতা ঈরু-মায়থজদনা ইমুং চঙবা উখিদে। নিংথম-থাগী মতমদা মমৌনুপীশিংনা নোংফাদোক থৌশাহৌদদুনা ঈশিং লুমহৌদ্রবসু ঈশিং অঈংবদা থক থক নিক্লা ঈরুজগনি।

নীংশিংলকই অনায়েক কনবা পাম্বাদা মাইবনা য়েত্থিং থানবা পাঙন ময়ূমদগী লৈরকখিবা য়েনবা মচাদো। শঙ্গোইদা লোঙ্গুপনা উপশিন্দুনা থমখি। য়েন লৈরুবা কাকাদো লোঙ্গুপ মনুংদা য়েন থম্লম্মগা ঈরুজথোকখি। ঐখোয় অঙাংশিংসু লোঙ্গুপ মনাক্তা চঙহনখিদে করিগুম্বা শোয়দুনা লোঙ্গুপ শোক্লবা থোক্লবদি হায়দুনা। নীংশিংলকই ফিশূ শাবোন ফাওবা মাঙ্গোল য়ৌহন্দবদো, শঙ্গোইগী উরাদা থেত্তুনা থম্বদো। মরমদি, ফিশূ-শাবোন শাবদা শরূ মকুপ য়াওই হায়বসে অহন-লমনগী থাজবীনি। অদুগুম্বা মৈতৈনি, মতম অদুগী গৌড়িয়া কনম্রবা মৈতৈ। মখোয়বু হূই-শা চায় হায়বা ! মৈতৈবু ফজনা খঙবা অতোপ্পা কাঙলুপকী মী ফাওবা মৈ হৌনা শাউখি।

নীংশিংলি দুর্গাপূজাগী মতমদা চা-বাগানদা পূজা য়েংবা চৎপদা অহন-লমনশিংনা হায়বদো - ঙসিদি বলিগী নুমিৎনি খরা থেংলপ চৎলু। ঙাইঙমদনা চৎলুবদা হামেং ময়াম বলি তৌবগী ঈ ময়াম উবদা কিদুনা চেল্লকখিবদো। অদুগী মতুংদগীদি বলি নুমিত্তা খক ঙন্না লাই খুরুমবা চৎখিদে। মনসা পূজাগী মতমদা ঐখোয়গী মমাঙদা লৈবা খোংমচা 'বাগা' হেক লাম্থোক্লগা পূজাসু য়েংবা অথুম-অহাও হৈ-রাসু চাবা চৎপদা বলি তৌরবা হামেং শেমদুনা লৈরম্বদো উবদা চেল্লকখিবদো ঙসিসু কাউদ্রি।

শা-ঙাদি লায়রদুনা তিলহৌ-চনম ফাওবা চাখুমদা চঙবগী অধিকার লৈরমদে। ময়াং- পাঙনতনা চাবা পোৎনি হায়না লৌনরম্মী। মৈতৈ চাখুমগীদি য়েনমগা তেজপাৎকনা লোইরে থাউ য়ৈবগী। তিলহৌনা থাও য়ৈবা য়েনশাং চাবসি য়াম্না থেঙনা থেংনরকখি,

য়াম্মা থেঙনা হৈরকখি। মরূ ওইনা জিলাদা, হায়বদি শিলচরদা ক্লাস সেভেন অম্রকপগী অদুবাইদা হোষ্টেলগী মেসতা য়েনম ফংদবনিনা বাংগালীগী মতৌ তমদুনা তিলহৌনা থাউ য়ৈবা য়েনশাং চাবা হৈনরকখি, অদুবু তিলহৌ হিংনা চাবদি চহী কুমজা কয়া মতুংদা, মরূ ওইনা ইম্ফালদা লাক্লগনি হায়বা তাই।

তিলহৌ-চনমগী কলচর অসি মণিপুরদদি হৌজিক অঙকপা ফংনা শন্দোকপ্রে, অঙকপা ফংনা পাম্নপ্রে - চাকচা হৈজানবদা য়াওদবা য়াদবা পোৎচঙ অমা ওইরক্লে। অফবনি হায়না লৌগদ্রা ফত্তবনি হায়না লৌগদ্রা, কলচর অসিমদি চীংলোন মাপন বাংমগী মণিপুরীশিংদা শন্দোক্ত্রি। চীংলোন মাপন বাংমগী পূজারী ব্রাহ্মণশিংনা তিলহৌ চনম পায়বা কিরি। হন্দক বাংলাদেশ চৎপদা সিলেটতা ময়ূম পানবী ইম্ফালগী নুপী অমা থেংনরকই। বারী শান্নবদা মহাক্লা হায় - ওঝা, ঐদি চহী কুনমঙারোম বাংলাদেশতা লৈরক্লবনিনা ইম্ফালগী চাক-য়েনশাংদো চাবা হৈনদ্রে, মরূ ওইনা তিলহৌগা চনমগদো, মাংদ্রবরা তৌরিবদুবু ? বাংলাদেশকী মৈতৈ ইমুং অমত্তদা তিলহৌ চনম থেংনবিরোই, অতৈ চাহৈদবা পোৎশকশিং অদুগী বাদি থমখ্রসি। মণিপুরদা তৌবিবসি উরগা মৈতৈ হৌরকফমনি, লাইরৈবাক্লি, শ্রীগোবিন্দনা কোনবা লমনি হায়বদা ঐখোয় ইকায়বা অমা পোক্লে— নুপী অদুনা থম্মোয় শোক্লা হায়।

যস্মিন্ দেশে যদাচার - চৎলু চৎলুবা মফমদুগী চৎনবী ইনবা তাবনি, রোমদা চৎলবদি রোমানশিংনা তৌবগুম তৌবা তাই। ঐসু মণিপুরদা চহী নীফুরোম লৈশিল্লক্লবনিনা তিলহৌ-চনমগী কলচবদগী লাপথোকপদি ঙমদে, অদুবু য়াম্না হৈনবেনা হাযবদুমক্তি নৎত্রি। শিলোংদা লাইরিক তম্লিঙৈদা খৃষ্টমাসকী বার্তোন অমা ঙাকপা চৎপদা খাসি মরূপ অদুগী ইমুংদা মখোয়গী মায় ঙাকপা ওইনা হৌজিক নহারোলশিংনা য়াহৌঙনবী হায়না খঙনরিবদুদা অহানবা দীক্ষা ফংখি। অদুবু য়াম্না বানা মখোয়গী মমায় ঙাকখি, শেংলবা খৃষ্টমাস নুমিৎ অদুদা পাপকী বাখল অমা ঐঙোন্দা কন্না পোকখি।

ইউরোপ এসিয়াগী লৈবাক খরা কোয়বা মতমদা মখোয়না হংলক্লগদি 'ঐ য়ারবদি ঙা চাজগে' হায়জৈ। মখোয়না করিগুম্বা হংলক্লগনা মখোয়না পুথোরকপা অদু ব্যবহার তৌবা ওইনা অদুম খরা খরা চরা হেন্দনবদি হোৎনৈ, হংবদি তৌদে করি করিনো হায়দুনা, মদু হংলুরগদি ঐঙোন্দা হেন্না মরেং মরেং চৎলক্কদৌরিবা। সনা লৈবাক অসিদা ঐগুম্বা কয়ামুক হৌজিকসু লৈতবা নত্তে; অদুবু মশীংদি নোংমা নোংমগী হন্থরক্লি।

তশেংবনি, চহী য়াংখৈরোম অসিদা কয়াম শাথীনা হোংখ্রবা ! হুই-শা চায় হায়বদা শাথীনা শাউখিবা মৈতৈগী মচা মশূশিংদো ঙসিদি হুইতা নৎত্রে, হৌদোং হামেং লিন ওক অমত্তা খাত্রে। গো-মাতানি হায়দুনা লাইদৌনা খুরুম্নরম্লিবা, খুরুম্বসু য়াওনরিবা ষণ ফাওবা করিমতা নাচুংদনা হোটেলদা চানরে, যূমদা থোংনরে। অহন-লমন খঙহনীংদদুনা তৌরিব্রা নৎত্রগা করি মরমগীনো ফজ-ফজবা মিংসু থোল্লে - য়াহৌঙনবী, ঙাপাই, শজীক চাবী, ট্রেক্টর, চৌকিদার অসিনচিংবা অনৌবা মিংথোল

কয়ানি। চহী খরগী মমাঙদা মিরটতা তন্বা মৈতৈমচাশিংনা লংজা চাবগী ব্বারী তাবদা কোলেজ অদুগী প্রিন্সিপালনা মথবাক য়ৈবগী ব্বারী লৈখি। হায়নরিবদুনি মখোঙ অনী পানবদা একাগাড়ীতা ঙায়রে, মখোঙ মরি পানবদনা কাংথোনতা।

মসিবু ফরিব্রা ? ঐ পিউরিটান নচ্চদে। অদুবু হংদবা ঙমদে, মসিবু ফরিব্রা ? চিঙ্গাক্কা পুক্লিং হকচাংগা মরী য়াম্না নক্লে হায়বসিদি ময়াম্না খঙনবা ব্বাফমনি। ঐখোয়গী সমাজদা থকশি-খাশি নাইরক্লিবা, মিনুংশি ব্বাংলক্লিবা, হিংচা-য়াইতম্বগী ব্বাখলনা হেঙ্গৎলক্লিবা - ময়াম অসিগা হোংলক্লিবা চিঙ্গাক্কী মওং অসিগা মরী লৈনরম্লোইদ্রা ?

## রথযাত্রা অদুঙৈ অমসুং হৌজিক

কোক ঙাওরমগনি, শোয়দনা কোক ঙাওরমগনি। কুদ্রুক-কুদ্রাকপা নংত্রগা লৈখোম লৈনাং হোম্বা লম্বীদুদা উগী কাংখোঙ পানবা কাংদুনা ওয়দমুক চেপ য়েত্তমুক চেপ, গ্রং-গ্রংমুক চেন খংলেপমুক লেপ, তুংলোমদমুক লোং মাঙলোমদমুক উপ, কাং মথক্তুদা নুংঙাইনা তোংলমগনি থাজদে জগৎকী মপূ জগন্নাথদো। হৌজিক্তি লম্বী লৈরক অয়াম্বা পাক্কা চল্লবনিনা, পাক্কামক চন্দ্রবসু অদুঙৈদগীদি য়াম্না ফরবনিনা, মকোক ঙাওবা খরদি ফরম্লগনি। কাং চিংলুরগা হঞ্জিল্লকপদা জগন্নাথগা অব্বাই-অখুম তৌনবদো ফনা নুংঙাই—

*জগন্নাথ কদায়দা চংলুই —*
*কাং তোংঙুইনে,*
*কাং তোংবা নুংঙাইবরা —*
*কোকতুম ইঙাও ঙাওরি,*
*খেচ্রি চাবা হাউবরা —*
*মোরোকতুম ইশা শাই।*

খেচ্রিদি হৌজিকসু মোরোক অদুমক শারি। ঈশ্বর মানা পামজদুনা তৌরিবরা ভক্তশিংনা পামজদুনা তৌরিবরা, অদুদি খংদ্রে। খেচ্রি মোরোক শাবসিদি মণিপুরদগী মণিপুর ব্বাংমদনা হেল্লি। মণিপুরগী খেচ্রিগা চীংলোন মাপন ব্বাংমগী খেচ্রিগা খেন্নবা খরসু লৈরি। মণিপুরগী খেচ্রিনা হব্বাই পংয়াও য়াওদে. চাক ওইনা তৌই, পেৎলি, চাবা য়াননবা য়েনশাং মথেল ফজনা য়াওই। মপানগী খেচ্রিনা হব্বাই য়াম্মি, শ্বাই-শ্বাই লাউই, য়েনশাং য়াওদ্রবসু চাবা হাওই। চহী নীফুমরি-মঙারোম মমাঙদা মণিপুরদা ইহান-হান্না লাকপা মতমদা মণিপুরগী খেচ্রি উরগা খনখি, মসিবু খেচ্রিরা চক্কা ! শিলোংদা কোলেজ তম্মোই থবক তৌবোই লৈরিঙৈদা বিষ্ণুপ্রিয়ামচাশিংনা হৌদুনা জয়দেব চোংই, খেচ্রি চায়। বিষ্ণুপ্রিয়া বামোন্না হৌবা খেচ্রিদো বাঙ্গালীগী খেচ্রিদৌনা চবেৎ চবেৎলি, হাউফম খঙদে। অদুবু খেচ্রি পাম্বনিনা কাছাড়গী খেচ্রি ওইরবসু মণিপুরগী

খেচ্রি ওইরবসু, বাঙ্গালীগী খেচ্রি ওইরবসু বিষ্ণুপ্রিয়াশিংগী খেচ্রি ওইরবসু মিত্তাদবদি ঙমদে ।

খেচ্রিদি কাসারী হৱাইনা হৌবনা খ্বাইদগী হাউবা হেল্লি । মৈতৈনা খ্বাইদগী হেন্না পামজনা চাবসু কাসারী হৱাইনি । কাছাড়দা হায়নবা অমা লৈরম্মী, 'কেসারী ডাইল মণিপুরী ডাইল, মুসোরী ডাইল বাঙ্গালী ডাইল, অড়হর ডাইল দেশৱালী ডাইল'· কাসারী হৱাইনা মৈতৈগী হৱাইনি, মুসোরীনা বাঙ্গালীগী হৱাইনি, অড়হরনা দেশৱালীগী । ফাগি ওইরবসু অচুম্বনি । নুংঙাইতে কাসারী হৱাইনা মাঙখিবদো, মাঙখিবা নত্তে মাঙহনখিবনি, করিনো লায়না অমা পোকই হাযদুনা মাঙহনখিবনি ।

শিলচরদা মেট্রিক থারমদাই ক্লাসতা অম্রকপগী অদুৱাইদা বুৱালজুরগী (মৈতৈনা গুৱানজুবসু হায়) বিপ্লবকী ঈশৈ যাম্না পামজনা শকপা কমিউনিষ্ট কর্মী তা-লোকনাথনা কাং মাপন্নিদা কাছাড়গী মৈতৈনা মাঙহল্লিবা শেনগী হিসাব পীবদো তানীংখিদে । কাং মাপন্নিগী পালি পুবদা মৈতৈ খুন অম-মন্না চাংচৎতা কাসারী হৱাই মোন অদুক অচা থাউ টিন অদুক, ঘি অদুক, অদুদগী মরু-মবাং—মযাম অসি লৈবদা মৈতৈনা চষ্টী চূপ্পা নুপী-নুপা চঙনা ৱানা তাঞ্জবা শেনদো দুকান্দার মহাজনগী উপদা চঙখিবনি । কাংচিংবা, রথযাত্রা হায়বসে বাঙ্গালীদগী মৈতৈনা তম্লকখিবনি; অদুবু বাঙ্গালীনা কাং চিংব্রা, জয়দেব চোংব্রা, উৎসোব কৎপ্রা, খেচ্রি কৎপা ? তা-লোকনাথকী লেকচরদো তাবুদি তাখি, অদুবু থোইনা থম্বকদে ।

বাঙ্গালীশিং কাং চিংদবদি নত্তে । মতমদুনা শিলচরদা রাংগীরথাবিরোমদা লৈবা বিলপারগী অখড়াদা কাং চিংই । শিলচর সহরদা বাঙ্গালীগী কাং হায়দবু মদুনা লোইরে । সিলেটতা (মৈতৈনা শিলোট কৌবম্মী) চষ্টী চরেং খুত্তাকপা মতমদা মৈতৈগী মতেঙনা বাঙ্গালী-হিন্দুশিংনা কাং চিংখিবগী ৱাবী অমা লৈ । চষ্টী অদো হিন্দুগী রথযাত্রাগা মুসলমানগী মহর্রমগা নোংমতদা তাবা ওইনা তৌখি । লম্বী-লমজাওদা হিন্দুসু কাং চিংদৌবিবনিনা মুসলমানশিংসু প্রোসেসন চৎকদৌবিবনিনা মুসলমানশিংনা হিন্দুগী কাং চিংবদো নোংমা য়েথোকউ হায় । গম্ভীর সিংহ মতম অমদুদা শিলোটতা লৈ । মঙোন্দা পাউ অসি য়ৌরবদা মহাক্না মুসলমান লুচিংবশিং কৌরগা ৱাফম অদু নৈনদুনা কাংসু নুমিৎতুদা চিংখি মহরমসু পাঙথোকখি । কাং চিংলবসু বাঙ্গালীশিংদি মৈতৈদৌনা পালি তৌদুনা নুমিৎ মাপন্নি উৎসোব কৎতে, জয়দেব চোংদে, খেচ্রি কৎতে । মখোযগীদি হৈ-রা অথুম-অহাও খরা কৎলগা আরতি তৌরগা লোইরে ।

মৈতৈগীদি উৎসোব জয়দেব খেচ্রিতা নত্তে, খুবাক ঈশৈসুনি । খরা মচিঞ্জাক চাবা ইমুংগী পালিদা খুবাক ঈশৈ য়াওদ্রবদি ইকায়নরম্মী । খুবাক ঈশৈদি ইম্ফালদনা য়াম্না হেল্লম্মী । কাং মাপন্নিদো মাঙোপ পূম্নমক পৃংনিল নিল্লম্মী, নুংথিলদগী নুমিদাং অথেংবা ফাওবা । মমিংলৈবী ঈশৈ শকপীশিংদি বার্তোন্না কৃক কৃক ঈন্নরম্মী । কাছাড়দদি মমিং চৎপী ঈশৈ শকপী পংয়াম য়াম্না লৈরমদে । অদুনা খুন-খুন্দা লৈকাই লৈকাইদা খুবাক-ঈশৈ পালা লিংখৎনরম্মী । লাপ্প-লাপ্পবা খুন ফাওবা খুবাক-ঈশৈ শকপা চৎনরম্মী ।

করি করিগুম্বদা ঐখোয়স্ু মতুং ইন্নখি ।

কাংগী মতমদা ঝুলোনগী মতমদা ঐখোয়গী জগমোহনদো খুবাক ঈশে তমদবা য়াওখিদে । ইচে অনীদো খুবাক-ঈশেসু জগোই রাসসু ফনা তোয়না য়াওখি । মতম অদুগী লৈশাবী মচাশিংদি অয়াম্বনা লাইরিক-লাইশু তমদবনিনা খুবাক ঈশে অমসুং জগোই বাস য়াওবগী মতম ফজনা ফংখি । তৌরাংলৈকাইগী ইনে থোইবীদো অয়াম্বা মতমদা মনাওনুপীগীদা লৈরবা উখি - খুবাক ঈশে মতমদা খুবাক-ঈশে তম্বিবা, জগোই রাস মতমদনা জগোই-বাস তম্বিবা । মতমদুগী মমিং চৎপী ঈশে শকপীনি । ভৌরোক ভৌবদুনা মশক-মতৌ ফজে । ঐখোযনা উবদো ফনদি অহন ওইরবনি, অদুবু খোলৈ-খোন্দা মশক-মতৌ পংহন-হল্লমদ্রি । নহা ওইবিঙেদদি লৈবাক শেৎ শেগায়রমগনি । মদুগী খুদম পংকুই কুইদনা হাকুম ফংখি । থবক অমগা মবী লৈননা অজ্ঞা অভিরাম শর্মা খুকুম্বা চৎলুই । ফমদা তাদুনা লৌরিবা চঙী চামা হেল্লবা অগুানা মঙ-ওই হা-ওই হংলকখি - থোইবীদো কমদৌবি, তৌরাংলৈকাইগী থোইবীদো ? মরক মরক্রা ? ভিদা থাদোবকপা অনিবা ফিল্মদৌনা উববা কবিনো মণিপুরগী অজ্ঞানা কাছাড়গী থোইবীদো । ইনে থোইবীদি কুইবে লৈখিদবা, তৌজিক্কী শুবোলনা খঙলরোই, নীংশিংবা ... ক্রবোই ।

কাং চিংবগী কুম্মেদো কুম্মে অমনি । ঐখোযগী খুনদো খুঙাওনি, লৈকাই মরিনি । লৈকাই মবমক মাগী মাগী কাং পুথোক্লবক্কদৌবিবনি, চাউবা তান্নগদৌরিবনি, ফজবসু । মণিপুবগী লৈকাই লৈকাইদগী পুথোক্লবক্লিবা কাংশিংদি পিকই, কাছাড়গীনা চাউরি । ঐখোযনা অগুাং ওইবিঙেদা চাউথ্রবা লৈকাই মরিগী কাংশিংদো ভন্না পুথোরকপসু তান্নগদৌরিবনি, মবমদি মাইল অনীবোম লাপ্পা লৈবা পুবান বাজাব (কৈথেল অরিবসু কৌই মৈতৈনা) তান্না চিংগদৌরিবনি । মফম অদুদা অকোযবদা লৈবা খুনশিংগী কাংসু তিল্লগদৌবিবনি — বাঁশকান্দিগী বানীপুরগী তৌরাংলৈকাইগী ..... । লম্লোং অহুম ফাংবদুদা দুকান্দাবশিংনা হৈ-বা কৎকদৌরিবনি, ময়াম পূন্না আরতি কৎকদৌরিবনি । হৌজিক টেলিগ্রাফকী ইলেকট্রিক্কী তারা ময়াম কাতুক-কারন তিংলকপদগী খুন ময়ামগী কাং ময়াম পূনবদো তোকখিবা কুইরে । অদুমকপু লৈকাই মবিগী কাংদি পূল্লি হৌজিকসু খুনগী খুনয়াইদা লৈবা সোবোক কারোংদা । করিগুম্বা চহীদা লৈকাই অমনীগী কাং মশক উদবসু য়াওরক্লে । ইম্ফালদসু লৈকাই ফনা য়ম্লক্লে কাং পুথোক্লরক্তবা । উন-উনা অহোংবসি অদুম লাক্লি, মণিপুরদসু মপান্দসু ।

কাং মাপন্নি মাঙোপ পূম্নমক খুবাক-ঈশে জয়দেবনা পূংনিল নিল্লম্বদো নিনখিদ্রে । উৎসোব-খেচ্রি কৎপসু অহৌবগা অরোইবগা কৎলগা লোইশিন্নবনা মশীং হেঙ্গৎলক্লে । নিঙোল পালি কাউনরক্লে । হরি-শয়ন নীংশিংনদ্রে ।

## নীংখা তম্বা ফংজদ্রিবী নুপী

কুইদ্রি, নিংথমথা লোইরমদাইগী অয়ুক অমনি। কুকি মৌনহা অনী পিক্-পিক্ থনবা মৈতান বোবা অম-মম মনঙ্গন্দা পোরদুনা হাবা লাকই। শক খরা খরদি খঙনরে, মতম খরগী মমাঙদা অমুক-অনীরকসু য়োনবা লাকখ্রবনি, কাংচুপলোমদগীনি।

'ইপা, হোঙনা পীরম্রগে লৌহৌরো।' মখোয়গী ইচম-চম্বা মতৌদুনি।

'নিংথমথা লোইশিল্লক্রবসিদবু মৈতান কৈদৌনরুনি ?'

'অদুগী হোঙনা পীবিগে হায়বনিনে। অমুক লাকপা নিংথমথাদসু তিকপা য়াইদনা।'

'ঙাইখো, ঐ নুপীদা অমুক্তা হংখিগে।'

'এ: করিগী নুপারনে ? নুপীদা অমুক হংবরনে, নুপীনা ঙম্বরনে ? ঐখোয়গী নুপাশিংদি নুপীগী য়া লৌবিদে।'

ঐ নোক্লীংলকখি। নীংশিংলকখি ময়াং ইম্ফাল তোম্বীগী ইপোমদো, নুপী মবা লৌদে হায়রগা লেমজবা ওইনা খন্নবা ঐখোয়গী সমাজগী নুপাশিংবু করেম্নবদো। ইতোমতা ইকায়জরকখি, মৌনহা অনীদুনা ঐবু করি হায়না খল্লমগদবা, আধামোরা-ককা হায়না খল্লম্মোইকো !

মাঙদা চোংথোরকখি ওজা সমরেন্দ্রনা মহাক্কী 'চীংদ-মান্দা' হায়বা য়ারেংদা য়েকপা তাংখুল নুপীগী শক্তমদো— থবক য়ানা য়ানা শূবী, অয়াংবা লোইবী চীংগী অঙম্বা লম্বীদা মনঙ্গন্দা পোৎলুম থোঙ্গৎতুনা পুবদা য়ায় কৌবা হায়দবী তাংখুল নুপীগী শক্তমদো।

মৈতৈ নুপীসুনি। থবক অয়াবা পূম্নমক মখোয়তনা তৌরিবনি। লৌবুক্তা কূমদুনা লৌ লিংই, লৌ খাওই, লৌ য়ৈ, চীংদা কাদুনা শীং চল্লি, পাৎতা কূমদুনা ঈন চিংই, লোং খোল্লি, য়ুমগী অকুপ-অতাই হোৎনৈ, ফিরোল শাই, কৈথেল কায়, লল্লোন-ইতিক তৌই... । অদুবু নুপানা মখোয়বু হয়না য়েংই, মীনাইনুপী ওইনা লৌই। ব্যবহার ওইনা শক্তাক্লে, 'ননাই ঐগী মীনাইনুপীনি।' য়ুগ কয়াদগী অচুম্বা শারদুনা চৎনরিক্লিবা য়াখলনা শুব্ধৎতুনা মখোয় মশানসু য়াজে 'পাঙ্গল শোল্লবী তোল্লবী নুপীগী মপোক্লি।' অদুনা চাক-য়েনশাং হাউতবগী ওইরবসু অতৈ মরমগী ওইরবসু নুপানা ফূবদা খাঙদুনা লৈ, মখুৎ হনবা ঙমদে। চৎনরিবা ধর্মনা থাজহল্লি নুপীগীদি মপূরোইবনা লাইনি, মপূরোইবা পেন্নবা সেবা তৌগদবনি, মদুনি সতী-ধর্ম, নুপীদি নুপাদৌনা মমিৎ চোইবা য়াদে, নুপাদি চামগী মপূনি।

হৌজিক্কী অসুক চাওখৎলবা, নুপীনা শুব্রুং কাবা য়াওরবা, নুপীনা লৈবাক কয়াগী প্রসিদেন্ট প্রাইম-মিনিষ্টর ওইরবা মতমসি ফাওবদা মৈতৈ সমাজনা নুপীগা নুপাগা মান্নে হায়না লৌবা ঙমদ্রি। মতৈ-মনাও চাক-য়েনশাং লৌমিন্নদুনা চাবা য়াদ্রি। নুপীগী ফনেক নুপানা শোকপা য়াদ্রি। হায়বুদি হায়নৈ, ......করম্বা নুপানো নুপীগী ফনেক পায়দবা। অদুবু মদুদি লোয়নি, ময়াম মমাঙদা নত্তে। ময়াম মমাঙদদি নুপীগী ফনেক

অসি য়াম্না হৃম্ব্রবা জীবগী মাংগ্রবা মফি ওইনা তৌরি। লোইরে লোইরে নুপীগী ফনেক শৃই হায়রদি, আধামোরাতা নত্তে পূরামোরানি। নুপাবু খ্বাইদগী শাধীনা খোজোইনবসি নুপীগী ফনেক্কা কৃপ্পা হায়বসিনা লোইরে।

মৈতৈ-পাঙন নুপীশিংদি অময়োমদা মরাইবক ফৈ হায়বা য়াই। মপাগী অমদি মপুরোইবগী সম্পত্তিদা নুপীগী শরুক থুংই। মতৈ-মনাও ফোংনা হিদাকপু তিন্নবা য়াই। থবকসু মৈতৈ অমদি চীংমী নুপীশিংনা শৃরিবা অসুম হায়না কন্না শৃদে। পাউরৌ লৈরিবদুনি—থৌরেতবী পাঙন নুপীনা থোইদিং শঙবাই অমা হৈদেক্রগা খুন্দুনা শান্নে। ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা কাছাড়দা মরী-মতাগীদা চৎপসি পাঙন নুপীনা খ্বাইদগী হেল্লি। ফাগি তৌনরম্মী—পাঙন নুপীনা চৎপদা লম্বী-লমজাও কৃৎলে। মতম শংনবদুনা চৎনরম্বনি হায়বা তাই। মণিপুরদদি পাঙন নুপীনা কৈথেল কাদুনা কারবার তৌবদা য়াওবনিনা অদুক হাক্কা থোইদিং হৈদেক্রগা খুন্দুনা শান্নবগী মতম ফংলম্লরোই।

অদুবু পাঙন নুপীসু মরাইবক ফৈ হায়বা যাদে। ঐনা ঐগী কোয়নদবা পাঙন মক্ষপ-মপাংশিংদা মরক মবক্তা হায়, পাঙনগী ঐনা য়ানীংদবা অনীখক লৈ— অমনা নুপানা 'তালাক তালাক তালাক' হায়না অন্থম্রক হায়বগা হেক্তা খাইনবা য়াবা, অদুগা অমনা নুপীবু বুরকা মনুংদা য়োমশিনবিদুনা থম্বিবা।

চহী খরসি লিলোংগী লম্বীদা বুরকা উপতুনা স্কুল-কোলেজ কাবী নুপীমচাশিং উবগা ঐঙোন্দা নুংঙাইতবা অমা পোক্লকই- মসিবু মাঙদা চঙখৎলিব্রা, তুংলোমদা হৎল্লব্রা ’) চহী তরাম্নুক মমাঙদদি মসি উবমদে।

ঐনা ঐগী মরূপশিংদুদা ব্বারী শানা শানা নীংশিংহল্লি তুর্কিগী ব্বাবী। কামালপাশানা নুপীশিংদগী বুবকা লৌথোক্রমদ্রবদি ঙসি তুর্কিনা ইউরোপকী লৈবাক অতৈগা খোঙথাং মান্ননা থাংবা ঙম্রিবসে থাংবা ঙম্রমগদ্রা ? সেন্ট্রেল এসিয়াগী মুস্লিম লৈবাকশিংদা নুপী অমত্তা বুরকা উপ্পা থেংনরক্তে। শিলচরদা গৌহাটিদা লাইরিক তম্লিঙৈদা মুস্লিম ছাত্রী অমত্তা বুরকা উপতুনা কারকপা থেংনখিদে। হন্দক বাংলাদেশ চৎলুবদা সিলেটকী লম্বীদা স্কুল কোলেজ কাবী নুপীমচা অমত্তা বুরকা উপ্পা উরক্তে। পয়লা বৈশাখ, চহী অনৌবা হৌবগী কুম্মৈদা ঢাকাগী লম্বী লমজাওদা মী লাখ লাখ নুপীসু নুপাসু তিনবদুদা বুরকা উপ্পী নুপী অমত্তা থেংনরক্তে। বাংলাদেশ মণিপুরী সাহিত্য সংসদকী থৌরমদা রৌশেনারা কৌবী লৈশাবী অমনা রবীন্দ্র সংগীত শক্লে ঢাকাদগী কার থৌদুনা লাক্লগা। বুরকা উপ্পদি লাইরদুনা মকোক ফাওবা খুম্লক্তে। মহাক্কা নাপদা চিনবা কবোক্লেদো কয়াতা পকচম্রে।

বেনাজির ভুট্টো, খালেদা জিয়া, শেখ হাসিনা, নজমা হেপতুল্লা, সাবানা আজমী মখোয়বু নোংমত্তা বুরকা উপ্পা উম্রবরা ? টি ভি দা ফনা তোয়না থোক্লিবা ঙাক্তনি। চাওখৎপগী থাক অমা য়ৌগ্রবদি বুরকা উপত্রসু য়াবা জাৎ ওইরে ? ঐনা ফাগি তৌই ঐগী মরূপশিংদুদা।

খল্লম্বা য়াই, কাফিরমচা অসিনা মথৌ হৈরে লৈতনা ঙাঙজ শারিসে য়েংঙু।

কাফির ওইরবসু ইমান্দাব মুস্লিম ইণ্ডিয়াওশিংগী মচন-মচোমশিংবুদ চাওখৎলবা মুস্লিম লৈবাকশিংগী মতৌ তমহন্নীংই, মঙ্গোল ফংলবী লুচিংবীশিংগী মতৌ তমহন্নীংই ।

হাকুম ইস্কুল বুক ফেয়াবদা পাঙুন লৈশাবীমচা অমা রা ঙাঙনবা ষ্টেজদা কাখৎলকই । কথা মজনা মচা তানা তানা ঙাঙলকখ্রে, মহাক্না অদুম হায়না ঙাঙথোবক্কনি হায়না থাজরমদনা ভাবেকশিংদো ঙক্লখি । নুপীমচাদো বুবকা উপলকখিদে । কাছাড়দা লৈবা নুপী মকপ লৈহান্না হুকুম মৈতৈ পাঙুনা ছাত্রশিংগী মীফম অমদা নুপীমচা অমনা চোংথোবক্লনা থম্মোয় শেক্লা রাফম সমা য়েংহৌদোকখিবগী রাবী তম্মি । নুপীমচাদুনা হায়রকপি হায় --- ঐখোয়বু অফা-অপুন ময়াম মসদগী লৌথোকপিরো, ঐখোয়না কদায়দা চৌবা ভুম্বগে হায়বদু য়েংবিয়ু । নুপীমচা অদগী খোল্লুলদুনা নীংথা তম্বা ফংদ্রিবা নুপী পুন্নমক্কী খোল্লুরলনি ।

তুশেংনা হায়ববনা অফা-অপন ময়াম অমা লৈবিবসিদি পাঙুন নুপীশিংগা নত্তে, মৈতৈ নুপীশিংগীসুনি, খোংজাই নুপীশিংগীসুনি, তাংখুল নুপীশিংগীসুনি, কবুই নুপীশিংগীসুনি — খরা তেনবা হেন্দবগী রাগনি । মৈতৈ সমাজদা তৌত্রিকসু নপানা অদ-অসু চৌবা যাং-য়াদে অম্মা লৈদি । তৌত্রিকসু নুপাগা মান্ননবা খোংথাং যাম্না রাংলি থাংগদবা । মসিদা নুপান্তা নত্তনা নুপীনসু নুপীনু অপনবা অর্থংবা কয়া পীরি, খুরৌ থাংলি । হায়নবা যাওন্দ্রান -- নুপীনা নুপীগী য়েকবনি ।

## খুঙ্গংগী অইবশিংগী রাকৎ

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ বিষ্ণুপুর মশাগী হন্দক্তো ফমখিবা চহীগী মীফমদা সিম্পোসিয়ম অমা পাঙথোকখি । হীরম্না খুঙ্গংগী অইবশিং : মখোয়গী সাহিত্য মখোয়গী সমস্যা অমসুং মখোয়গী আশা । খন্ন-নৈনবদুদা কনাগুম্বা খবনা হায়খি --- সাহিত্যদা খুঙ্গংগী সাহিত্য সহরগী সাহিত্য হায়না লৈবা য়াবা নত্তে, সাহিত্যদি অমত্তনি খুঙ্গংগী পুন্সিবু উৎলবসু সহরগী পুন্সিবু য়েক্রবসু ।

মসি চুমদববুদি নত্তে । অদুবু খুঙ্গংদা লৈবা অইবা অমদি সহরদা লৈবা অইবা হায়বমদি লৈতবা নত্তে । খুঙ্গংগী ঈশিং-নুংশিৎকা সহরগী ঈশিং নুংশিৎকা খরা খেন্নবগুম খুঙ্গংগী অইবশিংনা থেংনরিবা সমস্যাগা সহরগী অইবশিংনা থেংনরিবা সমস্যাগা খরদি খেন্নে ।

সমাজ খুদিংমক্তা লাইবিক লাইশু তম্বসি সহরদা লৈবা মীনা হান্নি, মরমদি মদুগী খুদোং চাবা সহরদনা হান্না ফংই । অদুনা সাহিত্যগী ঈহৌসু সহরগী লমদমদনা হান্না লাকই, মরমদি সাহিত্য শেমগৎপা হায়বসি লাইবিক-লাইশু হৈবশিংনা শেমগৎলি । মসিমক্তা সহরগী লমদম্না সাহিত্যগী ঈহৌ শাগৎপা হৌবতা নত্তনা ঈহৌগী ময়োলসু

ওই । মসি মণিপুরী সাহিত্যগী মতাংদসু অচুম্বনি ।

অনীশুবা লাঞ্জাও মমাঙদা হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্যগী ঈহৌ শাগৎপা হৌরকখিবসি সহরগী লমদমর্দানি - ইম্ফালর্দানি । লাঞ্জাও মতুং ফনা কুইরবা ফাওবা ঈহৌ অসিদা খুঙ্গং পংয়ৌ য়ৌখিদে ।

খুঙ্গংনা সাহিত্যগী ঈচেলদা য়াওবা হৌরকখিবসে থৌবালগী লৈতাঙ্খেম রামসিংহগী উপন্যাস 'জাত ওনবা' (১৯৫৪) ফোংবদগীনি হায়বা য়াই । হৌজিক্তি মণিপুরগী অকোয়বদা অনকপদা অরাপ্পদা লৈরিবা খুঙ্গংগী লমদম কয়া সাহিত্যগী ঈচেলদা য়াওররে, ঈচেলদা ঈনোৎ হাপ্পরে । থোইদোক্লা পনবা তারবদা ককচিং থৌবাল, য়াইবিপোক, নম্বোল, বিষ্ণুপুর, মোইরাং, চুরাচান্দপুর, লমলাই অসিনচিংবা মাইকৈ কয়াদগী শৈরেং, রারীমচা, উপন্যাস, দ্রামা, লমকোয়-রারীনাচিংবা সাহিত্যগী মথেল কয়া মশক উবা ফংলে । খুঙ্গংদা সাহিত্যগী সংস্থান কয়া লিংখৎলক্লে, চেফোঙ কয়া ফোঙনরক্লে ।

অদুবু খুঙ্গংদা লৈবা অইবশিংগী মপূক্লিং নুংশিবা অমদি লৈ । মপূক্লিং নুংশিবতা নত্তনা ফোংনা রাকৎপা ফাওবা যাওরক্লবনি - মখোয়না থরায় য়াওনা হোৎনজরিবা খরসি ইম্ফালদা লৈবা কাঙবুনা ঊবিদে, নৈনবিদে । লাইরিক ফোঙবগী অরাবদি খুঙ্গংদনা হেল্লির্বনি । ইম্ফালদা লাইবিক ফোঙবিনবা লৈতবগুম খুঙ্গংদসু লৈতে । অদুবু ইম্ফালদা ফোঙবা লাইবিক্তি লৈবিনবা খবা অদুম মরৈ, খুঙ্গংর্দদি লৈবিনবা লৈতে ।

নোংমা মকপ অমনা রারৌনা হায - লৌরায়দগী পুরক্লুনা য়োল্লবা ইনশাং-নাপীদি ইম্ফালগী কাঙবুনা লৈদুনা চায়, লৌরায়দগী পুথোরকপা লাইবিক্তি য়েংবিদে, পাবিদে । লৌরায়দা ইনবিবা লাইরিকশিংসিবু ইপামক পাবা য়াদ্রবা জাৎলা ?

ববাক অমদি ব্রহ্মপুত্র তম্পাক্কী অইবা খরনা থম্মোয শোক্লা হায় - ঐখোয়না ইজবিবা খরসি মণিপুরগী কাঙবুনা থৌশাবিদে, থাক হম্বুনা খল্লি ।

মদুমক্তি ওইরমদবসু য়াই । খুঙ্গংদা ফোঙবা খঙদে মণিপুবগী মপান্দা ফোঙবা খঙদে মতম চানা মফম চানা য়ৌবা ঙমদবনা ওইবসু য়াই । ইংরাজিদা হায়নরিবদুনি-*আউট ওফ সাইট আউট ওফ মাইণ্ড* । মসিগী খুদোংথীবসি মণিপুরগী মপান্দা ফোঙবা লাইরিকশিংগী মবাইবক্তনা হেল্লি ।

*ঈযাইদা লোৎপা মণিনা*
*উবিনবা যাওদনা*
*অবেম্বদা ঙানবগুম,*
*নাবক্তা শাৎপী লৈরাংনা*
*চিনবিনবা লৈতনা*
*অবেম্বদা শাৎপগুম....*

উবু উবিদ্রবদি পত্তুনা তাদুনা লৈবগী অকিবদু লৈতবা নত্তে ।

অদুবু হৌজিক্তি ফিভম হোংলে । ইম্ফালগা লৌরাযগা নকশিন্নরে, মণিপুরগা মপানলমগা পংলাপ লাপ্পদ্রে । হৌজিক হোংবগী দরকার তারিবসি লৈময়োন্দা লৈরিবা সাহিত্য নৈনরিবা কাঙবুগী রাখল মিৎয়েংনি ।

খুঙ্গংগী অইবশিংনা হায় - ঐখোয়না ইজরিবা খরসি সাহিত্য নৈনবিরিবশিংনা কয়াদা ফজরিবা কদায়দা থীরিবা হায়বদু খজিক্তং তাকপিরবদি ঐখোয়দা থৌগৎপিবা ওইবতা নত্তনা মথংদা হেন্না ফজবা ৱারেং-শৈরেং পুখোকপদা মতেঙ ওইগনি। ফৈ নংত্রগা ফত্তে, করিনো অদুখক্তংদি হায়বিয়ু।

ইনৈমক নৈনদবদি নত্তে, নৈনবা য়াবশিংদুদি নৈনরি—সাহিত্য নৈনরিবা শক্লাইরবশিংনা হায়। অদুবু মসিমদি লোইনমক্না য়ানীংগনি, থবক অতৈদা তৌবগুম সাহিত্যদসু পেট্রোনেজ চঙই, মখোঙ শোম্বিবা হায়বমা য়াওদবা য়াদে। মদু ৱাংলি হায়না খনবগী ৱানি। ক্রিটিকশিংনসু ক্রিয়েটিভ লিটরেচর শেমগৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌই হায়বসে অমুক পন্দ্রসু খঙনবা ৱাফম্নি।

মুগল বাদশাহ আকববনা নোংমা বীরবলবু কৌরগা হায় - য়েংঙুনে, ঐগী ইচানুপাসে লফোই চাও হায়বা শৃকয়া য়াদ্রে, করিনো তৌগদবা পাম্বে অমত্তংদি তাকপিয়ু।

বীরবলনা নুপামচাদুদা লফোই চাবনা করি কবি কান্নবগে হায়বদো নুমিৎ নীনি-হুম্নি চঙনা মচা তানা মযেক শেংনা শন্দোক্না তাকপদগীদি অঙাংদো লফোই চাগে হায়রক্নে। চাবতা নত্তনা খরনি মতুংদদি লফোইতা চাগে হায়বক্নে।

নিংথৌবেল আকবর কিশিল্লকপমা য়াওবে। অমুক্না বীরবল কৌরে - মাগী লফোই খৃৎচাসে কমদৌসিগে!

বীরবলনা হন্দমুক্তি লফোই চাবগী কান্নদবা মযাম অদো মথং মথং হায়থবক্নে। খবনি মনুংদা নুপামচাদো লফোই অমুক পনবা যাখিদ্রে।

বীববলগুম্না থাগৎলগা নোংমদোন খেংনা থাগৎপা থাদবগনা লৈখা তানা লৌবা য়াদমখৈ থাদবা অদুগুম্না ক্রিটিক মণিপুরী সাহিত্যদা লৈতব্রা হায়নদি খল্লি। লৈবম্না তারবসু মথি তোয়না ফোঙবদি তাদে। মথি ফোংদবা ফৈ। সেন্স ওভ এপ্রিসিয়েসনগা লোয়ননা বেলেন্স পুবিবা ফৈ। অদুগা লোয়ননা খুঙ্গংগী অমদি মপানগী অইবশিংনা খরদং ওইরবসু হোৎনজরিবসিদা নুংশি-মিৎয়েং তাবিবা ফৈ।

হৌজিক্তি বাংলাদেশতসু মণিপুরী সাহিত্যগী ঈহৌ অসি লাক্লে। মতাং অসি য়ৌরকপদা সনালৈবাক্কী লৈময়োন্দা লৈরিবা সাহিত্য শেমগৎলিবা কাঙবুগী দায়িত্ব অমুক্কসু হেঙ্গৎলক্লে। অতোপ্পা লৈবাক অমদা লৈরিবা মশীং য়ামখিদ্রবা মণিপুরীশিংনা শাগৎচরক্লিবা সাহিত্যগী ঈহৌ অসি নুংশিবা মিৎয়েংগা লোয়ননা শৌগৎপিবা অমা চঙই, শৌগৎপিফম থোকই।

## ধর্মগী লাইরিকশিংনা নুপীদা য়েংবা মিৎয়েং

পাঙ্গল থৌনাগী শক্তমনি হায়দুনা দেবী দুর্গাবু খুরুম্নে 'যা দেবী সর্ব্বভূতেষু শক্তি রূপেন সংস্থিতা, নমস্তস্মৈ নমাস্তস্মৈ নমস্তস্মৈ নম: নম:' হে দেবী, নঙদি শক্তিগী মশক

ওইরিবীনি, খুরুমজরি খুরুমজরি খুরুমজরি নঙবু ।

পৃথিবীদা দুর্গা লাইরেম্বীগুম পাঙ্গল থৌনা ফবী নুপী কয়াম লৈরমগদগে খঙদে। খরগদি লৈরম্বা য়াই - ধর্মগী লাইরিক্তা ইতিহাসকী লামায়দা । অদুবু মপূং ওইনা নুপীবু লৌনরিবসিদি 'পঙলবী পাঙ্গলশোনবী অবলা জাতি' ওইননি । মসিনা অচুম্বা ওইনা সমাজনা যুগ যুগ খুদিংদা লৌদুনা লাক্লি, ধর্মগী লাইরিক কয়ানা ঈশ্বরগী মিংদা মাসমক তাইবংমীদা পাউতাক পীদুনা লাক্লি । মসিগী খুদোংচাবা লৌদুনা নুপানা নুপীবু নমথদুনা পাল্লক্লি । নুপীসু মশামকপু মীনি হায়বসি করি করিগুম্বা মতাংদা খঙদবগুম তৌদুনা লাক্লি । মী অমা ওইনা পোকপগী ফংফম-থোকপা অধিকার সমাজনা নুপীদা পীদদুনা লাক্লি ।

নুপীসু মীনি, মী অমা ওইনা মাগী ফংফম থোকপা অধিকার কয়াদো সমাজনা পীফম থোকই । নুপাগা নুপীগা মান্নফম থোকই হায়বা ব্রাখল্লোনগী লংলা-লংজিন চিংথোরকখিবশিংগী মমিং-মথা ঐ খঙজদে। অদুবু মখোয়গী মফমদা ইকোকসি নোন্দবদি ঙমদে । নুপীগী অধিকার ফংননবা শাগৎলিবা ঈহৌ ফেমিনিষ্ট মুভমেণ্টতা ঐ য়াওবা ঙমজদে, অদুবু ঐগী ব্রাখল-থম্মোয়নদি ঈহৌসিনা তাল্লিবা পান্দম অদু ফংহল্লমীংই।

ঐগী নুপীনা ইচানুপীদা 'নঙসে নুপীনিনে, নুপাগা মান্নবা হৌনদে' হায়বা তাবদা থম্মোয়সে কায় । কনাগুম্বনা খঙলবনি শিংলবনি হায়দুনা 'নুপী হায়বসিদি ফৌহামনি' হায়বা তাবদা শাউনীংঙি, করম হায়না ফৌহাম ওইরিবনো হংনীংঙি। লৈকাইগী কনাগুম্বনা য়েনশাং হাউতবগীদমক নুপী ফুরম্বদা চঙশিন্দুনা খৎননীংঙি - মখুৎ হল্লক্রোই হায়বা খঙলদুনা তৌরিব্রা ?

ব্রাথোক-চাউবী অইবী তসলিমা নাসরিনবু থাগৎনীংঙি, হন্না হন্নসু থাগৎলি, মাগী উপন্যাস 'লজ্জা'গীদমক্তা নত্তে, - নুপাশিংগী মথক্তা মাগী লালহৌবগীদমক, যুগ যুগ খুদিংদা নুপীবু মী ওইনা খনবিদবগী চৎনবী অদুগী মায়োক্তা মাগী লালহৌগীদমক, নুপীবু নমথদুনা থম্নবগী মচাক ওইরক্লিবা ধর্মগী পাউতাকশিংগী মায়োক্তা মাগী লালহৌগীদমক।

বাংলাদেশতা হুমায়ুন আজাদ কৌবা অইবা অমসু সমাজগী মায়োক্তা য়াম্না কন্না ইরি—নুপীবু হন্থনা য়েংলিবা নুপীবু নমথদুনা থম্লিবা সমাজগী মায়োক্তা । অইবা অসিগী 'দ্বিতীয় লিঙ্গ' (অনীশুবা লিঙ্গ) কৌবা লাইরিক অমা বাংলাদেশকী কবি খোইরোম কমিনীকুমারনা ঐঙোন্দা পীরকই । নুপীশিংগী মাইকৈদা লেপতুনা ইবা লাইরিক্লি । অইবা অসিগী 'নারী' (নুপী) কৌবা লাইরিক অমসু ময়াম্না য়াম্না পাম্নখি । অদুবু যুগ কয়াগী লৈকাং অমদি মিরাং কন্থোকপা পামদবা কাঙবুনা ঈনবদা চৎপা সরকারনা লাইরিক অদো থিংখি। চৈরক অসিদা লাইরিক অদুগী মগুণ খঙবা কাঙবুনা হায়মনবদগী লাইরিক অদো খরা শিক্তোক-নাখোক্লগা দ্বিতীয় লিঙ্গ হায়না মমিং ওন্থোক্তুনা লামায় চহুমলোম পানবা লাইরিক অসি ফোঙবনি । অ:ইনগী অফা-অপুন নান্থোকপা য়াননবা পান্বে লৈতবদি নত্তে, হৈবু হৈরগদি ।

নুপীবু হয়না য়েংবগীদমক হুমায়ুন আজাদনা মাগী লাইরিক অসিদা পৃথিবীগী মশক নাইরবা মীওই কয়াবু শাবাক ফাক্লি। অদুবু মানা মক্ল ওইনা মৈ হৌনা শাউরিবদি ধর্মগী লাইরিকশিং অসিনি। ধর্মগী লাইরিকশিংসে ঈশ্বরগী পাউতাক্লি হায়জিন্দুনা নুপানা ইবা ওাক্তনি, অদুনা নুপাগী ওইজবা ওাক্তা য়েংদুনা ইবনি। আইনসু নুপানা শেম্বনি নুপানা ওম্না পানবা সমাজদা।

ধর্মশাস্ত্রশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী লিরবনি হায়রিবা হিন্দুগী বেদশাস্ত্রদা নুপীগী মরমদা অফবা ৱারোল থিবা ৱায়। মনুসংহিতাদা নুপীবু হয়না য়েংবগী ৱাফম কয়া য়াওরি, হায়রি - নুপী হায়বসিদি মনীং-মখা তৌহনবা য়াবা নত্তে, অঙাং ওইরিঙৈদা মপানা, ময়ূম পাল্লগনা মপূরোইবনা, অহন ওইরগনা মচাশিংনা শেন্নগদবনি। অতৈসু কয়া কয়ানি হায়রিবা - তুরেলনা সমুদ্রদা তাবগা সমুদ্রগী অয়াকপা লাইজ ওনখিবগুম নুপীসু ময়ূম হেক পানবগা মশাগী লৈজরম্বা পূম্নমক লংশেক্কুনা মপূরোইবদা তিনগদবনি। শিরগা পিণ্ডদান তৌগদৌরিবসি মচানুপাননি, পুং হায়বা নোরোক অদুদগী মমা-মপাবু উদ্ধার তৌগদৌরিবসি মচানুপাননি, অদুনা মচানুপীদি করিসু কান্নদে। নুপীনা কিনীংঙাই ওইবা ৱা কয়াসু হায়রি - নুপানা লমচৎ নাইদ্রবসু অতোপ্পা নুপী কোয়রবসু মতীক-মগুণ করিমত্তা য়াওদ্রবসু নুপীনা মপূরোইববু লাইদৌনা লাৎকদবনি। মপূরোইবগী ৱা তাদনা ব্রত নৎত্রগা অজা-পূজা তৌবদা করিগুম্বা মহৈ অমত্তা ফংবা ঙমদে। মপূরোইবনা লৈখিদবা থোক্লবদি লুখ্রাবীনা ফোর্ল-মৃল চাদুনা পুন্সি লেনগদবনি, ৱাখল অমদি মিৎয়েং চোইবা য়াদে, চোইরবদি নোরোক্তা তাগনি, হয়েংমুক্কী মপোক্তা লমহৃইগী হকচাং-থোঙ ওইনা পোক্কনি।

কয়াদা শাথীপ্রবা ঈশ্বরগী পাউজেলনো! মসিবু ঈশ্বর নঙনা তশেংনা চেনখিব্রনে, ৱাশক্কুনা হায়য়ু। নৎত্রগা বেদ-শাস্ত্র ইবা নুপাশিংদুনা মখোয়গী খুদোং চাবা য়েংদুনা ইগে হায়দুনা ইখিব্রনে! নহা ওইনা লুখ্রাশীংদা চনখিবী লাইবক থীরবী কয়ানা লুখ্রা-পুন্সিগী অৱা-মৈচাক কয়া খাঙগদবগী শরুকপুদি মপূরোইবগী ঙুং ঙুং চাক্লিবা চিতাদা চোংশিন্দুনা ফংঙমদনা ফংলবা তাইবং মপোক পিখন্নহনখি। সমাজনা মখোয়বু সতীনি হায়দুনা ৱাংনা থাঙ্গৎখি। রাজা রামমোহন রায় নৎলমদ্রবদি হৌজিকসু—হৌজিকসু নুপী কয়া মশানা য়ারসু য়াদ্রসু মপূরোইবগী পোৎলোইফমদা পুন্সি লোইশিন্নখিগনি।

মীওইবনা নুংঙাইনা লৈরম্বদগী করম হায়না লৈখা তারকখিবগে, হায়বদি অৱা-অনা নংলকখিবগে হায়বদুগী ৱারী বাইবলদা য়াওরি। ঈশ্বরনা অদামদা কন্না হায়খি - চাঁহেদবা উঁহেসে চারুনু, চারবদি শোয়দনা শিগনি। অদুবু শয়তান্না ঈনশিনবদগী ঈভ্ কা অদামগা চাঁহেদবা উঁহেদো চারুই। অদুদগী মখোয় অনী মশাদা ফি থোংদে খঙলকখি, ইকায়বা খঙলকখি, পাপকী সংসারদা লৈবা তাখি। ঈশ্বরগী পাউতাক থৌশাদবগীদমক মখোয় অনীমক্তা চৈরাক পীখি, অদুবু মীচং মীখায় নাইনা পীখি। অদামদা পীবা চৈরাক্তা হায়খি- 'নঙদি থবক ৱানা শৃদুনা পুন্সি লেনবা তাই।' অদুগা ঈভ্‌তনা হায়খি— 'নঙদি অঙাং উম্নবা মতমদা নপূক য়াম্না য়েকহনগনি, অঙাং উম্নবা

মতমদা য়াম্না ৱাহনগনি। নওসে খম্মনচাউবী ওইহনগনি, নপূরোইবগী মখা পোন্না লৈহনগনি।' চপ মান্নবা মরালগীদমকতা পীবা চৈরাকসে কয়াতা খেন্নয়বনো। ঈশ্বরদু কয়াতা শাথীনা মীচং-মীখায় নাইয়বনো !

থাগী খোঙকাপ লাকপা মতমসিদি নুপী হায়বসে পাপকী মশক্তি, শোক্ল-পন্নবা য়াদবা জীবনি হায়না বাইবলনা লৌই— নুমিৎ তরেৎনি কনামতংগা শোক্ল-পন্নবা য়াদে, কনাগুম্বনা শোক্লরুরবদি মাসু নুমিৎ তরেৎনি মাংবা তাই। হিন্দুগী শাস্ত্রশিংদদি মসিগী মতাংদা শ্লোক মরোল মরোলনি লৈরিবা। মুস্লিমগী কোরানসু মসিগী মতাংদদি পংখেন খেন্নদে, চাং পংতা তাদে।

হিন্দু ধর্ম অমসুং খৃষ্ট ধর্ম অনীগী মতুংদা লাকপা ইস্লাম ধর্মনা নুপীগী অধিকার খরদি পী, মরু ওইনা মৱা-মপূরোইবগী লনথুমগী মতাংদা। অদুবু নুপীবু খ্বাইদগী নমথনা থম্বদি ইস্লাম-জগৎনি। ধর্ম অতৈদি মতমগী মতুং ইন্না অহোংবা খরা খরদং ওইবসু লাকই, ইস্লামদদি মদু লৈতে। ইস্লাম ধর্মদা নুপীনা ফনা চাউবা ফম পায়রবসু খ্বাইদগী তোনবা নুপা অদুগী তঙ্খায় খক্তনি। খাইনবা, হায়বদি 'তালাক' তৌবা হায়বসি নুপাগীদমক্তদি গ্রাসতগী ঈশিং হৈদোকপগুম অরায়বা থবক্তি। কোরানদা হায়রি - নুপী হায়বসিদি লৌবুক্তা অক্মানি, নুপানা শীজিন্নীংবা মওংদা শীজিন্নবা য়াই। নুপানা কৌবদা ফমুংদা চঙলক্তবা নুপীদুদি অহিঙ চূপ্পা ফবিস্তাশিংনা শাপ তৌগনি। নুপী হায়বসিদি শয়তানগী মশক্তি। নুপীনা হায়বা ইনবা নুপাদুদি তুম্মা মাঙগনি। নুপী অয়াম্বদি শিরগা দুজখতা চংকদৌরিবনি মখোয়না তৌবা গুনাগীদমক। নুপাদি ফনা গুনা তৌদুনসু অয়াম্বনা বেহেস্তা চংকনি; মফমদুদা শকহেনবী হূরশিংগা ঈরাং ঈপাক্তা তাউদুনা শান্নরুগনি।

ওস্লোকপনি, নুপীনা করি লঙজরুদুনা ধর্মগী লাইরিক্তি হায়রিবশিং অসিদা নুপীবু অসুক শাথীনা তাথী-তাওইনা ইবিবম্রিবা ! ভাবনা শাবা ঈশ্বর হায়বা অমগী পাউতাক্তি হায়জিন্দুনা মাগী পাউখোল্লোই শাবশিংদুনা লাইরিক-শিংসে ইবা মতমদা নোংমতসু খনখিদ্রা মখোয়বু থা তরা নাউপুদুনা পোকপা পলেমদো নুপীনি হায়বা, মখোয়গা পোকমিন্নবা মচে-মচনদো নুপীনি হায়বা, মখোয়না পোকপা মমোম্লোইদো নুপীনি হায়বা ?

## পরীক্ষাগী চে য়েংবদা ছাত্রগী মরাইবক

হায়নৈ, পরীক্ষা হায়বসি লাইবক্কী ৱাসু য়াম্না য়াওরি। ৱাফমসি অরানবদি নত্তে। মসিবু চান্স ফেক্টর হায়না হায়নবসু য়াওই। লাইবক নৎত্রগা চান্স অনীমক থোইনা খেন্নদে। পরীক্ষাদা ঐনা খঙজবা খরদো হংবিরক্লবদি ঐ লাইবক ফরে, অফাবা খরদো হংবিরক্লবদি লাইবক থীরে। চে য়েংবদসু লাইবক্কী ৱা লৈ। মার্ক খরা চাউনা পীগনবা খুল্লদা তারুবগনা লাইবক ফৈ হায়না লৌবা য়াই, পীক্লনবা

ওজাদা তারুরগনা লাইবক থীরে । মতৌ-মনাও খৎনরগা পরীক্ষাগী চেদা তাইনে হায়বসিসু পংহেন হেন্না হায়জিনবা নত্তে। হৌজিক্তি পরীক্ষা হোলদা 'পূকফবা ওজা' 'পূকফত্তবা ওজা' হায়বসু লৈরে। পূকফবা ওজানা গার্ড তারবদি ছাত্রশিংনা নোট তৌবদা থোইনা য়েংশিনবিদে, পাউখুম অম-নী ফাওবা তাকপিবা য়াওই করিসু কায়দে খন্দুনা। অদুগুম্বা ওজা থেংনরুরবদি অশোনবা ছাত্রশিংনা লাইবক ফৈ হায়না লৌই। অফবা ছাত্রনদি নুংঙাইজদে, মখোয়দা অকায়বা ওইনা থোকই ।

পরীক্ষাদা লাইবক্কী রাফমসিগী মরম অতৌ কয়ামরুমসু লৈরি। অদুবু ঐ মদোমদা চৎচররোই । লাইবক্কী চৈফৃসে কয়াম নাবগে হায়বদু হকথেংননা থৌদোক রাথোক কয়া থেংনখি, মদুগী অম-নীদং ময়ামদা তমজগে ।

নুমিৎ অদো অহিঙ চৃপ্পা তৃমদনা নোংঙাল্লমদাইদা হাইয়ার সেকেণ্ডরি পরীক্ষাগী রিজল্ট হায়দোক্লম্মগা য়ুমদা ঙাইহাক্তং তৃমহৌগে হায়দুনা ফমুংদা চঙবতা ঙায়রি। মপান্দা নুপা অনী-হুম ঐবু উন্নগে, উন্নদবা শুকয়া য়ারোই হায়না লাউখোংবগী মখোল অমা তাবগুম তৌই । য়াম্না শাউবা মাল্লি । অঙাংশিংনা হোরেন ঙাইহাক লৈরগা লাকপিয়ু হায়ব-কা তাদে । মখোনদো হেন্না কনখৎলকই, হেন্না শাউগৎলকই— ঐ অদুনি, ঐ অদানি, ঐবু শক খঙদবা শারদুনা ! তৃম্বা য়াররোই খঙলদুনা ঐ হৌগৎলগা মপান থোক্লকখি। ঐবু উবদা চেনশিল্লকই, লোইশিল্লগে মতানি। ঐনা করিমতা ফিংগত্তবদো উবদা হেনদি হেক্তিল্লকখিদে ।

মহাক্কী রাকৎ—মচানুপা ফার্স্ট ডিভিজনদা পাস তৌগনি হায়দুনা লৈবাক্তা খৃত্তুম্না থাদুনা লৈরম্বদো সেকেণ্ড ডিভিজনদা লাক্লে অসিনি। মাগা হাইকেৎ মান্নবা মমান্নবদুনা ফার্স্ট ডিভিজনদা রাংনা লাক্লে। মচানা সেকেণ্ড ডিভিজনদা লাক্লিবসে লাকফম শুকথোক থোক্তে ।

ঐনা মহাকপু ভাব তানবা ফনা হায়। অদুবু মহাক ভাব তাদে চৈরম্লগা চৎখি— খঙগনি, কোর্টতা চৎকে, ফাদোক তাহনগে ।

অতোম্পা থৌদোক অমগনি। হাইয়ার সেকেণ্ডরি পরীক্ষা কাউন্সিলনা অহানবা লৌবা চহীদুমক্তদনি । অঙাংদুগী মপাদো ঐগী মরূপনি, য়ুমদা লাকখি । পোজিসন লৌরগসু অঙাংদুনা ফংখিবা মার্ককী পার্সেন্টেজ অদুদি য়াম্না শাথীনা নেমখ্রে। মপান্দা অফবা কোলেজদা মিং চনবা ফংবা রারগনি, ফংবগী রা লৈতে। পরীক্ষাগী নিয়ম-কানুন ফজনা খঙবা মপানি । অদুবু মমিত্তগী মপি তরং তরং শিষ্ণুনা হায়রকখি — করিমতা তৌবা য়াররোইদ্রা, করিনো পাম্বৈ অমত্তংদি পুথোক্লুনা মতেঙ পাংবিয়ু।

থা অনী-হুম মতুংদা খোয়রাং-খোয়শাউনবা ময়ামদো ঈংথম্লগা নোংমা ইংলিশকী ওজা অমগা ঐগা অঙাংদুগী ইংলিশ পেপার অদু লৌথোক্লুনা য়েংই । ওঙ্খোকপা হায়দুনি চে য়েংলম্লিবা ওজাদো, মার্ক ৬০ য়ৌনা ফাওবা পীরমদবা। ওজাদুনা হায়, ঐনা য়েংলম্লবদি ৮০ হেন্না পীগনি । কয়াদা মরাইবক থীগ্রবা ছাত্রনো। ঐগী মরূপ, নুপামচাদুগী মপাদুনা মপী তরং তরং শিষ্ণখিবদো ঐ হৌজিকসু শংশংনা উরি ।

অসুম হায়না মিত্তগী পি শিন্নবসি ঐ ইশামক্তসু থোকখি। বোর্ড ওফ সেকেণ্ডরি এদুকেসনদা সেক্রেটরি ওইনা চঙবা চহীদুমক্তদনি। ঐনা চঙবা মতমদো মেট্রিক পরীক্ষাগী চে য়েংবা লোইশিন্নকপা মতাংনি, পরীক্ষা হায়দোক্কদগী থৌরাং কন্না তৌবা হৌরম্রে। ঐগীসু ইচানুপী অহন পরীক্ষা থাখি, অদুবু ঐ কনামতদা হায়দোক্তে। ইশানা খঙনা পরীক্ষাগী চে য়েংলিবা মফমদা চত্তে, এক্সামিনেসন সেক্সনগী কনফিডেন্সিয়েল হোলদা চঙলুদে। পরীক্ষা হায়দেক্লমদাইদা ঐনা সোই-সাং তৌগদবা চে-চাংশিংদো পুরদুনা ডেপুটি সেক্রেটরি ঐগী কাদা চঙলকই, হায়রে—য়াম্না নুংঙাইতবা পাউ অমা, ওজাগী নুপীমচা পরীক্ষা থাবা য়াওমাল্লে... সেকেণ্ড ডিভিজনদা লাক্লে। ঐ খ্বাই লাউই, থম্মোয়দা কনানো অমনা নৃংথংনা শুরবদৌনা তৌই। অদুবু নুংঙাইতবদো মপান্দদি ফোঙদোক্তনা ঐগী তৌফম থোকপা সোই-সাংদো তৌখি।

যুমদা হল্লকপা মতমদদি মমা-মচা ফমুংদা মমায় মমিৎ ইপোম পোমদুনা লৈরম্মী। ফার্স্টমক তাদ্রবসু তরাগী মনুংদদি শোয়দনা চনগনি খঞ্জবনি। লাইরিক তম্না হৌরকপদগী মকোক্তা তাদুনা লাকপনি। মতমদুদা মেট্রিক পরীক্ষাদা মকোক-মথং হায়বসি লিটল ফ্লবার নংত্রগা ডোনবোস্কো স্কুলগী রিজার্ভনি হায়বা য়াই। অদুবু লিটল ফ্লবার স্কুলনা ফার্স্ট ডিভিজন অমত্তা য়াওরক্তবা হায়বসে চহী অদুদা ওইখি, মমাঙদসু মতুংদসু থোকখিদে। বোর্ডকী ওইনা চহী অদো ফার্স্ট ডিভিজনদা ২১ খক পাস তৌখি। মদুনা রেকোর্ডনি হৌজিক ফাওবদা। ইচানুপীগী কেরিয়ার খঙবা ওজাশিংনা হায়রে— চেশিংদো রি-এক্সামিনেসন তৌ নংত্রগা নশানা পেন্নবা অমুক্তংদি য়েংঙু। ঐ মদু তৌখিদে, য়েংখিদে।

থৌদোক অদুগী মতুংদা ঐনা বোর্ডতা নংত্রগা কাউন্সিলদা লৈবিঙেদা মণিপুর বোর্ড নংত্রগা কাউন্সিলদা ইচা অমত্তা পরীক্ষা য়াওহনখিদে। বোর্ড নংত্রগা কাউন্সিলবু ইশামক্লা থাজদবগী ব্রা নত্তবা, ঐবু মীনা থাজখিরোইদ্রা হায়না খঞ্জদুনা। মণিপুর বোর্ডকী ইহান-হানবা সেক্রেটরি ওইখিবা বিমলেন্দু গুহসু মাগী মচা অমত্তা বোর্ড অসিদা পরীক্ষা থাহনখিদে মাবু মীনা চিংনগনি খন্দুনা। মসিনা ব্রাফম অমনি। ঐনা হায়গে তৌজরিবসিনা চে য়েংবদা মার্ক য়াম্না লীক্লা পীগনবা নংত্রগা মথোং মরম নাইদনা চে য়েংবগী ব্রাফমদুনি।

ঐখোয়গী চে য়েংলিবা ওজা অয়াম্বা গৌহাটি ইউনিভর্সিটিগী পোখোক্লি চহী খরগী মমাঙ ফাওবদা। গৌহাটিনা কলকাতাগী খৃৎলীক অদো চপ চানা লৌরকই। অদুনা মসিদগী পাস তৌরকপা ওজাশিংসু মার্ক পীবদা য়ারিমখে লীক্কদবনি হায়বা ফিলোসোফিসে মকোক্তা পুই। মখোয়না থাজে—অক্কদা চামদা চামা ফংবা য়ারবসু ইংলিস মণিপুরীগুম্না লিটরেচরদদি হুমফুগী 'দুব্রাইদগী হেনবা য়ারোই। অদুনা ভারতকী বোর্ড অতৈদা ছাত্রশিংনা মার্ক ব্রাংনা ব্রাংনা ফংলবসু মণিপুরদদি ব্রাংখৎনবা হোৎনবদা য়াখিদে। অক্কদা খ্বাইদগী ফবা অঙাংদুনা চাদা চা ফংবা য়ারগা মণিপুরীদা খ্বাইদগী ফবা অঙাংদুনা চাদা চা ফংবা করিগী য়ারোইদৌরিবনো হায়বসি মখোয়দা ভাব তাহনবদা ব্রানা থোকখি। হৌজিকপুদি খরা ফরে, য়াম্না ফরে। চহী কয়া চঙনা ওরিয়েন্টেসন

প্রোগ্রাম কয়া পাঙথোকপগা লোয়ননা করিকুলম অমদি সিলেবস ফাগৎহনবা, কুয়েসচন ডিজাইন, এক্সামিনারশিংগী ব্লার্কসোপ, মখোয়দা পীনবা পাউখুমগী মওং, মার্কিং ইন্সট্রাক্সন —অসিনচিংবা পুথোকপদগী ফিভমসি হান্নগী নৎত্রে।

অদুবু কাপ ওল্লগা মার্ক পীবা, অচুম অরান খণ্ডনা মার্ক পীবা ওজাদি অদুম লৈরি। ওজা খরসু লৈরি সেফ-রেঞ্জ হায়বদি ৪০ দগীনা ৬০ ফাওবগী মনুংদা মার্ক পীবদা হৈনবা। য়াম্না ফবা অঙাংনি হায়না ময়াম্না হায়নবা ঐ মরূপ অমগী মচানা মরাইবক থীখিবদো সেফ-রেঞ্জদা হৈনবা ওজাগী মখুত্তা মাগী চে তারুবদগী থোকখিবনি। স্ক্রুটিনি মতমদা মসি ফাবা য়াবনি। অদুবু মতম অয়াম্বদদি নাম্থোক্তুনা চৎখি স্ক্রুটিনি তৌবিরিবশিংনা য়েংশিন্দবদগী। কাউন্সিলগী পরীক্ষা অমদা ইংলিসকী চে য়েংবা ওজা অমনা সেফ-রেঞ্জগী খুৎয়েং অদো স্ক্রুটিনিগী মতমদা হেড এক্সামিনারনা ফাখি। মহাক্না রিপোর্ট তৌরকপদগী অতোপ্পা ওজা অমদা অমুক য়েংহনখি। পাউ অদু তাবদা হান্না য়েংলম্বা ওজাদুনা লাক্লগা শাথীনা শাউরখি— অসুম হায়না তৌবসি ঐগী ইজ্জৎ শোকপা ব্লাফম্নি, ঐ হাইয়ার ওথোরিটিদা তাক্কনি, কোর্টতা চৎকনি।

য়াম্না নুংঙাইতবা চে খুৎয়েং অমগসু লৈরি। ছাত্রনা চুম্না ইজরম্বদো ককথৎলগা জিরো পীশিনবা। পরীক্ষাগী ফোল হায়দোকখিবা লোইরগা কাইনথংদা খঙনীংদুনা চে-শিং মরক মরক্তগী শৎলগা য়েংবদা অদুগুম্বা খুৎয়েং কয়া থেংনখি। পরীক্ষা হায়বসিদি মার্ক অনী-হুমদা পাস ফেল, ডিভিজন, রেঙ্ক অসিনচিংবা লেপকদৌবিবনি হায়বসি ওজাশিং অদুনা খঙদবা জাৎলা ! বোর্ডতা থবক তৌরিবা ঐখোয়সু চৎনবী পথাপ অমগী মখাদা ইথৌদাং তৌবনিনা করিমতা তৌবা ঙমখিদে, তুংগী পরীক্ষাশিংদা অসিগুম্বসি য়ারিমখৈ থোক্তনবা পাম্বৈ থিবা নত্তনা। অদুবু অঙাং কয়াগী লাইবক্তা শীংজংনা য়ানত্রে হায়বদুমদি খঙবা ঙমখি, চৎনবী নিয়মগী অফা-অপুম্না খোঙ-খুৎ পুনশিনবিরবা ঐখোয়না তৃমিন্না য়েংদুনা লৈখি। তৃমিন্না য়েংদুনা লৈখি হায়রগদি লানবসু য়াই, তান্নখি করি উপায় লৈ। উপায় জাৎ জাৎ থিনবা হোৎনখি। অদুবু থিবদি ফংখিদে। চপ-চাবী উপায় থিবদা ব্লানা থোক্কনি।

হৌজিক্তি অমুকসু হেন্না ব্লারগনি সরকারনা হাপ্লিবা ওজা খুৎহাপ অসিদা। মমা-মপাগী মিং চুম্না ইবদি লায়রদুনা মমিং ফাওবদা চুম্না ইবা হৈতবা মীওই কয়া ওজা ওইবা য়াওশিল্লক্লে, মখোয়গী মশীংনবু হেঞ্জিল্লক্লে। মখোয়সিনা পরীক্ষাগী চে য়েংবদা অমুক হেন্না কাংখোং চাইবা য়ারি, ছাত্রগী মরাইবক হেন্না থীবা য়ারি।

## আগস্ট ১৩ : হন্না য়েংলুবদা

অঙাং ওইরিঙৈদা, অনীশুবা লাঞ্জাও লোইশিল্লকপগী অদুব্লাইর্দনি, ঐখোয়গী খুনগা

হেক থংনবা খুন রানীপুরদা শুমাঙ লীলা অমা য়েংখি। লীলাগী মমিংদো খোংজোম লান কৌই। জয়পুর কামরাঙ্গারোমগী কাণ্ডবুনা শান্নবনি। মতম অদো কাছাড়দা কমিউনিস্ট আন্দোলন য়াম্না কল্লিঙৈনি। পাটিগী কলচরেল স্কবাদ কয়া সহরদতা নত্তনা খুঙ্গংদসু শাগৎলম্মী। অদুগুম্না স্কবাদ অমনা উৎপনি মথক্তা পঞ্জিবা লীলাসি।

মতমগী লৈচিন্না অসুম অসুম কৃপশিল্লক্তুনা লীলাগী শক্তম অয়াম্বা মমি শামি ওইশিল্লক্কে, অদুবু শক্তম অমদি হৌজিক ফাওবা নীংশিং-ফিজংদা শংশংনা উরি। শক্তম অদো পাউনা ব্রজবাসীগীনি। লীলানি হায়বা খনখিদে, পাউনা ব্রজবাসী হায়বদো ওইদ-ওইরবোই খনখি। অদুগা কাউদবা অমগনা, লীলা হৌরমদাইদা নুপা অমনা থোরক্তুনা ব্রাহৌদোক ওইনা হায়খিবদুনি—মমারৈবাক্কী নীংখা তম্বা ঙাক্লুনবা লানফমদা করিমত্তা চিংনদনা অকন-অথৌ কয়ানা মথব্রায় কৎখিবগী ব্রারীদা যূম্ফম ওইবা অসিগুম্বা লীলাসে মণিপুরদা উৎহন্দে। অঙাংগী নৌরবা ব্রাখলদা থক পাল্লখি, খনখি—করিগী উৎহুন্দ্রিবনো ?

অদুদগী বরাক্কী ঈচেলদা লাইজ কয়া, অরুবসু অনৈবসু চেহ্লব্রে, উজাউ কয়া কাওশিং কয়াসু তাউথব্রে। মরক মরক্তা তাখি অহন-লমনগী মচান্দগী ব্রারী কয়া, পাউনা ব্রজবাসীগী, কোইরেং যুবরাজগী। হকচাং পূম্বা তু খ্যাউ চুংবা খঙখিদে মখোয়না লীবদো তাবদা—হায়খি পাউনা ব্রজবাসী অমুক পোক্লকখিনি, শগোল অঙৌবা তোংদুনা কোইরেং যুবরাজ হল্লকখিনি।

হাইস্কুল তম্লকপগী অদুব্রাইদা বাঙ্গালী ওজা অমনা থব্রায় য়াওনা লীখি খোংজোম লানগী ব্রারীদো - সাহেবশিংনা করম হায়না কুবুদ্ধি তৌদুনা মণিপুরীশিংবু মায়থীবা পীখিবা। নুমিৎ অদো একাদশী নুমিৎনি। একাদশী হায়বসিদি মণিপুরীশিংনা ব্রত তৌই, লানফমগী লাম্নীসু। মদুগী খুদোং চাবা লৌদুনা নুমিৎ অদুমক্তদা লানফম ময়ায়দা ষণ শঙ্কু অমা হোইজিল্লগা ইংরেজ তেঙ্গোল হোৎচিল্লকখি। একাদশী নুমিৎকা ওইবনে ষণ হাৎলুগদ্রা খন্দুনা মৈতৈ লাম্নীশিং খুৎ হনবা ঙমখিদে। ওজাদুগী ব্রারীদো তাবদা বাঙ্গালী ছাত্রশিংগী মরক্তা ঐ কয়াম চাউথোকচখিবা !

মতাং অদুব্রাইদা ওইবা তাই শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী উপন্যাস শ্রীকান্ত পাখিবদো। লাইরিক অদুগী মতাং অমদা শ্রীকান্তনা পল্লি মাগী অঙাং ওইরিঙৈ মরুপ গহরগী ব্রা। গহরনা মাগী শৈরেংদা মণিপুরগী লান অমসুং টিকেন্দ্রজিৎকী মথৌনা মরিংজেল শৈথাবদো পাবা তারগা মঙোন্দা ব্রাখলগী ঈপাক্তা অকনবা ঈথক-ইপোম হৌহনখিবদো কাউবা ঙমখিদে হায়।

ময়াম অসিনা ঐগী ব্রাখলগী জগৎতা করিনো পোৎশক অমগুম কেকুলোৎপী শান্নবা হৌরকখি। অসুম হায়না চহী কয়া হৌখি। গৌহাটিদা এম. এম. তম্বা মতমদা নোংমা মরূপ-মপাং খরনা হৌরখি - মণিপুরী বস্তি চৎলুসি টিকেন্দ্রজিৎ-দিবস য়াওবা। ইচম-চম্না পাঙথোক্লম্মী থৌরমদো নুমিদাং-ব্রাইরমদুদা। মণিপুরী বস্তিগী মীওই খরা অমদি ইউনিভর্সিটিগী ছাত্র অম-নীনা ব্রাহে অম-নী শ্রাণ্ডবদুনি থৌরমদুগী মরূ ওইবা

হায়ববু । মদুসু খূদক্তা হায়রগা ঙাঙবা ওইনা তৌবনা থোইনা মওং তারমদে ।

ইউনিভর্সিটিগী পরীক্ষা থাবা হেক লোইরম্বগা ঐ লক্ষীপুরদা স্কুলগী ওজা ওইররে (১৯৬১) । আগষ্ট ১৩ য়ৌরক্লবদা মরূপ-মপাং খরনা নুমিৎ অসি খল্লা চাউনা পালন তৌসি হায়না ঐঙোন্দা হৌরখি । মতমদুদা কাছাড়গী মফম কয়াদা নুমিৎ অসি ইচম চম্না ওইরবসু পালন তৌবা হৌনরে । চহী অমা মমাঙদা লক্ষীপুরগী মাঙোপ অচৌবদা অহল্লোন থব্রায় য়াওবশিংনা আগষ্ট ১৩ দা টিকেন্দ্রজিৎ লীলা শান্নখিবদুনা নহারোলগী থম্মোয়দা অকনবা ইথিল অমা পীখি ।

মতমদুদা থৌদাম দেবেন (তুংদা মণিপুরগী মন্ত্রী ওইরকখিবা) বি. এ. লোইনীং-লোইমাং তৌদুনা লৈরি । জিরিমচানি হায়বা খণ্ডনদে, লক্ষীপুর খুনৌদা মমাগা পোকমিন্নবা মামগীদা পিশক পিক্লিঙৈদগী লাইরিক তমদুনা লৈরকপনি । ঐখোয় অনীনা থৌবুরেন ওইদুনা নোম্রে । ঐখোয়বু লমতাকপীনবা থব্রায় য়াওবা অহন খরসু ফংজরে- কৈশাম পুন্সি, ঙারিয়াম্বম নারান, শাগৎপম গৌরো, পোৎশংবম গৌরহরি, য়ুম্নাম নন্দকুমাব, ওইনাম নরেন্দ্র, লাংপোকলাকপম ধনেশ্বব, আসাম, কৃষ্ণবল্লভ... । মখোয় খরনা কংগ্রেসনি, খবনা কমিউনিষ্টনি, খরনা ওজানি, খরমনা ইচম চম্বা লল্লোন-ইতিক তৌজবা মীওইশিংনি । মজাতি নুংশিবগী ঈহৌদদি মখোয় খেন্নবা কাউথোকই, অমত্তা ওইনা থবক তৌমিন্নে । কাউবা য়াদবা অহন-লমন ঙাক্তনি ।

থব্রায় য়াওবা নহারোল খরনা ঐখোয়গী ইতুং ইন্দুনা অৱা-অনা খণ্ডদনা কোয়চেন চেনখি - কীর্তি, সতীশনচিংবা । লোইনমক নীংশিংবদি থোক্লে । ঐখোয় ময়াম ৱা তান্নে — বাঙ্গালীগীদি রবীন্দ্র-জয়ন্তীগুম্বদা চহী খুদিংগী স্কুল-কোলেজ ছুটি থায়, ঐখোয়গীসু টিকেন্দ্রজিৎ-দিবস অসি ছুটি থাবিয়ু হায়সি । ইচং-থৌনা লৈবা ঙাঙনবসু হৈবা ছাত্র-নহাবোল খরা দরখাস্ত অমগা লোয়ননা শিলচরদা থাদুনা ডেপুটি কমিসনাব উন্নহল্লুরে । ৱাখল লৈবা মী ওইবা তাই ডেপুটি কমিশনারদো, হরাও হরাও য়াবিরক্লে — মণিপুরীমচানা নম্না তম্বা স্কুলশিংদা আগষ্ট ১৩ ছুটি লাউথোকপিরে । টিকেন্দ্রজিৎ নুমিৎ ছুটি ওইনা লাউথোকপসি চহী অদুনা অহানবনি ।

অদুগা লক্ষীপুরদা টিকেন্দ্রজিৎ নুমিৎ য়াম্না চাউনা পাঙথোকসু চহী অদুনা অহানবনি । নোংঙাল্লমদাইদগীনা অহিঙ নোংয়াই ফাওবা থৌরম চথখি । কবি নীলবীর শাস্ত্রীগী খণ্ডকাব্য 'খোংজোম তীর্থ' শৈরেং থীবা হৈবা নহারোল খরনা থীদুনা প্রভাত-ফেরি চৎখি । লক্ষীপুর আর্ল হায়স্কুলগী মাঙ্গোন্দসু 'খোংজোম তীর্থ' হৌবদগী লোইবা ফাওবা অয়ুক চুপ্পা মাইক্রোফোনদা ময়াম তানবা থীখি । ছাত্র-নহারোলশিংনা হেন্না থব্রায় য়াওননবা শান্ন-খোৎনবগী থৌরম খরসু য়াওখি । নুংথিলদা হোল মনুংদা লৈশু কৎপগা লোয়ননা অঙাংশিং শৈরেং থীবা তান্নহনখি । মথংদা মশক নাইবা লূচিংবা কয়ানা ৱা ঙাঙখি— মৈতৈতা নত্তনা বাঙ্গালীসু হিন্দুস্থানীসু । নুমিদাংদনা খুনৌ মাঙোপতা থাঙ-তাগী কুম্মৈ উৎখি । চহী অদুমক্তদরা মথংগী চহীদরা, ৱান এক্ট প্লে অমসু উৎখি । ড্রামা মচা অদুগী স্ক্রুপ্টনা দেবেন্না ইখি ।

চহী অদুগী থৌরমদা শৈহৌ ঈশৈ ওইননবা ময়াম্না হায়বদগী ঐনা লেংখি - 'ভারতকী লৈকোন্নুংদা নঙনা লৈতেংনি, নোংপোক মাইকৈ মঙাল ওইবী মৈতৈ লৈমনি... ।' ঈশৈ অদু ঐগী ছাত্রী ইবেমপিশক্না শকখি, মাবু পোকপা বিপিনবিহারীনা সুর পানখি। মতুংদসু টিকেন্দ্রজিৎ দিবসদতা নত্তনা সাহিত্য পবিষদকী মীফমদা অমদি অতৈ থৌরম কয়াদা ঈশৈ অদু শৈহৌ ঈশৈ ওইনা শকুখি ।

মথংগী চহীদা ঐ ইম্ফালদা লাক্লে, আগস্ট ১৩ নুমিৎমক্তদা। খল্লম্বনি মণিপুরদা নুমিৎ অসি চাউনা পালন তৌরমগনি, মদু যেংনীংবগী আশাগা লোয়নন লাকপনি। অদুবু সরকারগী লোযশঙদি লায়বদুনা স্কুল-কোলেজ ফাওবা ছুটি থারমদে । নুমিৎ অদুদা ঐনা উখিবা হাযববু হৌজিক শহীদ মিনাব লৈরিবা অসিরাইদা লৈশু কৎতুনা সংকীর্তন মচা অমা ঙাইহাক্তং তৌবা অদুনি, মীসু কযা তিল্লমদে। ঐনা আশা তৌরম্বদুগা য়াম্না খেন্নখি ।

চহী কয়ামুক লৈবগনি, মণিপুরনা মপূং ফাবা রাজ্য ওইরবা মতুংদগীতনি আগস্ট ১৩ অসি রাজ্যগী থৌরম অমা ওইনা অথৌবশিংগী নুমিৎ (পেট্রিওটস ডে) হায়না পালন তৌবা হৌরকখিবসি। হৌজিক্তি মণিপুর অমসুং মণিপুরগী মপান্দা স্কুল-কোলেজ লৈকাইগী ক্লব অমদি সংস্থান কয়াসু থৌরম অসি মওং তানা পাঙথোক্লরে, ঈহৌ অমগুম ওইরক্লে।

ঙসি অনৌবা চহীচাগী অহানবা চহীদা লেপ্তুনা হৌখিবা শাংলবা মতমগী আগস্ট ১৩ গী খোঙথাং হন্না য়েংলুবদা ব্রাখলদা নুংশিবা অমা পোক্লকই, লোয়নন নুংঙাইবা অমসু ফাওরকই ।

## ঐগী ফোঙখিদ্রবা লীলাদো

'সাইরোং-তেন পায়যু, লান তৌনসি ।' রামচন্দ্রগী মনাও-ইবুঙো লক্ষ্মণনা ওইরমাল্লে হায়খিবদো রাবণ-মপারী ইন্দ্রজিৎতা ।

লীলা তম্বা য়েংলিবী ইনেদুনা চুমথোকপিরকখি, 'সাইরোং-তেন হায়গদবা নত্তে, লীরুং-তেন হায়যু ।'

অঙাং ওইরিঙৈগী কুইখ্রবা থৌদোক অদো খঙনীং নীংশিংলকখি হন্দক সাহিত্য অকাদেমিনা শীন্দুনা পাঙথোকখিবা অনুবাদকী ব্রার্কসোপ অদুগী খল্ল-নৈনবা মতাং অমদা। মতম কুইনা নীংশিংদনা লৈরুরবা বাংলাদগী মৈতৈরোন্দা হন্দোকপগী ঐগী অহানবা খৃৎহন্দোকতো চোংথোরকখি নোকফেৎ নোকফেৎ ঐগী নীংশিং-ফিজংদা, লোয়নন থম্মোয কায়রবা নুংশিরবা থৌদোক অমগা ।

ক্লাস ফাইভ-সিক্স তম্লকপগী অদুরাইদনি। খুল্লক-লৈরক্তা ঙাঙনরিবনা মৈতৈরোন,

*লাইরিক তম্বদনা বাংলা— মৈতৈরোনসু ফজনা খণ্ডদে বাংলাসু নীংথিনা হৈতে।* মতাংদুদা কদোমদগীনো খণ্ডদে, লীলা শান্ননীংবগী লাকণ্ডম-ফাণ্ডমদবা নুংশিৎ অমনা ঐগী নৌরিবা ব্রাখলগী জগৎতা শিংচিল্লকখি। ঐখোয়গী খুনগা থংনবা চা-বাগানদা (মতমদুদা বাগিচা হায়না কৌনরম্মী, বাগান হায়বা ব্রাহেসিদি কোম্না লাকখিবনি) দুর্গাপূজা, লক্ষ্মীপূজা, কালীপূজাগী মতমদা তৌবা নাটক অমত্তা চিংখদনা য়েংবগী নিশাদুনা পুরকপা চোঙলম চাদবা নুংশিৎ ওইরম্বসু য়াই। নুংশিৎকী ঈথক অমনমুক মতাংদুদা তাঞ্জা চারে মতাগুম ফৃজিল্লকখি। উধারবন্দগী লীলা কাণ্ডবু অমনা উৎলৈ রামায়ণ-লীলা মৈতৈরোন্দা, বাংলাদা শান্নবা নাটক্কী মওংদনি। মদুনা ঐণোন্দা লমজিং লমতাক ওইনা থোক্লরে। লেপ্লে, রামায়ণ হেক্তা শান্নরগে। মতমদুগী সমাজনসু য়াম্না পাম্নবা ব্রারীনি। অদুবু স্ক্রিপ্টতি কদায় ? উধারবন্দগী কাণ্ডবুনা শান্নরম্বা লীলাগী ডাইলোগতি কদায়দগী ফাহৌগনি, ব্রারীতনি খণ্ডহৌরিবা ! অদুদি স্ক্রিপ্ট ইবা তাই স্ক্রিপ্ট ইরগে খল্লকই। নীংবু নীংলবদি উপায়সু থোরকই।

হপ্তাগী ওইনা লৈপাকপোকপা নুমিত্তা চাউনা কাবা বাগানগী কৈথেলদা পোৎচৈ অয়াম্বা মখল শুনা য়োল্লি - চেঙ-চাক য়েনশাং নাপীদগী হৌরদুনা ফিরোল ফাওবা। পোসারী দুকান অমদা লাইরিক খরা থাদুনা য়োনবা থেংনরুরে। বাংলাদা ইবা ণাক্তনি, খুঙ্গংগী লাইরিক-লাইশু খবা খরা হৈবশিংনা পাবা যাননবা যাম্না চম্না ইবনি। লাইরিকশিং অদুগী মরক্তা রামায়ণগী তাংকক তাংকক্কী ওইনা ইবা লীলামচা খরসু য়াওরম্মী। লীলা মচাশিংদো কোপি অমমম লৈরে। মমল য়াম্না হোংই। অব্রাৎপা তাংকক খরদুনা কলিকাতাদগী চেল্লে। লাইরিক চেনবদা ইবিবা মবোল অদু ফজনা খণ্ডবদি নত্তে, বচনাগী লাইবিক্তা য়াওবা মবোল অদু চপ চানা শিনবনি - ঠিকানাগা লাইরিক মমিংগতনি ঐনা হাপচিনবা হায়ববু।

নুংথিল স্কুলদগী হল্লক্লগা খরা, ছুটিগী নুমিত্তা খরা - অদুম হায়না ফমদুনা চপ যুংবা ব্রাখল অমগা লোয়ননা স্ক্রিপ্ট ইরে। চপ চানা হন্দোকপমকতি নত্তে, ঐনা নুংঙাইগনি খনবা মতাংনা খরা হেন্না হাপচিল্লি নুংঙাইরোইদবা ওইরগনা লৌথোকই। ওন্থোকপা মৈতৈরোন অমদি শোয়দনা ওইরমগনি ঐনদি থোইনা অদোমদা খল্লুদবা। সীতানা রামচন্দ্রদা 'প্রাণনাথ' হায়না কৌবদো অদুম থমই, মৈতৈরোন্দা হন্দোক্তে, হন্দোকফম খণ্ডদে। উধারবন্দ কাণ্ডবুনা শান্নবা লীলাদসু ব্রাহেসি অদুম শীজিন্নে, হনুমান্না রামচন্দ্রদা কৌবদসু 'প্রভু' হায়না কৌই। ইপষ্টোনা ব্রারী লীবদসু ব্রাহেশিংসে অদুম শীজিন্নে। ব্রাহেশিংসে ফজরবা মীতৈরোন ওইরবোই খল্লি।

দশরথনা নোঙ্গাবদগী হৌরগা সীতা উদ্ধার তৌবা ফাওবা শাংলবা ব্রারীনিনা লীলাদা মী য়াম্না চঙলম্মী। এক্টিং হৈতবশিংনা য়োং-তেঙ্গোল শওম-তেঙ্গোলগী লাম্মী। খুল্লক্কী হাইফেং মান্নবা লেঙ্গা পূম্নমক য়াওরম্মী, ঐখোয়গী ইমুংদগী ইচিম্নাউ মরিসু— *ঐগা তেক থংনবা বালা,* ইখুড়া-ইতোম্না পোকপা বাবাহনসু বীরেন্দ্রসু। স্ক্রিপ্ট রাইটর ওইবগা নত্তনা ডাইরেক্টরসু ওইবনিনা ঐনা মরু ওইবা পার্টতা কৃমখিব্রা হায়না খল্লি।

অদুবু কনানা করি পার্টতা কুমখিবা হায়বদুদি ময়েক শেংনা নীংশিংবা থোক্লে। নীংশিংলিবা হায়ববু হনুমান শাখিবা মাইন্নাম মোহনদো অদুতা মঙায়রে।

মাবু হনুমান শানবা খনবদো ঐ ইতোমতনা খনবা নত্তে, ময়াম চঙদুনা খনবনি। মাসু হরাও-হরাও য়ারকখি। ব্রা ঙাওবদা বা-বা লাউই, মশা-মউ ফৈ, চোংব-ফনবা য়াম্না হৈ, মীনা য়েংবদা হেক্তা নোক্লিংবা শক্তানি, শম্না হায়রবদা মমায়সু খরা থায়। হনুমানমক শাগদবা মীনি। লীলা তম্বদা মানা চোংবনে ফনবনে তৌদুনা ময়া খিগৎলকপদুদি য়োংতা য়োং মাল্লি। লীলাতম্বা য়েংবা লাকপা ইমা-ইন্দোনশিংনা ফাগি তৌবি - মমাঙ চীংদা লৈবা য়োংয়ামগী শল্লুপ পুবা য়োংজাউদো মাল্লি।

চাক ঙস্তা চারগা লাক্লরিবনি লীলা তম্বদো। লৈকাইগী ইমা-ইবেনশিংসু চাক-ঈশিং চাবা লোইবগা চেল্লক্কদৌরিবনি লীলা তম্বা য়েংবা। লীলা তম্ফমদো যূম্নামগী ইনেখোয়গীদনি। ইনেদো মচা পোক্তে, ইনে অহন অদুনা (ঐখোয় উহৌদে) পোক্লম্বা মচা অনীদুদি পাখং লৈশাবী ফারে। অদুনা অঙাং লৈতবা খরা চিক্লা লৈবা ইংখোলদুদা লীলা তম্ফম ওইনা ঐখোয়না খনবনি। লৈকাইগী ইমা-ইন্দোনশিংনা নুংশিদুনা নোংফাদোকসু হায় - 'ঐখোয়গী শুমাঙদসু তম্লো লাউদনা।' ঐখোয় চৎলুদে, লীলা ফোঙদ্রিবনিনা ময়াম্না য়েংথোকস্লবদি মমল হম্থগদৌরিবা।

হায়নবা লৈ, চীং নৎত্রগা হজরত অনীগী মরক্তা অমদি লাকপা তাবনি। লীলা তন্নিবা কাঙবুনা চৎত্রবনিনা য়েংনীংলিবা ইমা-ইন্দোনশিংদো লাকপা তাখি। ইনেখোয়গী মাঙ্গোম্দো পিক থনগদৌরিবনি। লীলা য়েংন-য়েংনা ক্না খায়র-খায়রদুনা শায়বসু লেপ্লোইদৌরিবনি, হিদাকসু হাল্ল-হাল্লদুনা থক্কদৌরিবনি। ঐখোয়না লীলা তম্বদা ইনেখোয়গী ইমুংদো ক্না-পানা-হিদাক ফনা য়াম্না তিংলমগনি। অদুবু কনাসু থৌওইনা মদোমদা খল্লুদে। ঐখোয়না শুমাঙদা তৌরিবা কুম্মেদো য়েংলগা মতাং মতাংদা ময়ামদো ব্রা ব্রা লাউনা নোক্কদৌরিবনি। করি করিগুম্বা মতমদা 'ব্রাহৈ অদু ফজদে, অদু হায়যু অদা হায়যু' তাকপিরকপসু য়াওরি। লীলা ফোঙগদবা নুমিৎ মরি মঙানিতা ঙায়রবা ফাওবদা ব্রাহৈ-ব্রাতা শেমদোকপগী লোইবা নাইদে। হান্না চীনফা পুরুবা ব্রাহৈ-ব্রাতাদো অমুক হোংদোক্লুনা হায়নবা হোৎনবদা অব্রাবা অমনি।

লীলা ফোঙগদবা কুইদ্রবনিনা নুপী-শাবীশিংনা মমা মন্দোনগী ইন্নফি লোন্না লোন্না পুদুনা লাক্লরকখি, শাড়ি শেৎতুনা থোকপা তমগদৌরিবা। নীরুং-তেন শাদুনা রাম-লক্ষ্মণসু মদু মরেংবান্দা য়ানবা তম্লক্লে। লান শোক্লবসু ফজনা তমদবা য়াদে। বাগানগী নাটক য়েংবদা ঐখোয়না খ্বাইদগী নুংঙাইজবদো লান শোক্লবগী মতাং অদুনি। লান শোক্লবা পংয়াও য়াওদবা নাটক অদুদি নুঙাইফম খঙদে। বাগানদা নাটক য়েংলুরগা নোংঙানবদা থাঙ-তেন শাদুনা লান তৌনরিবনি ঐখোয় মশেন মতমদো, নাটকতা ঙাঙনবা ব্রাহৈশিংদুগা লোয়ননা।

লীলা ফোঙগদবা কুইদ্রবনিনা ভাবোকসু মশীং হেঙ্গৎলকখি। অয়াম্বনা য়েংগদগী ঙাইরিবদুনা হনুমান থোক্লককপা অদুনি। থোক্লককমন্দবা নুমিত্তা ভাবোকলোমদগী

লাউরক্কদৌরিবনি - নখোয়গী হনুমানদো থোকহল্লক্লোনে, অমুক্তং য়েংলম্লগা তুম্লরগে।

খল্লি অতৈমক নৎত্রবসু হনুমানসিমদি শোয়দনা পানগদৌরি। শেৎলিবা খূদেমচাদো মরৈ-মরৈ তাখৎতুনা শেৎলগা অতোপ্পা খূদেমচা অমনমুক থৌরী মরৈ-মরৈ তাশিন্দুনা শাবা মমৈদো ফর-ফর হায়রদুনা চোংথোরকপদুদি - ময়াম ব্রা .... । মাগা তূমিন্না ব্রা তানৈ - 'লীলা ফোঙবা নুমিত্তদি নমৈদো মৈ চাকহল্লগা নঙ চোং-ফন্দুনা লংকা মৈ থাবগী কুম্মেদো উৎপা ঙমগদ্রা ?' 'কেদৌয়ি হায়গে 'দূবু, তৌবিগেনে।' অঙাংগী ওঙ্খোকপা ব্রাখল হায়বদুনি ।

লীলা ফোঙগদৌবে লীলা ফোঙগদৌরে - খুনকোক্তগী খুন্দোন ফাওবা ময়াম ব্রা ব্রা লাউনরকখি । মতাংদুদা নোংমদি হনুমান লাক্লে । হংনবদা মশা ঙমদ্রে হায়বা পাউ তারে । ঐখোয় শাথীনা নীংবা কায়বে । মাইবনা লাই ওক্লবনি হাযনা হাযবা তাবে । লীলা তম্বা লোইরগা নুমিদাং অথেংবদা ময়ূম হনখিবদা লম্বীদা ওক্লবা লাইনি হায় । মখোয়গী ময়ূম্না মখা লৈকাইদনি, লীলা তম্ফমনা অব্রাং লৈকাইদনি । মরক্তা উপাল-ব্রাপাল য়াম্না শোঙবা লৈকাই মতেক অমা লৈ, অয়ুক-নুংথিল ফাওবদা লম্বীদো মঙাল থোইনা চঙদে - ইরুম লৈকাই হায়না কৌনবম্বদগী উরুম লৈকাই কৌনখিবা ওইরমাল্লে অর্থ থোক্লা । মফমসিদনি ওক্লখিবা লাইদো - মাইবনা হাযবনি । ঐখোয় শাথীনা কিরকখি । খয়োম-চাবান থাদোক্তুনা মাইবনা ফনা কন্না হোৎনখি । অদুবু লাইদো পেনখিদে । নুমিৎ হৃম্লি-মরিনিগী মনুংদা ঐখোয়গী হনুমানদো থক্তুনা পুবিখি ।

হনুমান্না লৈখিদ্রবদা লীলা ফোঙবগী ব্রাদু তূমিন লৈনখ্রে, কনামতা ঙাঙনখিদ্রে। ঐগী লীলাগী অহানবা লাইরিক অদুসু হনুমানগা লোয়ননা অদুম মাঙমিন্নখ্রে ।

## পংহায় হায়নবা পংশাউ শাউনবা

য়াম্না কন্না নকশিন্ননা তিন্নরুবমক নৎত্রবসু ঐগী পুন্সিদা কাউঙমদ্রবা মীশক খরা লৈ। মখোয়দুগী মনুংদা ডি.এম. কোলেজদা অঙ্কগী ওজা ওইরম্বা এন.সি. সেন অমনি। মহাক্না খঙনবসি ঐনা মণিপুর কোলেজদা চঙলবা মতুংদনি । ডি. এম. কোলেজদা থবক তৌনা তৌনা মহাক মণিপুব কোলেজদসু পার্ট টাইম ওজা ওইনা মতম খরা থবক তৌরম্মী ।

নোংমা অয়ুক মহাক্কীদা চা-থকপা চৎলি । চা থক্ল-থক্লা ব্রারী শান্নবদা ওজাশিংগী সার্ভিস কণ্ডিসনগা মরী লৈনবা রাফম যাওরকই । মশানা তাবনি ওজাগী সার্ভিসকী মতাংদা ওজা মশেন অব্রাৎ-অপাগী ব্রারী শানবা হায়বসি । মতাং চারদুনা ঐনা সরকারগী অরিবা ওর্ডর অমগী কোপি মঙোন্দা লৈব্রা হংঙি ।

'লৈনে' হায়রগা মহাক্লা ইমুংদা চঙখিদুনা ফাইল অমা পুথোরকই । ফাইলদো

ফজনা থম্বা মাল্লি, মনুংদা য়াওরিবা চে-চাংশিংদো অমত্তা মতু তেক্তে। অরিবা ওর্ডর কোপি অদু থিবদা ঐ মফম ফনা য়াম্না শাংলবনি। মঙোন্দা ঐগী হরাওবা অমদি নুংঙাইবদো হন্ন-হন্না ফোঙদোকই। ওর্ডর কোপি অদো উৎলগা মহাক্না হায়রকই— 'নয়ান্বা অমা ওইনা নঙোন্দা হায়গদবদি নঙগী সার্ভিসকা মরী লৈনবা চে-চাং পুম্নমক অমত্তা মাঙহন্দনা য়াম্না চেকশিন্না ফাইল তৌদুনা থমগদবনি। নোংমা নৎত্রগা নোংমা কান্নবা লাক্কনি।'

মহাক্কী পাউতাক অদু ঐঙোন্দা লাইরা ওইখি। থবক্তগী পোখারকপদা পেন্সনগীদমক দরকার ওইবা চে-চাং অমনবু হায়রক্কবসু অমনবু হায়রক্কবসু শৎ-শৎ পুথোক্কুনা পীবা ঙমখি, অদু রাৎলে অদা রাৎলে হায়দুনা কোয়চেন চেনবগী মখৌ তাখিদে। কিরম্বনি, মী খরনা হায়নবা তাবদা - পেন্সনগী চে-চাং তান্নবা রাখ্রবনি, পাক হেক লোইশিনবা য়াদবনি, ওফিস অমনা অদু রাৎলে হায়রক্কনি, ওফিস অমনমুক অদা রাৎলে হায়রক্কনি; অদু থিবদা মখোয়দা ..... । থবক তোকপা মতুং চহী অমা হেন্না হৌখ্রবা ফাওবদা পেন্সন সেটল তৌবিদবগী নুংঙাইতবা রারী কয়া পেন্সনার কয়াদগী তাখি।

মসিমসু তাখি — পেন্সন হেক ফংবগী নোংঙানবদা নঙনা থবক তৌরম্লিবা ওফিস অদুদা চৎলুচো, কনানসু তরাম তরাম তৌবিরক্লোই; ফিদা ফাওবা নীংথি-নুংঙাইনা থাবিরক্লোই। রারীশিংদো তারগা যাম্না নুংঙাইখিদে, অকিংবা পোক্লকখি। অদুবু হেঞ্জিন্না হায়নবা ওইরমখি। ঐঙোন্দদি অদুগুম্বা অমত্তা থোকখিদে। ঐনা থবক তৌজরম্বা লোইশঙশিংদা চঙলু-চঙলুবদা ঐবু ফজনা ইজ্জৎ তৌবিরকখি, লুনা তৌবিবকখি। পেন্সনগা মরী লৈনবা চে-চাং পুম্নমক থীনবা তৌদনা ঐনা থোইনা হায়রুবা তৌদনা মথং মথং থাগৎপিখি।

'সেক্রেটারিয়েটকী পেন্সন সেলদা নমশিন্দুনা থমগনবনিকো' - মী খরনা কিহল্লকখি। পৃক্লিংদা চিংনবা পোকহল্লমী। অদুবু মদু মীবু করিসু নত্তবদা পংচিংতা চিংনহনবা ওইনা তৌরম্মী। মতাং চারুবা হায়গদ্রা, পেন্সন সেলদা মরী লৈনবা ফাইল পায়বীদো ঐনা ইয়াম্বদৌনা তিন্নজবা অমগী মমৌনুপী ওইরম্মী। ঐগী চে-চাংশিংদো য়েংলগা হায়রকখি - 'নোন-ইনকমব্রেন্স সার্টিফিকেটতংদি রাৎলে।'

রার্ক্স দিপার্টমেণ্টতগী লৌগদবা সার্টিফিকেটনি। ঐগা মরী লৈনদবনিনা সেক্রেটরিয়েটকী রার্ক্স সেক্সনদা নোংমত্তা চঙলুদে। মীনা হায়নবা দিপার্টমেণ্টনি, খণ্ডনবসু লৈরমগদবা মান্দে। হায়গুম্মদুনা সেক্সনগী কাদা চঙখিবদা খঙনবা মী অমত্তা লৈরমদ্রে। কনাদা হংসিগে হায়না কোয়য়েং য়েংদুনা লৈরিঙৈদা নুপা অমা চঙলকই, 'ওজাবু, করি থবক্কী ওইবিরবনো ?'

ঐ নে তাই। ঐগী অদুঙৈগী ছাত্রনি। 'ওজা' হায়না কৌরকপদুদা পুংপেন পেনখ্রে। চৌকি অমা পুরক্কুনা ঐবু ফমহল্লগা ঐনা লাকপগী মরম হংলকই। 'ঙাইহাক্তং লেঙশিনবিখো, ডেপুটি সেক্রেটরি থবক অমা চখোকখ্রি,' মহাক্লা হায়রকই।

ডেপুটি সেক্রেটরি লাকপগা মানা পুশিন্দুনা চঙলে। ঐগা খরা খরা খঙনবা ওফিসার ওইরম্রে, তাংখুল মচানি, হায়রকই, 'ওজাবু রিটায়ার তৌরব্রনে, করিগী অসুক থুনা ?'

অদুদগী ঐগী অরিবা ছাত্রদুদা ওনাশাল্লি - 'ওজাগীসে হৌজিক লোইশিন্দুনা পীবিখো, ঐ অমুক চখোক্লদবা লৈ, সোই তৌবমগে। পেন্সন ফংলবা মীশিংসে ঐখোয়না লুনা তৌগদবনি। ঐখোয়সু লোইনা নোংমা নংত্রগা নোংমদি পেন্সন ফংগদৌরিবনি।'

ঐনা 'চা থক্লে, থক্লরোই' হায়না হায়না মহাক্তা চা কৌদুনা অমুক্তা পীথরকখি। ঐ ইতোমতা ইকায়জবকখি, অসুক ফগুবা মীশিং অসিবু ঐনা কয়াতা চিংনরক্লরিবা। তৌবগীদি মী অতৈগী ব্রারী তারগা চিংনরুবগী ব্রানি। অদুবু মী অমনা মী অমবু হেক্তা চিংনবা হায়বসি তৌদবনা ফৈ। সংসারদা হৌজিকসু মী অফবা য়াম্না লৈরি। ফত্তবা খরনা পাউথোকহনবনি।

এ.জি. ওফিসতসু খঙনবা খরা য়াওরমদুনা মখোয়না চঙফম থোকপা মতমদুদগী থোইনা হেন্না চঙহনখিদে। থবক হায়বসি হেক্তা তৌবা য়াদবা মতাংসু য়াওই। মদু লোইশিনবিদ্রে হায়দুনা ঙাইঙমদবা তৌবা, মীবু পংচিং চিংনবা, নংত্রগা থুনা লোইশিনবিনবা হায়দুনা অদু-অদা নত্তবা পান্নে কয়া শীজিন্নবসু ফত্তে। ঙাইবা হৈবগী গুণসু খরা চেনবা তাবনি। নিয়ম হায়বমসু লৈরি। মদুসু কান্‌বা য়াবা নত্তে। শিকপ্রবা মণিপুরনি, অয়াম্বনা খঙন-চান্নবা ঙাক্তনি, মবুক-মপাউ ফবনা অয়াম্বনি। ঐগীদি চহী কুন হেন্না ওজা ওইরকপগী কান্নবা অমসু লৈ মাইকৈ অমরোমদা। চংলু চংলুবদা ওফিস খুদিংগী অরিবা ছাত্র অম-নীদি হেক্তা লৈরম্মী। 'ওজা' হায়না মখোয়না ব্যবহার তৌবিরকপদা থবক তংখায় অমদি পাঙথোক্লবোই খল্লি।

থবক তোক্লবা মতুংদা, খরা কুইরগনি, নোংমা সেক্রেটরিয়েট মনুংদা চঙগে তৌবদা গেট পান্নরম্রিবা সিফাইদুনা থিংলে, চঙহন্দ্রে। ঐনা ফনা হায়, ঐসে মন্ত্রী অদুনা কৌদুনা লাকপনি।

'য়ারোই, ঙরাংতা আই জিনা হায়রম্বনি, কনামতা চঙহনবা য়ারোই। হেক চঙহনবদা তমেংলোং য়ৌরে।' সিফাই অদুগী অরোইবা ব্রাহৈনি। জার মতমগী সাইবেরিয়াদো হৌজিকসু ঐখোয়গীদি তমেংলোংনা ওইরিমাল্লে।

ঐ য়াম্না শাউনীংখি। ঐ অদু ওইরম্মী, অদা ওইরম্মী হায়দুনা ফনা হায়রফাও সিফাইদো খোঙফম হোংদে। ঐ চান্ননা শাউনীংখি। উপায় লৈতদুনা নক্লবা মফম অমদগী মন্ত্রীগী পি. এ. দা ফোন তৌরে। ঐনা গেট অমুক য়ৌবদা মন্ত্রীগী পিওন অমা চেক্তেং অমা পায়দুনা ঐবু ঙাইরম্মী।

'সার, ব্রারৌবা য়াদে। ডিউটি শোয়দনবা তৌজবনি।' ঙসাইগী সিফাইদুনা ঐবু শাউদনবা হায়রকই।

ঙসাই শাউনীংলম্বা পৃম্নমক্তো মাঙখি। ঐ ইতোমতা ইকায়জরকখি, ডিউটি ফজনা তৌজরিবা মীবু ঐনা .... !

## ইরোলসু খঙগনি মীরোলসু তমগনি

গৌহাটি রেল ষ্টেসনদনি। দিল্লি চৎকদবা ট্রেন অহুম থংন-থংননা কেন্সেল তৌখিবদগী নোর্থ-ইষ্ট সুপর ফাষ্ট অদো অঙকপা ফংনা চিল্লম্মী। রিজার্ভেসন লৈবা-লৈতবা মানা মানা থোকপা পংকাতা কাখৎনরম্মী। ঐখোয় অনীগীদি রিজার্ভেসন লৈবনিনা থোইনা ৱারোইদ্রা খল্লম্বনি। অদুবু রিজার্ভেসন লৈজরবসু ফিভম অদুদা অদুঙেগী নিংথৌ মচা-মশূমক্তি নত্তবনিনা ট্রেনদা কাখৎপা ফাওবা ৱানা থেক্লম্মী। উচিন-নাচিন্না ঈষ্বোক্কা ঈনশিনগা তৌদুনা কাখৎলগা ঐখোয়গী সিট মনাক য়ৌরে, য়ৌরগদি পাখৎপগা শাওনীংবগনা পূনশ্রে। মীগী মী ঙাক্তা, পোৎচৈসু ভারিদা, ফম্বদি লায়রদুনা লেপফম-ককা লৈপোৎ নত্তে। ঐখোয়গী সিট অদুমক্তদা কনাগীনো ট্রঙ্ক অচৌবা অমনা দোখোল তৌদুনা লৈরি, ট্রঙ্ক অদুগী মথক্তা পোৎচৈ অতৈসু! কোয়য়েং য়েংই কোয়লাউ লাউই, মপূনি হায়দুনা কনামত্তা চোংথোরক্তে।

ট্রেন থারগদি মী খরা ময়েং তারে। থিন্দোক-খোত্তোকপশিংনা ফনদি য়াম্না চিলহনম্বা জাৎনি। অদুবু ঐখোয়গী সিট দোখোল তৌদুনা লৈরিবা ট্রঙ্ক অদুগী মপূদি চোংথোরকপা লৈখিদ্রে। ঐখোয় অনী চঙদুনা থাংদগে তৌই, অদুবু শূৎলূম অদুদা অনীরক হন্দ্রে। অদুগীসু মথক্তা মপূ মশক খঙদবা ট্রঙ্কসিদা করি য়াওরমগদবা তম্বা ঙমদে, হৌজিক্কী মতমসিদা মখোয়গী অদু অদা-ককা, কনানা খঙবা!

ঐগী মরূপতো মচীন ব্রেক ফাগন্দে। মাগী ঙমজবী অকামপেৎ থাংদুনা চৈবা হৌরক্লে। অদুবু মৈত্তেরোল খঙদবা মফম অদুদদি অকামপেৎসু লৈশি-লৈথোনসু অজ্ঞানি।

'তামো', কদোমদগীনো তফিং তফিং চঙলক্তুনা নুপা অমনা কৌরকই, 'ঐগী ট্রঙ্কনি, ঐ থাংদজগে, ঐসু পাটনা ফাওবা চৎকদৌবনি, তামোখোয়গা চৎমিন্নবা য়াম্না নুংঙাইরে, ঐ লোইনা কনবা শীঙগে, মখোয়শিংসে লোইনা তানখায়গে।'

মৈত্তেরোলদা খোইরপ খোইরপ হায়রকপদো তাবদা শাউনীংলম্বা পূম্নমক্তো খংঈং ঈংথখিবগুম তৌই। মরূপকী অকামপেৎকী লাভাদো খংলেপ লেপখি। ময়াম অদুগী মরক্তা ঐখোয়গা ময়াম্না খঙদবা লোন অমদা ঙাঙনবা ঙম্বগী চাউথোকচবগী মমি অমা নুপা অদুদা ফাওরকই।

'তামো', মানা মখা অমুক তাথরকই, 'ঐসু উরিপোক্তা লৈবনি, ঐগী মিং রামবিলাস কৌই। তামোনবুদি খঙদবা, ইতৈমনদি ঐবু খঙই।'

'নখোয় অনী করি কারবার তৌমিন্নদুনা ?'

'কারবার নত্তেদা, তামোগী ফিরোল ইতৈমনা ইস্ত্রি তকপা পুরকপদা।'

লোনগী লংলানা ঐখোয় অহুম অমত্তা ওইনা পুনশ্রে। মাগী রিজার্ভেসন য়াওদে। অদু ওইরবসু ঐখোয় অহুম পূন্না ফম্মিন্নরে।

গৌহাটিদা এম. এ. তম্লিঙৈদা ইম্ফালদগী লাকপা মরূপ অমগা ইউনিভর্সিটিগী ক্লার্ক অমগা খৎনবদগী হোষ্টেলদগী তাম্বোকপা য়াবক্সী ফিভম য়ৌরক্লবদা মরূপতো

ঐগী ইনাক্তা লাকখি। ক্লার্ক অদুগা ঐগা খঙনৈ, ওফিসতা আসামিদা ৱারী শান্নবদগী খঙনখিবনি ।

ক্লার্ক অদুগী মনাক্তা ঐখোয় অনী চৎলে। আসামি লোম্দা ঐনা খরা লৈশি-লৈথোম্দুনা থেম্নে — লোন ফাওনবা ৱাৎপদগী থোকখিবা থৌদোক্তি, ইংরাজিদি নঙগী লোনসু নত্তে ঐখোয়গীসু নত্তে, ৱা ফাওদোক্লবা ৱাৎপদগী থোকখিবা থৌদোক অদুগীদমক মরূপসে য়াম্না নীংঙমহৌদ্রে। ক্লার্ক অদো তেথরকখি, ৱাকৎ-চেদো লৌথোক্লগে হায়রকখি। আসামদা লাইরিক তম্বা লাক্লবনিনা আসামি লোন ঙাঙননবা হোৎনবদি ফৈ — পাউতাক ওই করি ওই মানা হায়রকখি।

ঐসু ইচা-ইনাওশিংদা হেক হেক হায় - মপান্দা লাইরিক তম্বা চৎলবদি মফম অদুগী লোনসু হৈননবা তৌরকউ, তুংদা কান্নবা লাকপনি। লোন হায়বসিদি ইরোনসু ফজনা খঙনবা তৌগদবনি, মীরোনসু য়ারিমখৈ তমগদবনি। কবি এলাংবম নীলকান্তনা সিলেটতা লাইবিক তম্বা মতমদা বাংলা হৈননবা হোৎনরকখি, গৌহাটিদা লৈবা মতমদনা আসামি হৈননবা লাক্লবকখি। অদুনা তুংগী পুন্সিদা বাংলা আসামিতা নত্তনা ভারতকী লোন অতৈগী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতি নৈনবদা মঙোম্দা য়াম্না মতেঙ ওইখি। ফিল্ম-জগত্তা মমিং লৈরবা শ্যাম শর্মানা শান্তিনিকেতনদা লাইরিক তম্লিঁঙেদা বাংলা হৈনবা হোৎনরকপতা নত্তনা ভাটিয়ালি অমসুং রবীন্দ্রসংগীত তম্লকখি। মদুনা মণিপুরদা 'আধুনিক ঈশৈ' গী ঈহৌ শাগৎপদা মঙোম্দা মতেঙ য়াম্না ওইখি ।

লোন তম্বা হাযবসি থোইনা লুবগী ৱা নত্তে, থৱায় য়াওব-য়াওদবগী ৱার্তনি। কলকাতাদা লৈবা মতমদা বাংলা হৈগে হায়রবদি করিসু লুবা পোৎ নত্তে। শিলোংদা ঐ থা অহুমগী মনুংদা খাসি লোন চৎনবা য়ানা অদুম ঙাঙবা হৈখি। মীরৈবাক্তা চৎপা মতমদা মঙা-তরানিদং লৈরগসু লম লম অদুগী তোয়না শীজিন্নবা ৱাহৈ খরদং খঙজিল্লগা মতাং চানা চানা শীজিন্নবদা শুদ্ধৎয়াইদৌনা কান্নবা ফংখি। রাশিয়ানশিংগা ৱারী শান্নবদা রুশ ৱাহৈ অম-নী থেৎচিনবা, জর্মানশিংগা ৱারী শান্নরগনা জর্মান-ৱাহৈ অম-নী থেৎচিনবা— মসিনা মখোয়গা নকশিন্নবগী মন্ত্র ওইখি ।

লোন তম্বা হায়বসি অঙাং ওইরিঁঙেদদি লায়না থোকই। অখঙ-অহৈশিংনা হায়বদা অঙাং অমনা লোন মঙা-তরুক তম্বদা করিসু ৱানা থোক্তে লোনশিংদু ঙাঙবা কাঙবুগা লৈমিন্নরবদি। দিল্লিগুম্বা অচৌবা সহরদদি বিলডিং অমত্তদা নৎত্রগা লৈকাই অমত্তদা নোংপোক-নোংচুপ অৱাং-খাগী তোঙান-তোঙানবা লোন কয়া ঙাঙনবা কাঙবুগা লৈমিন্নবনিনা লোনশিং অসি অঙাংশিংনা লায়না হৈবা ঙমই ।

অঙাং ওইরিঁঙেদা অতোপ্পা লোন কয়ামুক তম্বদা লায় হায়বগী ৱাতনি, অহন ওইরগসু তমগে হায়রবদি থোইনা লুদে। ভারতকী প্রধানমন্ত্রী ওইরম্বা নরসিংহ রাও লোন তরানিথোই হৈ হায়বদো লোইনমক অঙাং ওইরিঁঙেদা তম্বা ওইরম্লোই, চাউরগা তম্বা লোন ফনা য়াম্না য়াওরমগনি। রাশিয়াগী কমিউনিষ্ট লুচিংবা লেনিনসু লোন তরানিথোই হৈ হায়। লোন ময়াম হৈবদুনা মঙোম্দা য়াম্না কান্নখি। জারগী মতমদা ইউরোপকী

তোঙান-তোঙানবা লৈবাক কয়াদা লোত্তুনা লৈবদা মহাকপু মীতোপনি হায়না মফম অদুগী মীনা খঙবা ঙমখিদে ।

ভারত্তা খৃষ্ট ধর্ম শন্দোকপা হৌরকপা মতাংদা সমুদ্র ঈৱাংদগী লাকপা মিশনারি সাহেবশিংনা লম-লমদুগী লোন তমদুনা মীয়ামগা তোৎন-তিন্নবা হোৎনখি । মদুনা ধর্ম শন্দোকপদা লায়না থোকখি । পেটিগ্রু সাহেবনা লমদম অসিগী লোন হৈনবা হোৎনবতা নত্তুনা লোন অসিগী মরমদা থিজিন হূমজিনবগী থবক কয়াসু তৌখি, মদুনা ধর্ম শন্দোকপদা মাগী মতেং ওইখি । সাহেবশিংদগী তমজনীংঙাই ওইবা কয়ামুক্কী মনুংদা অর্মদি মখোয়না চৎলু-চৎলুবা লৈরু-লৈরুবা মফমশিং অদুগী লোন খঙনবা হোৎনবা অদু অমনি ।

কলকাতাদা ব্যাপটিষ্ট মিশন ইহান-হান্না লিংখৎলম্বা উইলিয়ম কেরী ধর্ম শন্দোকপতা নত্তুনা বাংলা লোনসু ফজনা তমখি, লোন অসি চাওখৎনবসু মহাক্না কন্না হোৎনবম্মী। ১৮০০ দা , হায়বদি ঙসিদগী চহী চনি মমাঙদা, ফোর্ট উইলিয়ম কোলেজ লিংখৎপা মতমদা মহাক্না বাংলা লোনগী ওজা মকোক ওইখি । শ্রীরামপুরদা ছাপাখানা লিংখত্তুনা বাংলা লোনগী লাইরিক নম্মনবা মহাক্না হোৎনখি । বাংলাদা নিউ টেষ্টামেণ্টকী তাংকক অমা হন্দোক্তুনা ছাপাখানা অসিদা ইহান-হান্না ফোঙখি । অদুতা নত্তুনা বাংলা লোনগী গ্রামার অমসুং ডিক্সনারি মহাক্না লেংলম্মী । বাংলাতা নত্তুনা কেরী সাহেব হিন্দুস্থানি, মারাঠি, পঞ্জাবির্নাচিংবা ভারতকী লোন অতৈসু হৈখি । ভারতকী সাহিত্য, সংস্কৃতি অমসুং লোন ময়াম অসি নীংথিনা খঙগে হায়রবদি সংস্কৃত খঙদবা য়াদে হায়বসি উবদগী সংস্কৃত লোনসু মহাক্না ফজনা তমখি । অঙাং ওইনা ইংলেণ্ডদগী লাকপা মতমদা লাতিন অমসুং হিব্রুসু হৈদুনা লাকখি । ভারত্তা শিক্ষা শন্দোক্লবগী দমক্তা মহাক্না হোৎনরম্বা অমসুং বাংলা অমদি ভারতকী লোন কয়ামুক চাওখৎনবা হোৎনরম্বা অদুগীদমক্তা মহাকপু হৌজিক ফাওবা ভারতকী ময়াম্মা শোন্নরি ।

## লাইৱা তীনৱা মন্ত্র-যন্ত্র কয়া কুইনা

নহা ওইনা লৈখিদ্রবা উপন্যাসকার পাচা মীতৈনা নোংমা ৱারী তৌখি, মী অনী-অহুম শুরে ঐঙোন্দা মন্ত্র-যন্ত্র খরা তম্বিয়ু হায়না লাক্লিবসে । মহাক্কী অনৌবা উপন্যাস অমগী মতাং অমদা মহাক্না মন্ত্র-যন্ত্রনি হায়দুনা ওঁ ক্লিং ক্লাং শ্রিং শ্রাং-ককা হায়দুনা ইরুবদুদা চান্ননা থাজদুনা লাকপনি । মন্ত্র-যন্ত্রদা থাজবসি হৌজিকসু ফনা য়াম্না লৈরি বিজ্ঞান্না চাওখৎলে হায়বা মতমসিদা ।

পাখং খরা ফাগৎলকপগী অদুৱাইদা ডাইরেক্টরী পঞ্জিকাদা যোগিনী-মন্ত্র মোহিনী-মন্ত্র কামাখ্যা-তন্ত্র - ময়াম অসিগী এডভর্টাইজমেন্ট থেংনরুবদা কলকত্তাদগী কামাখ্যা-তন্ত্র চেনখি । কামাখ্যা-তন্ত্রনা মীবু হামেং ওলহনবা ঙমই, লাইরবনা লাখপতি ওইবা

ঙমই, থম্মোয়না পামজবা নুপা নংত্রগা নুপীগী পুক্লিং হূবা ঙমই। অতৈগীদমক্তা লাইরিক্তো চেল্লুবা নত্তে, অকোনবগী মরম অসিগীদমক্তনি। বাহে অমত্তা মাগী মকমদা ফোঙদোকপা ঙমজদবা মায় শোনখ্রবা ঐগী পাম্বে ওইননবনি - অগতিগী গতি ওইননবা। অহিঙ নোংয়াইদা মন্ত্রসে লিশিংলক্তং শোনবদা নুজা মাদো মখোঙনা থোংদুনা লাক্লৌরিবনি। মন্ত্রদো শাংদি শাংই। চীনফা পুদুনা ফনা কন্না ট্রাই তৌখি, অদুবু অহিঙ অমা ফাওবা মহাক লাকখিদে। লাকপদি লায়রদুনা মশুংলাংগীদমক ঐনা ঙাওজরিবদো মহাক খঙলমগনি হায়বা থাজদে, মদুগী মওং-মতৌ অমত্তা উখিদে।

ঐখোয়গী ইংখোল্লুংদো খরা চাউই, অদুনা ইচে-ইচন ফনা য়াম্না শাংলম্মী। মখোয়গী মনুংদা মতমদুগী পাখং-মচাশিংনা ইস হায়বা অম-নীসু য়াওরম্মী। ফনা চেকশিঞ্জবা অহন-লমন্নি, অদুবু মরক মরক্তা থৌদোক-ব্রাথোক মচা মচা অম-নীদি অদুম থোকখি। নোংমদি য়েন্নখাগী পোলাংখোক্তা ফৌবা ইচে অমগী ফনেক মচেং অমা কাটিনা চপখ্রে হায়না ইমুংগী ইমা-ইন্দোনশিং মুরুম মুরুম ঙাঙনরকখি। নুমিং খরনি মতুংদা মদুগী দাহিদগী পাখংমচা অনী কোক্কাই লুকাইনখি। ইচন অমসু ব্রাথোক ওইখি। পাখংমচা অমনা মাগী খোঙ্গুলগী উফুল তূমিন্না লৌনবা হোংনবদা খঙনবা য়াওনরক্তুনা ব্রা ব্রা লাউনরকখি। অদুবু কান্নখিদে, ফনেক মচেংসু খোঙ্গুলগী উফুলসু অরেম্বা তাখি। চৈরাক কনবা অহনশিংনা থাজনীংবা মফমদা মশূ-মচাশিংদো থাজখি।

অঙাং ওইরিঁঙেদুদনি। জাবিরবোনলোমদগীনি হায়দুনা মাইবা অমা লাকখি। য়াম্না খঙ-হৈবা মাইবনি হায়নরকখি। অনৌবা মাইববু লাক্রবদি কদায়দগীনো অনাবসু ফন্ ফন্ চোংথোরকই। অদুগীসু মথক্তা আ জাবিরবোন্দগীনি, লাইব্রা তীনব্রা খঙবদা হায়নরিবা মফমদগীনি, অচম্বা মাইবা নত্তে। অদুবু খরা লৈরগদি মহাক্না পূক শূবা মৌনহা অমা পুদুনা চেনখি। ময়াম্না হায়নরকখি, নাম্বোকপকা য়াবা পোৎ নত্তে লাইব্রা-তীনব্রা ময়ামদুনা ফার-পুল্লবদবু !

কোলেজ অম্ৰকপগী অদুব্রাইদা জাবিরবোনলোমগী মরূপ অমনা মখোয়গীদা কোয়রুসি হায়দুনা চৎলি। চৎলমদাইদা লৈকাইগী ইমা-ইন্দোনশিংনা পাউতাক পীরকখি, চেকশিল্লুকো জাবিরবোন লৈবাক্কী লৈশাবীশিংদো, মখোয়নবু তৌরগে হায়রদি থুন্দা ফান নপহল্লি হায়বনিকো।

মরূপকী য়ূমদা নোং-নীনি লৈরিঁঙেদা লোম্না লোম্না লৈকাইদুগী মীশিংনা ঙাঙনবা তারকখি, উজানলমগী মীশিংসে থাজবা তৌরুনুকো থুন্দা ফান নপহনবা হায়বসিদি মখোয়দা খৃৎকাঙ্গী কাপ্নগুম্বনি। মণিপুরদা লাক্পা নৌরিঁঙেদা লৈকাইগী মৌ অমনা হংলকখি, ইবুঙো নঙ মম্নাং লৈবাক্কী থুন্দা ফান নপহনবকা হায়বদো হৈবরা ? ইতৈমদুগী থম্মোয়দা প্রোক প্রোক চাকপ'মা লৈ। তাদদো মমিৎ খরা য়াম্বা জাৎনি। ঐনা খুমখি, চীংলোন মাপন তু-খোং ময়াম অমা লাল্লকপদা মহীক-ময়াই লোইনা চমখ্রে। ফান নপ্পগী ব্রারীসে লম অমনা অতোপ্পা লম অমগী ওইনা লীনদুনা লাকখি। থেংননীংলম্বনি অদুবু খক থেংনখিদে।

ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা যাদু-মন্ত্র হৈ হায়দুনা থাজনবা নুপা অমনা ইমুং অমগী সনা-ফিক্কোন লোইনা পুখিবগী থৌদোক অমা থোকখি। নুপা অদো কদায়দগীনো হায়বা চপ-চানা কনাসু খঙদে। ইমুং অদুগা ভোয়না লাকুনা ইমুং অদুগা য়াম্না লুনা চান্না তিন্নখি। ইমুং অদুনা মাবু য়াম্না থাজখি। নোংমদি অয়ুক, লৈকাই শীনবা থুংনা রা-রা লাউনরকখি, লোইনা পুম্রে—সনা লুপা শেন থুম পুম্নমক লোইনা পুম্রে। নুপাদুনা ইমুংদো য়াম্না থাজহনখি, সনা লুপা শেনথুম শরুক অনী চাওখৎনবগী বিদ্যা মহাক হৈ। থাশিগী অহিঙ মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা মতম অদুদা সনাবুন অমদা লৈজবা শেনথুম সনা লুপা পুম্নমক্তো হাপচিল্লগা ফিঙৌ শেত্তুনা নুপা অদুনা সনাবুন অদো পুদুনা থোকখি, মতুংদা মপূ অদু। লম্লোং অহুম ফাংবা মফমদা সনাবুনদো ফুমগদৌরিবনি, অদুগা হয়েং নোংঙাল্লগা লৌথোক্কদৌরিবা। অদুবু লৈকাইগী লম্লোং অহুম ফাংবদুদদি ফুম্বা য়াদে, মরমদি চা-বাগানগী ঠেলাগাড়ী চেনবগী য়োংকী পথাপ থারি। আলিপুর মিশনগী লম্লোং অহুম ফাংবদদি ফুম্বা য়াগনি। অদুবু য়ুম্নুদি লৈকাইগী লম্লোং অহুম ফাংবসিদা লৈহৌবা তাই নুপাদু হল্লক্ত্রি ফাওবা। ফিঙৌ শেৎপনিনা লৈকাইগী লম্লোং অহুম ফাংবা মফমদুদগী মাবু অদুম উবা ফংগনি। হায়গুম্মদুনা ফিঙৌ অদো নোংঙানবা ফাওবা উখি। অদুবু নুপাদুদি হল্লকখিদে। ফিঙৌদো মী মান্ননবা লম্লোং অহুম ফাংবদুদা চৈ অমদা য়ুংলগা য়াম্দুনা লৈরমখি।

লাইরিক-লাইশু থোইনা হৈনদ্রিঙৈগী থৌদোক্নি, অদুবু হৌজিকসু অসিগুম্বা থৌদোকসে মরক মরক্তা অদুম থোক্নি। জ্ঞান-বিজ্ঞান্না অসুক চাওখৎলবা মতমসিদা লাইরিক-লাইশু হৈরদুনা লৈবাক্কী মীহুৎ ওইদুনা মন্ত্রী ওইনীংলিবশিংসু মাইব-মাইবীদা থাজদুনা লাইবা-তীনবা শোলহন্দুনা ভোৎ কানবা হোৎনবসু য়াওরি। মাইব-মাইবীনা লাই-তীন তাইনবা গুন্নবদি ভোৎকীদমক প্রজাশিংদা চাইথোক্কদৌরিবা শেনফমদো মাইব-মাইবীদা পুম্না পীথোকখ্রগা লোইরে। কৈদৌনা অমুক কোয়চেন চেন্দুনা তুমদ-চাদনা হোৎনগদৌরিবনো !

লাইবা-তীনবা যন্ত্র-মন্ত্রনবু গুন্নগদি ডাক্তর তম্বদা কৈদৌনা শেন অমুক তিংনগদৌরিবা। লাইবা-তীনবা যন্ত্র-মন্ত্রনবু গুন্নগদি মণিপুরগী চীফ মিনিষ্টর লায়না ওইবা য়াইনা, পৈশা পায়বা ঠিকাদারশিংসু থবক তোক্লবা শেন তালহৌবা ওফিসারশিংসু চীফ মিনিষ্টরতা নত্তে ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টর ফাওবা ওইবা য়াইনা।

অন্নাবদি, লাইবা-তীনবা যন্ত্র-মন্ত্রনা করিসু ওইবা য়াদে হায়বসি খঙনা খঙনা হৌজিকসু মসিদা থাজনবা কোঙাই অমা লৈরি। মসিনি অঙকপা।

## ঈচেল্লনা ঈপাক তম্লকপা

মণিপুরদা মৈতৈ পাঙলশিংনা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈরক্লিবসি চহী চামরিয়োম হেল্লক্লে।

মখোয়সু মৈতৈনি ইস্লাম ধর্ম চৎপগী ৱাতনি। হিন্দু ধর্ম চৎলিবা মৈতৈ অমনা ইস্লাম ধর্ম লৌবা নুমিত্তা মহাকসু মৈতৈ পাঙল ওল্লে। অদুনা মসিদি ধর্মগী ফিজোল অদুতগী ৱানি। বাঙ্গালীদা হিন্দুসু লৈ, মুস্লিমসু লৈ—অদুবু মখোয় বাংলা লোনবা কাঙলুপনি অদুনা বাঙ্গালীনি। খায়দোক্লীংবা খরনা বাঙ্গালী হিন্দু বাঙ্গালী মুস্লিম হায়না খায়দোকচবগী ৱাতনি।

মসি হৌদোকচবগী ৱাদি, মৈতৈ-পাঙলশিংসে মণিপুরদা অসুক কুইনা লৈরক্লবসু, মৈতৈরোলনা মখোয়গী মমারোল ওইজরবসু মতম কুইনা সাহিত্যগী ঈচেলদা মখোয় নাথৈদুনা লাকপগুম তৌরকখি। মবক মবক্তা মীশক অম-নীবুদি মুনা মুনা য়েংলমদবা নত্তে। মসি মখোয়না মমারোল নুংশিদবগী ৱামক্তি ওইরম্লোই, অতোপ্পা মরম অতৈ শোয়দনা লৈরমগনি।

ঐ অদোমদা চৎচররোই। হন্দক লিবর্টি পব্লিশিং এসোসিয়েসন ইম্ফালনা মৈতৈ পাঙল কবি ২২ খক্কী শৈরেং ৮৮ খক খোমজিন্দুনা 'ঈপাক তম্লক্লিবা ঈচেল' মিংথোন্দুনা লাইরিক অমা পুথোরকপসিদা নুংঙাইদুনা ৱাহৈ অম-নী ফোঙদোকচগী ৱাতনি। লাইরিক ফোঙবগী থৌরমদা ঐসু য়াওজকই। থৌরমদুদা ৱা ঙাঙখিবা কয়ানা মৈতৈ-পাঙলগী হৌরকফম, লমদম অসিগী অৱা-নুংঙাইগী থৌদোক-ৱাথোক কয়াদা মখোয়না কবম হায়না ঈরোইমিন্নরকখিবা অসিনচিংবা ৱাফম কয়া পনখি। ঐনা চঙশিঞ্জগদৌরিবসে অদোমদনি। অদুবু ফোঙলিবা লাইবিক অসিগী মতাংদা ৱাহৈ অমনীদং ওইরবসু হান্না পঞ্জরমগে।

লাইরিক অসিদা য়াওবিবা কবিশিংসে অয়াম্বনা নহানমখৈ পংখঙ খঙনদবা ঙাক্তনি। মখোয়না মণিপুরগী সাহিত্যগী পাক্লবা ঈপাক তম্না চেল্লক্লিবসি উবদা নুংঙাইবা পোকই, ময়ামসু নুংঙাইরমগনি। বরাক তম্পাক্কী কবি খৈরুদ্দিন অমদি সহীদ চৌধুরী, অদুগা ইম্ফাল তম্পাক্কী কবি কয়ামুদ্দিন পুখ্রিময়ুমদি মতম কুইবে ঈপাক্কী ঈচেলদা য়াওরিবা। অদুবু ঈপাক অসিদা অসুক কুইবা কয়া যাওবা উরক্লিবা কবি কয়াগী শৈরেং পাক্লগা পুক্লিংদা ফাওরকই, নহানমখৈ মখোয় অসি কদায়দা লোত্তুনা লৈরুরিবনো? য়াম্না নুংঙাইরিবদি, পাঙল নুপী মবক্তগী কবি য়াওরকপসিনি। মৈতৈ নুপীদগী হেন্না অফা-অপুন অথিং-অপন লৈবা পাঙল নুপীনি। মখোয়গী মরক্তগী মফিদুননিশা কৌবী কবি অমা চোংথোরকপসে নীংশিংনীংঙাই ওইবা থৌদোক অমনি। মহাক্কী শৈরেংশিংসে ওন্থোক্লা ফজখ্রে। মফিদুননিশাগুম্বী লোত্তুনা লৈবী কবি কয়াসু লৈরম্বা য়ারি। মখোয়বুসু পুথোকপিরকপা ফৈ। সমাজগী অকনবা পর্দানা খুমজিনবিদুনা মাঙহনবিখিদবা ফৈ। উর্দুগী ইস্মৎ চুগতাই অমদি ক্বারেন্তাইন হায়দরগুম্বী অমসুং বাংলাগী সোফিয়া কামাল অমদি তসলিমা নাসরিনগুম্বী নুপী কয়া চোংথোরকপা নুমিৎ অদো লাপ্তুবা ওইসনু।

মৈতৈ পাঙলগী হৌরকফম থিবদা কনা কনাগুম্বনা আরব, তুর্কি, পাঠানলোমদা হেন্না ওনশিন্নীংবগুম তৌই। হোয়, আরব তুর্কি পাঠানগী ঈ মখোয়দা য়াওদববুদি নত্তে। মণিপুরদা পাঠান কয়াসু লাকখি, লমদম অসিগী নুপী লৌদুনা লৈখি, লাকপদা

নুপী পুরক্লুনা লাকপসু য়াওখি। অদুবু মরম ওইনদি কাছাড় অমসুং সিলোটলোমদগী বাঙ্গালী মুসলমান্না অয়াম্বনি, খাগেম্বগী মতমদা মনাওইবুঙো শানোংবা হিগায়গা লোয়ননা মাগী মতেঙ পাংবা ওইনা লাকমিন্নখিবা। লান্দা মায়থীরবা মতুংদা নিংথৌনা মখোয়বু লানফা ওই করি ওই তৌদুনা লমদমসিদা খুন্দাহনখিবনি লমদমসিগী নুপী পীদুনা মাগী মাগী শিনফমগী মতুং ইন্না য়ূম্মাক শাগে ফাওবা পীদুনা। অদুনা মখোয়গী চারোন-শৃরোন অয়াম্বদি মৈতৈ নুপীগী মচানি। মৈতৈনুপীগী মচানিনা, মণিপুরদগা লৈরবনিনা মৈতৈরোলনা মখোয়গী মচা-মশৃগী লোন ওইবা তাখি, ওইবা তাখি মখোয়গী মমারোল। মৈতৈনুপীতা নত্তনা মৈতৈনুপা কয়াসু মরম অমদগী নংত্রগা মরম অমদগী পাঙল ওনবা য়াওখি। অদুনা মৈতৈ পাঙলগী ঈসিদি মপানগী ঈ থোইনা য়াওদে। তৌবগীদি মৈতৈগী ঈদসু অভোপ্পা ঈ কয়া য়ানগ্রবনি। পৃথিবীগী কাঙলুপ পৃম্নমক্কীসু মসিনি।

পাঙল হায়বা ৱাহৈসিগী হৌবকফম মতাংদসু মোত মান্নদবা খরা খরা য়াওই। খবনা হায়, মোগলদগী লাকপা ৱাহৈনি। মসি খবা লাপ্পা থোকই। মৈতৈবু কাছাড়ীশিংনা মোগলু কৌই। মসিবু মোগলদগী লাকপনি হায়গদ্রা ? পাঙল হায়বা ৱাহৈসি তশেংবদি বাঙ্গালদগী লাকপনি। নোংপোক বাংলাগী মীশিংবু নোংচুপলোমগী বাঙ্গালীশিংনা বাঙ্গাল কৌই, হায়বদি বঙ্গ (লৈবাক) দা লৈবা মী। মৈতৈ-পাঙল নুপাশিংসি অহানবদা মপৃং ওইনা বাঙ্গাল ঙাক্তনি। বাঙ্গালদগী থৈদরক্লুনা পাঙল হায়বা ৱাহৈসি লাকখিবনি। ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা কাছাড়দা পাঙল হায়রগা মৈতৈ-পাঙলতবু খঙনরম্মী; ময়াং হায়রগা ময়াং পাঙল, হায়বদি বাঙ্গালী মুস্লিম। বাঙ্গালী মুসলমানশিংনা ফাওবা মৈতৈ-পাঙলবু 'পাঙল' হায়না কৌরম্মী, করি করিগুম্বা মতমদা 'মোগলাই' হায়নসু কৌরম্মী। ময়াং হায়রগা হৌজিক্তি অর্থ য়াম্না হোংগ্রে, পাক শনগ্রে। তশেংবদি মণিপুরদা ময়াং লৈবাক হায়রগা খঙনরম্রিবসি কাছাড়নি। কাছাড়দা লৈবা মৈতৈ ফাওবা মতম অমদা ময়াংমচা হায়না কৌনরম্রিবনি।

'ঈপাক তম্রক্রিবা ঈচেল' হায়বা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা শৈরেং খরদা আরবী উর্দূ ৱাহৈ খরা য়াওবা থেংনৈ। মদু য়াওবদা করিসু কায়দে, তৌবতবু, আর কে বিদুরনা হায়বগুম্না মৈতৈরোলদা কুইনা মতম কুইনদগী শীজিন্নরক্লবশিং অদুদি ঐখোয়না শীজিন্নরিবা মওংদা থম্বনা ফৈ। খুদম ওইনা 'দুনিয়া' হায়বসি মৈতৈরোল ওল্লবনি হায়বা য়ারে, মসিবু 'দনয়া' হায়না ইবা তারবদি খঙবদা খরা ৱাগনি। আস্মান, কানুন, জখম, জন্নত, জবান, দুৱা, নমাজ, কবর—করিসু কায়দে। অদুবু আরবী উর্দূ হাপকে হায়বগী ৱাখল অমগা লোয়ননা নম্ফৃদা পুশিল্লক্লবদি মদু সাহিত্যগী ওইনদি খরা ফজবা ৱাংকনি। খৃদম ওইনা, এম সলামৎ শেইখকী 'অর্জেমন' কৌবা শৈরেংগী পরেং খরা য়েংসি-'অহকাম অরকান ফুরকানগী/জবানী লৈবা মুহম্মদ/তৌরাও, জবুর, ইঞ্জিলগী/যুগ কয়াগী লমজিংলোই।'

হোয় চুমই, ধর্মগা মরী লৈনবা ৱাহৈ অমসুং য়ুমলোন্নবা কাঙলুপনা শীজিন্নবা ৱাহৈ ঐখোয়গী লোনদসু চঙলকপা তাবনি। হিন্দু ধর্ম চৎপশিংগী লোনদা সংস্কৃত,

হিন্দী, বাংলা, আসামী অসিনচিংবা ৱাহৈ কয়া চঙলক্লুনা শীজিন্নরিবর্সানি। পাঙলশিংনা শীজিন্নবা লোনদা আরবী, ফার্সি, উর্দুগী ৱাহৈ খরা চঙলকপা হায়বসিসু মহৌশানি। মতম কয়া শীজিন্নরক্লগদি কদায়দগী লাকপনো কাউথোকখি, ঐখোয়গী ৱাহৈ ওইররোই নীংলকই। খূদম ওইনা—ইজ্জৎ, হক, কলম, সাবোন, আইন, আনোক, দরখাস্ত—অসিনচিংবা। পাঙলশিংতনা শীজিন্নবা, মৈতৈশিংনদি শীজিন্নদবা অদুগুম্বা ৱাহৈসু লৈ। খূদম ওইনা- বৈ (ইচে: বোন নৎত্রগা বহিনদগী লাকপা), চোরা (শেন্দাং : চোরাইদগী লাকপা)। অসিগুম্বা ৱাহৈশিং অসি পাঙল সমাজগী ৱারী অমদি শৈরেংদা শীজিন্নবদা করিসু কায়দে, হেন্নদুম ফজবা ওইগনি, সমাজগী শক্তম য়েকপদা হেন্না ময়েক শেংগনি। মৈতৈ অমনা মখুডাদা 'চাচা' হায়না কৌবা তাবদা নুংঙাইরোই. পাঙল ইমুংদদি কৌবা তাবনি ।

## হিংলিঁঙেদা কনানা শকপি-শোনবিখিদবা কবি অমা

ওজা নীলকান্তনা মহাক্কী শৈরেং 'নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখী' অহানবা ওইনা কবি সম্মেলন অমদা পাথোরকপদা ভাবোক অয়াম্বনা থাগৎনখি— ফজ্জে ফজ্জে। অখঙবা খরনা হায়নরকখি, মহাক্কীসি জীবনানন্দ দাশকী মতৌ তম্বনি। অদুবু মতৌ তম্নবসু হৈ-শিংনা মশাগী খরগা য়াওনা মতৌ তম্নগদি ফজবা পোৎশক অমা ওইবা য়াই। ওজা নীলকান্তগী মতৌ তম্বগী মওংসু মদুনি। 'বনলতা সেন' গী মতৌ তম্বনি হায়না খঙবা কাঙবুসু 'নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখী' বুদি থাগত্তবা ঙমখিদে। বাংলাদেশতদি নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখী অঙকপা ওইনা পাম্নে, নহারোলশিংনা চীনফা পুনৈ, শৈরেং থীবা তান্নবদা তোয়না থীনৈ। বনলতা সেনগী মতৌ তম্বনি হায়বসি ওজা নীলকান্ত মশানসু য়াজরম্মী, মচীন্দা হায়বতা নত্তনা অইবা ওইনসু পল্লম্মী ।

বনলতা সেন হৌজিক চহী হুমফুরোম শুরবসু ইনৌতা নৌদুনা লৈরি, হৌজিকসু বাঙ্গালী পাখং-লৈশাবী ময়ামগী পুক্লিং হূরি, মখোয়গী থম্মোয়দা ঈথক-ইপোম হৌহল্লি, নহারোলশিংনা চীনফা পুখিবদো নীংশিং নীংশিংনা থীরি। শৈরেং অসি ভারতগী লোন কয়াদা হন্দোকপতা নত্তনা পৃথিবীগী লোন কয়াদসু হন্দোকখ্রে। হান্না হন্দোকখিবশিংদো পেন্দদুনা অনৌ-অনৌবা মওংদা হন্দোক্লবসু য়াওনরি। ইংরাজিদদি মখল তরাদগী হেল্লে হন্দোক্লিবা - মবক ময়াগী অনুবাদকশিং নত্তে, অনুবাদকী লমদা মমিং লৈরবা ঙাক্তনি - ভারতকী পি লাল, ইংলেণ্ডগী জো উইণ্টবসু য়াউরি - বাংলাদগী চুমথ্রিং হন্দোকপা ঙাক্তনি ।

শৈরেং অসিগী কবি জীবনানন্দগী ১টা অমা হেন্না চংখরকপা চামশুবা মপোক কুমওন পাঙথোকপদা লাইশিল্লকপা থৌরমগী শরুক অমা ওইনা সাহিত্য একাদেমিনা

শীন্দুনা নুমিৎ হুম্মিগী সেমিনার অমা কলকাতাদা পাঙথোকখি। জাতিগী থাক্তা পাঙথোকপা সেমিনারনি, ভারতকী লোন অয়াম্বগী মীহুৎ কয়া য়াওখি। কলকাতাদা লৈবা বাংলাদগী শৈরেং কয়া ইংরাজিদা হন্দোকপগী থবক তৌরিবা ইংলেণ্ড অমসুং আমেরিকাগী মীশকসু য়াওরখি। নীনি চনবা নুমিৎকী নুমিদাংবাইরম ইংরাজি য়াওনা ভারতকী তোঙান-তোঙানবা লোন্দা 'বনলতা সেন' থীনদুনা নুমিদাং-বাইরম অদো বনলতাগী বনলতা ঙাক্তা ঙায়খি। ঐসু ঐনা হন্দোকপদো হৈজবা থাদুনা থীখি। চঙশিল্লক্তুনা খুৎ শেক্লবা কয়া য়াওরকখি, হায়রে — য়াম্না ফজনা হন্দোকপা মাল্লি, শৈরেং থীবসু বাংলাগা চপ মান্নবদৌনা তৌই। আমেরিকাগী ক্যাথরিন ব্রাউন্না হায়রকই — নখোয়গী লোনদো তাবদা ওম্থোক্লা নুংশিগ্রে, নঙনা শৈরেং থীবদো ব্রাহৈগী অর্থ খণ্ডবসু খোম্থোক্লী ঈথক-ইপোমনা থম্মোয়দা নুংঙাইবদুদি ফাওহল্লি। ঐঙোন্দসু নুংঙাইবদো ফাওখি।

বনলতা সেন্না য়াম্না হেন্না মীয়ামগী পাম্নবদো ওইখিবগী বাতনি, বনলতা সেনদৌনা ফজবা অতে শৈরেং কয়াসু লৈ কবিগী। মখোয় অদুসু পন্নদবা নত্তে, শোন্নদবা নত্তে। বাংলাদেশকী নীংতম-লানগী ঈহৌদা মরূ ওইনা কবি অহুম্না ব্রাখল-থৌনাগী অকনবা ঈনোৎ হাপখি। মখোয় অদুদি - রবীন্দ্রনাথ, নজরুল অমসুং জীবনানন্দনি। রবীন্দ্রনাথনা মরৈবাক নীংবগী ব্রাখল য়াকাইহনখি মহাক্কী 'সোনার বাংলা'দা (সনা লৈবাক বাংলা), নজরুলনা লালহৌগী খোল্লাও তাহনখি মহাক্কী কবিতা 'বিদ্রোহী'দা (য়াওল্লোই), অদুগা জীবনানন্দনা উহনখি বাংলাগী ফজরবা চেংলৌ-শক্তম 'রূপসী বাংলা' দা (শেকহেনবী বাংলা)।

'রূপসী বাংলা'গী শৈরেংশিংসি কবিনা চহী মতাং নৌরিঙেদা ইবা ওইরগসু ফোঙবদি মহাক্না লৈখিদ্রবা মতুং কাইনথংদা ফোঙখি। রূপসী বাংলাতা নত্তে, কবিগী লাইরিক কয়াসু মহাক লৈরিঙেদা কোরৌ মঙাল উবা ফংখিদে। মদুগী মরমদি জীবনানন্দবু হিংলিঙেদা সমালোচক অয়াম্বনা থৌওই ব্রাওইনা তৌবিখিদে, কবিতাগী পরম্পরা থুগাইবা মীনি হায়দুনা য়াম্না থীনা থীনা হায়বিখি। ব্যাকরণগী কায়াৎ ঙাক্তবা, শৈরেংগী চৎনবী পরীং থুগাইবা, লৈশি-লৈথোন প্রমান-পাম্থে শীজিন্নবদা ময়ামগা মান্নদবা—অসিগুম্বা ময়াম অসিনা মহাকপু নাইতোম তাহনখি। মহাকপু খরা য়াজবা কবি-সমালোচক বুদ্ধদেব বসুনা মহাকপু খাইদগী নাইতোম তাবা অচীকপগী কবিনি হায়খি।

মহাক্না হিংলিঙেদা মহাক্কী লাইরিক ফোঙবিনবা পত্রিশার পংলৈ লৈরমদে। ফোংবিনবা মী লৈতবদগী মরূপ-মপাং খরগী মতেঙনা শৈরেং লাইরিক অমা ফোঙখি। কোপি চামঙা নমখি, কোপি চনিয়াংখৈদগী হেন্না শিংখিদে - অদুগুম্বা ব্রারীসু লৈ।

মহাক্না লৈখিদ্রবা মতুংদগীতনি জীবনানন্দবু হেন্না হেন্না খঙনরকখিবসে, হেন্না হেন্না য়ানরকখিবসে। মহাক্কী শৈরেংদা অনৌবা মহাও অমা, ব্রাখলগী অনৌবা ইপোম অমা অপাবশিংনা থেংনরকই। মহাক্কী শৈরেং পারগা হন্না হন্না পানীংবা পেক্লকই, হন্না হন্না পারগা অনৌ-অনৌবা অর্থ থোরকই। মসিদনি জীবনানন্দনা ময়ামগা মান্নদ্রিবা, মসিনি মহাক্কী শৈরেংগী ফজবা। নহারোলনা মহাক্কী শৈরেং মতৌ ভম্নবা হোৎনৈ

অদুবু তম্বদি ঙমদে ।

জীবনানান্দনা লৈখিদ্রবা মতুংদদি লাইরিক কয়া ফোঙজগে হায়দুনা পল্লিশার কয়া চোংথোরকখি । শৈরেংগী লাইরিক্তা নত্তে কবিনা ইরম্লিবসি হায়বা খঙনরকখি। রারীমচা চামদগী হেন্না মহাক্লা ইরম্মী, উপন্যাসসু তরানিথোইগী মথক্তা । ডাইরীসু চাং নাইনা ইরম্মী, খাতা ৫৪ নি, মাঙখিবা খরসু য়াওরে। রারীমচা অমসুং উপন্যাসশিংসে মহাক্কী নুপীনা মহাক হিংলিঙৈদা ফোঙহনখিদে, ইমুং-মনুংগী ময়াম খঙহন্নীংদবা রাফম কয়া য়াওরমগদ্রা হায়না চিংনবদগী । হৌজিক্তি ফোঙদোরক্লে ।

কবি জীবনানন্দগী পুন্সি নুংঙাইবা হায়বদুদি ওইখিদে। কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়গী ইংলিশতা এম এ ওইজরবসু তংদানা থবক অমত্তা তৌবা ফংজখিদে । কলকাতাগী কোলেজ অমদা মতম খরা, দিল্লিগী কোলেজ অমদা মতম খরা, মহাক্কী পোক্লফম বরিশালগী কোলেজ অমদমুক মতৎ মতৎ মতম লেনখি । মরক মরক্তনা থবক ফংদবগী চৈনাখোল । লোইরমদাই পুন্সিদনা কলকাতাগী ওফিস কয়াদা থোঙ থীল্লুই, কান্নখিদে। উপায় লৈবক্তদুনা খবরগী হোকর, ট্রামগী কণ্ডক্টর ফাওবা ওইগে খনখি । ময়ামগা তিন্ননীংখিদে, তিন্নখিদে । ব্রাহ্ম-ইমুংদা পোক্লবা , ব্রাহ্ম-সমাজনা মরায় চায়থরকপা, মসিনসু মঙোন্দা মপূক্লিং খোয়রাং-খোয়শাউনবগী মরম ওইরম্বসু য়াই হায়নৈ । থবক ফংদবগী মৈশাগা লোয়ননা কলকাতাগী লম্বীদা কোয়চৎ চৎপগী মতাংদা নোংমা ট্রাম এক্সিডেন্ট অমদা হিংলিঙৈদা থৌওই-রাওইনা তৌবিখিদবা কবিগী পুন্সি পিখম্লখি ।

## লৈমা তরেৎকী লৈমতোন ঈংন-তপ্পা পালহৌই

ইনক হেক নক্লা মিজোরাম অমুক্তা ফাওবা চৎলুদবগী নুংঙাইতবা অমা ঐঙোন্দা মতম কুইনা লৈরকই । ভারতগী রাজ্য পূম্নমক হায়বা য়াই লোইনা থুংলুরে লোইনা শাৎলুরে । অদুগদি য়ূমলোন্ননা লৈমিন্নরিবা অরাং-নোংপোক্কী লৈমা তরেৎকী লৈমতোনগীদা অমুক্তা ফাওবা য়ৌরুদ্রিবা ! ইতোমতা নুংঙাইজদে , ইতোমতা ইকায়ঞ্জে, মীঙোন্দা হায়দোক্লিংদে । হোয়, ইম্ফাল-কলকাতা পাইবদা মরক-মরক্তা আইজোল ফাওদুনা পাইবা হৌরকপদগীদি আইজোল প্লেন তাফমদা অমুক অনীরক তারুরে । অদুবু প্লেনদগী কৃমথবা য়াদবনিনা লাপ্পা চীংলোন ময়াম অমা উরকপা নত্তনা অতৈ করিমতা উরকখিদে।

হায়নৈ, নীংবু নীংলবদি থেক্লবা অমা লাকই । ইথা-থাজদনা লাকখি বার্তোন অদো আগরতলাদগী, রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মরমদা সেমিনার অমা পাঙথোক্কদৌরি, বাংলাদা চে অমা পাবিদবা য়াদে । ত্রিপূরাদা নিংথৌরেল অসিগী 'তিরোভাব দিবস' চহী খুদিংগী পাঙথোরক্লিবসে কুমশিদি কুনমঙাশুবা চহীনি । হন্দক্কী থৌরম মরু ওইনা শীল্লিবা রাজকুমার বুদ্ধিমন্ত মেমোরিয়েল ডান্স একাদেমিনা হায়রকই, ইম্ফাল-শিলচর প্লেন্না

লাকপিয়ু অদুগা শিলচর-আগরতলানা প্লেন সার্ভিস লৈতবনিনা মখাদা। ইম্ফাল-শিলচর প্লেন টিকেট কক্লবা লাক্লরুই, অদুবু ফংবগী আশাদি লৈখিদে। পূজাগী মতমনি, বাঙ্গালীশিং মুকথুবীদৌনা পাইথোক্লবা মতাংনি, অদুনা ব্রেইটিং লিষ্টকী আ-দা, নীফুগী মখাদা। চত্তবদি য়াদবনিনা মখাদা তোংজৈ মরীনদা চৎসিরা খল্লকই, অদুঙৈগী তোংজৈ মরীন অদুমকপুদি নৎত্রে। নুপীগা অঙাংশিংগনদি চৎহলনীংদে - লম্বীসু য়াম্না ফৎত্রে, নোংজু পাম্বাগা ওইবনে লম্বী নীংখায়বা তম্বা ঙমদে, অদুগীসু মথক্তা মরক মরক্তা লুটপাৎ...... অতৈ অতৈসু।

ব্রাখলসিদা পাম্বে অমা কুফেৎ কাফেৎ তৌরকই। ইম্ফালদগী আইজোল ফাওবা পাইরগা আইজোল-শিলচরনা গাডীদা চৎপদি কমদৌবা! ইম্ফাল-আইজোলগীদি টিকেট লৈবি। মদুনদুম ফরে, বাংলা লোন্দা হায়নবা অমা লৈ - রথও দেখা কলাও বেচা, কাংগী কুম্মৈসু যেংবা লফোইসু যোনবা - মিজোরামসু উরে, আগরতলাসু চৎলে। আইজোল-শিলচর লম্বীসু হান্নগী নৎত্রে য়াম্না ফরে হায়নৈ।

প্লেন মনুংদা মিজো মচা অহুম-মবিগা থংননা ফম্মিন্নৈ। ঐনা হংঙি — প্লেন তাফমদগী আইজোল টাউন কয়াম লাপ্লি, পূং কয়াগী লম্বীনো? ইঞ্জিনগী মখোলনরা মখোয়গী ইংরাজি অদুনরা মখোয়গী পাউখুমদো লৌফম খঙদ্রে। মৈতৈরোল থোকপী মৌনহা অদুনা হাযরকই - ঐখোয়সু প্লেন্দা চৎপসি অহানবনি, করিমতা খঙদে, য়াম্না লাপ্লিদি হায়নৈ। কিনা কিনা লাকপনি, চৎলমদাইদা মী খরনা হায়রকখি - কিলোমিটর চহুম্লোম লাপ্পনি, পূং মরি-মঙারোম চঙবনি, ভাড়াসু চামরি-চামঙানি। ইম্ফালগী এয়ারলাইন্স ওফিসতা হংঙি, মখোয়সু খঙদে হায়রকই। ট্রেভেল এজেন্টতা হংঙি, মখোয়সু উদগী তাবমুক পঙই।

আইজোলগী প্লেন তাফম বেংপুই শেমগৎ শাগৎপা লোইদ্রি, রন-ব্রে অদুতনি প্লেন তাবা য়ানবা লোইশিল্লিবা। লোইশিন্দ্রিবা পেসেঞ্জর থুংফম লাউঞ্জগী গেট হাংদোক্লনা থোরকপগা টেক্সি ড্রাইভর অমনা মৈতৈরোলদা হংলকই - আইজোল চৎকদ্রা?

হোয়, চৎকনি। ভাড়া কয়ানো?

লুপা চামা, মী অমদা।

ঐ নে তাই, পঙলাপতি লাপ্তমাল্লে।

ড্রাইভরদুনা কোয়থি থিজবদা পেসেঞ্জর মরি শুনা ফংবা ঙমদ্রে। শুদ্রব্সু চৎপদি তাবনি। মাগী টেক্সি চেন্নরিবা মারুতি কারদো অহনবনি। মিজোরামদা মারুতিনা টেক্সি চেন্নৈ হায়বদো উবা হৌরক্লে মথং মথং। পবন-নন্দন নুংশিৎ-নিংথৌমচা মারুতিগী সারথিদো মৈতৈরোলতা নত্তনা ইংরাজিসু হিন্দীসু ফজনা ঙাঙই, ঐখোয়না ব্রারী শানবদা মাসু ফজনা শরুক য়াবা ঙমই।

ঐনা হংঙি— করম হায়না মৈতৈরোল অদুক ফজনা হৈরুরিবনো?

ঐ চুড়াচান্দপুরদা পোকপনি, চহী তরামঙা শুরকপা ফাওবা লৈরম্লনি। অদুদগী শিলোংদগী বি এ পাস তৌরকপা।

সরকারগী থবক তৌম্রিবা করিগীনো ? ঐনা হংঙি !

ওফিস অমত্তদা ঐগী চৌকি লৈরমদবা । অদুনা টেক্সি থৌবা । ফাগিসু হৈ নুপাদো ।

চীংগী চীং ঙাক্তা, চীংলোন অমদগী চীংলোন অমা, মরোল মরোল । ওয়রোমদা য়েংখৎলুই নোংমদোন খেৎনা ব্রাংখৎপ্রিবা চীং, য়েংলোমদা য়েংথে পাতাল য়ৌনা লুথপ্রিবা লোক । তম্পাক মচেৎ অমা ফাওবা উদে । লম্বীসু খুৎথেক লাকথেক মতা অমনি । খল্লম্বনি আইজোল য়ৌরগদি লম্বী খরা তিংলম্বা য়াই । অদুবু কদায়দগীনো ? মারুতি ফাওবা অমুক্তদা থেকপা ঙমদবা য়াওই খংঙম ঙম্বা মতাংদদি । ভাব তারকই, লমদম অসিনা করিগীনো মারুতিগী মারুতি ঙাক্তা ঙায়রিবসে । মিজোরামগীদমক্তা শাবিরকপা ওইরবোইকো মারুতি নঙসে !

হোটেলদা পোৎচৈ থমজিল্লগা থোরক্লে খঙন-চানবা মী থেংনব্রা য়েংবা । থাইনদি খঙন-চানবা মী য়াম্না লৈখিবনি । শিলোংদা লাইরিক তম্মিন্নখিবা লালচুংনুংগা নীংশিংলকই । মাননি ঐঙোন্দা লুসাইলোন (মতমদুদা মিজো হায়দ্রি) ইহান-হান্না তম্বিখিবদো - নুলা থ্লা য়েম য়েম, লৈশাবীসে মশক য়াম্না ফজে । ঙকখি মৈতৈরোলগা কয়াতা মান্নম্রবা ! নুলা (নুরা, লৈশাবী), থ্লা (থা, ফজে), য়েম য়েম (য়াম্না য়াম্না) । মদু তাবদা অমুকসু নীংশিংলকখি অঙাং ওইরিঁঙৈদা লক্ষীপুর কৈথেলদা তাখিবা মার মরোলদো - সিকি থুম পেরো । মৈতৈরোলগা কয়াতা মান্নম্রবা ! থিজিনগে হায়বা কনাগুম্বনা থব্রায় য়াওনা থিজিল্লবদি মণিপুর অমসুং মিজোরামদা লৈরিবা কাঙলুপ ময়ামসিগী লোনশিং অসি কয়াম্না মান্নবগে হায়বদো পুথোকপা নুংঙাইগনি, অদুগা কাঙলুপ খুদিংমক্তা ফাওনবা য়াবা ইউরোপকী এস্পারেন্তোগুম্বা লোন অমা শেমগৎপা য়াগনি । মিজোরাম হায়বসিমক য়েংবিয়ু - মি (মী) জৌ (চীংজাউ) রাম (লাম, লম)—চীংজাওদা লৈবা মীগী লম হায়বনি ।

পুলিসতা থবক তৌবা মরী-মতা অমা নীংশিংলক্লে । পুলিসকী মীনিনা থিবসু ব্রাদ্রে । মহাক্তা উন্নবদগীদি মরী মরী মৈতৈমচা খরসু উন্নরে । ইঞ্জিনিয়ার, ভেটেরিনারি কোলেজদা ওজা ওইবা, পেরামেডিকেল কোলেজদা ওজা ওইবা, অতৈ অতৈ থবক তৌবা, ড্রাইভর, লনাইগী ব্রার্কশোপ তৌবা, দোর্জিশূবা..... । মখোয় লোইনা ময়ামগা তিন্নদা নুংঙাইনা লৈমিন্নে, হব্রা-নুংশিৎসু মণিপুরগা মান্নে । মিজোরামদগী সেণ্ট্রেল সিভিল সার্ভিসকী মীওই কয়া মণিপুরদা লাকই, মণিপুরদগীনা টেক্নিকেল প্রোফেসনগী মীওই কয়া মীজোরামদা লৈরি । লৌথোক-লৌশিন পীথোক-পীশিন্নি মসি তৌবা তাবনি, নৎত্রগদি করম্না হিংমিন্নগনি !

নুমিদাং লুহোংবা অমা চৎলুই । ইনাকখুনবা ইমুং মশেন লৌন-লৈনবনি । অদুনা মী ফনা য়াম্না তিল্লি, পীজ-পীথক মরী মরী লোইবা নাইদে । বরগা কন্যাগদো করিমতা কোইনদে, মখুৎ শম্নদুনা অদুম চৎলি, ময়ামগা ফাগি-জোগাই অদুম তৌনে । ঐখোয়গীদি লুহোংবা হায়বসিনা পুন্সিগী অনৌবা তাংকক অমা হৌবনি হায়বসি ফাওই,

অদুনা বর-কন্যা অনীমক চীং-লৌম্রে। মখোয়গীদা মদু য়ৌনা কাওরমগনি থাজদে। মখোয়গী লুহোংবদা থোইদোকপা পূক্লিং ব্রাখল হোংবগী সমাজগী ওইবা থৌরম য়াওদে।

আইজোলদা লৈবা মৈতৈমচাশিংনা নুংঙাইতবা অমখক্তংদি হায়রকই - পোৎচৈ তাংবসিনি। চেঙ-চাক হব্রাই-চেংব্রাই মনা-মশীং লোইনা শিলচরদগী পুশিল্লকপা তাবা। লগ্নী হেক থিংবগা পোৎচৈ ফংবা ব্রায়।

অদুবু লালহৌবগী ঈরাং লৈতবগীদমক্তদি মখোয় নুংঙাই। মিজোরামগী লম্বী-লমখাংদা সিফাই অমত্তা উরক্তে, পুসিলসু থবক চিলহৌদে। তৌবগীদি লালহৌবগী ঈরাং লৈরমদবদি নত্তে। তরুকশুবা তরাগী ময়ায়ব্রাইদা ওইবা তাই, মিজো কাঙবু অমগা জিপ অমদা পূং খরা চৎমিন্নখি কাছাড়গা মিজোরামগা তাইনবা মফম অমদা। লালহৌবগী থৌরাং তৌবা মতাংনি, মখোয়না হায় — য়েংঙুনা ঐখোয়না তৌবদি, নাগাশিংনা তৌরিবসিদি করিসু নত্তে। হায়গুম্মদুনা থীনখিদে, লুসাই হিলস পূম্বা খঙহৌদনা মৈ হৌরকখি লালদেঙ্গাগী লুচিং মখাদা। লালহৌ অদো অকনবা শাফু অমনা নমথখি। মী কয়া শিখিবা, মী কয়ানা ময়ূম থাদোক্তনা লাঞ্জেন্নখিবা মদুগী নুংঙাইত্রবা শক্তম অদো উহৌই। হৌজিক্তি লালহৌবগী ঈরাং লোইশিনখিবা কুইরবা মিজোরাম, লৈমা তরেৎকী লৈমতোন ঈংন-তপ্লা পাল্লে। তংদাবা নুংঙাই-য়াইফবা পুন্সি অমগী মঙ মঙলি লৈমতোন।

মঙফৌ, নুংঙাইবা মঙ মঙবা ওইয়ুকো লৈমতোন।

## কুমশিদি ইম্রাইবেম্মদো হিদা লেংঙকখি

আগরতলাদগী কিলোমিটর মঙা-তরুকলোম হাইগৎলগা লৈবা খোয়েরপুরদা অয়ুক ঙন্তাদো শিলচরগী গাড়ি ঙাইরিঙৈদা পাখংমচাদুনা চঙশিল্লক্তুনা হংলৈ—ঙসিসিবু গাড়ি চৎকদ্রনে ?

ঐ খ্রাই লাউই। বন্দ, ব্লোকেড, ষ্ট্রাইক— ময়ামসিনা চনাঙ-খনাঙনবতা নত্তনা অব্রাং-নোংপোকসিদি নোংজু-পাম্বাগী নোংগুম নোংদম নাইদে, লাক্লীংবা মতমদা হেক্তো লাকই, মী খরনবু কৌরগে হায়রবদি হেক্তা কৌবা য়াই। নহানমুকসু বাংলাদেশতগী হল্লকপদা খুদক্তা কৌবা বন্দ অমনা আগরতলাদা নুমিৎ নীনি পলহনখি।

ব্রাহং হংলরিবা মঙোম্দা ওনশিন্দুনা হংঙি—করিগীনো, কৈদৌরে ?

ঐনা চিংনবা অদুমক্তি ওইরমদ্রে। লম্বীদা চীং নীংখায়বা ওইরদ্রে। লৈবতা ঙায়রিবা অয়ুক্কী খবরদো য়েংই। আঠারোমুড়াগী অদুব্রাইদা মফম তরামুক শাথীনা নীংখায়রে। নীংখায়বা য়াই, হন্দক্কী নোং খুৎচু লাকচু অসিদি ! ঙরাংদগী গাড়ি অমত্তা শিলচররোমদগী লাক্তে হায়। আশাগী মঙাল অমতংদি পাউগী অরোইবা পরেংদা

য়াওরি — অহিঙ নুংথিল নাইদনা বি আর টি এফ কী কাঙবুনা লৈবাক খোঙ্তোক্লবা হোৎনরি । দুর্গাপূজাগী মতম্লি লম্বী কুইনা থিংদুনা লৈবা য়াবা নত্তে । মী চখোক চৎশিনগী ৱাতা নত্তনা পোৎচৈ পুখোক পুশিনসু য়াম্না হেন্সৎপা মতাংনি । ত্রিপুরাগী অমত্তা ঙায়রবা লাইফ-লাইন্নি আগরতলা-শিলচর লম্বী অসি । মসি হেক তৎপদা অদুম লোইরে । অদোমদগী য়েংলুরবদি মণিপুরনা খবা ফৈ, ইম্ফাল-ডিমাপুর তৎথ্রসু, ইম্ফাল-শিলচর লৈরি, ইম্ফাল-মোরেসু অদুম মতম খরা খাঙনবা য়াই ।

টেলিফোন তৌদুনা হংগে তৌরিঙেদা গাড়ি থুংলরে । গাড়িদা কাখৎলে, নে তারে, চৎপদি চৎলেদনা । অদুবু খরা চৎলগদি থানা মপাদা পুলিসনা থিংলে । আর্মিদগী প্যাউ ফংদ্রি, চৎপা য়াখিরোই । তেলিয়ামুড়াদগী মোনু ফাওবসি আর্মিগী এস্কোর্ট য়াওদনা মতেক অসি চৎহুন্দে । চহী অম-নীসে ঐসু আগরতলা ফনা তোয়না চৎলে, এস্কোর্ট য়াওদবা য়াওখিদে । তৌবগীদি মতেক মতেক খামদুনা মতম খরা মাঙহনবা নত্তনা পেসেঞ্জরদা ওৎ-নৈবদি সিকিওরিটি কাঙবুনা তৌদে মফম অসিদা । চহী খরা মমাঙদা ইম্ফাল-শিলচর অমসুং ইম্ফাল-মোরে লম্বীদা সিকিওরিটি কাঙবুনা তৌবদুদি পেল্লি । গাড়িদা যাওরিবা নপোৎ-নচৈ পুথরকউ, পরেং শানা লেপউ, উপু হাংদোকউ, পোৎয়োম ফাক্তোকউ, নশা য়েংগে— খজিক্তং ওয়-য়েৎ তৌরুবদা খৃপাক নৎত্রগা লেপহন্দুনা থম্বা । মফম অম-নীখক্তংগী ৱা নত্তে । ইম্ফাল-শিলচব লম্বীদা মতাং অমদদি অদুগুম্না সিক্যুরিটিগী চেক তৌফম তরামবি লৈবা য়াওখি । লম্বীদা সিকিওরিটি লৈবমগনি তারদি মদু হেক্তা নীংশিংলকই হৌজিকসু ।

গাড়ি ময়াম অদো পন্দুনা লৈববনিনা লম্বী মপান্দা লৈরিবা চা অমদি তল-খা য়োনবা দুকানশিংদো মথৌ ফনা ফজনা চিল্লি, অদুবু পৈশা ফংবনিনা মশা-মউ খীং খীং লাউবা হেন্সৎলকই । পৃং তবাগী অদুৱাইদা পাউ লাক্লে - চৎপা য়ারনি । গাড়ি থাবা হৌরক্লে । অদুবু মথং মথং লোইনা চৎকদবা গাড়িশিংদো খৃদক্তো ঙাইঙম্মক্তে, অমবু অমনা বগল লৌদগী লাক্লরকই, মদুনা লম্বীদা অপনবা ওইহনবতা নত্তনা থেঙ্গাইনগদ্রা হায়না অকিবা পোকহল্লি ।

হায়গুন্নদুনা মফম খরদদি য়াম্না শাথীনা নীংখায়বা জাৎনি । বি আর টি এফ কী কাঙবু অদো দোজর অনী-হুমগা পোখারমদ্রি । চীং লম্বীগীদমক্তা ওইনা পোকপিরকপনি বি আর টি এফ সে— কনানো অমনা নোংমা ফাগি তৌখি । তশেংনমকসু, মখোয় অসি লৈবমদ্রবদি অৱাং-নোংপোক্কী চীং-লম্বীশিংসে ফনা শাথীনা খুদোং থীরমগনি ।

এস্কোর্ট পর্ব লোইবগা ময়াম হিসাব পাবা হৌনরকই, নুমিদাং পৃং তরাগী অদুৱাইদা শিলচর থুংবা য়াই । ঙসাইমখৈ মগুম শাল্লমদবা গাড়িশিংদো কন্না কন্না থৌগৎনবকই । অদুবু ত্রিপুরা আসাম ঙমখৈ য়ৌরকপদা কোরৌহনবা মাসু মরানয়াইদা চঙথ্রে । নিনফুং নিনফুং ঙাঙনরকই, ঈশিং চাউদুনা লম্বী পৃংথুম থৃমথ্রে চৎপা য়ারোইদৌরি । মীনা নীংবনা অমা লাইনা তম্বনা অমা ।

পাথারকান্দি য়ৌরমদাইদা থাবলগী মঙালদা উরে, মাইকৈ অনী ঈশিংগী ঈশিং

ঙাক্তা, লম্বী মপান নিক-নিক লাউনা য়েররি। লোংগাই তুরেলগী মথক্তা শাবা থোং অচৌবা অদু য়ৌরকপদদি উপায় লৈত্রে। হিদা তোংদুনা লাল্লকপা মকম অদুৱাইগী মী খরনা হায়—হয়েং ফাওবা লানবা য়াগনি থাজদে, লম্বীদা ঈশিং ঙকশম য়ৌই, কিলোমিটর মঙারোমনি লম্বী ঈরাক্লরিবসি।

• গাড়ি চৎপা য়াদদুনা লম্বীদা লেকপা কয়ারক য়াওগ্রে। ইম্ফাল-শিলচর লম্বীদা পিশক-পিক্লিবা ইচাশিংগা লোয়ননা অসিগুম্বা নোংজু-পাম্বাদা থংন-থংননা অহিঙ অনী ফাওবা লেকপা য়াওগ্রে নুংবাদগা নোনেদগা। নুংঙাইবা থবক নত্তে। অদুবু চেনবদি য়াদে। পুংলোনগী মতুং ইন্না জগোই শাবা তাবনি, কৈ ওইরসু শওম ওইরসু থেংনবা তাবনি।

অহিঙ লেকপা তারবনিনা চান-থক্লবা দুকান থিবা হৌনরে। থোংখাদা দুকান খরা লৈবা উই মুশি মুশি থাউমৈদা। ঙমগ্রবা নানগ্রবা লম্বীদুদা মার-মারদুনা কুমথরে। চাগী দুকান অমা থেংনরে। মফম অসি বিষ্ণুপ্রিয়ানা নম্না তাবা লমনি। চাগী দুকান ফল্লিবদুসু বিষ্ণুপ্রিয়ানি। চা থকপা লোইরগা তল-খা খরগমুক লৈরে। ময়াং-পাঙল অমনা তাক্লকই, পংলাপ লাপ্তুনা মৈতৈ খুন অমা লৈবনি। মহাক্তা হায়রিদো চাক-ঈশিংগী ৱানি। অদুবু নুমিদাংগা ওইবনে ঈশিং খুৎচাও অদুদা কনানা মৈতৈ খুন থিরুগদৌরিবনো। মমাঙঙেগী মতৌ ওইরবদি বিষ্ণুপ্রিয়া ইমুং অমদা চঙলুবদা হরাও-হরাও তৌরক্লদবনি। হৌজিকসু তৌরকপা য়াই, অদুবু আশাগা লোয়ননা চঙলুবগী থৌনা অদুদি য়াওদ্রে। ওম্বোকপনি, নোংমা অদুক নুংশিনরম্বদো, কদায়দগী হূ-চেনবা নুংশিং অমা শিংলক্তুনা!

পাথারকান্দি মাইকৈ অসোমদা কুমশি ঈশিং চাউরিবসি হন্দক্কী অসিগা নিপাল্লক শুবনি, অদুবু হন্দক্কী অসিনা চাউবা শাথীনা হেল্লি, হন্দক্কী অসিদি আইজোলগী ঈশিংনি, মখোয়গী পন নমখায়রে হায়—ময়াং-পাঙন নুপা অদুনা ৱারী তৌরকই। খঙনীং নীংশিংলই অঙাং ওইরিঙেদা ঈশিং খরবু হেন্না চাউগদগী তৌরক্লবদি ৱা ৱা লাউনরকপদো—মণিপুরগী ডি সি না কাছাড় ডি সি দা টেলি তৌরক্লে, চেকশিল্লু পন নমখায়গ্রবনি। টেলিদো মশানা উদ-উরুবদৌনা পাউ তম্রবা য়াওখি। খনখি, মণিপুরগী য়াম্না তোয়না নমখায়রিবা পন অদু কয়াম চাউবা জাংনো!

অহিঙ অদো তূমবোই তূমদবোই অদুম লেল্লে। নোং ঙানফুং ঙানফুংগী অদুৱাইনা লাউনরকই—ঈশিং ময়েং তাথরে। খরনা হায় খুদুপমুক তাথরে, খরনা হায় কাপমুক্তনি। ঙাইহাক লৈরগা গাড়িদা তোংলকপা মৈতৈমচা ড্রাইভর অমনা ঈশিং য়েংবা চৎলুরগা লাউরকই—থোরাইমচাশিংসে কিসু কিমনগ্রে, অসিদগী হেন্না চাউবদা ফাওবা ঐ গাড়ি থৌদুনা লানগ্রে, ঙসিসে ঐনা থৌরম্রদি ঙসাইনা লাল্লদবনি। খল্লি, মসিনা ওইরে মৈতৈ ড্রাইভর হায়নরিবসে।

বি এস এফ কী গাড়ি অনীনা মখোয় মাঙ থাগে তুং ইন্নরকউ হায়বদগী ড্রাইভরশিংদো থৌনা খরা লাক্লমাল্লে। চৎলসি হায়দুনা গাড়ি থৌগৎনরে। ঈশিংদা

খরা থৌজিল্লগদি কিদবা [illegible] তে, [illegible]ক মরি ঈশিংগী ঈশিং ঙাক্তা, সমুদ্রদৌনা তৌখরে । লম্বী খিত্তং শোয়বদা ঈরাক্লগদৌরিবনি । ট্রক খরসু মালগা লোয়ননা লম্বী মপান্দা পুখদুনা লৈরম্মী, ঈশিং পুংকং কংগ্রিমখে লেঙবা য়াবগী ৱা লৈতে ।

পাথারকান্দি সহর ঈশিংদা পুংলুপ লূপ্লম্মে । ঈশিং থূমদবা য়ুম অমত্তা য়াওদে। দুর্গা ইমাইবেম্মনা লেঙশিন্নবা শাবা মাঙোপশিংদো লোইনা শাইজিন য়ৌনীং য়ৌমাং। ঙরাংদগী থুংলরবনি ইমাবেম্মদো, অদুবু কদায়দা লৈরিবা খঙদে । ইপূক্লিংদা খল্লি, নঙনা নোং-নীনিতং নপামদা লাকপসিদা লৈগদৌরিবা মফমশিং অসিফাও থুক্মন্দবা ঙমদবা নঙবু করি লাইনো, নঙবু নপাঙ্গল নথৌনা লৈবী দেবীনি, শক্তিগী মশক্তি হায়নবদাইনে ? অদুগা বরুণগা ফাওবা তাইনবা ঙমদ্রবা ! ইনাক্তা ফল্লিবী বাংগালী মৌনহা অদুনা হায়রকই— কুমশিদি ইমাইবেম্মাসি হিদা লেংঙকই হায়বনি । মহাক্কীদো থাজবগী ৱারা নংত্রগা ফাগিরা হায়বদুদি ভাব তাবা ঙমহৌদ্রে ।

## মণিপুরী জগোইনা শান্তিনিকেতনদা থুংখিবা

মণিপুরগী মপান্দা মৈতৈগা বিষ্ণুপ্রিয়াগা হৌজিক হৌজিক থাঙ শংনরবসু মতম অমদদি য়াম্না নুংশিননা চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নরম্মী । বিষ্ণুপ্রিয়াশিংবু ইচু তাবা ৱাংলি হায়দুনা মৈতৈশিংনা নোক্লবিববসু, মদুদগী হেন্দোক্লনা মখোয়বু খরা হুম্বা মিংয়েংনা য়েংবিরবসু মখোয়নদি মদুদা থোইনা খল্লমদে - হেন্না ইচু তাবা মৈতৈগী মতৌ তম্নবা মখোয়না হোংনরম্মী। মৈতৈনসু মখোয়বু অতোপ্পনি হায়না থোইনা লৌরমদে। মণিপুরী হায়বা মিং অসিগী মখাদা অনীমক জাতি অমত্তনি হায়না লৈমিন্নরম্মী, অতোপ্পনসু হায়রিবা মিং অসিদা অনীমকপু অমত্তা ওইনা লৌরম্মী । চহী তরেৎ খুন্তাকঙৈ মণিপুরদগী লাঞ্জেনবদা অমসুং মসিগী মমাঙ অমদি মতুংদা অতোপ্পা মরম কয়াদগী খুন হোংবা মতমদা বিষ্ণুপ্রিয়াশিংনা মপান্দা মৈতৈশিংগা নক্লনা খুন্দা-লৈতামিন্নখি । মৈতৈ তাদবা লমদা বিষ্ণুপ্রিয়াশিংনা খুন্দা লৈতাখিবা থোইনা লৈতে, খুন্দা-লৈতাখিদে। মসি হৌজিকসু বরাক-তম্পাক্তা ত্রিপুরাদা অমদি বাংলাদেশতা খুন্দা-লৈতামিন্নরিবসিগী মওংনা অদুম তাক্লি ।

বাংলাদেশতা মৈতৈ মশীং য়াম্না তারিবা মফম অসি ভানুগাছনি । লমদম অসি অনীশুবা মণিপুর হায়নসু খঙনৈ। মফম অসিদা বিষ্ণুপ্রিয়াসু য়াম্না তাই, মৈতৈ পাঙলসু। মৈতৈগী থায়নদগী চংনরকপা দেব-কর্ম হরাও-কুম্মৈ লমদম অসিদা হৌজিকসু কায়দনা চখরি - য়াওশঙ, কাং, ঝুলোন, জগোই-বাস লোইনা তৌরি । মৈতৈ নুপীগী ফিশা-লোনশা হৌজিকসু লেপত্রি। মৈতৈগী ফিশা-লোনশাগী পোথোক, থোইদোক্লা বাংলাদেশতা

মমিং চৎলবা মাণপুরা শাড়, মফম আসগা নুপাশংনা মরূ ওইনা শাবনি। য়ুমলোন্নরিবা বিষ্ণুপ্রিয়া নুপীসু মৈতৈ পাঙল নুপীসু মণিপুরী ফিশা-লোনশাগী পোখোক পুখোকপদা শরুক ফজনা য়ামিন্নরি।

মৈতৈ-লৈকাই তরাহুমদোই লৈরিবা সিলেট শহরগী চিদাই অমদসু বিষ্ণুপ্রিয়া লৈকাই অমা লৈ - মমিংনা মাছিমপুর কৌই। শিলচরদা লাইরিক তম্লিঙেদা কোর্ট কম্পাউণ্ড মনুংদা লৈবা মৈতৈগী চা-ষ্টোল অদুদা চা থক্ল-থক্ল ব্লারী শাবদা লৈকাই অসিগী মমিং তোয়না পন্নবা তাখি। সিলেটকী চিদাইদা লৈবা লৈকাই অসিগীদমক বিষ্ণুপ্রিয়াশিংনা চাউথোকচৈ। চাউথোকফমসু থোকই। মরমদি লৈকাই অসিদগীনি য়াম্না ওন্না লাইরিক-লাইশু হৈবা বি এ, এম এ, লো কয়া থোকখিবা, মৈতৈদগীসু হান্না সরকারগী ফম অচৌবা কয়া পায়খিবা। অদুদগীসু হেন্দোক্তুনা বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনা মণিপুরী জগোই ইহান-হান্না মিৎয়েং তাখিবসু লৈকাই অসিদনি। মফম অসিদা উৎখিবা জগোই রাসনা কবিগী পৃক্লিং-ব্লাখল শুব্ধংখি। মসিগী মতুং তারকপদা কবিনা মণিপুরী জগোইগীদমক করি তৌখিবগে হায়বদুদি থোইনা খঙনদবা ব্লাফম নত্তে।

তশেংবমক্তি মণিপুরী জগোইগী মিং তারকপদগী মসিবু য়েংনীংবগী ঈখৌরাংবা অমা কবিদা লৈরকখিবা কুইরবনি। মহৌশাগী ফজবা কয়ানা লৈতেংবা চহী চুপ্পা হরাও-কুম্মৈনা ঈথক-ইপোম হৌহনবা মণিপুর কৌবা লৈবাক অদো য়েংনীংখিবনি কবিনা। অদুবু মতম অদুগী লৈবাক-শাসনগী চুপ্লি পায়বশিংনা কবিবু মণিপুরদা চঙহনখিদে। অদুনা সিলেটতা লাকপা খোঙচৎ অমদা জগোই-রাস য়েংনীংদুনা মফম অদুগী মৈতৈশিংদা শীনবিয়ু হায়জখি। অদুবু মৈতৈশিংনা মদু শীনবিয়ু হায়বা য়াখিদে - মরমদি জগোই-রাস হায়বসে উৎনীংই হায়দুনা হেক্তা উৎপা য়াবা নত্তে, জগোই-রাস শান্নবগী অককুবা মতম লৈ, হায়রিবা মতমদু নত্তনা জগোই-রাস উৎপা য়াদে।

বিষ্ণুপ্রিয়াশিংদা হায়রুবা মতমদা মখোয়না হরাও-হরাও তৌরকখি, মরমদি হায়ররিবা মীশক অসি ইচম-চম্বা কনা নত্তে, কবিগুরু রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরনি, বিশ্বকবিনি। অসুম হায়না মাছিমপুরদা বিষ্ণুপ্রিয়া নুপীমচাশিংনা উৎপা মণিপুরী জগোই-রাসনা মণিপুরী জগোই-রাসকা কবিগা শকখঙনহনবা হায়বদো ওইখি।

সিলেটতগী হনবা মতমদা কবি ত্রিপুরা-কোনুং আগরতলাদা চঙদুনা নুমিৎ খরনি লৈখি মহারাজ বীরেন্দ্রকিশোর মানিককী অতিথি ওইদুনা। কবিনা জগোই-রাস য়েংনীংই হায়বদগী মহারাজনা থব্লায় য়াওনা শীনখি। হন্দক্তি মৈতৈনুপীমচাশিংনা উৎপা জগোই-রাসনি, হেন্না পরীং চুম্বা হেন্না ইচু তাবা। জগোই-রাসকী থোৎ-নৌরবা ফজরবা খৃৎথেক শাথেক অমদি ভক্তি-প্রেমগী রসনা কবিবু হায়নীংঙাই লৈতনা শুব্ধংখি। শান্তিনিকেতনদা মণিপুরী জগোই তম্বিনবা থৌরাং তৌগে হায়বা চপ য়ুংবা আশাগা লোয়ননা কবিনা মহারাজদা জগোইগী ওজা অমা থাবিরক্লবা হায়জখি। থীজুবা তৌদনা মহারাজনা রাজকুমার বুদ্ধিমন্ত সিংহবু শান্তিনিকেতনদা থাখি।

থা খরগী মতুংদা কবিনা মহারাজদা চিঠি অমা ইরকখি - 'মহারাজনা বুদ্ধিমন্ত


~রাজকুমার বুদ্ধিমন্ত

সিংহবু আশ্রমদা থাবিরকপসিদা ঐখোয় হায়নীংঙাইলৈতনা নুংঙাইজরে, মদুগীদমক তৌবিমল খঙবা উৎচরি। নুপাশিংনা য়াম্না থব্রায় য়াওনা মঙোন্দা জগোই তল্লি। ঐখোয়গী নুপীমচাশিংসু মণিপুরী জগোই অমদি ফিশা-লোনশা তম্লিংই হায়রি। মহারাজনা বুদ্ধিমন্তগী লোয়নবীদো থাবিরক্লবা শীনবিরক্লবদি ঐখোয়না পামজরিবসি পাংথোকচবা ঙমগনি। লমদম অসিগী ভদ্র-ইমুংগী নুপীশিংনা ফিশা-লোনশাগী থবক তৌজবা হায়বসি ঐখোয়গী অপাম্বনি। মসিগীদমক আসামদগী ওজা-নুপী অমা পুরক্লুনা ঐখোয়গী অসিদা ইয়োং-ফি শাবা তমহল্লি। অদুবু সিলেটতা ঐনা উরকপা মণিপুরী নুপীশিংনা শাবা ফিরোলদুনা মসিদগী য়াম্না হেন্না ফৈ। ঐ বুদ্ধিমন্তগসু তান্নজরে। মহারাজগী য়াথং ফংলগদি মহাক্কী নুপী লৌরুগে অমদি মফম অসিগী নুপীশিংদা মণিপুরী জগোই অমসুং ফিশা-লোনশা তম্বিনবা শীনগে হায়না মহাক য়ারে। হীরম অসিদা মহারাজনা য়াবিরকপা অমদি য়াথং তাউথবিরকপা ঙাইদুনা লৈজবি। ঈশ্বরনা মহারাজগী য়াইফ-মঙ্গল পীনবিবা ওইসনু।'

রাজকুমার বুদ্ধিমন্ত সিংহনা মণিপুরী জগোইগী ইহান-হানবা ওজা ওইনা চৎপদো ১৯২০ গী জানুৱারি- ফেব্রুৱারিদনি। মহাক্কী মতুংদা ভানুগাছকী নীলেশ্বর মুখার্জি চৎখি। অদুগী মতুংদদি তখেল অমদি সিলেটতগীতা নত্তনা কাছাড়দগীসু মণিপুরদগীসু ওজা কয়া চত্তুনা শান্তিনিকেতনদা মণিপুরী জগোই তম্বিখি।

## উপাধি অমদি মনা-মথুমগী ৱাচৎ-ৱানোম

চহী কুনলোম মমাঙদনি। সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগী লমদমদা লৈবাক্লা শকখঙনবা অহন ওইরবা মীশক অমা ঐগীদা লাকই। মহাক্লা অদুম হায়না ঐগীদা লাক্কনি হায়বদো ঐ ইথা থাজরুদে। চহীদসু ঐঙোন্দগী য়াম্না হল্লি, সরকারগী ফম অচৌবা পায়রম্মী, মরন-মথুম অমদি মিংচৎতসু সমাজগী চৎনবীদা আ-য়ৌনা আ-ৱাংনা লৈপ্রবা অদুগুম্বা মীশক অদুনা ঐগীদা লাক্কনি হায়বসে ঐ মঙদা ফাওবা থল্লুদে। ঐঙোন্দা য়াম্না ঙক্লা থোকখি। মচাগুম্বনি, ঐবু ময়ুমদা কৌরগা মহাক্লা হায়নীংবা ৱাদো হায়বা য়াবনি, মচানুপা য়াইমগসু খরা খরা অদুম তিন্নরিবনি।

ঐগী ড্রোয়িংরুম মচা অদুদা লেঙশিল্লগা ঐবু হাইফেৎ থাগৎলগা হায়রকই, 'ঐগী লাইব্রিক অসি পারব্রা ? কোপি অসি থম্লমগে। সাহিত্য একাদেমিগী মনা

পীনবা খন্নবদা লাইরিক অসি হন্দক য়াওরি হায় । ইবুঙোনা ফনবা তৌবিখিদবা য়াদেকো । ঐ চহীসু অহন ওইশিল্লক্নবনিনা মসিগী মতুংদদি আশা তৌনীংঙাই ওইদ্রে ।'

ঐ খ্বাই লাউই । লাইদৌনা ঐনা খঙ্গরম্বা মীশক্তো নোংমদোনথক্তগী মালেম লৈমায়থক্তা তারকখিবা খঙহৌদে ।

মী খরনা চিবোন চিবোন ঙাঙনবদো তাবদা ঐ নুংঙাইখিদে । থবক হাপ্লিয়ু, পরীক্ষা পাশ তৌহনবিয়ু হায়বগী ৱাচৎ-ৱানোম মরক মরক্তা থেংনস্রে । অদুবু সাহিত্যগী মনা-মথুমগীদমক ৱাচৎ-ৱানোমদি থাজরুদে, ওইথোক্তবা ৱানি — কভি নহী কভি নহী !

ঐনা সাহিত্য অকাদেমিগী মনা ফংলকপদা ঐবু মরক মরক্তা য়ানীংদবগী থাশি-থানৌ হৌবা মরী-মতা অমনা ঙাঙবদো নুংশিৎনা হুমদুনা ঐগী নাকোং য়ৌরকখি, 'করি মাগুম্বনবু সাহিত্য একাদেমি মনা ফংবা য়াব্রা ? ৱাচৎ-ৱানোমদুনা ফংলিবনি ।' তাবদা ঐ য়াম্না নুংঙাইখিদে, চীন্দদি থোক্তনা ইতোমতা খঞ্জখি— কয়াতা অখঙবা শাগ্রবনো, সাহিত্য অকাদেমি মনাবু ৱাচৎ-ৱানোমদুনা ফংবা য়াব্রা !

ফংলম্বসু য়াই । ঐনা লাইদৌনা খঙ্গরম্বা মীশক অদুনা ৱানোম্রবদুদদি ঐগী অচেৎপা থাজবদো খংমাঙ মাঙখি । ওজা তোংব্রাগী ঙাবোংখাউ লীলাদা হায়বদো নীংশিংলকই—শ্রীগোবিন্দের দেশে কিছুই অসম্ভব নয়, শ্রীগোবিন্দগী লৈবাক্তা ওইথোক্তবা করিসু লৈতে । খজিক্তং নুংশাসোর তং তানা হোনবা য়াখিবা হায়ববু অহন ওইরবা মীশক অদো সাহিত্য অকাদেমি মনা ফংখিদে । করিগুম্বা মহাক্না মনাদো ফংলম্রবদি ঐ য়াম্না নুংঙাইরম্রোই । মহাক্না মতীক-চাবা চাদবগী ৱা নত্তবা ৱাচৎ-ৱানোমদুনা সাহিত্য অকাদেমিগুম্বগী মনা ফংবা য়াবোরে হায়বসে ঐঙোন্দা অচুম্বা ওইরক্কদৌরিবা ।

কুইদ্রি চহী খরগী মমাঙদা স্কোলার (?) অমখকসু লাকখি ষ্টেট কলা একাদেমি মনাগীদমক্তা ৱানোম্বা । ঐ য়াম্না হৈনখিদে, হকচাংদা তিল্লাইখোম্বী চুবদৌনা তৌখি । চহী অদু মহাক মনা ফংখিদে । মদুনা ঐঙোন্দা তিল্লাইখোম্বী চুবদো খরদি ফখি । অদুবু চহী অম-নী মতুংদা, ঐনা ষ্টেট কলা একাদেমিগী মনা পীবগা মরী লৈনদবা মতাং অমদা হায়রিবা মীশক অদো মনা ফংখি । মহাক মশাগী মগুণনা ফংববুদি ওইরমগনি, অদুবু ঐঙোন্দদি চিংনহনবা অমা অদুম পোকহনখি ।

সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগী মশক নাইবা সংস্থানশিংদা মনা-মথুম, উপাধিনচিংবা পীননবগী কমিটিশিংদা কনা কনা য়াওবগে হায়বদো অপিকপা লমনিনা হেক্তা খঙনৈ । অদুনা ৱাচৎ-ৱানোম তৌবদা খুদোং চাহল্লি । মনা-মথুম অমদি উপাধি মিহৌরিবা মীশকশিংদগী হেন্দোক্তনা কমিটিদা য়াওরিবা মীশকশিং অদু ফাওবা অমনা অমদা ৱাচৎনবা ফাওবা য়াওরকই— 'কুমশিদি মাবু খল্লসিদনা' হায়না মীচং খোম্নবা য়াওই ।

ঈশে-জগোইদা থব্রায় য়াওজবা ওজারেন কারবা মীশক অমদা মমিং লৈরবা সংস্থান অমগী উপাধি পীনবা খন্নবদা কমিটিদা য়াওবা মরূপ অমনা ঐঙোন্দা মীচং খোম্নকখি । অদুবু ঐ মাগী ইথিলদুদা হুমদুনা চৎপদি তৌখিদে । ঐগীসু ইশাগী মোত

অমা লৈজবনিনা মরূপনা মীচং খেল্লকপদুদা য়াওবা ঙমখিদে, মাবু শৌগৎতুনা থোইনা হায়বা ঙমখিদে। উপাধিগী ঈখৌরাংলিবা ওজা অদো কাছাড়গীনি। ঐনা খল্লায় য়াওনা মহাক্কীদমক্তা থোইনা তৌবিখিদে হায়বা পাউ অদো নুংশিংনা পুদুনা চংখি। পাউ অদো তাবদা ওজাদো ঐবু ব্লারৌখি — ফরসু ফংত্রবসু মহাকপু কাছাড়দা পোকপনি হায়না ঐবু নুংঙাইখিদে।

কাছাড়গী মরূপ অমসু ঐবু য়াম্না ব্লারৌখি। মরূপতো কবিনি। মনা-মথুম খরসু ফংব্রে। অদুবু পেন্দবা হায়বসিমদি মীওইবা কৌবনিনা মঙোন্দসু লৈমাল্লে। চিঠি তোয়না ইরকখি - অদুগুম্বা মনা অদুগী অদুগুম্বা মিংথোল অদুগীদমক ঐবু খন্নবা খরা হোৎনবিয়ু। মাগী ব্লাফম অদো ঐ ফনা কুইনা নাথৈদুনা লৈখি। অদুবু মহাক্লা চিঠি তোয়না ইরক্রবদুদদি খুমদবা য়াদদুনা ইখি — মনা-মথুমগীদমক অদুক য়াম্না ঈখৌরাংলিবা করিগীনো ? ইগদবা নঙদি অদুম ইবা লেপকনু, মহৈদি নোংমা নংত্রগা নোংমা অদুম লাকচনি — গীতাদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মতাও ইবুঙো অর্জুনদা হায়বদো মতৌ তমদুনা হায়খি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী পাউতাক তাবদা মতাও ইবুঙো অর্জুন ব্লারৌখি হায়বদুদি তাদে, অদুবু ঐগী ইতাওদুদি ঐবু ব্লারৌখি। খঙদে, মনা-মথুম অমদি মিংথোল্লা সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগী মীওইশিংদা কয়া য়াম্না লেম্লনীংঙাই ওইরিবা! হোয়, লেমজনীংঙাই ওইবা য়াই। অদুবু মনীংথোঙলোমদগী লাকপা মনা-মথুম অমদি উপাধি অদুদি সনা অরুপ্পনি, মদুগী মমল করিসু লৈতে, খরা লৈবগা অরংবা মচুদো কোকথরক্কনি। মদুবু লেমজনীংঙাই ওইব্রা ?

মনা-মথুম অমদি উপাধিগীদমক লমদম অসিদা অসুক মিহৌনরিবসি করিগীনো ভাব তাদে। মনা-মথুম ফংদ্রবদি, উপাধিনা লৈতেংদ্রবদি মীনা শক খঙবিদ্রবরা ? তৌবগীদি মসি মীওই খরতগী ব্লানি। মী পূম্নমক্কী নত্তে। ঐনা সাহিত্য অকাদেমি মনা ফংলকপদা সাহিত্য প্রেমী সমিতিনা ওকপগী থৌরম অমদা ঐগী মরূপ হাওবম গৌরদাসনা হায়খিবা ব্লা অমা হৌজিক ফাওবা কাউদ্রি। গৌরদাস লৈখিদবা কুইরে, অদুবু মহাক্লা হায়নীংবা ব্লাদি চোপ চোপ হেক্তা অপনবা লৈতনা হায়দোকপা অদুমদি মরূপ-মপাংশিংনা হৌজিকসু শোন্নরি। থৌরম অদুদা মহাক্লা হায়খি — 'মনা-মথুম্না লাইরিক অমগী নংত্রগা অইবা অমগী মগুণ লেপকদবা নত্তে; ফনা মনা ফংলবসু মগুণ য়াওদবা লাইরিক নংত্রগা অইবা অদুদি মতম খরা মতুংদা চিকমাঙনখিনি।' মনা-মথুম অমদি উপাধিগীদমক্তা ঈখৌরাংলিবা মীওইশিংদা ব্লা অসি নৌহৌননা নীংশিংহন্নীংই।

## কলকাতাগী লাইরিকী মেলা, মেলা নত্তে কুম্মৈনি

টেক্সিদগী কুমথবগা শাংলবা 'কিড়'শিংদো উবদা ঐখোয়গী চীন্দগী হাইফেং মান্নন

নীংবা কায়বগী খোয়াং অদো থোরকখি - তোক্লেদনা 'সিদি, টেক্সি ভাড়া তিংবর্মখে লাক্লগা তৌরম্রিবসিদি তোক্লেদনা ! হৌজিক-হোয়েন টিকেট ফংবগী বা লৈত্তে। 'কিউ' অদো অমখক্তা নত্তে, মরী-মণ্ডানি, অদুবু অত্তেনবা অমত্তা উদে, শাখী-শাখীবা শাংল-শাংলবা 'কিউ' ঙাক্তা ! অসুম হায়না থোক্লবা য়াই হায়বসি ঐবুদি হাইফেৎ-লাকফেৎ খন্দুনা লাকপনি। চহী খরগী মমাঙদা অমুকখকসু তাঙ্গা চাদুনা মরূপ অমগা লাকমিন্নখি মহাক্কী কারদা চহী খুদিংগী তৌরিবা ময়াম্না হায়নরিবা লাইরিক্কী মেলা অসি য়েংবা। অদুবু শাংল-শাংলবা 'কিউ'শিংদো উবদা মতম্নগা খুয়ৌনবনে য়েংদনা হল্লকখি ।

হন্দকসু য়েংদনা হনবা মতারব্রা ? লাকমিন্নরিবা মরূপ-মপাং অনীহুমদো ঐগুম্না লাইরিক্তা ঙাওজবা ঙাক্তনি । অদুনা পাক হেক হনগদবদি নত্তে। 'কিউ' শিং অদুগী মনাক্তা চণ্ডশিল্লি, খরা তেনবা অমা-ককা থেংনরবদি । অদুবু লোইনমক হাইফেৎ মান্নবদৌনা তৌই । সুট-টাই তৌবা ঐখোয়বু মীরৈবাক্তগী লাকপা ওইরমাল্লে খন্দুনা নুপা অমনা কৌশিল্লকই — লেপ্লিরো লাউ, করি লৈবাক্তগী ওইবিরবনো ?

ঐখোয়না হংই- মতম কয়াম চঙগনি ? পূং অমা,অনী !

পূংখায় অমরোম চঙবা য়াই - মহাক্না খুল্লকই ।

পূংখায় অমরোমদি ঐখোয়সু ঙাইবা য়াইদনা - ঐখোয় মশেন হায়নৈ ।

অদুবু 'কিউ' দা লেপ্লগী হৈনবী ঐখোয়দা লৈতবনিনা লেপ্লিবদো য়াম্না অরিং-অরাং ওইনা ঐখোয়দা থোকই। ঐখোয়গীদি মাইট ইজ রাইটনি - অঙম অঙম্বা হোৎনবীনি । সিনেমা টিকেট লৈবদা ঈন্নরিবদুনি, বস কাখৎপদা ঈন্নরিবদুনি। পেট্রোল পম্পতা নোংমা পাখংমচা অমনা কিউ লৈরিবদো থৌওই-উশিত্তনা মাঙদা হাইগৎখিবদো উবদা নুংঙাইমন্দদুনা হায়রুই - ইবুঙো, ময়াম্না লেপ্লিবসে কিউনিনে ।

মশা মউ ফবা শউনগী জেকেট লিংপা পাখংমচা অদুনা য়েংলকখিবা মিৎয়েং অদো ঐ হৌজিক ফাওবা কাউদ্রি। ঐ মখা তাথবা ঙমখিদে, মী অতৈদুসু তিংঙক তিংঙক য়েংদুনা লৈখি । পাখংমচা অদুনা করিমতা ইকায়বা খঙদনা লানঙম ফিরাল থেংলে মতাগুম চংখি ।

শাংলবা কিউ অদুদা লেপ্না লেপ্না ঐখোয় মশেন হায়নৈ - মণিপুরদা ওইরবদি লুপা অহুম পীবা টিকেটকীদমক অসুক শাংবা কিউসিদা লেপ্নগদ্রা ? সিনেমা টিকেট ব্লেক তৌবীশিংদো নীংশিংলকই। কলকাতাগী ময়দানদা তৌরিবসে মখোয়না থেংনরবদবু কদায়দগী লেম্না থাগদগে ! ঐখোয়সু কিউদা লেপ্লগী মথৌ তারোই-লুপা অহুম পীবা টিকেট অসে লুপা মঙা পীদুনা ব্লেক্তগী লৈবদা ঐখোয় করিমত্তা খল্লোই, ঐখোয়সু কিউদা লেপ্লরোই, ব্লেক-চেনবী ইচন-ইচাশিংসু ফনা য়াম্না কান্নজগনি ।

হায়নৈ, ঙাইববু কল্লবদি ফম্মেন ফংই । ঐখোয়সু ঙাইহাক কিউদা লেপ্পুনা ঙাইবদগীদি টিকেট কাউণ্টর য়ৌরে । কিউ অম-মমগী কাউণ্টর অম-মম্লি । মতুংদা খঙলকই, ঐখোয়না চঙলিবা অসিনা মেইন-গেট ওইরবসু অতোপ্পা গেট মরি-মঙাগসু লৈরি, গেট খুদিংগী কাউণ্টর মঙা-তরুক, হায়বদি কিউ মঙা-তরুক ।

মনুংদা চঙলগদি উরে, মেলা নত্তে মহামেলানি। পাকচাউপ্রবা কলকাতাগী ময়দান্নি লাইরিক্কী মেলা তৌরিবা মফম অসে। অদুবু মীগী মী-ঙাক্তা চিংলু-চায়নবা ঙমদে। তিনফমসু থোকই, মী মশীং লাকঙমদনা লৈবা কলকাতা শহরনি, মহানগরীনি, মেগাসিটিনি। অদুগী মথক্তা লাইরিক্তা ঙাওজবা বাংগালিনি। মেলাসিদা শরুক য়াররিবসি ফার্ম চাতরুক-চাত্রেৎনি, মচাসু য়াওরি য়াম্না চাউবসু য়াওরি। দিল্লিদা তৌবা লাইরিক্কী মেলা উগ্রে অমুক অনীরক। অদুবু অসুক য়ামনা চাউদে, প্রগতি ময়দানদা তৌবনিনা দিল্লিগী মেলানা লূব-নানবদি হেল্লি। অদুবু চাউবদি কলকাতাগী মেলাসিনা য়াম্না হেল্লি। ফ্রেঙ্কফর্ট মেলাগী হেক ঙমথংদা কলকাতাগী মেলাসিনি হায়নৈ, এসিয়াগীনা খ্বাইদগী চাউবা।

মমিং লৈরবা পব্লিশারশিংগীদি ষ্টোল য়াম্না চাউই, ফজনসু লৈতেংই, অদুবু চঙবদা মতম চঙই, শাংল-শাংলবা কিউদা লেপ্পা তাই। বাংলাদেশকী ষ্টোল অদো ময়ামদগী তোপ-তোপই, নুংঙৌনা শাবা চাউরবা বিল্ডিংদৌনা তৌই। চঙদুনা লাইরিক খরা লৈনীংলম্বনি, ঢাকাগী বাংলা একাদেমিনা ফোঙবা লাইরিক অফ-অফবা কয়াগী মমিং তাখি, য়েংনীংলম্বনি। অদুবু চঙবা ঙমখিদে,শাংলবা লাইরেন-মথেক মানবা কিউদো উবদা হন্দোকপা তাখি। বাংলাদেশকী ষ্টোলতা নত্তে, কলকাতাগী মমিং চংলবা পব্লিশারশিংগী ষ্টোলদসু অদু মঙাই। মিত্র এণ্ড কোং, আনন্দ পব্লিশার্সনচিংবগী ষ্টোল মমাঙদসু শাংল-শাংলবা কিউ। হায়নৈ কলকাতা বোই মেলা অসি চুম্নগী মেলা নত্তে, চহীদা অমুক্তা লাকপা চাউরবা হরাও-কুম্মে অমনি। কলকাতাদা লৈবা বাংগালিশিংগীদি দুর্গাপূজাগী হেক ঙমথংদা লাইরিক্কী মেলা অসিনা খ্বাইদগী চাউবা হরাও-কুম্মেনি হায়বা য়াই। সাহিত্যগীদি খৌরাংনা ঙাইনবা খ্বাইদগী চাউবা হরাও-কুম্মেনি। দুর্গাপূজাদা চেফোঙ খুদিংমক্কা সাহিত্যগী থোইদোকপা মশীং ফোঙই, মমিং-মথা খঙদবা চেফোঙ কয়াসু চেংগুম শৌবদৌনা চোংথোরকই। মসিসু বাংগালিশিংগী থোইদোকপনি, সাহিত্যদা ঙাওজবগী খূদম্নি। চহী হৌরকপদা লাক্তদৌরিবা লাইরিক্কী মেলা নংননবা পব্লিশারশিংসু অনৌ-অনৌবা লাইরিক কয়া পুথোকই, অরিবা লাইরিক কয়াসু নৌহৌনা নমদুনা পুথোকই। পব্লিশার মশেন কনানা লাইরিক কয়াম্না পুথোকপা ঙমই, কয়াম ফজনা পুথোকপা ঙমই হায়না চান্ননা হিদান্নে। সৃষ্টি কৌবা পব্লিশার অমনা হন্দক্কী মেলা নংনবা লাইরিক ১৬৮ ফোঙই। অইবশিংসু অপাবশিংসু মেলা অসি খৌরাংনা ঙাইনৈ। মেলা নংনবা অইবা কয়ানা লাইরিক ই, অপাবশিংসু মেলাদা অনৌবা লাইরিক নোংগৌবীনা নোংমদোন লাইজ ঙাইবগুম ঙাইদুনা লৈ। মণিপুরদদি মসি মঙনি, মঙ ওইনা লৈখিগদৌরি।

তৌবগীদি মেলাদা লাইরিক য়োনব-লৈবতা নত্তে তৌনবিবসি। সাহিত্যগী মরমদা নৈনবা, ব্রারী পাবা, শৈরেং থীবা, অইবশিংগা অপাবশিংগা উনবা, সেমিনার, সিম্পোসিয়ম অসিনচিংবা কয়াসুনি।

সাহিত্যদা ঙাওজবা, লাইরিক্তা ঙাওজবা বাংগালিশিংনা মেলাদগী লাইরিক ময়োম ময়োম লৈদুনা পুনরিবদো উবদা নীংশিংলকই ঐগী মরূপ অমনা ঐগী লাইরিক্কী সেলফ্‌তা

লাইরিক অমদি মেগাজিন ময়াম উরগা হায়খিবদো - পাম্মুদ্রা নঙনা লাইরিকশিং অসিদা পৈশা অসুক য়াম্না মাঙহল্লিবসে ? মরূপ অদো ঐগা কোলেজ অমত্তদা চহী কুনলোম ওজা ওইমিন্নরকখি, নোংমতা লাইরিক অমত্তা লৈদুনা পাখিদে, মেগাজিন অমত্তা লৈবা উখিদে। তৌবগীদি মৈতৈ পূম্নমক মহাক্কুম্না তৌবদি নত্তে। মৈতৈ মরক্তসু লাইরিক-লাইশুদা ঙাওজবা কয়া লৈ । অদুম্নদি ওইরগা মসিমসি য়াবা তাবনি - লাইরিক্তা ঙাওবসি মৈতৈদগীদি বাংগালিনা য়াম্না হেল্লি ।

## লণ্ডনী সিলেট

আগরতলা চেকপোষ্টতা ঐখোয় দশা অমা তারে । ভানুমতী চৎপা য়াররোই হায়রে। করিগীনো ? শ্বাই লাউই । ভানুমতীগী পাসপোর্টতা অপোকপা নৎত্রগা মপূরোইবগী মিং য়াওরমদ্রে, অদুনা চৎনবা য়াদবা পাসপোর্ট ওইরে । মণিপুর সরকারগী হোম ডিপার্টমেন্টনা ইসু তৌবা পাসপোর্টনি। বাংলাদেশ চৎনবগীদমক্তদি থা তরুক্কী টেম্পোরারি পাসপোর্ট অমা অথুবী নংননবগীদমক্তদি মখোয়না পীবা ঙমই । অদুবু কয়াদা মমায় থকখ্রবনো, মরূ ওইবা মফম অমা মেনশিন্দনা থাদোকপিরক্রবা ! বাংলাদেশ চৎকনি হায়দুনা হরাও হরাও আগরতলা ফাওবা লাক্লেগা হৌজিকপু চৎপা য়াররোই হায়দুনা থোঙজিন্দগী হনবা তারবা ! মহাক লংশেক্লেম্লগা ঐখোয় অনীতা করম হায়না চৎকনি !

অদুবু হায়নদুনা য়েংবদি তাই, মীওইবা হায়বসি হায়নরগা মরম্নু চারবদি ব্রাখল খঙ্গনবা ঙাক্তনি । য়াম্না শাথীনা অকায়বা নৎত্রবদি আইন ফাওবা থৈদোক থৈজিন তৌনরিবনি ।

ইংরাজিনা ঙাঙনরবদি মসি ওইররোই খল্লদুনা বাংলাগী মতেঙ লৌরে। মণিপুরদগী লাকপা মৈতৈমচা অমনা বাংলাদা হায়জবদো তাবদা ওফিসার অদো খরা মুন্না তাবগুম তৌই। ঐখোয়সুনি অতোপ্পা মফমদগী লাকপা মৈতৈ নত্তবা অমনা মৈতৈরোল ঙাঙলকপদা নুংঙাইবা অমা পোকই, পূক্লিংসে থোৎথরকই । ঐ আশাগী মঙাল অমদি উবগুম তৌই । ওফিসারদুদা হায়— ঐখোয়দি মীচম্লি, নঙনা চৎপা য়ারোই হায়না থিংলিবা ভানুমতী দেবীসে অফাওবা কবিনি, অদুগা ঐখোয়না ব্রারী ইবনি । পাসপোর্ট অসি ঐখোয়দি অদু ব্রাৎলি অদা ব্রাৎলি হায়বা খঙদে । ঐখোয়না চৎকদৌরিবসে চুম্নগী লমকোয়বা চৎপা নত্তে, বাংলাদেশ মণিপুরী সাহিত্য সংসদকী কুনমঙা শুবা কুমওন য়াওবা চৎলিবনি মখোয়না বার্তোন তৌরক্নুনা ।

সাহিত্য অমসুং সাহিত্যিকপু ব্যবহার তৌবসি বাঙ্গালীগীদি লু-তোংদা য়াওবনি হায়বা য়াই। মমাঙক্তদা সাহিত্যিক অহুম অমুক্তদা উবদুদা ওফিসারদো তাঙনা থোক্তবা থৌদোক অমগুম ঐখোয় অহুমবু মুন্না য়েংলকই, মিৎয়েংদো ব্যবহারদো হান্নদগী

হোংলকই। হায়রকই — টিম লিডরনা সার্টিফিকেট অমত্তং অব্রাৎপা অসিগী মতাংদা ইদুনা পীবিয়ু, লোয়ননা বাংলাদেশ চৎকদৌরিবগী মরমসু ফজনা উৎপিয়ু। মদুদি ঐখোয়দা পেনামুক লায়বা ব্রানি। ঐখোয় নে তাই।

চেকপোষ্টকী গেট লাম্বোরকপগা শাংলবা নুংশাসোর মপী অমা হোন্দোক্লগা ঐনা হায়—ঐনা ইচন অনীতং পুরকপসিদি দশা-লাংবন ফত্তবী ঙাক্তা ওইরম্রে। নহানসু বাংলাদেশকী ভিসা ওফিসতা সরোজিনীগী ভিসা ফংলম্রোইদবা খজিক্তা ঙায়রম্মী। মদুনা অতোপ্পা ব্রারী অমনি। মদুসু পাসপোর্টকা মবী লৈনবনি।

আগরতলা চেকপোষ্টতগী আখৌবা রেল ষ্টেসন ফাওবদো কিলোমিটব মঙা-তরুকলোমতনি। রিক্সা নত্তনা চখোক-চৎশিনগী অতৈ অতোপ্পা গাড়ী লৈতে। ভাড়াদি মৈনি। হংই—কবিগীনো অদুক য়াম্না হায়বিদি ?

বিদেশতগী কোয়বা লাকপা নৎত্রগা বিদেশ কোয়রুরগা হল্লকপা পৈশা পায়বশিংদগী খরা লৌহৈদ্রবদি ঐখোয় কবম্না হিংগনি ? অদুগী মথক্তা নোংমদা ট্রিপ অম-অনীদগী হেন্না চেনবা ফংবা নত্তে— বিক্সাব্রালাদুনা খুম্লকই।

বিক্সাব্রালাদো মমিৎ মনা শিংই, পাখংনি। ব্রারী ব্রাতাই শানবা নুংঙাই। ঐনা হংই—নয়ূম কদায়দনো ?

আখৌরাদসুনি হায়বা য়াই, আগরতলাদসুনি হায়বা য়াই— রিক্সাব্রালাদুনা খুম্লকই। মমানা আখৌরাদা লৈ, ময়াম্না অনীনা আগরতলাদা। মখোয়দি অদুম চখোক-চৎশিন তৌই। অয়ুক ঙন্তা আগরতলাদা, হায়বদি ইন্দিয়াদা লাক্লগা থবক শূরগা নুমিদাংব্রাইরম বাংলাদেশতা ময়ূমদা হনবসু য়াই।

পাসপোর্ট ভিসাদি ? — মখোয়গীদি পাসপোর্ট ভিসা চঙদে। খঙনবা যানবা অমা লৈ।

হোয়নে, আদা পাইরিবা উচেকশিংসিগুম— ঐনা নোংথক্তা পাইবিবা উচেকশিংদুদা থিন্দুনা হায়। নোক্লকই রিক্সাব্রালাদু।

মাঙদা তোংদুনা চৎলিবা মখোয় অনীনা রিক্সা মথক্তগী খংলাউ লাউরকই। পাখত্তুনা চেনশিল্লি। ভানুমতীগী লৈজবতা ঙায়রিবা হুমাইদো তাখিদুনা লাউরিবনি। লাউবা নত্তনা উপায় লৈখিদে। মখোয় অনীনা হায়বদো রিক্সাব্রালাদুনা শুক্তা তাদে। কাইনথংদদি, রিক্সাব্রালাদো মনা শাথীনা তাথীবা ওইরম্রে।

ঐনা হায়—নুংঙাইবম্রনি, মরোল থোক্তবী অনীগা মনা তাথীবা অমগা চৎমিন্নবসিদি। মখোয় অনীমক বাংলা খঙদে।

আখৌবা য়ৌরগদি ঐখোয়বু ওক্লমগনি হায়বদো মী অমত্তা উদ্রে। ট্রেন টিকেট কল্লসি তৌরুবে। রিক্সাব্রালাদুনা খাম্লকই। সিলেটতগী ট্রেন থুংলগদৌবে, ঙাইহক্তংদি ঙাইখিবা ফৈ।

ট্রেন থুংলবগা রিক্সাব্রালাদুনা মৈতৈমচা অমা থিরুদুনা পুরক্লে। পাখংমচা অদুনা ঐখোয় অহুমবু খোঙ শোক্তুনা খুকল্লবে — মমিংনা বিজন। ঐখোয় ঙকখ্রে, পুক্লিংসু

নুংশিগ্রে। মণিপুরদদি অসুম হায়না খুরুম-খারম্বসি থাশিগী থাদৌনা তৌরবনি। বাংলাদেশতদি চৎনরি। সিলেটতসু ঢাকাদসু অদুম থেংনরকই।

টিকেট কক্লুরগা বিজন্না হায়রৈ, লুপা হুমফু হন্দোরক্কে।

করিগীনো ? ঐনা হংঙি।

লণ্ডনী সিলেট নখোয়দগী খরা লৌহৌদ্রদি ঐখোয় করম্না হিংগনি হায়রকই। মসিনি সিলেট মচা উবগা মখোয়না তৌরিবসে।

পি.সি.ও.দা টেলিফোন তৌবদসু লুপা মঙা হল্লক্কে হায়না বিজন্না তম্লে— লণ্ডনী সিলেটতা পৈশা হন্দোক্লদে ঐখোয়গী 'সিরাইদা হায়না অদুম লৌহৌরে।

সিলেট মচাশিংসে ইনাকখুল্লি হায়না বাংলাদেশকী অতোপ্পা মফমগী মীনা খল্লি। মরমদি, সিলেটমচা অযাম্বনা মীঁরেবাক্তা লৈ, মীঁরেবাক হায়বসে লণ্ডনখক্তা ওইবদৌনা লৌনৈ। মীঁরেবাক্তা হায়বদি লণ্ডনদা লৈবা ময়ামদুনা শেন য়াম্না য়াম্না থারকই, নৎত্রগা হল্লকপা মতমদা য়াম্না য়াম্না পুবকই— অসিনি অতৈনা থাজনরিবা।

য়াম্না শাথীনা লানবমক্তি নত্তে। বাংলাদেশতগী মীঁরেবাক্তা থোক্লুনা শেন তান্দুনা লৈরিবসি সিলেটমচানা খ্বাইদগী য়ামই— বাঙ্গালীতা নত্তে মৈতৈমচাসুনি। সিলেট হায়রগা তৌববুদি সিলেট সহরখক্তা নত্তে, মতম অমগী শ্রীহট্ট জিলানি— সহরসু খুঙ্গংসু পূম্না।

'লণ্ডনী সিলেট' হায়না অতৈনা কৌবদা সিলেটমচাশিংসু চাউথোকচৈ। ব্রারী তৌরকই—ঢাকাদা ফাওবা সিলেটতগী ট্রেন থুংলরে হায়রদি রিক্সা ভাড়া খংহেন হেক্তা হেঙ্গৎলি।

চাউথোকফম থোকই, লণ্ডনী সিলেট। ঐখোয়সু নখোয়গীদমক চাউথোকচৈ।

## কালচক্রনা লাপথোকহনগ্রবা সিলেট

'শ্রীমঙ্গল ষ্টেসন য়ৌরে, ওজাবু !' অদুদগী সায়েস্তাগঞ্জ, কুলাউরা ..... মথং মথং ষ্টেসনশিংগী মিংশিংদো হায়রকই বিজন্না।

মিংশিংদো তাবদা খঙনীং নীংশিংলকই অদুঙৈ অঙাং ওইরিঙৈদা ভূগোলগী লাইরিক্তা পাখিবা মতম কুইনা কাউরুরবা লম্মিৎ-তুম্মিৎশিংদো। কয়াতা শাথীগ্রবনো মতমগী খোঙলৈ হায়বসে ! চহী য়াংখৈরোম মমাঙ ফাওবা ভারতবর্ষগী মনুং চল্লম্বনি লমদম অসি; লমদম অসিগী লৌবুক-লম্ফাং, পাৎ-তুরেল, উমং-ব্রামং ঐগী লৈবাক্কীনি হায়না শৈথাবদা য়াওরম্লিবনি। অদুগা ঙসি অদুগুম্বা লমদম অদুনা ওইরবা মীঁরেবাক, মীঁরেবাক্কী লম্মিৎ-তুম্মিৎ অদুগা ঐনা মীঁরেবাক্তগী লাকপা মীঁরেবাকচা।

পাক-চাউরম্মী ভারতবর্ষ মতম অমদা। ইংরেজশিংনা থাদোক্লুনা চৎলমদাইগী ভারতবর্ষদো ঐখোয় উহৌই, ম্যাপ য়েকখি ঐখোয়। মদুদগী হেন্না পাক-চাউরম্মী হায় মহাভারতকী মতমদদি, নোংচুপলোমদা হৌজিক্কী আফগানিস্তান য়ৌরম্মী হায়। হস্তিনাপুরগী কুরুরাজ-মপারী ধৃতরাষ্ট্রদা থাজরকখিবী শক্ত-চুদা শওংদ-শদাদা ব্রাত্ত-পাদবী গান্ধারীদো গান্ধার নিংথৌগী মমোম্নোইনি। হৌজিক্কী কান্দাহার অসিনি মতম অদুগী গান্ধার।

অদুগুম্না পাক-চাউখ্রবা ভারতবর্ষদো হিন্দুস্থান অমদি পাকিস্তান হায়না লৈবাক অনীথোক্লা খায়দোক্লিঙৈ শ্রীহট্ট জিলানা আসামগী বারো জিলাগী অমা ওইরম্মী। আসামদগী নম্ফু-হাফুদা শেত্তৎতুনা শ্রীহট্ট জিলা পাকিস্তানগী মনুং চলহনখি। অদুবু চহী কুনহুমদোইমুক মতুংদা পাকিস্তানসু অনীথোক্লা চিংখাইরকখি, পোক্লকখি বাংলাদেশ। ইস্লাম ধর্মগী লীচিং অমত্তদা পুল্লগা পৃকচেল খোয়জেল তিন্নবা তংদা-লৈতাবা লৈবাক অমা শেম্না ঙমগনি হায়বা মঙলান অদো তাইবং মওফাওনরকপদদি পৃংচাই চাইরকখি। অসোমদনা শ্রীহট্ট জিলা পাকিস্তানদা চৎখিনবা লোন্না খুজিল-থৌরাং তৌখিবা ব্রহ্মপুত্র তম্পাক্কী লুচিংবশিং মদুগী পাপকী মহৈ কুইদনা ফংবা হৌবকখি — আসাম মচেৎ মচেৎ কেনবা হৌরকখি, অসুম অসুম শুংজিল্লকখি, হৌজিকসু মচেৎ খবগমুক কেনখিবা য়ানা লৈরি।

'ওজাবু, অমুক্তা কৃমথজরুখিগে, মরূপ অমা পোৎলোই লৌরুনি হায়না চৎখিবনি, মতোমতনা থাঙ্গৎপা ব্রাগনি' হায়রম্নগা বিজন কৃমথখ্রে। নোংসু মপান্দা থিৎলি থিৎলি তারি। এপ্রিল থা হৌরক্লবনিনা খিকপা য়াই, খিকপদা কায়দে।

জগোই রাস উৎকনি সাহিত্য সংসদকী মীফমদা, মদুদা শেৎননবা পোৎলোইনি। শান্তিনিকেতনদগী মণিপুরী জগোইগী কাঙবু অমা লাক্লনি প্রোফেসার কব্রবম জিতেন্না লুচিংদুনা। মখোয় পোৎলোই য়াওরক্লোই। থাজকদে বাংলাদেশতা পোৎলোই মওংচানা ফংলমগনি হায়বা, কাছাড়দা ত্রিপুরাদা ফাওবা ব্রারবদা। অদুবু ব্রাখলদো অরানবা ওইরম্নে। মরাঙ য়াম্না কায়দ্রবসু অচৌবা জগোই রাস অমা শান্নবদা শেৎনবা পোৎলোইদি লৈ। অতৈ মফমদমক নৎত্রবসু অনীশুবা মণিপুর হায়না খঙনবিবা ভানুগাছতদি চহী খুদিংগী জগোই রাস শান্নে। পোৎলোইসু অহনবা ঙাক্তনি মণিপুরদগী পুরকপা।

ট্রেন অদুগী মমিং 'জয়ন্তিকা এক্সপ্রেস' কৌই, অদুঙৈগী জয়ন্তিয়া কোনুং নীংশিংহল্লি। ঐখোয়না তোংলিবা কম্পার্টমেণ্ট অদু দিলক্সনি, বাংলাদা 'শোভন শ্রেণী' হায়না থাই। ঐখোয়গী শতাব্দী এক্সপ্রেসকী কম্পার্টমেণ্ট হাইফেৎ মাল্লি। অদুবু মন্দি মল্লে, মোংসুঁ মোংলে। সৌদি আরবিয়ানা শীজিন্নবা লোইরদুনা মমল হোঙনা য়োম্বোরকপনি হায়নৈ। চুম্রিগদ্রা চুম্রিরোইদ্রা খঙদে। চুম্নবসু অকায়বা থোইনা লৈতে। লাইরবা লৈবাক্লবু মমল তাঙলবা অহনবদো লৈবা ঙম্মুগদ্রা ? ভারতকী লাইরবা ঐখোয়সু অহনবদো লাম্ব ফংদবদগী সেকেণ্ড হেণ্ড ময়াম অমা লৈদুনা শীজিন্নরিবসিনি - ফুরিৎ খোম্ব্রাও সুট কোট ......। ফজনা শৃদোক-শৃজিন নাম্বোক-নানশিন তকথোক-তকশিন তৌরগা

শীজিন্নবা অদুম য়াই। অদুবু মদু তৌদ্রগনি সেকেণ্ড হেণ্ড অতাক্তা অতাক্করিবা।

সিলেট য়ৌবা মতমদা নুমিদাং ওইরে, নোংসু থিংলি-থিংলি অদুম ঐখোয়গী ইতুং ইন্নরক্রি। ঐখোয়বু ওকপা ময়াম অমা থুংলরে - নুপীমচা নুপামচাদগী হৌরদুনা মীয়াই চল্লবা ফাও—চেরংদা য়োম্বা লৈ-চবুন, কোক নোম্বদুনা খুরুম্বা, অঙাংমচাশিংনা খোঙ শোক্লুনা খুরুম্বা — ঐখোয়গী পূক্রিং নুংওনখ্রে। লুচিংদুনা লাক্লিবা সাহিত্য সংসদকী প্রসিডেণ্ট এ. কে. শেরামগদি খঙনবা কুইরবনি, টেলিফোনদসু ব্বারী শান্নখ্রবনি, শক্তনি উন্নদ্রিবা। শক্কা শক্কা উন্নবা মতাংদদি 'হাইমা নঙ ওইরে' হায়বগী মতানি।

ঙসাইমখৈ খনবু খল্লুদে - সিলেট য়ৌরকপসিদা নুমিৎ কয়ানিনো চঙলক্লিবসে। ঐনা ইম্ফালদগী শিলচর ফাওবা পাইরকপা, নোংঙাল্লগা বসতা নুমিৎ চুপ্পা তোংলগা অগরতলা, আগরতলাদা নুমিৎ হুম্নি - ভিসাগী অদুগী অদাগী, অদুদগী নোংঙাল্লগা থোরকপদুনা নুমিদাং সিলেট। ভানুমতীগা সরোজিনীগদি ইম্ফাল-গৌহাটি-আগরতলা পাইরকখি, অদুবু কন্নেক্টিং ফ্লাইট লৈতবনিনা নুমিৎ নীনি চঙলকখি।

কয়াম্মা লাপথোকখ্রবনো সিলেট নঙনা তৌরিবসে! ঐখোয়গী মামচৌখোয়না এম.সি. কোলেজদা তম্লিঙেদদি নোংমতদা থুংলম্বদাইনে নঙবু! শিলচরদগী করিমগঞ্জ পূং অহুমলোম, অদুদগী বরাক লাম্বেল্লগা জকিগঞ্জ, জকিগঞ্জদগী পূং অহুমলোমতনি। অসি ওইরে কালচক্র, মাগী যৌশিলদগী খরনা নকশিল্লকই, খরনা লাপথোকখি। অদুক নক্লুম্বা সিলেটনা কয়াম শাথীনা লাপথোকখ্রবা!

সিলেট সহরগী হাইফেৎ চংনবা য়াবা হোটেল অমদা ঐখোয়গী লৈফম শীল্লম্মী। 'করিগীনো হোটেলদা শীনবিরম্লিবসিবু, ঐদি মৈতে য়ুম অমদা লৈবনা হেন্না পাম্মজে'—ঐনা হায়। মীগী ময়ূমদা লৈরুবদা য়ুম্বুদুগী খুদোং চাদবা কয়া লৈবা য়াই হায়বদুদি খল্লুদে। মখোয়না খঞ্জবা অমবুদি লৈরম্মী - শান্তিনিকেতনদগী জগোই কাঙবু অমা লাক্তদৌরিবনিনা হোটেলদা পুন্না থম্বনা ফৈ।

এ. কে. শেরাম্মা খঙনহল্লি হোটেলগী ম্যানেজর রাজেন্দ্র পালগা। ঐ হাইফেৎ ঙকচানৈ। খল্লম্বনি, থাজবা অমগা লোয়ননা খল্লম্বনি - বাংলাদেশতা বাংগালী হিন্দু হায়বসে হিদাক তৌগে হায়না থিবদা ব্বারগনি। ফনা য়াম্নসু চেম্বোরকখ্রে, ব্বারী কয়াসু তাখ্রে জাং জাং। খরদং মচিৎ মখাক ওইনা লৈরম্বা তারগসু মওং ইচা-চারম্লোই খল্লম্বনি। অদুগা মশা ইনান-নান্না মশক ইফ-ফজনা হোটেলগী ম্যানেজর ওইনা রাজেন্দ্র পাল। ব্বারী তৌরকই - 'ঐসু অদোমগুম্না শিলচর মচানি হায়বা য়াই। ইমাগা ইয়াম্বগা মখোয় অনী শিলচর জানিগঞ্জদা লৈরি। মরক মরক্তা ঐসু চংলি, মখোয়সু লাকই।'

নীংশিংলকই, ঙসাই আখৌরাগী লম্বীদা রিক্সা থৌবা পাখংমচা বাবুলদো। মহাকীসু মমাগা ময়াম্বগনা আগরতলাদা, অদুগা মহাক্তা আখৌরাদা।

নুমিদাং অথেঙবদা বিদায় লৌনরমদাইদা ঐনা তৃমিন্না মুরুম মুরুম শোল্লি - হোটেলগী মিংনা সাহবান, থুংলরিবা ঐখোয়না সাহেবান নংত্রগা মেহমান। তুংলোদগী কনানো অমনা তাথোকখ্রমাল্লে, হায়রকই - সাহেবানসুনি মেহমানসুনি।

## সাহিত্য হায়বসিদি মীওইবা পূন্নমক্কীনি

খল্লুদে মীফম অদো অদুক চাউনা শীল্লমগনি হায়বা। বাংলাদেশতবু মৈতৈ কয়া য়াম্না লৈরদুনা, খরদং লৈরিবদুসু পীদং-পাদংপদৌনা লৈরমগনি ! অদুগী মথক্তা সাহিত্যগী মীফমনি। ইম্ফালদা ফাওবা সাহিত্যগী মীফমদবু মী কয়া য়াম্না তিনবগে !

অদুবু ঐগী অরানবা খাখল অদুগী ফীজং হাইদোকপা হৌরকখি মীফম হৌগদবা অয়ুক অদুদগী। 'সিলেটের ডাক' কৌবা নুংতিগী ফোঙবা পাউজেল-চে অদুনা স্পেসিয়েল সপ্লিমেণ্ট ফোঙলকখি বাংলাদেশ 'মণিপুরী সাহিত্য সংসদকী' কুনমঙাশুবা কুমওনগী মীফমগা মরী লৈননা - থোইদোকপা খারেং-শৈরেং অমদি মশক নাইরবা মীশক কয়াগী য়াইফ-পাউজেলগা লোয়ননা। অনৌবা এক্সপেরিয়েন্স অমনি, তমজনীংঙাইনি। মণিপুরদবু, আসামগী খাদি তেক্লেসি, করম্বা পাউজেল-চেনা করম্বা সাহিত্যগী সংস্থানগী মীফমগা মরী লৈননা স্পেসিয়েল সপ্লিমেণ্ট ফোঙখ্রবগে ?

ভাবোক্লা পিক থনখি সিলেটকী ওডিটোরিয়ম অদো। খল্লুই, বাংলাদেশ পার্লিয়ামেণ্টকী স্পিকরনা থৌরম হৌদোকপনিনা মহাক্কা লোয়ননা অচৌ-অশাং কয়া লাকপদুদা অদুক তিনবা ওইরমগনি। অদুবু মদুসু অরানবা খাখল ওইরম্রে। নুমিৎ নীনিগী মীফম অদো অয়ুকসু নুংথিলসু নুমিদাংসু ভাবোক্লা ঈমায় চোনখি। মৈতৈখক্তা নত্তে, খাইবোকমুক্তি বাংগালীনি - হিন্দুসু মুস্লিমসু। মীফম হৌদোকপগী অয়ুক অদুদা মিউনিসিপালিটিগী চেয়ারমেন বদরুদ্দিন কামরান্না হায়— থৌরম অসি মণিপুরী ইচিন্নাউশিংতগী নত্তে, বাংলাদেশতা লৈরিবা, থোইদোক্লা সিলেটতা লৈরিবা ঐখোয় পূন্নমক্কীনি, থৌরমসি ফজনা পাঙথোকপা ঙমদ্রগদি ঐখোয় পূন্নমক্কী চোঙ্গনি, ফজনা পাঙথেক্লগনা ঐখোয় পূন্নমক্কী মায়নি। চুম্না লৈশি-লৈথোন ওইনা হায়বা ওইরবোই খল্লুই। অদুবু ওইরমদ্রে। মিউনিসিপালিটিগী মাইকৈদগী শেন ওইনা লুপা লিশিং কুনথ্রা অদুগা অতৈ হীরম কয়াদসু মতেঙ পাংলকখি হায়বা কোন্না তারকখি। মসিবু ঐখোয়গী অসিবাইদা করম্বা মিউনিসিপালিটিনা তৌবিবা য়াওবগে ?

অদুগা ভাবোক ! সাহিত্যগী মীফমদবু বাংগালী খাইবোক মণিপুরী খাইবোক। ঐখোয়গী অসিবাইদদি, মণিপুরদসু আসামদসু বার্তোন তৌনদে, খঙন-চান্নবা মরূপ-মপাং অম-নী বার্তোন তৌরুদুনা নোংমফাদোক লাকপা য়াওরবসু য়াম্না অরিং-অরাং মাল্লি, হৈনদনা উই। শম্না হায়রবদা ঐখোয়গী অসিবাইদদি 'ঐখোয়গীনা ঐখোয়গী, নখোয়গীনা নখোয়গী' হায়বা ভাবলোমদা চৎনৈ।

খল্লুই, ময়ান-তুয়ান ভাবোক অসিদা করি লোম্ননো ঙাঙন-শক্লগদৌরিবসে ? অদুবু মদুগীদমক খন্ননীংঙাই থোইনা লৈরমদ্রে। ময়াম্না খঙনবা লোন হায়বমা লৈবনিনা করিসু খানীংঙাই লৈতে। বাংলাদি বাংলাদেশতা বাংগালীশিংগীনা মমারোলনি, অদুগা মণিপুরীশিংগীনা অয়োকপী মমাগী মরোলনি। হংবা য়াই, মণিপুরী সাহিত্যগী মীফমদবু বাংলা ? করিসু কায়দে মফম মতমগী মতুং ইন্না ময়াম্না খঙনবা লোন্দা ঙাঙন-শক্লবা,

মফম অমদি মতম্নগী খুদোং চাবা য়েংদুনা জগোই শাবা তাবনি। অদু হায়্ব হায়দুনা বাংলাদতা হৃমদুনা পুখিবদি নত্তে, থৌরম শীন্দোক-শীজিনগী লাউথোক লাউশিন মণিপুরী অমসুং বাংলা অনীমক্তা অদুম তৌরি। বাংলাদেশকী মৈতৈমচাশিংবু থাগৎপা য়াই, মৈতৈরোল অমসুং বাংলা অনীমক ফজবা ঙাঙবা হৈবগীদমক। খল্লম্বনি, মখোয়না ঙাঙবা মৈতৈরোল শাথীনা খোইরমগনি। অদুবু কদায় ইম্ফালদা ঙাঙনরিবসিগা করিসু খেন্নদে, আগরতলাদদি শাথীনা খোইবা থেংনৈ। অদুগা বাংলা—সিলেটি বাংলাসু, কলকাতা-ঢাকাদা ষ্টেণ্ডার্ড বাংলানি হায়না ঙাঙনরিবা বাংলাসু মৈতৈ-মচাশিংনা ফজনা ঙাঙই। মাইকতা লাউথোক-লাউশিন তৌরিবা নুপীমচাসু নুপামচাসু মরৈ থাবা অমত্তা য়াওদে। শিলচরদা আগরতলাদা অদুম হায়না ঈশিং লিত্তনা বাংলা ঙাঙবা মৈতৈমচা পংথেং থেংনদে - মফমশিং অসিদদি ঐদৌনা 'টাকা' হায়গদবদা 'তাকা' হায়দোকখিবা 'ঠাকুর' হায়গদবদা 'থাকুর' হায়বা ঙাক্তনা অয়াম্বনি।

ঙাঙবদতা নত্তে, ইবদসুনি। বাংলাদেশকী মণিপুরী কবি অয়াম্বা মণিপুরী অমসুং বাংলাদা ই, লোন অনীমক্তসু মখুৎ নাল্লি। এ. কে. শেরামদি মণিপুরী মরক্তদা নত্তনা বাংগালী মরক্তসু মশক নাইরবা কবিনি।

মীফম হৌদোকপগী থৌরমদা বাংলাদেশ সংসদকী স্পিকর হুমায়ুন রসিদ চৌধুরীনা হায় - ঐখোয়না পাকিস্তানদগী কায়রকখিবসে ইমারোল কন্নবগী য়াফমদনি, ঐখোয়না ইমারোল নুংশিরিবা অসুম হায়না মণিপুরীশিংসু মমারোল নুংশিরিবনি, অদুনা মখোয়না মমারোল তমগে অমদি মমালোল চাওখৎনবা হোৎনজগে হায়রকপদা ঐখোয়না মতেঙ পাংফম থোকই। থম্মোয়সে পেনখি। থাজখি, ফেব্রুৱারী কুনমাথোইগী লৈবাক্লা কনাগুম্বগী মমারোলবু নমথাক তৌরোই, নমথাক খক তৌরোই। ১৯৫২ দনি মতম অদুগী নোংপোক পাকিস্তানদা মমারোল বাংলাগীদমক


সিলেটকী লম্বীদা চংপা শোভাযাত্রা

নহারোল কয়ানা মথবায় কংখিবদো — নুমিৎ অদো ফেব্রুৱারীগী কুনমাথোইনি। ঙসিদি ফেব্রুৱারী কুনমাথোই অমর ওইরে, ইউনেস্কোনা নুমিৎ অসিবু পৃথিবী পুম্বগী মমালোল নুমিৎ হায়না লাউথোকপ্রে। মসিগীদমক বাংলাদেশনা চাউথোকচৈ, চাউথোকফমসু থোকই।

মীফম হৌদোকপগী থৌরম লোইরগা সিলেট সহরগী মরু ওইবা লম্বী কয়াদা শোভাযাত্রা চংলি। মণিপুরী সাহিত্য সংসদকী মীফমগা মরী লৈনবা শোভাযাত্রা ওইরবসু মৈতৈ ঙাক্তানা চংখিদে। বাংলাদেশকী খ্বাইদগী য়াংবা লোন অমসুং সাহিত্যগী সংস্থান

ঢাকাদা লৈবা বাংলা একাদেমিগী ডাইরেক্টর জেনরেল অমদি মিউনিসিপালিটি কোর্পোরেসনগী চেয়ারমেন্না মকোক চিংদুনা চৎপা শোভাযাত্রা অদুদা বাংগালী ফনা য়াম্না য়াওখি ।

খল্লকখি, মসিনিদনা সাহিত্য হায়বসে- মৈতৈগী নত্তে, বাংগালীগী নত্তে, মীওইবা পুম্নমক্কনি ।

## বাংলাদেশতা মণিপুরী সাহিত্যগী ঈহৌ

ফেব্রুবারি ২১, ১৯৫২— বাংলাদেশকী ইতিহাসতা সনাগী ময়েক্লা ইবা নুমিৎ অমনি। নুমিৎ অসিদনি ঢাকাগী লম্বী-সোরোক্তা মমারোলগীদমক্তা নহারোল লিশিং লিশিংনা সরকারগী অথিংবা হুকুম থুগাইদুনা শোভাযাত্রা চৎখিবা, পুলিশকী নোংমৈ গুলিদা নহারোল কয়ানা শহীদ ওইখিবা, নহারোলগী ঈখেংনা ইতিহাসকী অনৌবা তাংকক ইবা হৌখিবা। নুমিৎ অসিদগী শন্দোরকখি মতম অদুগী নোংপোক পাকিস্তান শীনথুংনা লাক্ল-ফানবা ঙমদবা নোংলৈ-নুশিংকুম মীয়ামগী ঈহৌ। ঙমখিদে পাকিস্তানগী শাসনগী চৃপ্লি পায়রিবা কাঙবুনা নোংপোক পাকিস্তানগী লৈমায়দা নম্ফদা উর্দু পুশিল্লকপা, ঙমখিদে বাংগালীশিংগী মমারোল বাংলাবু নোংপোক পাকিস্তানগী লৈমায়দগী মুখৎপা।

অদুনা চহী খুদিংগী হৌজিকসু ফেব্রুবারি ২১ অসি বাংলাদেশতা 'ভাষা দিবস' (লোনগী নুমিৎ) হায়না পালন তৌরি— নুমিৎ অসিনা মীয়ামদা মমারোল নুংশিবগী ঈথক-ইপোম হৌহল্লি। নুমিৎ অসিনা মমারোল নুংশিবগী ঈথক-ইপোম হৌহল্লিবসি বাংগালীশিংদতা নত্তে, বাংলা নত্তবা অতৈ লোন ঙাঙবা কাঙলুপশিংদসুনি ।

নুমিৎতো ১৯৭৫ গী ফেব্রুবারি কুনমাথোইনি। নহারোল মরূপ-মপাংশিংগা লোয়ননা মীতৈমচা খরসু ভাষা-দিবসকী থৌরম য়াওবা চৎলম্মী — সিলেট সহরদনি, অতৈ সহরদসু তৌবগুম্না। অয়ুক্তা প্রভাত-ফেরি চৎপগা লোয়ননা শহীদ মিনারদা লৈ-শু কৎপা লোইরগা মনাক অদুমক্তদা নহারোলশিংনা অখন্ননা নুমিৎ অদুগী ওইনা ফোঙবা 'আবার আসিব ফিরে' (হল্লকখিগনি অমুক) মিংথোনবা নীংশিং-চেফোঙ অদুদা য়াওবা মশা মশানা ইবা শৈরেং থীদুনা ময়াদু তাহল্লম্মী। শৈবেং থীবা তানা তানা নহা ওইবিবা এ কে শেরামগী (মতম অদুদা খঙনরম্বনা অনন্তকুমাব সিংহ) থম্মোয়নুংদা খঙহৌদনা ব্রাখল অমনা কদোমদগীনো লাক্কুনা কাইহৌরে— ঐগীসু ইমারোল অমা লৈজেনা, বাংগালীমচাশিংনা মমারোল নুংশিরিবা অসুম হায়না ঐসু ইমাবোল নুংশি, ইমারোলগী সেবা তৌফম থোকই। নীংশিংলুপ্রবা মমারোলবু খঙনীং নীংশিংলুবদা নুংশিবগী খাংঙমদ্রবা ঈথক-ইপোম অমা মঙোন্দা ফাওরকখি ।

মতম অদুদা নহা ওইরিবা এ কে শেরাম চহী ২১ তা ঙায়রি, কোলেজগী ছাত্রনি, কবি ওইনীংবগী মঙসু মঙলি। ফেব্রুবারি ২১ না চহী ২১ গী নহা অদুদা

অকনবা ঈনোং ওইনা বৃজিল্লকখি। নুমিং খরনিদি তৃম্ব-চাব-হীপ্পা খণ্ডখিদে। মরূপ-মপাং খরগা ভামে—করম তৌসিগে ? তোলেন, সুবোধখোয় মহাক্কী বাদু তাগদগী নহানমখে ঙাইদুনা লৈরম্বগুম তৌরম্মী।

অদুদগী চহী অদুমক্কী মে ১১ দা ভানুগাছকী নয়াপত্তনদা নহারোল খরগী মীফম অমা ফমদুনা 'পূজারী সাহিত্য সংসদ' কৌবা সাহিত্যগী সংস্থান অমা লিংখৎখি। হায়রিবা সংসদ অসিনা চহী অদুমক্তদা দ্বীপান্বিতা কৌবা চেফোঙ অমসু ফোঙবা হৌখি। পূজারী সাহিত্য সংসদ অসিনা বাংলাদেশতা মণিপুরী সাহিত্যগী অহানবা সংস্থান্নি অমসুং দ্বীপান্বিতানা অহানবা চেফোঙনি।

চহী খরা মতুংদা পূজারী সাহিত্য সংসদকী মমিং ওন্দুনা ওইরকখি বাংলাদেশ মণিপুরী সাহিত্য সংসদ অদুগা দ্বীপান্বিতানা ওইরকখি 'মৈরী'।

বাংলাদেশ মণিপুরী সাহিত্য সংসদকী খোঙচৎ চহী কুনমঙা হেল্লক্লে। সাহিত্য সংসদ অসি ঙসিদি তরাই-তরাইবা হায়বদো ওইদ্রে, মণিপুরী সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগী ঈহৌ অমা বাংলাদেশতা সংস্থান অসিনা ফজনা শাগৎপা ঙম্লে। তৌবগীদি ঈহৌ অসিগী থব্রায় অমসুং থৌনাদি হৌজিকসু কবি এ কে শেরাম্মা ওইরি। অদুবু ঈহৌ অসিদা মহাক মত্তোম্রভদি নৎত্রে, মহাক্কা লোয়নন কবি অমসুং অইবা কয়া চোংথোরক্লে। মখোয়গী মনুংদা পনবা য়াবা খরদি — এল পদ্মামণি, খৈইরোম ইন্দ্রজিৎ, শেরাম নিরঞ্জন, খোইরোম কামিনীকুমার, হামোম প্রমোদ, সনাতন হামোম, ই রবিন, এন যোগেশ্বর অপু, ওইনাম রণেন্দ্র অমসুং অতৈ কয়া অমনি।

এ কে শেরাম অমদি মণিপুরী কবি খরদি বাংলাদসু ফজনা ই। অদুনা বাংগালীশিংনসু মখোয়বু ফজনা শীংথানে। চাওখৎলবা বাংলা সাহিত্যগা তোৎন-তিন্নবা ফংবগী খুদোং চাবা অমা বাংলাদেশকী মণিপুরী কবি অমদি অইবশিংদা লৈ। মদুগী ঈবায়-ইনিনগী মমি বাংলাদেশকী মণিপুরী শৈরেং অমসুং বারী মচাদা তাই। এ কে শেরামগী শৈরেং অমগী পরেং খরদা উপমাগী মওং য়েংবিয়ু—

*ঐগী কবিতাগী ছন্দনা*
*পদ্মাগী ঈপাকথক্তা*
*শহীদ বেলায়েৎকী*
*উঙলিবা প্রোপেলারগী তুংইন্দুনা*
*চোকথদ্রবা শাখপতা পাইহৌবা*
*জগোই শাবী সমুদ্র-ঙারাকপীশিং।*

অদুবু কবিগী মিংয়েংগী ঙমখে বাংলাদেশদতা কোয়শিন্দুনা লৈতে। কবিনা হায় —

*বাংলাগী থরো থম্বাল থারিকথা*
*অথাপ্পা চীংগী ইঙেল্লৈ*
*কাঙ্খি কোনুংগী লৈহাউ লৈরেন*

*শেমগৎচরি ঐগী কবিতাগী লৈকোল ।*

(বসন্ত কুন্নিপালগী লৈরাং)

পরেং খরা অসিদা চেল্লিবা ব্রাখল-পরীং অসিমক বাংলাদেশকী মণিপুরী কবি অমসুং অইবশিংদা চেল্লি । পোক্লফম লমদম বাংলাদেশপু মখোয়না নুংশিজে অদুগা লোয়ননা পারী-পূরী হৌরকফম পোইরে লমদমবুসু মখোয়না কাউজদে ।

## হায়হৌরি নুংশিনা

সাহিত্যগী মীফম ঙরাং লোইশিনখ্রে। নুমিৎ নীনি অদুদি অঙকপা ফংনা চিনখি অয়ুক্তগীনা অহিঙ নোংয়াই ফাওবা। হয়েংদি সিলেট থাদোক্লুনা চৎলনি। মরক্তা ফংলিবা নোংমখক অসিদা কোয়নীংবা য়েংনীংবা পূম্নমক তৌবা তাই। শান্তিনিকেতনদগী লাকপা জগোই কাঙবু অদুদি মাধবকুণ্ড য়েংলুগনি হায়না চৎখ্রে। মাধবকুণ্ড টোরিষ্ট স্পোটনি, লাইফম্নিসু হায়, খরদি লাপই, চখোক-চৎশিনদা নুমিৎ চূপ্পা চঙগনি। ঐখোয়দি অদোমদা খোয়দারুদ্রে। ঐখোয়না পাম্বদি সিলেট কোয়বনি। সিলেটতা লাক্লগা সহর অসি য়েংদনা, সহর অসিগী য়ূম্বান কৈবান উদনা হনবা তারগদি মফম অসিদা লাকপগী অর্থ করিনো ?

লাকপদগীনা লামাবাজারদা কবি এ কে শেরামগীদা চা থক্লুবা, য়ূম অমদনা নুমিদাং ময়াম পূন্না চাক চামিন্নরুবা অদুগা মণ্ডোপ অমদা অয়ুক্কী চাক্লেন চামিন্নরুবা - অসিদগী পংহেন হেন্দ্রি। অদুনা নোংমসিদা কোয়বা য়াবা কোয়রগে খল্লে। গাইড ওইবীনবসু চোংথোরক্লে— চন্দ্রকীর্তিগা কামিনীকুমারগা। অনীমক সিলেট মচা অমত্তা নত্তে, অমনা ভানুগাছকীনি অদুগা অমনা বিশগাঁওগীনি। কামিনীকুমারদি কবিনি। চন্দ্রকীর্তিনা চুম্না সাহিত্য-সংস্কৃতিবু নুংশিজবা মীশক্লি—সরকারগী থবক তৌরম্মী, থাদোক্লুনা চহী খরা আরবতা শেন তানবনি হায়দুনা লৈরুই, হৌজিক্লা মনাওনুপা অমুক চৎখ্রে, মহাক্লা অহন ওইরবা মমা-মপা কোলহৌরি।

মৈতে নুপীনা সনা পাম্বসিদি হায়নরিবনি। বাংলাদেশতা সনা হোঙই হায়বা পাউসিমদি ভানুমতীগা সরোজিনীগদো ফজনা লৌদুনা লাকপা ওইরমাল্লে। অদুনা মৈতৈচনু অনীগী ঈখৌরাংবদো হান্না কোকহন্নবা জিন্দাবাজার তান্না চৎলে। জিন্দাবাজার সিলেটকী কোনোট প্লেসনি হায়বা য়াই। লম্বীদা লৈহৌরিবা দুকানশিং অদুগা মফম অসিগী দুকানশিং অসিগা খেন্নবদো ময়েক শেংনা চোংথোরকই—লাইরবগী য়ূমগা ইনাকখুনবগী য়ূমগা খেন্নবা অদুমঙাই।

মশা নানবা মথোল নাইবা বিল্ডিং অমদা চন্দ্রকীর্তিনা পুশিন্দুনা চঙলে। মমল য়াম্লবা অরং-অরাক য়োনবা দুকান ঙাক্তনি। গ্রাউণ্ড ফ্লোরদা ইলেকট্রোনিক্সকী পোংচৈ য়োনবা মৈতৈগী দুকান অম-নীসু য়াওরি। চন্দ্রকীর্তিগা খঙনৈ, কৌনৈ—তাদা মামা

ইবাই। সেকেণ্ড ফ্লোরদা ওইরমাল্লে লিক-কোনগী দুকান ঙাক্তা কোরিডোরগী নাক-য়েত্তা পরেং শানা লৈরম্লিবদো। পৃথিবীসে লোইনা ইনাকখুনবা ঙাক্তা ওইরবোই খল্লকই। মৈতৈগী দুকান খরসু য়াওরি। চন্দ্রকীর্তিগী মকৃময়ূমগী দুকানসু য়াওরি—সনাগী অশাবা লিক-কোন ঙাক্তনি, মমল য়ামনা তাবসু য়াওরি। দুবাইদসু লণ্ডনদসু মখোয়গী দুকান লৈ হায়। চন্দ্রকীর্তিগী মশেননুপা অতোম্বদু ময়ূমদা লাক্কুনা লৈবা তাঞ্জা থোক্কুনা উন্নরে, লণ্ডনদা লৈরবসু লোন খোইবা নৎত্রগা খোইশিন্নবগী মতৌ অদো মঙোন্দা য়াওদে। মখোয়গী দুকান্দা ঙাইহাক ফম্লিঙেদা উই—বাংগালী নুপীশিংদো, বুরকা উপ্লীসু উপ্তবীসু, মৈতৈ দুকান্দনা হেন্না চঙবগুম তৌই। মৈতৈনা শাবা সনানা অতৈদগী ফজবা হেল্লি হায়বসি মখোয় অয়াম্বনা খল্লি হায়।

সনা শাবদতা নত্তে বাংলাদেশতা মৈতৈনা ফাওরিবসে। মিস্ত্রী শূবদা ফিরোল শাবদা গাড়ি থৌবদা গাড়ি শেম্বদা মৈতৈগী মিংচৎ ফজনা লৈ। জননেতা ইরাবতকী মরূপ হবিগঞ্জগী জমিদারমচা কমিউনিষ্ট লুচিংবা হেমাঙ্গ বিশ্বাসনা মহাক্কী পুন্সি রারী 'উজান গাঙ বাইয়া' হায়বদুদা মখোয়গী ময়ূম শারম্বা মৈতৈ মিস্ত্রী অনীদুগী মমিং নুংশিনা পল্লি — ঘনশ্যামপুরগী ভীম সিং অমদি খাউজাউ সিং। তশেংবসু খুৎশা হৈবগী থবক্তা শীথোক্লরকপা গুণ অমদি মৈতৈদা য়াওরি, মণিপুরদা খঙদে মপান্দা খঙদে। কনানো ইংরেজ সাহেব অমনা ইরম্বদুনি—খুৎশা হৈবদা মৈতৈনা জাপান্দগী তাদে, মখোয়গী লমচৎতা থাজনীংঙাই ওইদবা অসিমত্তং য়াওরমদ্রবদি লাম্বা লৈরোইদবনি।

দুকান্দগী থোরক্লগা গাড়ি থিরে, নোংমদুমা পূরা রায়ননবা। গাড়ি হায়রিবসে কার নৎত্রগা টেক্সি নত্তে। কার নৎত্রগা টেক্সিদি লৈবাক অসিদা তাঙই, ফংবদা রায়। লায়রবা লৈবাক্লিনা রিক্সা নৎত্রগা ওটোরিক্সা নত্তনা উপায় লৈতে। সিলেটখক্তগী রা নত্তে, রাজধানী ঢাকাদসুনি। ঢাকাদদি রিক্সাগা ওটোরিক্সাগনা চিৎ-চায়বা ঙম্মদে।

সিলেট সহরগী ময়োলদা অমদি অকোয়বদা মৈতৈ লৈকাই তরাহুমদোই হৌজিক হৌজিক লৈরি। লৈবাক কায়বদগী য়ূম হোংনদুনা চৎনখিবদগী লৈকাই খরদি ময়াঙ কংশিল্লক্লে। খুঙ্গংগী লমদসু ময়াঙ কংশিল্লকপা মৈতৈ খুন কয়া য়াওরে। মৈতৈ খুন খরদি মুৎখ্রগদ্রা হায়বগী মিপাইনবা পোক্লরক্লে, মুৎপসু খরা য়াওখ্রে। ঢাকাগী মণিপুরী পাড়া মুৎখ্রে, মৈমনসিং জিলাগী দুর্গাপুর মাঙখ্রে, কুমিল্লাগী কসবারোমদা লৈরম্বা মৈতৈ খুন অকাউবগী ঈরোম্নুংদা লূপখ্রে।

অদুমকপু সিলেট সহরগী লামাবাজারদা, মণিপুরী রাজাবাড়িদা, শিবগঞ্জদা লৈরিবা মৈতৈশিংদো উরগা নুংঙাই। মখোয়গী য়ূম্বান-কৈবান য়ূমলোন্নরিবা বাংগালীশিংদগী পংতা তাদে। য়ূমথোং খুদিংগী শূমাঙ-থেলোং, শূমাঙ ময়ায়দা বৃন্দাদেবী, লৈকাই খুদিংগী লাইশঙ-মাঙোপ—মৈতৈ ওইনা হিংলি হায়বদো তাক্লি।

নরসিংটিলারোমদা চৎলুই। অসিরাইদসু মৈতৈ তাই। মফম অসিদগীনি লাকখিবদো শান্তিদাস গোঁসাইনা মেখলী লৈবাক্তা রামান্দি ধর্ম শন্দোকপা। মফম অসিদা নরসিংহ কৌবা লাই অমা মহাক্কা লাৎলম্মী হায়, অদুনা মফম অসি নরসিংটিলা কৌখিবনি।

খরমনা হায়, চহী তরেৎ খুন্তাকপা মতমদা মনাওইবুঙো নরসিং মফম অসিদা লৈরম্মী, মহাকপু নীংশিংবা ওইনা মফমসি নরসিংটিলা থোনখিবনি। করম্বনা চুপ্লিবা খঙদে।

মাইকৈ অদোমদগী হাইদোরক্লগা, করিনো লৈকাই অদুগী মমিংদো কাউদ্রে, কবি পদ্মামণিখোয়গীদা চঙলুসি হায়দুনা চঙলে। হান্না পাউ পীখিবা নত্তে। শিবগঞ্জদা ঐখোয়না চঙদুনা চা-নুং থক্লুবা ইমুংশিং অদুসু হান্ননা পাউ পীখিবা মমত্তা য়াওখিদে।

তাঞ্জা চারুবা হায়গদ্রা, পদ্মামণি মতোমতা নত্তনা মপূরোইবসু লৈরম্মী, মচানুপী অনীসু। মচানুপা অমখক্তং য়াওজবদুদি য়ুমদা লৈরমদে, কুমিল্লাদা লৈ, কোলেজ ওজা ওইরি। মচানুপী অহন্না ডাক্তর তন্রি। মপূরোইবনা লাইফ ইন্সিওরেন্সদা থবক তৌরি। য়ুমদো পংচাউ চাউদ্রবসু লূনা নান্না পাল্লি। সাহিত্য-সংস্কৃতিগী ৱারী মথং মথং শানবা লোইরগা পদ্মামণিনাহায়রকই—ঙাইশেন ওইমিন্নসি কৈদৌগে !



পদ্মামণি, কুঞ্জমোহন, ভানুমতী, সরোজিনী
(তুংদা লেপ্লিবী পদ্মামণিগী মচানুপী অনী)

মহাক্কী ৱাহৈদো ঐ য়াম্না চম্না লৌরুই। অদুবু থোরক্লগদি ঐঙোন্দা ফাওবকপগুম তৌরকই, মহাক্কীসে থম্মোয়নুংগী ৱানি। লৈবাক অনীগী ওর্মখৈনা লাপথোকহনখ্রবা ঐখোয়সে লাপথোকহনগনুসি হায়বগী কোলোয় মপাউনি—আসোম ৱাংমগী নুংশিরবা খোঞ্জেলনি।

## ঈশ্বর পোকপীদো নুপীনি

হিন্দু অমসুং মুস্লিম অনীমক্কী পুণ্যভূমিনি সিলেট। মফম অসিদনি মহাপ্রভু শ্রীচৈতন্যগী পারী-পূরী হৌরকফম। হৌজিকসু লৈরি ঢাকা-দক্ষিণদা মহাপ্রভুগী আখড়া। অদুগা সিলেট শহরগী ময়োলমক্তদা লৈরি হজরত শাহজালালগী দারগা। ঢাকা-দক্ষিণদি শহরদগী খর লাপ্না লৈবনিনা চৎলুবগী খুদোংচাবা ফংদ্রে, মরু ওইনা মতমগী খুয়োনবনি।

শাহজালালগী দারগা অদো চীংথক অমদা চেকপন্না কোয়না খাজিন্দুনা লৈ, মখাদা চাউরবা পুখ্রি অমা। মফম অসি হিন্দু অমসুং মুস্লিম অনীমক্না খুরুম্মে, নীংবা কয়া থুংহল্লি হায়নে। অঙাং ওইরিঙৈদা তাখি লাইফম অসিগী ৱারী, ঐগী মৈতৈ-পাঙল মরূপ অমনা পীখিবনি।

আরবতগী লাকখি শাহ্জালাল। মমানা পীর ওইরবা মচাদা লৈতুম অমগা খুনু জুড়া অমগা পীরগা থারকখি নোংপোক পাংনা, হায়রকখি— থুংলু-থুংলুবা মফম খুদিংদা লৈবাক খরা লৌরগা মহাও অদু তংদুনা য়েংঙু, ইমানা পীরিবা লৈতুম অসিগী মহাওগা মান্নবা মফম অদুদা নঙ লৈবা য়ারে, অদুগা মফম অদুদা খুনু জুড়া অসি থাদোকপিবা য়ারে, মখোইনা ধারা-নালা শন্দোকরকপা লোয়ননা নঙসু ইস্লামধর্ম শন্দোকপা ঙম্বা ওইজৌ। নোংপোক পাংনা অসুম অসুম লাকপনা কাইনথংদা মমানা হায়বা লমদম অদো সিলেটতা থেংনরে, মফম অদুদা খুনু জুড়াদো থাদোক্লে। খুনু জুড়াদুনা শন্দোকখিবা ধারা-নালাদো হৌজিকসু 'জালালী কবুতর' হায়না খঙনরি। মৈতৈনা মসিবু লাইখুনু কৌই, কাছাড়, সিলেটতদি য়াম্না লৈ, মণিপুরদদি লৈতে। মুস্লিমশিংনদি মসি চাদে, শাহ্জালালনা পুরকপা খুনুগী ধারা-নালানি হায়দুনা ওইরমাল্লে। হায়রিবা লাইখুনু অসি জিংঘগী য়ুমদা য়াম্না লৈগল্লি—শন্দংখাদা, সিলিং মথক্তা, ক্বা-পাম্বী মতোন্দসু মহুম শাদুনা লৈবা য়াওই। অঙাং ওইরিঙেদা ঐখোয়গী য়ুমজাওগী ফোম্না হাবা সিলিংদা য়াম্না লৈরম্মী। পাইবা হৈফাৎত্রিবা মচাশিংদো ফার-ফারগা বাগানগী কৈথেলদা ঐখোয় পুদুনা য়োল্লুই, জুড়া অমদা সিকি অম-ককা শিংলক্রবদি হরাও-হরাও হল্লকই।

ঐখোয়গী য়ুমলোন্নবা ইবোক অদুনা সিলেট চৎলুরগা হল্লকপদা ব্বারী তৌখি— শাহজালালগী লাইফমদো, ইমাইপেমা, পুম্রিদুনা চাউম্রিবা, গোজার ঙাক্তা পিক থন্না, ময়াংলেন ইশং কারবা লাইওইরবা ঙাক্তা। গোজারশিংগী চারোন-শূরোন হৌজিকসু লৈরি, অদুবু পুম্রি অদুদি কবোকংনা পিক থনখ্রে, মোৎসু মোৎলে।

লাইশঙ লৈরিবা চীংদুম অদুগী চীংখোঙদা লৈরিবা গেট অদু য়ৌরকপদা, লাকমিন্নরিবা ভানুমতীগা সরোজিনীগদো থিংলে— চঙবা য়াদে, লাইশঙদা নুপী চঙবা য়াদে। খংনীং নীংশিংলকই - হোয়নে, মুস্লিমগীদি লাইশঙদা জেনানা চঙবা য়াদে, চঙহন্দে। ওম্ণোকপা ব্বায়েল হায়দুনি ধর্মগী, নংত্রগা ধর্মবু খুৎলাই ওইনা শীজিন্নরিবা কাঙবুগী। অসোমদনা লৈবাক অসিগী প্রাইম মিনিস্টর থংন-থংননা নুপী অনীনা ওইশ্রবনি— বেগম খালিদা জিয়াগা শেখ হাসিনাগা। রাষ্ট্রশক্তি পায়রবসু মখোয় অনীমক কয়াদা শোনশ্রবনো ধর্মগী চংনবীগী দুনিয়াদা। মসিদনি নহা ওইরিবী অইবী তসলিমা নাসরিন্না মখোয় অনীবু পাঙদবীনি হায়না চৈরিবসে।

তৌবগীদি ইস্লামধর্মগী চংনবীদতা নপ্তে নুপীশিংবু মওং অমদা নংত্রগা মওং অমদা চন্নম্রিবসে, অথিংবা থম্লিবসে। হিন্দুধর্মগী অচার-আচরণদসু নুপীশিংবু মতাং কয়াদা অথিংবা থমই। শ্রাদ্ধ-কর্মদা নুপীনা মাঙোপ ময়াইদা চঙদুনা শেন থাবা মতম অমদা কন্না য়ারমদে। হৌজিক খরা খরা কোমথোরক্রবসু অয়াম্বনদি মাঙোপ মচীদা শেনদু পূম্না কংলগা খুরুম্নরি। নুপীনা মাঙোপ ময়াইদা খূবাক-ঈশে বাশোক শকপদি য়াই, লুহোংবদা নাহুৎ-নারেংদা নুপীনা ঈশে শকপদি য়াই, অদুবু মাঙোপ ময়াইদা চঙদুনা শেন থাবদি ফনা লৌনম্রি। যাগ-যজ্ঞদা মন্ত্র শোনবগী অধিকার নুপীদা পীদে। ব্রাহ্মণগী ইমুংদা পোকপী লাইরিক-লাইশু আ-য়ৌনা হৈরবী নুপী ফনা য়াম্না লৈরে।

মখোয়দা অধিকার অসি পীবদা করি কায় ? মখোয়দসু মন্ত্র-যন্ত্র অদো তন্বিরবদি ফজনা হৈবা য়াইনা !

হিন্দু ধর্ম অমদি ইস্লাম ধর্মদতা নত্তে; খৃস্ট ধর্মদসু নুপীশিংবু অখন্নবা থবক খরদগী হেন্না ধর্ম শন্দোকপগী ফম পায়বা য়াহন্দে । নুপীনা লম্বোইবী ওইদুনা ধর্ম শন্দোকপদা খ্বাইদগী মশীং য়াম্না শরুক য়ারিবসি খৃস্টধর্মদনি, অদুবু বিশোপ নৎত্রগা আর্চবিশোপ ওইবদি অথিংবা লৈ, য়াহন্দে । চহী খরা মমাংদা খজিক্তংদি কোমথোক্লে হায়বগী পাউদি তাখি ।

ঐখোয়গী ঈশ্বরশিং অদো— ভগবান শ্রীকৃষ্ণদো নুপীনা পোকপনি, যিশু খৃস্টসু নুপীনা পোকপনি, হজরত মহম্মদসু নুপীনা পোকপনি । অদুবু হায়রিবা ঈশ্বর, ঈশ্বরগী শায়োন নৎত্রগা ঈশ্বরগী দূত মখোয়না মমা ওইবীশিংবু অসুক তোঙ্হনা থম্বিনবা পাউতাক পীবিরম্রিবসি করিগীনো ? মখোয়বু পোকপী পলেম অদো নুপীনি হায়বা খঙদবা জাৎলা নৎত্রগা কাউখিবা জাৎলা ? ঈশ্বরনবু মদু কাউবা হৌনব্রা ? কাউরম্রোই । অদুগদি মখোয়না অসুম হায়না তৌরম্রিবসিনা করিগীনো ? হন্না হন্না হংনীংই ৱাহং অসি মখোয়দা।

## ইলিশা মহাও ৱাংলে ঙাতোনসু মহাও য়ৌদ্রে

বাংলাদেশ চৎলুই তাবদা ঐগী মরূপ অমনা হংলকই—ইলিশাদি য়াম্না চারক্লিনি ?

ঙা অতৈ পল্লক্তে । ঙা অতৈসু চারক্লম্বা য়াই হায়বসি খল্লুদবা জাৎলা নৎত্রগা ঐবু উবদা ইলিশা হেক্তা নীংশিংলকপা জাৎলা ! তৌবম্বীদি ঐগা ইলিশাগা মরী অমদি লৈনবদৌনা তৌরবনি । ঐবু শকখঙদবা কনাগুম্বা অমদা কনাগুম্বা মরূপ-মপাংশিংনা শকতাকপা মতমদা 'ইলিশা অমগী মহাও' গী অইবনি হেক পনবদা 'ও, খঙলে খঙলে' হায়রকপসি ফনা তোয়না থেংনরবনি । অদুঙৈ ইখিবা ৱারীমচা অমনা ঐগী শক্তাক ওইরগনি হায়বসি ঐ নোংমতসু খল্লুদে ।

বাংলাদেশকী ভানুগাছতা সাহিত্যগী মীফম য়াওবা লাকপা ময়াম অদো পীজনবা শঙ্গোই অচৌবদুদা লৈশাবী মচা অমদি মৌনহাশিংদুনা চাক থিদোক-থিদোক্লা হায়রকখি- ইলিশা অমগী মহাওগী ইলিশাদো চাহৌদবা য়াম্না নুংঙাইতে, অদুনা ওজাদা পীজরগে হায়দুনা ইলিশা থোংলিবনি, কুইরবনি ঐখোয়না ঙাইজরক্লিবসি ।

ঐ শ্রীরামচন্দ্র নচ্চদে, মখোয়সু শবরী নত্তে । অদুবু মতম কুইনা ঙাইনবগী মতাং অমদি লৈখি । চহী তরামরি-মঙারোম মমাঙদা বাংলাদেশ মণিপুরী সাহিত্য সংসদকী মীফমদা য়াওরনবা ঐবু বার্তোন তৌরকখি । ঐ লাক্কনি হায়দুনা 'ইলিশা অমগী মহাও'

বাংলাদা হুন্দোক্লুনা ফোঙখি কবি এ.কে. শেরাম্না। বারীমচাদো মহাক্না ব্রাম্নাটাইজ তৌদুনা সাহিত্যগী মীফম অদুদা উৎননবা তৌখি, উৎসু উৎখি। অদুবু অচিনবা অমা লৈদুনা ঐ চৎপা ঙমখিদে। মদুগী নুংঙাইতবদো ঐঙোন্দা মতম কুইনা ফুমদুনা লৈরকখি। হন্দক সিলেট য়ৌবগা মরূপ-মপাংশিংদা হায়—ঐনা কুইনা পুরকপা পোৎলুম অমদি ঙসি থাংদরে, ইশাসে ইয়াং য়াংলে।

পামজরুবনা ওইরিগদ্রা, সিলেটতদা নত্তনা বাংলাদেশকী খুঙ্গংশিংদসু 'ইলিশা অমগী মহাও' অসি ফনা ফজনা খঙনরম্রে। অইবা অমা ওইনা মসিদগী হেম্না হরাওনীংঙাই করি লৈগদগে ?

তৌবগীদি নুংশিবা থৌদোক মচা অমদি লৈখি। সাহিত্য অকাদেমি মনা ফংবগী চহীদুদনি। ইম্ফাল সহরগী ময়োলমক্তদা লৈবা মতম অদুগী মশক নাইবা লাইরিক য়োনবা দুকান অমদা ঐ ফমদুনা লৈরি। নুপা অমনা চংঙক্লগা ঐগী লাইরিক্তো হাইফেৎ ফাক্লুনা য়েংলগা হায়রকই— কৈদৌনবা ইলিশা অমগী মহাও ইরিবা, পেঙবা অমগী মহাও ইবা য়াদ্রা ? নুপাদুনা ঐবুদি খঙবা নত্তে। ঐগী ইমাঙদা দুকান মপূদো হৈনদগুম তৌরকই। ওইরম্বা য়াই, মণিপুরগী মপান্দা চীংলোন মাপন বাংমদা মফমদুগী ঈশিং-নুশিংকা ঈরোইননা অৱা-নুংঙাইগী পুন্সিদা লেপ্লিবা মৈতৈ ময়াম অমা লৈরি হায়বসি নুপা অদুনা খঙদবা। হোয়, কুইরবা বারীনি, তোক্লসি।

চুমই, মরূপ অদুনা হংলকপদো। বাংলাদেশতা চৎলগবু ইলিশা চারক্তবা হৌনব্রা ? য়াম্না চারকখি। ইলিশা হায়বসিদি বাংলাদেশকী মায়নি, লন্নি—হ্বাইট গোল্ড, সনা অঙৌবা হায়না ফাওরিবনি।

অদুবু নুংঙাইতবা অমদি পূক্লিংদা ফাওরকখি। ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা বদাই ইলিশা (পদ্মাগী ইলিশা) থোংলবদি য়ুম্লোন মরি-মঙা লাপ্নদগী মনমদা খঙবা ঙমই। ইলিশা থোংবা চারবদি খূত্তগী মরেক হেক কোক্তে। চুমই, ঐনা চৎপা মতমদো ইলিশাগী মতম নত্তে, ইলিশানা য়াম্না হাউবা মতমদি ঈশিং ঈহৌরকপা মতমদনি। অদু ওইরসু ইলিশাগী তোপ-তোম্না মহাও অমদি চহী চুম্না লৈবনি। মদু ইয়ৌ-য়ৌদবদুদা ভানুগাছ থাদেক্লমদাইদা মরূপ-মপাং অম-নীদা হংই — মসিবু করিগীনো ?

মখোয়না খুম্লকই—চুমই, হান্নগী মরেক-মহাও অমদি মনম অদু য়ৌদ্রে। হৌজিক্কী কেমিকেল ফার্টিলাইজরনা হাৎপ্রবরা খঙদে। কেমিকেল ফার্টিলাইজরনবু ওইরসু অমনবু ওইরসু মরেক-মহাওদি বাংলে—ইলিশাতগী নত্তে, ঙাপাইগীসু। ঙাপাইদি হান্নদৌনা ফংবু ফংখিদ্রে। মণিপুরদা চহী খরা মমাঙদা লাকপা য়াওখি। অদুবু মরূ য়াম্না য়াওরি হায়দুনা পংপাম পাম্নখিদে। ইলিশাসু মরূ য়াওরি হায়দুনা পাম্নদবা য়াওই। হায়নবা য়াওই, কদায়দনো ইলিশানা হাওরি হায়রিসিবু ? চুমই, হায়গনি। মশা পাবী মকু পাকপী ইলিশা মানবীদো লৈরুবদি কদায়দগী হাউগনি ? ইলিশা অশেংবদুসু মরূ-মরাং থাউ-থুম য়াম্না থাকচিল্লুরবদি লোইরে। থাউ থোইনা চারমদবা মণিপুরনা থাউ কা হেম্না চারকপদগী য়েনশাং খুদিংমকসে থা পংহৈতো হৈজিল্লগা হাউগদবোই

খল্লি। মণিপুরগী মপান্দদি ইলিশাগা পানগা থোংবা হায়নরিবনি। মসি পল্লুবদা মণিপুরদদি ঙক্লা থোকই, থাজদে। কনাগুম্বনা ইলিশাগা হঙ্গামথাউ মরূগা থোংবা য়াওই। মদুদি মৈতৈগী খুৎথোং নত্তে, বাঙ্গালীগী খুৎথোংনি।

ঙাশিংসু মহাও হাংশিল্লকপদৌনা তৌরে, ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা চাখিবদুগা হৌজিক্তা খেন্নরে। মণিপুরদা রৌ কৌনরিবসিনি ঙাশিং হায়বসে। রৌ হায়বসি ময়াং হাহেনি, অদুনা ময়াং লৈবাক্কী মৈতৈশিংনা মণিপুরগী মৈতৈশিংবু নোক্লে ময়াং-হাহে পামজগ্রবা হায়দো ওইরে হায়দুনা !

কেমিকেল ফাটিলাইজরনা লান্দারকপদগী ওইরিগদ্রা তু-খোং-পাৎ-তুরেল ফুনজিল্লকপদগী ওইরিগদ্রা, মসিমদি খঙনরবা হাফম্নি— হান্না হাউবদসু হায়নরম্বা মরাংসু কায়না ফংলম্বা ঙা কয়া মাঙখ্রে। উকাবী-মান্বী খরাউবীদো উখিদবা কুইরে, মরূ ঙাক্তা ওইরবসু হায়নবী ঙামহাইদো মাঙখ্রে। ঙামহাইদি মপান্দতা নত্তনা মণিপুরদগীসু মাঙখ্রে। হায়নরম্বনি হাইথৌগী ঙামহাই। নুংশিদকো হাইথৌপাৎ, নশক কয়াতা শাথীনা ওল্লবা ! খরা লৈরদি নঙসু কৈশামপাৎ, পোরোমপাৎ নৎত্রগা অকামপাৎ ওল্লকপা য়ানা লৈরি।

পাৎ মচা মচাগী হাদি তোক্লেসি, পাক-চাউবদা হায়নরিবা লোক পূম্নমক্কী তাক্লফম ওইরিবা লোক্তাকপাৎ ফাওবা ফিভম শাথীনা শোকচিল্লে—ঈশিং থকপা য়াদ্রে, কোল্লিক ফেঙব-চাম্বদা চুশিল্লে। মওং অসিদা পাঙ্গল শোনবী লৈগ্রে ঙানা করম্না হিংগদৌরিবা! হন্দক্তা ঢাকাগী মনাক্তা ঈচেল তপ্না চেনবী পাক্লবা বুড়ী গঙ্গাগী শক্তম উরকখি। ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা ঐখোয়গী অহন-লমন্না কারবারগী ফিরোল লৈবা ঢাকাদা চৎপদা গৌড়িয়া কনগ্রবা অহল-লমনশিংদুনা বুড়ী-গঙ্গাদা হ্বাং ফাওবা কুমথরগা চেংপাক চামদুনা চাবগী হারী তমখি। অদুবু হৌজিক ওইরিবা ফিভম অসিদদি চেংপাক চামদুনা চাবগী হাদি য়াম্না লাপখ্রে। স্টিমার ময়াম্না মীগা পোৎচৈ য়েনশাং-নাপীগা তত্তনা হোন্দোক-হোঞ্জিন তৌরি ঢাকা সহরগী অপুম-অশা লংথফম ওইরবা মুশিন-মুরবা তপ্লবা ঈশিং-ঈচেল অসিদা। লোক্তাকসু বুড়ী-গঙ্গাগী ফিভম অসি য়ৌরক্লোই হায়নীংঙাই লৈতে।

মী খরনা হায়, মপান্দগী মিরর কর্প, রৌ, বাউ—ময়াম অসি লাকপদগী পেঙবা ঙাতোন মাঙখ্রে। কয়াম্না চুম্রিবদি খঙদে। অদুবু তু-খোং ফুনজিল্লকপা কেমিকেল ফাটিলাইজর কা হেন্না শীজিন্নরকপা অসিসু মরূ ওইবা মরম অমনি। ইথাই বেরেজ শাবসিসু মরম অমনি হায়নৈ। চহী খরসি পেঙবা-ঙাতোন মরক মরক্তা ফংবা য়াওই। অদুবু চহী কুনথ্রা - নীফুরোম মমাঙদা ফংলম্বা অদুম হায়নদি ফংদ্রে, মহাওসু অদুঙৈগী মহাও অদু য়ৌদ্রে। নীংশিংলি হৌজিকসু হাবগাইদগী লৈরকখিবা লুপা অনীগী ঙাতোনদো কয়াম্না য়ামখ্রবা, কয়াম্না হাউখ্রবা !

# ঢাকাদা চৈরাওবগী কুম্মৈ

তাবিরম্বা য়ারে ঢাকাগী 'মণিপুরী পাড়া'—মণিপুরী লৈকাই। লাপথ্রবা বাংলাদেশকী কোনুং ঢাকাদা মণিপুরী পাড়া! তাবদা কয়াদা নুংশিথ্রবনো। চহী য়াংখেরোম মমাঙ ফাওবদা মফম অসিদা চাউরবা মৈতৈ খুন অমা লৈরম্মী হায়বসি কনানা থাজগনি! অদুবু হৌজিক্তি মমিংতা ঙায়হৌরে, মণিপুরী য়ুম অমত্তা লৈহৌদ্রে। লৈহৌরিবা হায়ববু ইমুং অমখক্তা মঙায়হৌরে —বাংলাদেশ সুপ্রিম কোর্টকী সিনিয়র এডভোকেট সুরচন্দ্র সিংহগী ইমুং। মহাকসু মরম্নাইগী য়ুমদা লৈবা নত্তে, ভাড়াগী য়ুমদনি।

নুমিদাং-রাইরম অদো হান্ননা পাউ ফাওনখিবা মতম অদুমক্তা ঢাকাদা থবক তৌদুনা লৈবা মৈতৈ পাখং ললিতকা সুরচন্দ্রগী লৈফমদা চংলুই। মতম কুইনগী মতুংদা মহাক্কা উন্ননীংবগী রাখলগা লোয়ননা মণিপুরী পাড়া য়েংনীংবগী রাখলসু ঐঙোন্দা য়াওরি। ফমথদুনা রারী শান্নবা হৌবতা ঙায়রি, ময়ূমদা হৌবা ফোঙ ফোঙ শারিবা তল-খা অথুম-অহাও ময়াম অমা পুথোরক্লে।

'ঙসিদি শজিবু চৈরাওবনি, য়ুমদা হৌবা ঙাক্তনি,' সুরচন্দ্রনা হায়রকই।

নীংশিংলকই অঙাং ওইরিঙৈদা চৈরাওবা নুমিৎতা অয়ুকী চাক্লেনদনা মথেল-মকোয়, নুমিদাংদনা তল-খা ময়াম অমা চাবদো। তল-খাদি নুমিদাং অদুখক্ত নত্তে, নুমিৎ মঙানি, তরানি, করি করিগুম্বদা থা অমা ফাওবনি। বাংলাদেশতা মৈতৈশিংনা থাইনগী চংনবী অদু ফজনা হৌজিক ফাওবা ঙাক্লি। শজিবু চৈরাওবদা মথেল-মকোয়, তল-খা চাবতা নত্তনা নুমিৎ মঙানি থবক শূদে—নূপী অঙাংশিংনা নুমিৎ মঙানিদো লিক্লোন শান্নে অহিঙ চুপ্পা 'জাগরণ' তৌদুনা, হায়বদি য়ারেক্তুনা। কাছাড়দসু ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা ইচেখোয়না লাই-খুন্দিন নুমিৎতা লিক্লোন শান্নবদো উহৌই। অহিঙ চুপ্পা মিংকুপ অমত্তা উইনদে, উইরিঙৈদা চৈ থেকপদা য়াওখিনি হায়না কিনদুনা। তীনমু-লাইমুনা চৈ থেকপদা য়াওথ্রবদি লোইরে, চহীদুগী মনুংদা শিবা শোয়দ্রবনি।

বাংলাদেশতা চৈরাওবগী কুম্মৈ তৌরিবসি মৈতৈশিংতা নত্তে, চাকমাশিংসু তৌই। মখোয়না মসিবু 'বিজু' উৎসব কৌই। আসামীগী 'বিহু' গা চাকমাগী 'বিজু'গা মরী লৈনরম্বা য়াই। চৈত্রগী অরোইবা নুমিৎতগী কুম্মৈ অসি হৌই, য়ুম-কৈ ফজনা শিত্তোক-নাম্থোক্তুনা লৈ-শুনা লৈতেংদুনা। ঈরাৎ-থৌনি অচা-থক ঈশৈ-নোংমাই য়াওবা কুম্মৈ অসি নুমিৎ হুম্নি চৈখে।

মণিপুরদা হৌজিক কাঙবু খরনা শজিবুগী নোংমা পানবদা চৈরাওবগুম বাংলাদেশতসু মৈতৈশিংগী মনুংদা শজিবু নোংমা পানবদা চৈরাওবা য়াওনরক্লে, অদুবু মখোয়গী মশীংদি য়ামদ্রি। হোয়, করিসু কায়দে, মানা মানা পামজবা নুমিৎতা চৈরাওবদা করিসু কায়দে। অদুবু কুম্মৈগী ওইনদি ময়াম পুম্না চৈরাওমিন্নবদুনা হেন্না ফৈ। চহী হৌবগী কুম্মৈ অসি লৈবাক অমগা সমাজ অমগা লোইনা মান্নবা নত্তে। খৃস্টান-জগৎতা জানুৱারিগী তাং ১ দা চহী হৌবগী নুমিৎ পালন তৌই, মসি হৌজিক্তি পৃথিবীদা পাক-শন্না পাঙথোক্লরক্লে।

অদুবু মতম অমদদি ডিসেম্বর ২৫ দা চহী হৌবগী কুম্মৈ অসি পালন তৌনরম্মী। মতমগী মতুংইন্না চহী হৌবগী নুমিৎ লৈবাক কয়াদা হোংনরকখিদবা নত্তে। ইরানদা চহী হৌবগী নুমিৎ অসি মার্চকী কুম্নিথোইদগী হৌরগা নুমিৎ তরামাথোইনি চুপ্পা পালন তৌই। ভারত সরকারগী অনৌবা ক্যালেণ্ডরদা চহী হৌবসু নুমিৎ অসিদগীনি। ইহুদীশিংনা সেপ্টেম্বরগী তাং ৬ তা অনৌবা চহীবু ওকই।

বৈশাখ থাগী অহানবা নুমিৎতা, হায়বদি মৈতৈ অয়াম্বনা শিলহেনবা নুমিৎ হায়না খঙনরিবা নুমিৎ অসিদা চহী অনৌবা হৌবসি ভারতকী আসাম, নোংচুপ-বঙ্গ, উড়িষ্যা, পঞ্জাবনচিংবা রাজ্যশিংদা হরাও-কুম্মৈগা লোয়ননা পাঙথোক্নে। থাইলেণ্ডদসু নুমিৎ অসিমক্তদা চহী হৌবগী কুম্মৈ 'সংক্রান' পাঙথোকই, মখোয়গীদি পাখং-লৈশাবী ঈশিং হৈনবনা মরু ওইবা কুম্মৈনি—য়াওশংদা ঐখোয়গী পাখং-লৈশাবীশিংনা তৌবগুম্না। সংক্রান হায়বসি সংক্রান্তিদগী লাকপসু ওইরম্বা য়াই।

কুমসিদি পয়লা বৈশাখ, হায়বদি চহী হৌবগী কুম্মৈ ঢাকাদা য়াওবা নৎত্রগা য়েংবা ফংজরকই। মহা ধুমধামগা লোয়ননা তৌবা কুম্মৈনি হায়বা তাই। নুমিৎ নীনি-হুম্নি মমাঙদগী হৌরকই খবরশিংদা চহী অনৌবা হৌবগী মরমদা ইনবা, করি করি পাঙথোক্লগদৌরিবা, কদায়দা কনানা পাঙথোক্কদৌরিবা— থাইননা করি করম হায়না পাঙথোক্লরম্বা, হৌজিক্সা করি অহোংবা লাকখ্রবা। খুঙ্গং পাংবা ট্রেনদা বসতা মী তোংবা মশীং খঙহেন হেঙ্গৎলকই — সহরদা থবক তৌদুনা লৈবা ময়াম মাগী মাগী খুঙ্গংদা চৎতুনা মমা-মপা মচিন-মনাওশিং পূন্না চামিন-থকমিন্নরুগদৌরিবা, য়ুম অয়াম্বদা মিরামিসকী মথেন-মকোয়। অঙম্বনা ফিরোন অহনবা হোংনগদৌরিবনি, ঙমদবশিংনা শূদোক-চামথেক্লবা ফিরোল, বাংগালী নুপীশিংনা শাড়ী মপান অঙাংবা চনবা। অনৌবা চহীবু তরাম্না ওকপগী থৌরমদা লাইর-অনং কাউথোক্নে।

ঢাকাদা কুমসি চহী হৌবগী অয়ুক অদো অতিয়াদা ঙাইহাক নোংথি-নোংমংখি, নোংসু হাইফেৎ-লাকফেৎ খিকখি। অদুবু নোং ফুং ঙানবদগী হৌখি লম্বীদা মী থোক্লরকপা, মানা মানা ঙমজবী মওংদা কেনা কেনা— নুপীসু নুপাসু, অঙাংসু অহনসু। নুমিৎ অসিমদি মুস্লিম নুপীশিং বুর্কা কাউথোকপগুম তৌই, ঢাকাগী লম্বীদা বুর্কা উন্নী নুপী অমত্তা উদে।

নোং ফুং ঙানবগা মফম মফমদা হৌই ঈশৈ-নোংমাই—রবীন্দ্র সংগীত, নজরুল গীতি, শৈরেং থীবা, খুনুং ঈশৈ, জগোই, ড্রামা মতেক মতেক। পাকথ্রবা লম্পাক রমনা ময়দানগী সনাখোংনাং পাম্বী মখোঙদা 'ছায়ানট' কী কাঙবুনা তৌবা কুম্মৈদনা ভাবোক থাইদগী হেল্লি। চহী কুনথ্রা হেল্লকে হায় ছায়ানটকী কাঙবুনা মফম অসিদা চহী অনৌববু ওকপগী কুম্মৈ তৌরক্লিবসে। বাংলাদেশকী ফাওর-ফাওরবা কলাকার কয়া মফম অসিদা কৌদুনা ঈশৈ শকহল্লি। মরক-মরক্তা মণিপুরী জগোই উৎপসু য়াওথ্রে হায় মফম অসিদা। ছায়ানটতা নত্তে রমনা ময়দানদা হরাও-কুম্মৈ তৌরিবসে। কাঙবু ময়াম অমসু ময়দানগী সনাখোংনাং মখোঙ অতৈদা ঈশৈ-নোংমাই তৌরি মানা-

মানা হৈনবা অমদি ওমজবা মওংদা। ঢাকা ইউনিভর্সিটি কেম্পসতসু কুম্মৈ, নেশনেল মিউজিয়ম মমাঙদা বাউল ঈশৈ মথং-মথং লেপ্তুনা, টি. ভি.গী কলাকারশিংসু ট্রক মথক্তা ফজনা লৈতেংলগা ঈশৈ শক্তুনা চংলি ফজ-ফজরবা শৈরেংসু মরক-মরক্তা থিরক্রি। আর্ট কোলেজগী ছাত্রশিংনা চাউরবা ৱাহোং শারগা ট্রকতা হাপকংতুনা রেলি চংলি ঈশৈ-নোংমাইগা লোয়ননা— ৱাহোংগী মতুদা ইরি ফজ-ফজবা ৱাহৈ কয়া— 'কাউননুসিকো', 'অমুক্তা উন্নসিকো'।

কৃক-কৃক ঈন্নবা লম্বীদুদা চংনা-চংনা ঐগা চংমিন্নরিবা মৈতৈ পাখং ললিততা বাংগালী লৈশাবী মচা অমনা কৌরকই। 'ওজা, উবিরব্রা মহাক্রা শেংলিবসি মৈতৈ শাড়ীনি ?' ললিতনা হায়রকই। মখোয় ইউনিভর্সিটিদা তম্মিন্নবনি হায়। মৈতৈ শাড়ী



আর্ট কোলেজগী ছাত্রশিংনা শাবা ৱাহোংগী রেলি

শেংলিবদো ললিততা উংনীংদুনা কৌরকপা ওইবা তাই। লৈশাবীমচা অদুতা নত্তে মৈতৈ শাড়ী শেংপী লম্বীদা থেংনবসি, ফনা য়াম্না য়াওই মৈতৈ শাড়ী শেংপী নুপী ময়াম অদুগী মরক্তা। বাংলাদেশতা মৈতৈ-শাড়ী য়াম্না পাম্মৈ। মমলসু হোংই, ফসু ফজে। বাংলাদেশকী মৈতৈ নুপীনা শাবনি। অদুবু ডিমান্দগী মতুং ইন্না কৈথেলদা সপ্লাই তৌবদি ওমদে।

নুমিৎ চুপ্পা কোয়চং চংতুনা হরাও কুম্মৈ অদু য়েংবা ওমদবনিনা ঐখোয়গী লৈফমদা হল্লক্তুনা টেলিভিজন থাগংতুনা য়েংই। মোবাইল টি ভি ক্রুনা লাইভ টেলিকাস্ট তৌরি মফম মফমদা চংতুনা। বাংলা একাদেমিগী কেম্পসতা সনাখোংনাং মখোঙদা চখরিবা প্রোগ্রাম অদু উংলকই। একাদেমিগী চেয়ারমেন্না মাগী ভাষণদা হায়রকই— পয়লা বৈশাখ অসি সরকারনা জাতীয় উংসব (নেসনেল ফেস্টিভল) ওইনা লাউথোকপা চুম্লে। ফেব্রুৱারি ২১ দি লোনগীদমক থৱায় থাখিবা শহীদশিংগী নীংশিং নুমিৎনি, হরাও-কুম্মৈগী নুমিৎ নত্তে। ঈদনা মুস্লিমশিংগী ধর্মগা মরী লৈনবা কুম্মৈ নুমিৎনি। দুর্গাপূজানা হিন্দুশিংগী কুম্মৈনি। ধর্মগা মরী লৈনদবা হিন্দু-মুস্লিম খায়দবা কুম্মৈ হায়বা তারবদি চহী হৌবগী কুম্মৈ অসিনি।

বাংলা একাদেমিনা পুখংলক্লিবা ৱাফম অসি সরকারনা হৌনবী মতুং ইন্না লাউথোক্রবসু পয়লা বৈশাখকী চহী হৌবগী কুম্মৈ অসিদি তশেংনা বাংলাদেশকীদি জাতিগী কুম্মৈ ওইরবনি।

## চারৌ মৌরোনবগা ধর্ম ওনবগা

সাহিত্যগী মীফমদা কবি সম্মেলনগী থৌরম অসি য়াওদবা য়াদবা মথেল অমদৌনা তৌই - মৈতেগী চাকচা-হেন্জানবদা ইরোম্বগুম্বনি। অদুনা বাংলাদেশতা ওইরবসু সাহিত্যগী মীফম য়াওবা চৎলিবনিনা য়ারবদি খুৎলাই য়াওনা চৎপদি ফৈ খল্লকই, করিগুম্বদা ঐবুসু কবিনি খন্দুনা শৈরেং থীদবা য়াদে হায়রক্লবদি। তশেংনা হায়রবদা ঐদি কবি নত্তে। হোয়্, সাহিত্যগী লমদমদা খোঙচৎ হৌবগী অয়ুক্তা কবিতাগা মতম খরা খুজেং পালোইনরম্মী - অদুবু কুইরে থোৎ নৌরবী কবিতাগা খাইনখিবা। অদুমকপু করিগুম্বা নাম্মোকপা য়াম্রগদি হায়দুনা অদুঙৈগী কবিতা অম-নী থিদেক্লগা শিন্দোক্নুনা পুই।

তৌবগীদি অরিবা শৈরেংগী পোমায় হাংদেক্লুবগী দরকার তাখিদ্রে। অয়ুক অদো সিলেটকী হোটেলগী কা মনুংদা ফম্না ফম্না মওল মওল খল্লিঙৈদা পূক্লিংদা করিনো অমা ফাওরকখি - অদুঙৈ ইতিহাসকী তমথীরবা নোংলৈ-নুংশিংকী অহিঙ অমদা কায়নখিবা বিনোদিনীগা চহী কুমজা কয়া মতুংদা সুরমা তুরেলগী তোর্বান্দা অমুক হন্না উনবগী হরাও-নুংশি য়ান্নবা থম্মোয় ঈরাং হৌহনবা মিৎকূপ অমনা শৈরেং ওইনা চোংথোরকখি। 'বিনোদিনী'না ঐগী মায় ঙাকখি নুমিৎ অদো কবিময়ামগী মরক্তা— মণিপুরী অমসুং বাংগালী কবিশিংনি, মরৈবাক্তদা নত্তনা মরৈবাক লান্না ফাওরবা কয়াসুনি। কবি সম্মেলনদা সভাপতি ওইখিবা দিলবারমক বাংলাদেশদতা নত্তনা মপানদসু মমিং চৎলিবা কবিনি।

কবি সম্মেলনগী থৌরম লোইরগা হোলগী মপান্দা থোরকপদা থেংনরে মরেপ বাংগ্রবা জয় চক্রবর্তীগা। মহাকসু কবিনি, শৈরেং থীখিবনি বাংলাদা। মনাক্তা লেপ্তুনা লৈরম্মী মহাক্কী লোয়নবী সুলতানা কামালসু। তাইবংমীনা নপশিনবিবা ধর্মগী লেবলে য়েংবা তারবদি, মখোয় অনী অমনা হিন্দুনি অদুগা অমনা মুস্লিমনি। সুলতানা কামাল বাংলাদেশকী ফাওরবা কবি সোফিয়া কামালগী মচানুপীনি। কুইস্রি সোফিয়া কামালনা লৈখিদবা, অঙাং ওইরিঙৈদা স্কুলগী তম্নবা লাইরিক্তা মহাক্কী শৈরেং পাখি। অদুগুম্বী কবি অমগী মচানুপীনি সুলতানা কামাল। হিন্দুদা ময়ুম পাল্লবসু কামালগী মহুত্তা চক্রবর্তী নপশিন্দে। জয় চক্রবর্তীসু মুস্লিম নুপী লৌরে হায়দুনা মহম্মদ জয়াউদ্দিন-ককা হায়দুনা মমিং ওন্দে। হাইফেৎ ঙক্লা থোকখি। ভারত্তা ফাওবা মুস্লিম নুপী লৌরবদি নুপা অদো ধর্ম ওনবতা নত্তনা মমিং ফাওবা ওনবা য়াওরিবনি, নৎত্রবদি নুপীগী মমা-মপাদো সমাজনা ঈম্মোকপিগদৌরিবা। ফাগি তৌনরিবদুনি মরূপ-মপাংশিংগা — নখোয়না হৈরিবসি লৌশিনবতনি, পীথোকপদি হৈত্তে। তৌবগীদি, সমাজগী অরাংবা থাক্তা লৈবা কাঙবুদদি সমাজগী নাতৈ চাদবা অকনবা চৈরাক অসি চঙদে। হৌজিক হৌজিক মন্ত্রী ওইরিবা জর্জ ফর্নাণ্ডেজনা মন্ত্রী ওইরম্বা হুমায়ুন কবীরগী মচানুপী লৈলা কবীর লৌখি। জর্জ ফর্নাণ্ডেজ মুস্লিম ওনখিদে, হুমায়ুন কবীরবুসু মুস্লিম সমাজনা ঈম্মোকখিদে। অসিগুম্বা খুদম অসি পাঙলৈ লৈতবদি নত্তে। মণিপুরদসু য়াইতোং ফমদোংবা মৈতৈ

পাঙল অমগী মচানুপী অমা অতোপ্পা ধর্ম চৎপা নুপা অমদা ময়ূম পানখি । সমাজনা নুপীগী অহন-লমনদা করিসু তৌবা ঙমখিদে । মীচমদদি সমাজগী চৈরাক অসি কল্লি, থৌনা ফৈ । মুস্লিম সমাজখক্তগী ব্রা নত্তে, সমাজ অতৈদসুনি মীচং মীখায় নাইরিবসে।

সুলতানাগা জয়গগী মচানুপীদুসু মখোয়গী মনাক্তা লেপ্পুনা লৈরম্মী। খঙনীংলকই মচানুপীগী মমিংদো হিন্দুগী মিং থোনব্রা মুস্লিমগী মিং থোনব্রা ? মচানুপীদা হংঙি - নমিং করি কৌই ইবেম্মা ? খুম্লকই - দিয়া । দিয়াখক্তং - কামালসু য়াওদে, চক্রবর্তীসু নপতে । মসিনা ফৈ - হিন্দুসু নত্তে, মুস্লিমসু নত্তে, অনৌবা যুগকী অনৌবা চারোম্নি।

মরূপ-মপাংশিংদা হংঙি অতোপ্পা কাঙলুপকা চারৌ মৌরৌনবসে মৈতৈশিংগী মনুংদদি কমদৌরি ? ঐখোয়না তাবদদি মৈতৈনুপী কয়া অতোপ্পা কাঙবুনা নম-হাদুনা লৌখি হায়না তায়, চুমব্রা ?

মখোয়না হায় - মৈতৈ নুপীশিংবু নম-হাদুনা অতোপ্পনা লৌখিবা থোইনা লৈতে, অমা-অনীখক অতোপ্পদা ময়ূম পানখিবদুদি মশা মশা য়ানদুনা লৌন-লৈনজখিবনি।

ঐনা হায় - অদুগুম্বা থৌদোক ব্রাথোক অম-নী মরক মরক্তা থোকপদুদি মণিপুরদসু থোকই, কাছাড়দসু ত্রিপুরাদসু থোকই ।

বাংলাদেশতা মৈতৈশিংনা কন্না ঙাক্তুনা চৎলিবসি গৌড়িয়াতা নত্তে, অতোপ্পা কাঙলুপকা চারৌ-মৌরৌনবা থিংবা অসিসুনি ।

ঐনা হায়— করিগীনো হৌজিক্কী মতমসিদবু, মণিপুরগী ব্রাদি তেক্লদুনা গৌড়িয়া কনখ্রবা কাছাড় ত্রিপুরাদা ফাওবা মসিগী মতাংদা পন থিংদুনা থম্বা ঙমদ্রে ।

মখোয়না হায়— মসি ব্রাখল পীকপগী ব্রা নত্তে । পন অসি হেক লৈতবদা ওইগদবা ফিভম অসি য়েংবিয়ু । মৈতৈ মচা থবক খরা খরা চাউনা তৌবশিংনা অতোপ্পা কাঙলুপগী নুপী লৌরক্লনি, ঐখোয়গী নুপীমচাশিংনা ফংজগদৌবা খুদোং চাবদো অতোপ্পা কাঙলুপকী নুপীমচাশিংনা লৌখ্রনি। মৈতৈ নুপীনা মৈতৈ নুপা অফবা ফংদবদগী অতোপ্পা কাঙলুপতা ময়ূম পাল্লক্লনি । অসুম হায়না অথিংবা থমদ্রবদি চহী খরগী মতুংদা মশীং য়ামজদবা ঐখোয়সে লৈবাক অসিদগী মাঙখিবা য়াবগী অকিবা লৈ ।

বাংলাদেশ সিভিল সার্ভিসতা মৈতৈ মচা মরি-মঙাখক লৈবগী মনুংদা অমনা বাংগালী নুপী অমা লৌই, নুপী অদুসু কোলেজ ওজানি । অদুবু মখোয়না কোর্ট মেরিজ তৌবা নুমিং অদুমক্তদা নুপাদুগী মপানা মচাবু ঈষ্থোকখি । সমাজনসু মহাকপু হৌজিক ফাওবা তিন্নবিদে । মীগা মীগা খেন্নবগী ব্রাফম নত্তে, ঐখোয়গী কাংখুল মুত্তনবগী ব্রাফম্নি — মখোয়না হায় ।

ঢাকাদা লৈরিঙৈদা নোংমা খবর অয়দা থেংনৈ, দীপক দাস কৌবা পাখং অমনা 'মিং ওষ্থোকচরে, ঙসিদগী ঐগী মিং আনব্বার ইস্লাম হায়না খঙনরগনি' হায়না ময়ামদা খঙহনবা অমা । ললিততা ঐনা হংঙি— মসিগুম্বসি য়াম্না তোয়না থোকপা জাৎলা ? মহাক্লা খুম্লকই - মরক মরক্তা থোকই, অয়াম্বদি নুংশি-নুংওনগা মরী লৈনবা ঙাক্তনি।

ওইরম্বসু য়াই, অদুবু ব্রাখলদদি করিনো অমা ফাওরকখি ।

মী অয়াম্বনদি খঙলমদবা মাই ফেব্রুয়ারি ২১ অসি ইউনেস্কোনা ২০০০ দগী হৌনা আন্তর্জাতিক মমারোল নুমিৎ, International Mother Tongue Day, হায়না লাউথোকপ্রে। নুমিৎ অসিগীদমক বাংলাদেশনা হায়ঙমদনা চাউথোকচৈ। অদুনা বাংলাদেশ মণিপুরী সাহিত্য সংসদকী মীকমদা ঐনা 'লৈবাক অসি ফেব্রুয়ারি ২১ গী লৈবাক্তি, পুণ্যচেল্লবী লৈবাক অসিবু ইকোক নোম্না খুরুমজরি' হায়না হেক হায়রুবদা মাইকে মরিদগী খুবাক প্রোক প্রোক খুরকখি, সিলেটকী হোল অদো পূমনিল নিল্লকখি।

নুমিৎ অসি বাংলাদেশকীদি অমরোমদা হায়রগা থম্মোয় কায়বা নুমিৎনি - নহারোল কয়াগী থৱায়না পোছা ওইখিবা নুমিৎনি; অদুগা অমরোমদা হায়রগনা চাউথোকচনীংঙাই নুমিৎনি - মমালোগীদমক থৱায় কয়ানা বলিদান তৌখিবা নুমিৎনি। জাতি অসিনা কাউদে নুমিৎ অসিবু ঙসি ফাওবা। লৈবাক শীনবা থুংনা চহী খুদিংগী নীংশিং-থৌরম পাঙথোকই - প্রেসিডেন্ট অমদি প্রাইম মিনিষ্টারদগী হৌনা মীচম শিশিং লিশিংনা মখোঙদা খোঙউপ য়াওদনা প্রভাত-ফেরি চৎলি, সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগী থৌরম নুমিৎ চুপ্পা পাঙথোকই। নুমিৎ অসিবু শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎপা ওইনা সাহিত্যগী চেফোঙ কয়া ফোঙই, চেফোঙ কয়ানা অথন্নবা মশীং পুথোকই।

ভারতবর্ষনা নীং-থা তম্বগী নুংঙাইরবা খেনফম অদুদা কায়নবগী খাঙ্ঙমদ্রবা চৈথেং অদুসু ফংখি, অমত্তা ওইনা লৈরম্বা লৈবাক অদো অনী থোক্লা চিংখাইখি— ভারত অমসুং পাকিস্তান। মুস্লিমশিংনা মপুং ওইবা লৈবাক অমা শেম্লগা নুংঙাই-য়াইফনা তং তানা লৈবা ঙমগনি হায়বগী মঙলান অমদা শেমখি পাকিস্তান, অদুবু ইকুই কুইদনা মঙলান অদো মঙলাক্লরকখি। ধর্মগী লীপূনদগীদি লোনগী লীপুল্লা কনবা হেল্লি - হায়বসি থীদ্দনা অচুম্বা ওইনা চোংথোরকখি।

১৯৪৮ গী মার্চ থাদা পাকিস্তানগী গবর্নর জেনরেল মহম্মদ আলি জিন্না ঢাকাদা লাকখি, মীয়াম তিনবা চাউরবা মীতিন্দা লাউথোকখি - 'পাকিস্তানগী সরকারি লোনদি উর্দুনা ওইগনি, উর্দুখক্তনা।' খুদক্তা 'জাতিগী মপা কায়েদে আজমগী চীহক্তা ছাত্র-মীয়াম্না খুমখি, খোল্লাউ অমত্তা ওইনা লাউশিনখি- 'য়ারোই য়ারোই, বাংলাবুসু সরকারি লোন ওইহনগদবনি। উর্দুখক্তনা সরকারি লোন ওইবা ঐখোয়না খক য়ারোই।'

অদুদগী হৌরকখি ভাষা-আন্দোলনগী অকনবা ঈহৌ, মরূ ওইনা ছাত্র-নহারোলগী মরক্তা। নম্ফুদা উর্দু চলাইনবা তৌরকপা পাকিস্তান সরকারগী পোলিসিগী মারোক্তা হৌরকখিবা ঈহৌ। ঈহৌ অদুদা শেখ মজিবুর রহমান্নচিংবা ছাত্র কয়া জেলদা চঙখি। নহারোলগী ঈহৌ নমখবা ঙমদদুনা লৈঙাক-শাসনগী চুপ্পি পাররিবা কাঙবু খোঙফম হন্দোকপা তাখি - বাংলাবুসু সরকারি লোন ওইহনবা হায়বসি য়ানখি।

অদুবু পাকিস্তান সরকারগী য়াশক অদু হিংচাবীনা শরী শোনবা ওইরমখি। চহী খরা মতুংদা খাজা নাজিমুদ্দিন্না প্রধান মন্ত্রী ওইবগা য়ানখিবা য়াকম অদু থুগাইদুনা

লাউথোরকখি - উর্দুবক্তনা পাকিস্তানগী সরকারি লোন ওইরগনি। মুখ্যরুবা আন্দোলনগী মৈরা অমু থংচক অমুক ময়কথংলকখি। ১৯৫২ গী ফেব্রুয়ারি ২১, মতমদা ছাত্র-নহারোল লিশিং লিশিংনা সরকারগী অথিংবা হুকুম থায়া ১৪৪ থুগাইদুনা রেলি চংলে। রেলি থুগাইনবা তৌবদা পুলিসনা লোংযে মশিং লাকচম্মনা কাপশিল্লে। ঢাকাগী লম্বী-থোং ছাত্র-নহারোলগী ঈথেংনা ঈথংলে শিংথ্রে। বরকত, সালাম, রফিক, জব্বার অমদি মশক-মমিং খঙদবা ছাত্র-নহারোল কয়া মমারোলগীদমক শহীদ ওইখ্রে। নুমিৎ অদুমক্তদা বাংলাদেশকী নীংথা তম্বগী মরসু হুনখ্রে। মথং চথরকপা আন্দোলনদি মমারোলখক্তগী ওইখিদ্রে, পাকিস্তানগী মখুত্তগী করম হায়না পুংনান নাহোকপা য়াগদগে হায়বদুসু য়াওশিনখ্রে। মতুংগী ইতিহাসতি ময়াম্না খঙনরিবদুনি।

বাংলাদেশকী খ্বাইদগী য়াংবা লোন অমসুং সাহিত্যগী সংস্থান ঢাকাদা লৈবা বাংলা একাদেমিগী ডাইরেক্টর জেনরেল ডা: সৈয়দ আনৱার হুসেন্না ঐঙোন্দা য়ারী অদো তৌই - ঐখোয়সে লোইরম্রগদবা জাংনি, সরকারি পোলিসিগী মথক্তা বিহারদগী উত্তর-প্রদেশতগী লাকপা হিন্দী- উর্দু লোনবা কাওবুগা চারৌ-মৌরৌনবদগী অঙাংশিংনা য়ুমদা ফাওবা 'খায়েঙ্গা মারেঙ্গা পিটেঙ্গা' হায়বা হৌরম্রবনি, শাসনগী চুপ্প্রি পায়বশিংনা নম্ফুদা উর্দু চলাইনবা গৃক-গৃক তকশিল্লকপদগী ঐখোয় মিৎকপ থংথোক থোরকখিবনি।

ঙসিদি ফেব্রুয়ারি ২১ বাংলাদেশখক্তগী ওইদ্রে, পৃথিবী পুম্বগী ওইরে, জাতি পুম্নমক্কী ওইরে। পিক্কসু চাউরসু জাতি খুদিংমক্কা মমারোলবু নুংশি হায়বসি নুমিৎ অসিনা নীংশিংহল্লগনি পৃথিবী পুম্বদা মতম পুম্নমক্তা।

## মণিপুরী পাড়াদি লৈহৌরি মৈতৈ য়ুমদি লৈহৌদ্রে

নুমিদাং য়াইরম অদো সংসদ ভবন (পার্লিয়ামেণ্ট হাউস) লৈরিবা অদোমদা কোয়রুরগা থেক্লকপদা মৈ ঙাল্লা থানবা ফজনা লৈতেংবা দুকান অটোবা অমগী সাইনবোর্ডতা মিৎয়েং তারুই - 'মণিপুরী পাড়া তেজগাঁও, ঢাকা'।

খুদক্তা ঐগী থমোয়নুংদা ফাওরকপা য়াহংদো খঙহৌদনা চীন্দগী থোকখি - মতম খরা মতুংদা মণিপুরী পাড়া হায়বা ময়েকসিবু মুংখিরোইদ্রা ?

মুংলোইদা ওজা - মপুক্লিংদা করিমতা চিংনম্বগুম ললিতনা খুম্লকই। ললিত ঢাকা বিশ্ববিদ্যালয়গী ছাত্রনি, এনথ্রোপোলোজি তম্লি, কমপিউটর ফার্ম অমদা পার্ট-টাইম থবক তৌরি, ঐগী গাইডনি ঢাকা কোয়বগী। ইমোনদা ইতোমতা হায়জে আশীবার্দকা লোয়নননা - নচীন্দা লাই তোংবা ওইয়ুকো, ইবুঙো !

মণিপুরী পাড়া, খল্লুবদা নুংঙাইরক্তে, মৈতৈ লৈকাইনিদি হায়রগা মৈতৈ য়ুম অমত্তা লৈদ্রবা ! চহী মঙা-তরুকলোম ফাওবা য়ুম অনী-হুমদি লৈরম্মী হায় ইপা-

ইপূগী খুভম ঙাক্তনি হায়বা ব্রাশক্তা লোয়নননা। অদুবু ঙমখিদে, ব্রাশক ঙাকপা ঙমখিদে। হোয়, মৈতে ইমুং অমখক্তংদি হৌজিকসু লৈরি, সুপ্রিম কোর্টকী মমিং লৈরবা উকিল সুরচন্দ্র সিংহগী ইমুং। মরম্নাই যুমদা নত্তে, ভাড়াদা। অতোপ্পা মফম অমদা এডভোকেট সুরচন্দ্রগী মশাগী ইংখোল লৈরে, অদুবু মফম অসি থাদোক্তুনা চৎপদি ঙমদ্রি, হেক হাক চৎপসু ঙম্রোইদৌরি। মরমদি মহাক্তা হেক চৎখিবা নুমিত্তা লৈকাইসিদা মৈতেগী মৈ পুংমুৎ মুৎপা হায়বদো ওইগদৌরিবা। খুঙ্গংদা পোকপা সুরচন্দ্র আইনগী শিনফমদা মায় পাক্লবা মীশক ওইবতা নত্তনা সাহিত্য, সংস্কৃতি, ইতিহাস, রাজনীতি - ময়াম অসিসু ফজনা খঙই, সমাজগী ব্রাখলসু খনবা মীওইনি। পৃথিবীগী লৈবাক কয়া কোয়রুরে, অদুনা মহাক্কী ব্রাখল-মিৎয়েংসু পাক-চাউই; মশা নাপ্লি, লুনা নাম্না পাপ্লি, ব্রারী শানবা য়াম্না নুংঙাই। চহী কয়ামুক মমাঙদা ইম্ফালদা লাক্লম্বা মতমদা উন্নখি। শক কাউনপ্রবসু মিংদি কাউনদবনিনা কোইনবদো ঙাইহাক্তংদা মাঙখি। মহাক্কীদা নুমিদাং অনী ফম্বদো, অমুক্তা শজিবু চৈরাওবগী তন-খা চাবা অদুগা অমুক্তা মহাক্তা চাক্কৌবদনি, নুমিদাং অনীমক ব্রারীগী লোইখম্বা নাইখিদে।

মণিপুরী পাড়ানা ওইরক্লিবা ফিভম অসি খল্লুবদা মহাক থম্মোয় শোক্লা নুংঙাইতে। ঢাকাদা থবক অমা নৎত্রগা অমা তৌদুনা লৈবা মরূপ-মপাংশিংদা হৌজবনি, হায়জবনি - ইংখোল অমত্তংদি ময়াম চঙদুনা লৈহৌসি মৈতেগী কাংখুল মুত্তনবা। অদুবু ঙমহৌদে। সংসদ ভবন অমদি সরকারগী মরূ ওইবা লোইশঙ কয়া শাগৎলকপদগীদি হৌজিক মফম অসি 'পোস এরিয়া' ওইরে, লমগী মমল নোংমদোন খেৎনা ব্রাংখ্রে, মৈতেমচানা লাম্বা ফংবগী ব্রা লৈত্রে।

অদুবু মফম অসি নোংমদি মৈতেখক্তনা তাবা লম ওইরম্মী। মৈতে খুন মঙানি অকোয়বদা লৈরম্রিবা, 'লালকুঠি মণিপুর' হায়না মতম অমদা খঙনরম্মী। জহাঙ্গীর নবাব হায়বা অমনা মৈতেশিংবু খুন্দাহল্লম্বনি হায়। অয়াম্বনা ত্রিপুরাদগী লাকখিবনি লৌউ-শিংউগীদমক লৈহাও ফবা লম থিরকপদা। লমসু মরাঙ কায়না ফংখি। লালকুঠি মণিপুরনা নুংঙাইরিঙৈ মতমদা লাঞ্জেল্লকপা মৈতে নিংথৌমচা কয়াগীসু শাইদাংফম ওইখি। নরসিংহ মহারাজগী মনাও ইবুঙো দেবেন্দ্র সিংহ মখোয়গী মনুংদা অমনি। মহারাজ নরসিংহনা থুপখিবগা মনাওইবুঙো দেবেন্দ্রনা মণিপুরগী রাজগাদিদা কাখি, অদুবু থা খরগী মনুংদা গম্ভীরসিংহগী মজাইবুঙো চন্দ্রকীর্তিনা চহী তরেৎলোম কাছাড়দা লাঞ্জেন্দুনা লৈরুরবা মতুংদা হল্লক্তুনা মঙোন্দগী রাজগাদি মুনখি। মায়থীরবা দেবেন্দ্র ঢাকাদা মৈতে মরক্তা শাইদাংদুনা লৈখি, অদুনা মহাকপু ঢাকা তাবা হায়নসু খঙনখি।

ঢাকাদগী চহী য়াংখৈরোম মমাঙদা যুম হোংদুনা লাকখিবা হৈক্রুজম পরিমল হৌজিকসু ত্রিপুরাগী নারায়ণ খামার খুঙ্গংদা লৈরি। ত্রিপুরাদা ঢাকাবাড়ী হায়বা মফম অমসু লৈ, ঢাকাদগী হোংলকপা মীশিংনা মপুং ওইনা তাবা। ওজা পরিমলনা মপুক্লিং নুংশিনা ব্রারী অদো তৌরকই— ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা লৌ-শিং উরম্বা শন-ইরোই শেল্লম্বা লৌবুক লম্বাংশিং ময়াম অদো হৌজিকসু ইমিৎসিদা শংশংনা উরি।

যুম হোংলকপদগী মহাক ঢাকাদা অমুক্তা চৎলুপ্রি, চৎকেসু খন্দে হায় । কায়হল্লীংদে অদুঙে অঙাং ওইরিঙেদা মহাক্লা উরকখিবা লালকুঠি মণিপুরগী শক্তম অদো - কায়হল্লীংদে মখোয়গী লৌরী-ইংখোল, কৈরোই-লৈকাই, লৌবুক-লম্কাং, মখোয়গী শান্নফম, শন-ইরোই শেনফম ময়াম অদুগী নুংশিরবা শক্তম অদো ।

অহন ওইরবা ওজা পরিমলনা হায়— ঐখোয়বু কনামতনা চৎলো হায়দুনা তাল্লকপা লৈখিদে। গৌড়িয়া কনপ্রবা, অশেং-অমাং কনপ্লবা মৈতৈশিংবু মুসলমানশিংনা অদুম ফজনা ব্যবহার তৌই, ঐখোয় চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নরকই। হিন্দু মুস্লিম রাইওটতা মৈতৈ অমত্তদা মখোয়না হাৎকে-তৃপকে তৌখিদে। হোয়, বামোন অমখক্তংদি মতৌ মাল্লি হায়দুনা তুংলোমদগী থাঙনা থিন্দুনা হাৎখি। মৈতৈনি হায়বা খঙনরকপা মতুংদদি মখোয় য়াম্না নুংঙাইখিদে , আফশোস য়াম্না তৌখি। মখোয়না যুম হোংগনি তাবদা ময়াম লাক্কুনা খাল্লখি, চৎখিনু হায়রখি। পাকিস্তান ওইবদগীদি ঢাকাদা মুসলমানশিংগী মশীং য়াম্না হেঙ্গৎলকখি। মৈতৈ খুন মনাক্তসু মুসলমান তাশিল্লকপদগী মৈতৈ যুমদা য়েন-ঙানু পাইশিল্লকপা য়াওরকখি, ইনক নক্লা শা-শন শেম্বা উশিল্লকখি। অদুদগীদি মৈতৈশিং জাত তাবা তারে, ইপা-ইপূ নোরোক তাবা তারে হায়দুনা মঁহে মঁহে যুম হোংনদুনা পংচত্তা চৎনখি ।

নোংথিৎলি থিৎলি তাবা নুমিদাং অদো সুরচন্দ্রগীদা চাক চাবা লোইরগা থিঁন্দোরকপা মতমদা মহাক্লা মথং মথং খুদোম্বী থিন্দুনা তাক্লকখি - মফম অসিদনি চাউরবা লাইশঙ-মাঙোপ লৈরম্বা, মফম অসিদনিঁ ডাক্তর বীরেনখোয়গী পুম্রি অচৌবা অমা লৈরম্বদো। হৌজিক্তি পূংফুন ফুনথ্রে, পুম্রি লৈরম্মী হায়বা কনাসু খঙলরোই । ডাক্তর বীরেন হৌজিক কলকতাদা লৈরি। মখোয়গী শাঁগেনা লাৎলম্বা শ্রীশ্রীরাধা মদনমোহনগী বিগ্রহ অদো নারায়ণ খামারদা পুরক্কুনা লাৎলি। চহী খরা মমাঙদা ডাক্তর বীরেন্না লাক্কুনা লাই অসিগী মন্দির-মাঙোপ চেক্লা শাদুনা কৎলম্মী ।

লালকুঠি মণিপুরনা মমি শাম্বা হৌরকখিবসি বৃটিশ মতমদগীনি। ১৯৩০ গী অদুবাইদা এগ্রিকলচর কোলেজ লিংখৎনবগীদমক মৈতৈগী লৌবুক অয়াম্বা ফার্ম ওইননবা সরকারনা লৌশিনখি । ফার্মগী গেট ওইরম্বা মফমদো হৌজিকসু ফার্ম-গেট হায়না খঙনরি। লৌবুক অয়াম্বা সরকারনা লৌশিনখিবদগী লৌউ-শিংউ তৌদুনা হিংজবা মৈতৈ অয়াম্বা শৃফম চাফম খঙদদুনা খুন হোংনবা তাখি । খুন মঙা লৈরম্বদো খুন অমখক্তা ঙায়রকখি। হৌজিক্তি এগ্রিকলচর কোলেজ অদো ইউনিভর্সিটি ওনথ্রে, মফমসু লাম্না হোংথ্রে। অদুঙৈগী মৈতৈশিং অদুগী মচা-মশৃশিং লৈরগদি সরকারনা লৌশিনখিবা মখোয়গী লমশিংদো খরদং ওইরবসু হঞ্জিনবিরো হায়বা য়াবনি। অদুবু কদায় মচা-মশৃশিং অদুদি !

ওজা পরিমলদা ঐনা হংঙি, মণি হায়বা অহন অমা খঙবিব্রা ?

- ও খঙডিনে, তা-মণিদো, লায়রমনবদগী ..... ।

ললিতনা নুমিদাং অদো ৱারী তৌরকখিবনি - মণিপুরী পাড়াদা হৌজিকসু মৈতৈ

অমগা লৈরি। কুইরক্কবনি মখোয়না মাবু থিরকপসি, হন্দক্তা থেংনরি। মাগী নুপী লৈখিদ্রে, মচানুপী অনীনা মপাগী মমিং মণি কৌই হায়বা খঙদে, অবদুল্লা কৌই হায়না খঙণ্ডি, অদুননি মাবু থিবদা ব্রাখিবদো।

খুড়াবু নোংমতং চাক্কৌজবা তারি হায়না ললিতখোয়না হায়বদা অহন ওইরবা মণিনা হরাও-হরাও খুম্নকখি হায় - কৌনে, অতৈ করিমতা তৌগনু, উতিগা ইরোম্বগতা।

অদুদগী খঙহৌদনা অহন অদুগী মমিত্তগী পি চদুম চদুম তারকখি, হায়রকখি— কুইরেদকো ঐনা মৈতৈরোন ঙাঙদবসে!